# কর্ম্মযোগী লক্ষ্মী

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি

# কর্ম্মণী লক্ষ্মী



শ্রীমৎপরমহংস, পরিব্রাজকাচার্য্য
শ্রী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি
শাস্ত্রী
বেদান্তাচার্য্য, সিদ্ধান্তজ্যোতিষাচার্য্য

# ম্রাওফম্ন তাকপা

# মফোঙবগী ৱারোল

'কর্ম্মগী লম্বী' হায়বসি শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা লেংবিরকপা অহুমশুবা লাইরিকনি। লাইরিক অসিনা মণিপুরগী সমাজদা থোইদোক-হেন্দোক্না মৈতৈ (মীতৈ) সমাজদা য়াম্না ৱান্নবা পীরগনি হায়বসি এগী লেপ্পা থাজবা ৱাকম্নি। চহি ৫/৬কী মমাঙদগী মৈতৈ সমাজগী চৎনরিবা ধর্ম্মগী মওংদা করিগুম্বা অহোবা খরা লৈরমাল্লে খঙ্জবদগী করি লৈবগে হায়দুনা থিজরকপদা 'কনাদা হংগদগে হায়বা ৱাকম' অমসুং তাকপীরকপা যাই হায়না খঙ্গদুনা হংদকবদসু খঙদবননি খঙদে নঙ্গা তাক্লিংদবননি খঙদে' খঙনিংবা খরা খঙবা য়াবগী পাউখুম অমত্তা ফংলক্কে। পাউখুম পীরকপদি লায়রদুনা কনাগুম্বদি 'ধর্ম্ম থুগায়গে, চৎনবী থুগায়গে' হৌরিবনি হায়দুনা ঐবু ওন্থোক-ওন্থোকপা ৱা হায়রি। হৌজিক্কি 'কর্ম্মগী লম্বী' হায়বা লাইরিক অসিদা খঙনিংদুনা থিজবম্বা 'শোরাৎ শোনবা, লুগুণ থাংবা, কর্ম্মগী ফল, শিরগা জীবগী ফীভম' অসিন-চিংবগী পাউখুমশিং বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংগা লোয়ননা লাযনা তাকপীরক্লে। মসি ঐখোয়গী য়াম্না লাইবক যবনি।

শ্রীপরমহংসনা 'ভক্তিগী লম্বী' 'জ্ঞানগী লম্বী' হায়বা লাইরিক অনী ইবিদুনা হান্না ফোংজল্লে। 'কর্ম্মগী লম্বী'গা লোয়ননা লাইরিক অহুম অসি পুল্লগদি গীতাদা 'কর্ম্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তি'গী মরমদা তাকপীরিবা অহুগা মান্নবা হাইফেৎ অরায়বা মওংদা তাকপীরে হায়না লৌবদা থোইনা হায়মনবা থোকলোই।

কর্ম্মগী লম্বী অসিদা ঐখোয়না পারু-খণ্ডলুবা ওল্লরোইদৌবা বেদ-শাস্ত্রগী reference কয়া পীরি। শ্রীমৎপরমহংসনা মশাগী খুদোং চাদবা কয়া খাণ্ডহনা ওমখৈ লৈতনা ঐখোয়গী সমাজদা ধর্ম্মগী মরায় চায়খরক্লবা মতাংসিদা ঐগী ঐগী পোক্লকম লমদমগী তৌকম খোকপা শরুক খরদি য়াকম থোকই খনবীভ্রনা লাইরিকশিংসি ইবিরকপসি ঐখোয়গী য়াম্না লাইবক ফবনি অমস্তুং শ্রীমৎ পরমহংসদা ঐখোয়গী পুম্নিচুপ্পা লমন তোল্লবনি।

লাইরিক অসি কোণ্ডবদা পূকচেল চাউরবা ইচিল-ইনাও কয়ানা অণ্ডম্বা দান পীনবিরকপদগী কোম্না ফোণ্ডদোকচবা ওমখি। অসিগুম্বা ইচিল ইনাওশিংদা লাইরিক অসি ফোণ্ডননবা কোংনজরিবা ঐখোয়গী পুম্নিচুপ্পা লমন তোল্লবনি।

মতুংদা শ্রীমংনা গীতা অমা ইবিরক্কদৌরি। মসি ফোণ্ডবদদি পৈশা য়াম্না চণ্ডলগনি। অহুবু লৈবাক্কী অমস্তুং ঈশ্বরগী সেবানি খনবিভ্রনা শোযদনা মশেং পীবিরক্কনি হায়বসি ঐখোয়গী খাজজবনি।

পণ্ডশ্রীকালাচান্দ শাস্ত্রী অমস্তুং শ্রীঅরিবম শিবদত্ত শর্ম্মানা লাইরিক অসিগী সম্মতি ইবিরকই। মসিগীদমক এনা জ্ঞান মন্দিরগী ভরফতগী পণ্ডিত অনিবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইরিক অসিগী প্রুফ অমস্তুং অরাল-অশোয় পুম্নমক অসিগী চুমথোক-চুমশিন পুম্নমক পূকচেল চাউরবা শ্রীলাইশ্রম নীলচান্দ সিংহনা লৌবিখিবনি। মসিগীদমক জ্ঞান মন্দিরগী কমিতিনা মণ্ডোন্দা থোইদোকপা তৌবিমল খণ্ডবা উৎচরি।

অরোইবদা, ঐনা থাজৈ, পল্লেপকম লৈত্রবা মীওইবগী পুন্সিদা কনাগুম্বা মীওইবগী পুন্সিগী পন্থুংদি ঈশ্বরবুনি হায়না থাজরকপা মীওই কয়ানা শ্রীমৎপরমহংসনা ইবিরকপা লাইরিকশিংসি কুম্না মুম্না নৈনবিরগদি চংনীংলিবা লম্বীগী চংনীং-লম্বীগী লমজিং শেংরদনা ওইগনি হায়রবসি ঐগী অরেপ্পা মতনি।

ডাঃ হাওবম বারুনি সিংহ

ইম্ফাল,

প্রেসিডেন্ট,

তাং ৫।৯।৭৯ ইং

জ্ঞান মন্দির

# কর্মযোগগী মরমদা স্বা অমনিদং

প্রবৃত্তি ( চঙ্ডশিনবা ), নিবৃত্তি ( হন্দোকপা ), যোগ ( ত্তিন্নবা ), বিযোগ ( কায়নবা ), সন্ন্যাস ( জ্ঞান ভানা থাদোকপা ), ত্যাগ ( জ্ঞান ইতা ভাদনা থোক থাদোকপা ) অসিনচিংবসি কর্মগী কর্ম-মক্তনি। ত্তিন্নবস্থ কর্মনি। থাদোকপস্থ থাদোকপা কৌবা কর্মন্থনি। অদুনা যোগী খঙদে, বিযোগী খঙদে, সন্ন্যাসী খঙদে, ত্যাগী খঙদে, প্রবৃত্তিমার্গী খঙদে, নিবৃত্তিমার্গী খঙদে, কর্মগা ত্তিংনা লৈবা মক্তনি। অদুনা গীতাদা ভগবাননা হায়রিবদুনি— "ন হি কশ্চিৎ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্য কর্মকৃৎ"। অদুবু, হায়রিবা মখোয অসি কর্মযোগী মক্তরা ? নত্তে, মরমদি মখোযনা তৌরিবা চৌশিনবা, থাদোকপ-নচিংবা কর্মশিং অদুগী উদ্দেশ্য ( অপাম্বা ফংনিংবা ) অমমমদি লৈনবা ঙাক্লি। অদুনা, মখোয অযাম্বা সকাম কর্মযোগী মক্তনি হায়বা য়াই। কর্মযোগ হায়বদি কর্ম অদুগা ত্তিন্ননা লৈবা হায়বনি। তৌরিবা কমদুগী মহৈ পান্নবদি কর্মদুগা ত্তিন্নবা (কমযোগ) হায়বা য়াদ্রে। মহয় ( ফল ) দুগা ত্তিন্নবনি। অদুনা মুক্তিপদগী পামদুনা সন্ন্যাসী ওইরিবা, যোগী শারিবা মখোয়দু ফাওনা অপাম্বা অমা থম্লিবনিনা অশেংবা কর্মযোগী অমত নত্তে। অঙবা-উদবা পোৎ খুদিংমক্কী মশাদা অতৈ অমগা ঈত্তিন ত্তিন্নদনা লৈবা পোৎশক অমমম্ য়াওরি। মহাক লৈবত্তনা পোৎ অদুনা লৈবস্থ য়ারিবনি। মহয়গা ত্তিন্ননা লৈতবা কর্ম অদু ব্রহ্মস্বরূপনি, মহযগা ত্তিন্ননা লৈবা কর্মদুদি হকচাংনা কুপ্পুনা লৈবা জীবাত্মাসিগুম্বনি। ঐগীদমক্লি, নংগীদমক্লি, ঈচাগীদমক্লি, ঈশুগীদমক্লি, পোৎশক অসি-সি

যংনবগীদমক্কি হায়না তৌরিবা কর্ম মখৈ কর্ম কোন্শেং নত্তে। হকচাংসি ঐনি হায়না হায়রিবা আত্মা মখৈ অশেংবা আত্মা নত্তে, অনাত্মানি, অদুনা নিষ্কাম কর্মযোগীদি ব্রহ্মযোগীনি। অদুগা অশেংবা ব্রহ্মযোগীস্থ নিষ্কামকমযোগীতনা ভইগদৌবনি। অদুনা, শয়া হায়রবদা অশেংবা, অতৈ অমগা যাম্নদ্রবা কর্মবু সাধনা তৌরিবা মহাক অদু ব্রহ্মযোগীনি। অদুমক্তনা গীতাদা হায়রিবদুনি 'কর্ম ব্রহ্মোদ্ভবং বিদ্ধি" ।

অদুনা কর্মমার্গ কমগী লম্বী ) হাযদুনা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবনা পুথোক্পিরক্লিবসি সংসাবগী কর্মদা লম্মুক্রবা, হায়বদি অপাম্বমক লৈবক্স অসিবুনি হাযনা লেপ্পা ভমদ্রবা, তাইবঙ মীশিং অসিগীতা নত্তনা অচচ্চত্ত জীব পুম্বমকী মহা উপকার অমনি শাযনীংঙ। মরমদি "পরোপকারায় সতাং বিভূতয়ঃ...." হায়বদুনি। সাধু মহাত্মাশিংগী আরম্ব পুম্বা (তৌথোরকপা পুম্বা) পরোপকারগী-দমক্তা ভই। ইতি

ডাবিপোক, ইম্ফাল,
তাং ৩১।৮।৭৯ ইং

পদ্মশ্রী কালাচান্দ সিংহ,
শাস্ত্রী

# পরম শ্রদ্ধেয় পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীগী

## কর্ম্মগী লম্বী

জীব-জগৎ অসি কর্ম্মগী মথা পোল্লি, মীকূপ অমত্তং কর্ম্ম চৌদনা লৈবা ঙম্বা কনাস্থু লৈতে। মসি খঙলবা মীওইবনা কর্ম্মগী হৌরকফম করিনো, করিদগী কর্ম্মগী মথা পোল্লিবনো অমস্তুং মসি করম্না কোকনি হায়বসি নৈনফম থোকপনি।

মতাংসিদা উপনিষদকী মন্ত্র নীংশিংজরকই— "ওঁ ব্রহ্মবাদিনো বদন্তি" — ব্রহ্মগী হীরম নৈনবদা পূক্নীং লূপ্পবা ব্রহ্মবাদিশিংনা নোংমা মহৈ-মহৈ হংনরকই, হায়নরকই— (১) কিং কারণং ব্রহ্ম। জগৎ অসিগী হৌরকফম (কারণ) করিনো, ব্রহ্মরা? ব্রহ্মগী মশক করিনো? পোৎ পুম্নমগী মশক হোংহল্লিবা কালনা কারণ ওইবরা? স্বভাবলা? হায়বদি বস্তুশিংগী নিয়ম অমদা থবক পাঙথোক্কবা শক্তিরা?, নিয়তিরা—পুণ্য-পাপকী মশক ওইবা কর্ম্মরা? নত্রগা যদৃচ্ছা— হেক্তা ওইবরা? অমদি লৈবাক-ঈশিং অমস্তুং পুরুষ— জীব পুম্না নত্রগা অমমম্না ওইবরা? অমুম্না নৈনরকই। মতুংদা হায়খ্রিবা পুম্নমক অসিনা জগৎকী কারণ ওইবা য়াদে। মখোয়সি মহৈ-মহৈ তিন্নবনা কারণ ওইবা য়াদে, মরমদি মখোয়গী কর্ম্মদা চেতন আত্মাগী মতেং চঙই। চেতন আত্মাস্থ (জীবস্থ) মশাগী সুখ দুঃখগী মরম ওইবা পুণ্য পাপকী মথা পোল্লি। মরমসিনা হায়খ্রিবসিগী অপুনবনা অমস্তুং অমমম্না জগৎকী মূল কারণ ওইবা

রাদে। খঙনিংলিবহুগী মপা চাবা পাউখুম পীবা তাবনি, অদুনা রাহংস্থ অপূনবা অমস্থং অমমম শন্দোক্লা য়েংবা তাবনি।

(২) "কুতঃ স্ম জাতাঃ"—হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগা পুল্লবা ঐখোয় জীবনা কদায়দগী হৌরকপনো? পোক্লকপনো? বিশেষ-দর্শী— জীবাত্মাগী পোকপা, হোংবা ওইখোক্কে, পোকপা শিবা হকচাংগীনি, পোক্কবা আত্মাস্থ হকচাংগী মরীদগী পোকই।

রাহং অমনা—"জীবাম কেন, ? ক চ সম্প্রতিষ্ঠাঃ ?" স্মষ্ঠ পোক্লবা ঐখোয়না করিনা হিংলি? (স্থিতিগী হীরমদা হংবনি) মথংদা প্রলয়দা (অরোইবদা) কদায়দা লৈকই? অমস্থং অকনবা কনানা চিংহুনা, ঈনশিন্দুনা ঐখোয় পুম্বনা অরাবা-মুংঙাইবগী লম্বীদা খোঙদারি। হায়বদি মুংঙাইবতা পাম্লিবা জীববু অরাবা লম্বীদস্থ ইনশিল্লিবা মহা শক্তিদো কনানো?

ব্রহ্মবিৎ পুম্বসিনা তর্কনা— মহৈ-মহৈ খন্ন-নৈনবনা মূল কারণদু লেপ্পবা ঙম্লক্ত্রবদা ধ্যানযোগ—পুক্নীং য়ুংনা য়েংখি, মাদুদা উপ্রে—

"তে ধ্যানযোগানুগতা অপশ্যন্, দেবাত্ম শক্তিং স্বগুণৈর্নিগূঢাম্ ।
যঃ কারণানি নিখিলানি তানি, কালাত্মযুক্তান্যধিতিষ্ঠ ত্যেকঃ ॥"

অরাইবা অর্থ:— ধ্যানযোগদা চঙশিনগ্রবা ব্রহ্মবিৎশিংনা উখরে— মাহুদি স্বগুণ, সত্ব, রজঃ, তমঃ না, মাদুগী কার্য্য ওইবা বুদ্ধিনচিংবনা খুপ্লবী য়োম্লবী (বিচারনা শেংনা খঙঙমদ্রবী) স্বয়ং-প্রকাশ পরমাত্মাগী শক্তিবু ঈশ্বরগী মথা পোল্লিবী কার্য্যকারিণী মায়াবু জগৎকী কারণনি খঙখরে। অমত্তা ওইবা পরমেশ্বরগী কালদগী হৌহুনা পুরুষ (জীব) শেম্বা মথক্তা নৈনগ্রবা কারণ

পুম্বনু পরিচালনা তৌরি। হায়বদি কালনচিংবগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী শক্তিবু উথরে।

হৌজিক অসি লৌবা য়ারে— মহুদি শক্তিগা (উপাধিগা) লোয়নরবা ব্রহ্মনা জগৎকী মূল কারণ ওইবা য়াই। কেবল ব্রহ্মনা কারণ ওইবা য়াদে, মরমদি ব্রহ্ম নিষ্ক্রিয়নি, প্রকৃতি মায়াতনস্থু কারণ ওইবা য়াদে মরমদি প্রকৃতি জড়-অচেতননি। প্রকৃতি মায়া শক্তি উপাধিগা লোয়নরবা ব্রহ্মনা জগৎকী মূল কারণনি হায়বনি। ব্রহ্মবিৎশিংনা উথিবা "দেবাত্মশক্তি" অসিগী অর্থ মখল কয়া লৈখরে মফমসিদা লোইনা ইবা ওইগোক্তরে। অসিমতং নীংশিংনিংই—

গীতাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ—

ময়াধ্যক্ষেণ প্রকৃতিঃ সূয়তে সচরাচরম্।

"প্রকৃতি মায়ানা পরমেশ্বর ঐগী অধ্যক্ষতাদ (ঐগী প্রেরণাগী মতয় ওইনা) চরাচর জগৎ পুম্বা শেম্বনি।"

ব্রহ্মবিৎশিংনা দর্শন তৌথিবা জগৎকী কারণ অসি অশেং-বদি মশক অমত্তমক্নি, অহুবু অয়াম্বা শক্তমদা ফোঙদোক্নি, মরম অদুনা মাদুবু সংসার রথ চক্রগী মশক ওইনা তাকপীরম্বী অমসুং তুরেনগী শক্তমদসু খঙহনবিরম্বী।

হৌজিক সংসার অমসুং মুক্তিগী উপায় উহনবিরি—

সর্ব্বাজীবে সর্ব্বসংস্থে বৃহন্তে, অস্মিন্ হংসো ভ্রাম্যতে ব্রহ্মচক্রে।
পৃথগাত্মানং প্রেরিতারঞ্চ মত্বা জুষ্টস্ততস্তেনামৃতত্বমেতি॥

কার্য্যকারণগী মওংদা তাববা জগৎকা লোয়ননা ব্রহ্মতত্ত্ববু তুরেনগী মওংদা, সংসার ব্রহ্মচক্রগী মওংদা বর্ণন তৌখরে। কার্য্যকারণগী মশক ওইরবা ব্রহ্মচক্র অসিদা জীবনা করি মরমদগী তাখিত্নুনা সংসারী ওইখিবনো অমসুং করম্বা উপায়না মুক্ত— লাম্থোকপা ওইগনি— সংসার অমসুং মুক্তিগী উপায়শু তাকপিরি— "সর্ব্বাজীবে" ইতি—জীবপুম্বগী পোক্ষম অমসুং হনজিনফম ওইরবা চাউরবা ব্রহ্মচক্র। সংসারচক্র অসিদা হংসনা ( সংসারগী লম্বীদা চঙশিল্লক্নুনা জীবনা) দেহ ইন্দ্রিয়নচিংবদা আত্মানি হায়না নীংলরে, মরম অদুনা দেব, দানব, মানব, পশু-পক্ষিনচিংবগী মখল মখলগী পোক্ষম লমতুদা কোয়রি অমুম্না কোয়তুনা হঙৎ-হন্দা চৎলি।

করি মরমদগী হংস— জীবনা নানা যোনিদা কোয়রিবনো? পাউখুমদা তাকপিরি—"পৃথক আত্মানং প্রেরিতারং চ মত্বা" হায়বদি জীবাত্মাবু অমসুং ইনশিনবিবা পরমেশ্বরবু পৃথক ভাবতা—"ঐনা অমনি, অমসুং পরমেশ্বরনা অতোপ্পা অমনি, অমুম্না তোঙানবা মওংদা নীংলুবা খঙলুবননি। হায়বদি জীবাত্মা পরমাত্মাবু তোঙাম্বনা খঙবদগী সংসার চক্রদা তারিবনি। হৌজিক মুক্তিগী উপায় তাকপিরি— "জুষ্টস্ততস্তেনা মৃতত্বমেতি"— হংস-জীব অসিনা অমসুং পরমেশ্বরবু অভেদভাব—ঐকান্তিক ওইনা সেবা তৌজরগা পরমাত্মাভাব ফংলুনা অমৃত ওই। অমুম্না তত্ত্বজ্ঞানদগী অমৃত ওই। তত্ত্বজ্ঞান ফংনবা পাম্বৈদি কর্ম্মনি। সেবা কর্ম্মসি করম্না তৌবা হৌনৈ হায়বা তাকপীবা শ্রদ্ধেয় স্বামীজীগী কর্ম্মগী লম্বীনি ( হায়বনি )। খবক খোৌরমগী মতেংনা জীবাত্মানা

পরমাত্মাগী সংযোগ ( অরেপ্পা মরী ) কর্ম্মযোগনি, মতুবু কর্ম্মগী লম্বী হায়বনি। জীবগী কর্ম্ম নত্তনা গতি অমা লৈত্রবনি, অতুবু কর্ম্মচক্র অসিদগী লৈথোকপা নাম্থোকপা পাম্বা মীওইশিংগী-দমক্তদি কর্ম্মফলগী মখা পোন্দনবগীদমক অতুম্বা কৌশলদা কম্ম তৌবা চুম্বনি, কৌশল কর্ম্মতুবু কর্ময়োগ—কর্ম্মগী লম্বী হায়বনি। কর্ম্মদা কৌশল হায়বদি পুনশিনবনা হৌনশা ওইবা কর্ম্মশিংগী হৌনশাতুবু সমতাভাবনা মাংহনবা, অমদি ঈশ্বরগী সেবা আরাধনাগী মওং তাহন্দুনা মোক্ষগী পাম্থৈ ওইহনবনি—মসিমক কৌশলযোগ হায়বনি।

শাস্ত্রনা যূম্মম ওইবা লম্বী নত্তনা কর্ম্মচক্রদগী লৈথোক্নবা উপায় লৈতে, শ্রুতি স্মৃতি প্রমাণসিদ্ধ ওইবা "কর্ম্মগী লম্বী" অসিনা অশেংবা থৌরমদা চময়রবা ঐখোযগী লংলবা লমজিং মৈবা ওইগনি। শ্রোত্রিয় অমদি ব্রহ্মনিষ্ঠশিংনা লমজিংলকপা ভারত কর্ম্ম ভূমিনি। পরোপকারগীদমক্তা সন্তশিংনা শরীর ধারণ তৌতুনা লৈ, অসিগুম্বা সন্তশিংদা ঐখোয়গী শ্রদ্ধা ঈশ্বরনা পীনবিসনু।

ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল
তাং ১০। ৯। ৭৯ ইং

শ্রীঅরিবম শিবদত্ত শর্ম্মা
তর্ক তর্ক তীর্থ, ন্যায় ব্যাকরণ রত্ন।



# কর্ম্মগী লক্ষ্মী

## রাহৌদোক

### ওঁ শ্রীগণেশায় নমঃ

আ নো ভদ্রাঃ ক্রতবো যন্তু
বিশ্বতোঽদব্ধাসো অপরিতাস উদ্ভিদঃ।
দেবা নো যথা সদমিদ্‌ বৃধে
অসন্নপ্রায়ুবো রক্ষিতারো দিবে দিবে॥

(ঋগ্‌বেদ ১।৮৯।১)

ভদ্রাঃ ক্রতবঃ = অফবা থবক তৌনবগীদমক চাওখৎপা ওমহনবা নীংথিবা সংকল্পশিং (অরেপ্পা ৱাখল্লশিং), বিশ্বতঃ = মতম পুম্নমক্তা মায়কৈ নবিমতুংগী, নঃ = ঐখোয়গী পুক্নীংদা, আযন্তু = লাকপা ওইসনু। দেবাঃ = অতুগা দেবতা পুম্নমকসু, যথা = মতৌ অসুম্না, নঃ = ঐখোয়গী, বৃধে = চাওখৎপদা, অদব্ধাসঃ = অমাংঅতা তোননদবা, অপরিতাসঃ = থৈখায়-থিংগায় তৌবীদবা, উদ্ভিদঃ = তৌবিবা থবক্তা অথবা মকুয় মবোং পীনবিবা, সদমিৎ = মতম পুম্নমক্তা ওইবিসনু। মসিদা নত্তনা মখোয় (দেবতাশিং) দিবে দিবে- নুমিৎ খুদিংগী অতৈংপা লৈতনা, রক্ষিতারঃ = ঐখোয়বু ঙাকপি-শেনবিবা, অপ্রায়ুবঃ = অতুগা লায়থোকপা লৈতনা হেংবা-খোংপিবা, অসন্ = ওইবিসনু॥

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ॥

লেঙ্ঙলি-পাশিনা তাইবঙপানবা অসিদা লৈরিবা জীব পুম্নমক্কী মঙ্গন্দা মীওইবসি খ্বাইদগী অথোইবা থরাং পানবনি হায়না অসিদা কনা অমত্তগী মত খেন্নবা লৈতে। মীওইবা নত্তনা অতোপ্পা জীবশিংগী মপোক অসিদি মখোয় মখোয়না হান্না তৌজখিবা কর্ম্মগী মতুংইন্না মহৌগী মতম অহা-ন্নুংঙাইদা য়ংনরগী দমকনি মপোক অসিদা পাপ-পুণ্যগী থবক তৌবগা মহৌগী মতম অইনা পাপ-পুণ্য ফংননবা মপোক নতে। মরম অসিনা ঈশ্বরনা পীবা মখোয়গী লৌশিং অহনা লিংহনা লৈননবা অমম্তং মখোয় কঞ্জনবা ফোংনবা অসি মখোয়গী মথৌনি, মসি নত্তনা মহৌগী পাপ পুণ্য ফংবা যাবা অতোপ্পা থবক অমত্তা লৈতে। অদুগা মীওইদগী মপোক্কি মখোয়না তৌখিবা থবকশিংগী মহৌ, অর্থাৎ চাংইবদা নত্তনা মপোক অসিদা অমক হন্না পাপ-পুণ্য অমাশিন্নবনি। মরম অসিদগী মীওইবদা পুণ্য ওইবা থবক বরিবা অমসুং পাপ ওইবা থবক করিনো হায়বা অসি খঙনবা বুদ্ধি (লৌশিং) লৈ। লৈবাক লৈবাক্কী মতুংইন্না অমসুং মখোয় মখোয়গী লৌহনা চংপা ধর্ম্মগী মতুংইন্না পাপ-পুণ্যগী থবকশিংদা খরা খেন্নবা লৈবমক মীওইবনা অক্ষ-ফক্ত পাপ-পুণ্যগী মরমদা মখোয়দা লৈরিবা বুদ্ধি অহৌদগী বিচার তৌবগা থবক তৌবা অসিদি বরিমত্তা খেন্নদে। অহৌবু হৌজিক্কী মতমদা অযাম্বা মীনা পাপ-পুণ্যগী অক্ষ-ফক্ত খঙলবসু মহৌগী রাখল পূম্নমক থাদোক্কুনা, হৌজিক হিংহনা। লৈবিবগী অসিদা মশা মশাগী কবি ওইজবা (কান্নবা) য়াগদগে হায়বসি খনবদা মখোয়গী বুদ্ধি অহৌ থিংজীল্লি। মখোয়না অতোপ্পগী অমাঙ-অতা অমসুং

## হাহৌদোক

অরা-অনা থোক্কদবা লৈবক্সু মশাগী শবা বাক্সগদবা উদবদি পাপ-পুণ্যগী মরমদা কবিস্ত খন্দনা থবক অডু পাঙথোক্কবগীদমক মখ মখা অযাম্বা উপায় শিহুনা অমসুং শৌগনা লৈ ; অদুগা থবক অদুদগী শিবক মতুংদা মহয় ওইনা কক্সা মপোক ফংগদগে অমসুং কক্সা অরা-অনা ফংগদগে হায়বা অসিদি মসিংতা খন্দে। ধর্ম্ম বলিদো, ধর্ম্ম কলিদো হায়বা অসিগী মাখল দি খোমলনা পুমথা থাদোক্কনা পাংথো। অসিগী মপাংথোকপা হেন ওইনা হিংজনা লৈরিবা মনম অসিদগী পূর্ণাং অপম্বা অমসুং মুংঙ্গাইনা লৈবা মমদে। মসা মশাগী কান্নবা থেংনবা লৈবা মবমদগী অমমা অমবু থেংদে ; মতমদগী হনবা অমগী থেক্কবা ওইহনা লৈ। অমগী মথমদা অমগা চিন্নবা মাখল লৈবা মবমদগী কবিগুস্থা মতমদগী পূর্ণাং মবা লাম্না পম্বা (লৈবা) উমদে। হায়রিবা হাশিং অসি মা পুম্নমক্না নীথিনা। খঙলিবনি। অদুবু মডু পাদোক্কবা উপায় তৌবগী মঙম্বা লেপ্পা পূর্ণাং শিংজিন্দুনা হম্মি। মতৌ অদুম্না ধর্ম্ম-কর্ম্ম লৈরবা মবমদগী হুদি লৈ হায়নলিয়া। মীওইবা জাতি অসিদ শা-ডোগী মতৌগুম ওইশিনরে, মথোরগা নিঙমত্তা থেম্নবা লৈরক্তে। শাস্ত্রকারশিংনাদি মীওইবগা অমসুং শা-ডোগা ববি থেঙনবগে হায়রা অসি অস্তম্বা তাক্লি—

আহারনিদ্রা ভয়মৈথুনঞ্চ
সামান্যমেতৎ পশুভির্নরাণাম্।
ধর্ম্মো হি তেষামধিকো বিশেষো
ধর্ম্মেণ হীনাঃ পশুভিঃ সমানাঃ॥

"চাবা-থকপা, তুম্বা-হাপ্পা, অবি-অথং, লুপী-নগাগা শম্নবা 'অসিনচিংবা পূম্নমক অসিদি শা-ভা অমম্তং মীওইবদা ববিমস্তা খেন্নদে। মখোয়দা যাম্না খেন্নবা ফাযবব্ ধম্মমক্তনি। ধম্ম লৈতবা মীশিংদি শা-ভাগা চপ মাৰৈ, কবিম্ভ খেন্নবা লৈতে।"

মরম অসিদগী শা-ভাদগী খেন্নবা লৈহুনা ধম্ম-কম্মগী লম্বাদা চংপা ভম্ননবা মীওইববু বেদ ভগবান্না অস্থ্য়া পাউতাক নীংথনা পীরি—

**সংজানাধ্বং সংপৃচ্যধ্বং সং বো মনাংসি জানতাম।**
**দেবা ভাগং যথা পূর্ব্বে সংজানানা উপাসতে ॥১॥**

**সমানো মন্ত্রঃ সমিতিঃ সমানী**
**সমানং ব্রতং সহ চিত্তমেষাম্।**
**সমানেন বো হবিষা জুহোমি**
**সমানং চেতো অভি সংবিশধ্বম্ ॥২॥**
**সমানী ব আকূতিঃ সমানা হৃদয়ানি বঃ।**
**সমানমস্তু বো মনো যথা বঃ সুসহাসতি ॥৩॥**

(অথর্ব্ব ৬।৬৪)

সংজানীধ্বং = চপ মান্ননা লৌশি শিংননবা হোৎনৌ, সংপৃচ্যধ্বং = চপ মাননা অমনা অমগী মৎ। খমনৌ বঃ মনাংসি জানতাম্ = নখোয়গী মন (পূক্নাং) ব্রাখল অমগ্তা ওইহনা অমনা অমগী মনবু (পূক্নাংবু) খঙউ; যথা সংজানানা পূর্ব্বে দেবাঃ ভাগং উপাসতে = মমাংদৈদা হৌখিবা পূর্ব্বীং চাউনা জানীশিংনা

মখোয়গী মথৌ নাইংথিনা খঙদুনা মথৌশিং অহ্ কাযদনা তৌখিবম্মী, মতৌ অসুম্না নখোয়সু নথৌশিং নাইংথিনা তৌ ॥১॥

মন্ত্রঃ সমানঃ=নখোয়গী অথূপ্পা বিচার চপ মান্নবা থমউ, সমিতিঃ সমানী=নখোযগী সভাসু মী পূম্নমক্কীদমক চপ মান্নবা থোঙ হাংদোক্নবা থম্মু. সংব্রতং সমানং=পূম্নমক তিন্নহনা নখোযগী নথৌ পাঙথোক্নবা উপায তৌনদসু চপ মান্নগদবনি; এষাং চিত্তং সমানম্=মীওইবা নখোযগী পুক্নী সু অমত্তা ওইনা থমগদবনি; সমানং চেতঃ অভিসংবিশধ্বম্=মতৌ অসুম্না পুক্নীং চপ মান্নহনা নখোযগী তৌদবা থবক পূম্নমক তৌ, বঃ সমানেন হবিষা জুহোমি=মবম অসিদগী এহাক (মন্ত্রদ্রষ্টা ঋষিনা) নখোয পূম্নমক্নু অমত্তা ওইনা য়েংহনা নখোয পূম্নমক্কীদমক অমত্তা ওইনা হোম (যজ্ঞগী আহুবগীয কৌবা মৈদা স্বাহাকার তৌহনা লাইশিংদু পেন্নবা পীবা পোৎ) পীবি ॥২॥

ব০ আকূতিঃ সমানী=নখোয পূম্নমক্কী সংকল্পসু অমত্তা ওইনসু, বঃ হৃদযানি সমানাঃ=নখোযগী থম্মোইসু অমত্তা ওইনা লৈনসু বঃ মনঃ সমানং অস্তু=নখোযগী মনসু (পুক্নীংসু) অমত্তা ওইনসু, যথা বঃ সহসু অসতি=মতৌ অসুম্না ওইরবদি নখোয় পূম্নমক তিন্নহৌরগনা যুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি ॥৩॥

মতৌ অসুম্না বেদনা পীরিবা পাউতাক অসিগী মতুংইন্না মীওইবনা বিচার তৌরগা ধর্ম্ম কর্ম্মগী লম্বীদা চংলগা থবক তৌবা হৌববদি শাংদোগী খেন্নবনা অথোইবা খুবম যংবা ঙমগদবনি। অচং-চঙ জীব পূম্নমক অসি অমত্তা ওইবা পরমাত্মাদগী

পোকলকপা মরমদগী অশেংবা মওংদা অমত্তো ওইদবস্থ, খাই-দোক্তুনা লৈবা মবমদগী অথোই-অহেন, অচৌ-অপীক নাইদুনা লৈবগুম অমস্তুং খেম্নবগুম তৌবতনি। হাযরিবা খেন্নবা অসি লৌরগা জীবশিংনা পঙবা মরমদগী (খংদেবদগী) মশা মশাগী ওইজবা থিজিন্নরক্তুনা অয-ফত্ত থবক পূম্নমক তৌরিবনি, অদুগা মতুদগী মহয় ওইনা ফংবা অৱা নুংঙাইববু চাদুনা সংসাব অসিদা কোয়দুনা অচৌ-অপীক নাইদুনা লৈরিবনি। অদুবু অচৌ-অপীক নাইনা লৈরিবা তৌল-বাদদগী তৌদুনা ব্রহ্মা বিষ্ণু যাওবা জীব পূম্নমক অসি পরমাত্মা নহেনা অতোপ্পা নত্তে হায়বা অসি বেদনা অস্তুম্না তাকলি—

**ইন্দ্রং মিত্রং বরুণমগ্নিমাহু—**
**রথো দিব্যঃ স সুপর্ণো গরুত্মান্।**
**একং সদ্বিপ্রা বহুধা বদন্ত্য—**
**গ্নিং যমং মাতরিশ্বানমাহুঃ।**

(ঋগ ১। ১৬৪। ৪৬)

“ঋষিশিংনা মহাকপু (পবমাত্মাবু) ইন্দ্র, মিত্র, বরুণ অমস্তুং অগ্নি (মৈ) হায়না বৌবমই, মহাক আকাশদা কোয়দুনা লৈবা অমস্তুং নীংথিবা মশা পানবা উচেকস্নুনি (মতোল অবেংবা লোয়নবা লৈবা নুমিৎস্নুনি)। মহাক অমত্তা ওইনা লৈববস্থ ঋষিশিংনা মমিং যাম্না পী (থোল্লি), মখোযনা মহাকপু (পরমাত্মাবু) অগ্নি, যম, মাতরিশ্বা (নুংশিৎ) অসিনচি’বা হায় (অসিনচিবা মিং থোল্লি)।”

**পুরুষ এবেদং সর্ব্বং যদ্ভূতং যচ্চ ভাব্যম্ ॥**

( ঋগ ১০।৯০।২ )

"ভাইবঙপানবা অসিদা লৈপ্লিবা, লৈবিবা অমসুং লৈরক-কদৌবা অচং-চত্ত পোং পূম্নমক অসি পূম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা পরমাত্মামকনি।"

**পাদোঽস্য বিশ্বা ভূতানি ত্রিপাদস্যামৃতং দিবি ॥**

( ঋগ ১০।৯০।৩ )

"জীবজগৎ পূম্নমকসি মাগী (পরমাত্মাগী) শরুক মবি থোক্লা খাযরগা শরুক অমনি, মাগী শরুক অহুমদি অমৃত ওইনা, মাগী অশেংবা মঙাল ওইবা মওংদা লৈ।"

মবম অসিনা মীওইবা অসি অমৃতগী ( পোকপা শিবা নাইদবা পরমাত্মা পবব্রহ্মগী) মচানি। অমুত্মক মহাক্কী মশকনি। অমৃতদা চঙজদ্রনা মহাক লৈবিবনি, চংলিবনি অমসুং চাওখৎ-লিবনি। অমৃতবু ফংনবা হোৎনবসি মহাক্কী অথোইবা মথৌনি। অমৃতগী মশক ওইনা লেঙদনা লৈবা ফংবসি মীওইবগী মপোক অসিগী মহয ওইনা ফংননবা হোৎনগদবনি। মসি ফংননবা হোৎনবা অসিদা মাগী মপুঙ ফানা অধিকার ( মনিংতৌনা তৌবা ঙম্বা শক্তি ) লৈরিবনি। মসিদগী ভাবত্কী ত্রিকালদর্শী ঋষি-শিংনা সংসাব পূম্নমক্কী মীশিংবু কৌহ্নুনা মখোয়গী পোকপদগী ফংবা অধিকাব অসিবু তাকই। হায়রিবা অধিকার অসি স্নুপ্পা জাতি অমত্তংগী নত্তে, জাতি পূম্নমক্কীনি। সমাজ অমত্তংদগী নত্তে, সমাজ পূম্নমক্কীনি। মরম অসিনা অমৃত অদুদা চঙনবা থোঙ অদুস্নু মী পূম্নমক্কীদমক সতম পূম্নমক্তা হাংহ্নুনা লৈরিবনি;

সুপ্পা অরাকপা মীশিংনা লম্বী খেন্ন-খেন্ননা শাকপদনি। লম্বী খেন্নরবস্থ মায়কৈ চুম্না লাক্লর্বদি থোও অহ্ যৌহ্না মহুগী মনুংদা য়েখায়-থিংগাইবা লৈতনা মীনা চঙবা য়াই। পোকপা-শিবা অসিদি মীগী হৌনশা নকে, হৌনশাদি অমৃত ওইনা লৈবসীনি। হৌনশা ওইবা অমৃত অহ্ ফংনবগী থোও য়ৌনবা লম্বীশিং অহুগী মন্নুংদা কর্ম্মস্থ লম্বী অমনি। লম্বী অসিদা মাযকৈ চুম্না চংলবদি থোও অহ্ যৌরগা অমৃতগী মশক ওইবা পরমানন্দা চঙনা অমত্তা ওইনা লৈবা ঙমগদবনি; অহুগা মায়কৈ চুমদ্রবদি পোকপা-শিবা নাইবা সংসার অসিদা কোযহুনা লৈগদবনি। মরম অসিদগী অমৃতগী মশক "এ" কনম্না ওইগনি? এদি পাঙ্গল লৈত্রবা অশোনবা অপঙবা মা অমনি, অরা-মনানিংরবনা মতম পূম্নমক্তা খুদোং চাদনা লৈবিবনি, অমৃত কংবা ওইথোক্কবনি অসিনচিংবা রাখল থাদোক্লুনা পূক্নীংদা চিন্নবা লৈতনা কর্ম্মগী লম্বী অসিদা মাযকৈ চুম্না চঙশিন্নবা হোংনগদবনি। মশাবু তোতি, পাঙ্গল শোতি, পঙউ অসিনচিংবা খন্দুনা লৈথোক্লবদি কনাগুম্বা অমত্তা কবিগুম্বা থবক অমত্তস্থ তৌবা ঙম্লোই। গীতাদা শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু অস্মুম্না তাক্লি—

> ক্লৈব্যং মা স্ম গমঃ পার্থ নৈতত্ত্বয্যুপপদ্যতে।
> ক্ষুদ্রং হৃদয়দৌর্ব্বল্যং ত্যক্ত্বোত্তিষ্ঠ পরন্তপ॥
>
> (গীতা ২।৩)

"পাঙদবা অহ্ থাদোক্লো হে অর্জ্জুন। (অমৃতগী মশক ওইবা) নঙোন্দা পাঙদবা লৈ হায়না ভৎপা অসি চুমদে।

করিস্থ লৈতবা পুক্নীংগী অশোনবা অত্ত থাদোক্লগা নথৌ তৌগে হায়না লেপ্পুনা তৌগৎলো, মরমদি নহাক পাঙ্গল য়াম্না চাউবনি (মীওইবনা তৌগে হায়না লেপ্লবদি মাবু থিংবিনীঙাই অমত্তা লৈতে, মহাক্কী মনুংদা পাঙ্গল য়াম্না লৈ)।"

**উদ্ধরেদাত্মনাত্মানং নাত্মানমবসাদয়েৎ।**

**আত্মৈব হ্যাত্মনো বন্ধুরাত্মৈব রিপুরাত্মনঃ॥**

(গীতা ৬।৫)

"মশাগী উদ্ধার (অৱাবনচিংবা পুন্নমক্কগী লান্থোক্লবা উপায়) মশানা তৌগদবনি, মশাবু কদোইউদস্থ অৱাবদা তাহল্লোইদবনি। (মশানা মশাবু ঙাক্লবদি) মশামক মশাগী মরূপনি, অদুগা (মশানা মশাবু ঙাক্তবদি) মশামক মশাগী য়েৱবনি।"

মবম অসিদগী মশাবু মশানা ঙাক্লবগীদমক অচুম্বা লম্বীদা চংপা অসি মা পুন্নমক্কী মথৌনি, মসিদগী কদোইউদস্থ লায়থোক্লোইদবনি। লায়থোক্লবদি পোকপা-শিবা নাইবা সংসার অসিদা অৱাবদা ফংদুনা লৈগনি হায়বা অসিদা কবিমত্তা চিংনফম লৈতে। অদুগা থাঙ্গৈশেংবা মশাবু ঙাকপা অসিদি অমৃত ফংদুনা অমৃত ওইনা লৈবনি; মরমদি মসিতদা সংসারগী অৱা-অনাদগী মশাবু ঙাকপা ঙমগনি। আসগুম্বা ফীবম অসি ফংনবা লম্বীশিংগী মনুংদা অথোইবা ওইনা লম্বী অনীদং শ্রীভগবান্না তাকই—

লোকেঽস্মিন্ দ্বিবিধা নিষ্ঠা পুরা প্রোক্তা ময়ানঘ।
জ্ঞানযোগেন সাংখ্যানাং কর্ম্মযোগেন যোগিনাম্ ॥
(গীতা ৩।৩)

"মমাঙবৈঙেদা (সৃষ্টি শেম্লবা মতমদা) সংসাব অসিদা ঐনা (শ্রীভগবান্না) প্রবৃত্তিমার্গ (কর্ম্মগী লম্বী) অমস্তং নিবৃত্তিমার্গ (জ্ঞানগী লম্বী) অনী অসি তাকখি। অনী অসিগী মনুংদা জ্ঞানগী লম্বীদা জ্ঞানীশিংনা চৎলী, অদুগা কর্ম্মীশিংদি (কর্ম্ম তৌবা মীশিংদি) কর্ম্মগী লম্বীদা চৎলী।"

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না তাক্লিবা লম্বী অনী অসিগী মনুংদা কর্ম্মগী লম্বী অসিস্ত সকামভাব (কর্ম্মগী মহয ফংননবা ৱাখল) তৌদুনা চৎনবা লম্বী অমস্তং নিষ্কামভাব তৌদুনা (মহয় ফংনীংবা ৱাখল থাদোক্লগা) চৎনবা লম্বী হায়না অনী থোক্লা খাযরি। সকামভাবকী লম্বীদি চুমদবা লম্বীনি, মসিদা চৎলবদি সংসার ফংদুনতা নৈগনি। অদুগা নিষ্কামভাবকী লম্বীনা তচুম্বা লম্বীনি, মসিদা চৎপদি অমৃত ফংই। অদুবু সকাম অমস্তং নিষ্কাম কর্ম্মদা কর্ম্মগী মওং কবিমত্তা খেন্নদে, সৃপ্পা বিশেষণ ওইবা ভাবনা (ৱাখল) খেন্নবদগী লম্বী অসিদা খেন্নবনি। মবম অসিদগী সকাম্ কর্ম্মগী মওং খঙদনা নিষ্কাম কর্ম্মগী মওং খঙবা যাদে। মতৌ অসুম্না কর্ম্মগী লম্বী অসি যাম্না পাক-চাউই, খজিল্লুববদি মসিগী ৬মখৈ নৈতে হাযবসু যাই। অদুমক ওইদুনসু মরুওইনা খঙগদবা অমস্তং খঙলগা মদু তৌবদগী কান্নবা পোকপা কর্ম্মশিংগী মবমদা খন্দূনা লাইরিক অসিদা ইননবা হোৎনগনি।

---

# কর্ম্ম কদায়বু কৌই

ইচম চম্না হাযরবদি—"ক্রিযতে ইতি কর্ম্ম" তৌববু কর্ম্ম (থবক) কৌই। হাযবিবা কর্ম্ম অসি হকচাংনা, মননা (পুক্নীংনা) অমস্তুং ৱানা (ৱা ঙাঙনবা ইন্দ্রিয়না) তৌবা খেন্নবদগী অহুম থোক্লা খায়। মখোযবু মথং মনাও নাইনা শারীরিক কর্ম্ম, মানসিক কর্ম্ম অমস্তুং বাচিক কর্ম্ম কৌই। কর্ম্ম অহুম অসি তৌদনা কনাগুম্বা জীব অমতা মীৎকুপ অমত্তঃ ফাওবা হিংদুনা লৈবা ঙমদে। হিংদুনা লৈবা মতমদা জীবনা কর্ম্ম অহুম অসিগী মনুংদা কর্ম্ম অমদি শোয়দনা তৌদুনা লৈ। মসিগী মরমদা শ্রীভগবান্নস্থু অস্থুম্না হায—

**ন হি কশ্চিৎ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ।**
**কার্য্যতে হ্যবশঃ কর্ম্ম সর্ব্বঃ প্রকৃতিজৈর্গুণৈঃ।**

(গীতা ৩।৫)

"সংসার অসিদা কনাগুম্বা অমত্তা কদৌঙৈদস্থু মীৎকুপ অমত্তং ফাওবস্থু কর্ম্ম (থবক) তৌদনা লৈবা ঙমদে। মবমদি স্বভাবকী মখা পোন্দুনা জীব পুম্নমকপু প্রকৃতি (মায়া) দগী পোক্লকপা সত্ত্ব, রজ অমস্তুং তম গুণ অহুম অসিনা কর্ম্ম (থবক) তৌহন্দুনা থমই।"

মথক্তা হাযরিবা থবক অহুম অসিবু অফ-ফত্ত খেন্নবদগী অনী থোক্লা খায়। অফববু পুণ্য-কর্ম্ম অমস্তুং ফত্তববু পাপ-কর্ম্ম কৌই। অদুবু করম্বা থবক্লা অফবনো অদুগা করম্বনা ফত্তবনো

হায়বা অসি কনা অমত্তা নীংথিনা লেপ্পা। তমস্তুং খংঙবা ঙমদে। মরমদি কর্ম্ম অসি য়াম্না রহস্য ওইবা (তংগ্না) পোৎ অমনি। মীনা অফবনি হায়নবা থবক অদু মতম অমদা ফত্তবস্থ ওই, মদুগী মহয়স্থ যত্তে। অদুগা ফত্তবনি হাযনবা থবক অদু অযবস্থ ওই, মদুগী মহয়স্থ যৈ। মসিদগী "কর্ম্মণো গহনা গতিঃ"— কর্ম্মগী লমচৎ য়াম্না লুই হাযনবিবনি। মরম অসিদগী ত্রিকালদর্শী (মতম অহুম্মক্তা থোকপা থবক উবা) ঋষিশিংনা সমাধিগী যীভমদা পরমাত্মাদগী ফংবা, বেদনা তৌ হাযনা তাকপা থবকশিং অদু পুণ্যকর্ম্মনি, অদুগা মখোয়বু বৈদিক কর্ম্ম হায়না কৌই। বেদনা তৌগনু তাকপা কর্ম্মশি দি পাপকর্ম্মনি। মতৌ অস্থুম্না বেদগী মতুং ইন্না চৎপা মনুস্মৃতিনচিংবা স্মৃতি শাস্ত্র, পুরাণ ইতি-হাসনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিংনা তৌ হাযনা তাকপা থবকশিংস্থ পুণ্য কর্ম্মনি, মখোয়বু স্মার্তকর্ম্ম হাযনা কৌই। অদুগা ধর্ম্মশাস্ত্রশিং অদুনা তৌগনু হায়না তাকপা থবকশিং পাপকর্ম্মনি। বেদ অমস্তুং ধর্ম্মশাস্ত্রশিংনা তৌ হায়নস্থ তাক্তবা অদুগা তৌগনু হায়নস্থ থিংদবা অমস্তুং মদুশিং অদু তৌবদা পুন্নীদা চিংনবা পোক্তবা, পুন্নীং মকা লাম্না হরাও-হরাও তৌবা য়াবা, ব্যবহারগী অচম্বা থবক পূম্নমকপু পুণ্য য়াম্না নৌবা থবক নত্রবস্থ পাপ ওইবা থবক নত্তে হায়বা অসি খঙগদবনি; অদুগা মদু তৌবদা পুক্নীংদা চিংনবনচিংবা পোল্লবদি থবক অদু পাপকর্ম্মনি খঙগদবনি; ঙম্বা মথৈ অসিগুম্বা থবক অসি তৌদনবা হোৎনগদবনি। মনুনস্থ অস্থুম্না হায়রি—

**বেদঃ স্মৃতিঃ সদাচারঃ স্বস্য চ প্রিয়মাত্মনঃ।**
**এতচ্চতুর্ব্বিধং প্রাহুঃ সাক্ষাদ্ধর্ম্মস্য লক্ষণম্॥**

(মনুঃ ২। ১২)

"বেদ অমসুং স্মৃতিনা তাকপা থবক, অযবা সাধু ওইবা মীনা চংপা অমসুং ভৌবা থবক, মশামক্তসু মহ তৌরগা নুংঙাইবা পোকপা অমসুং ভৌনীংবা থবক মরি অসি থাঙ্গৈশেংনমক ধর্ম্মগী লক্ষণ ( মওং মশক ) নি হায়না ঋষিশিংনা তাকই।"

**শ্রুতিস্মৃত্যুদিতং ধর্ম্মমনুতিষ্ঠন্ হি মানবঃ।**
**ইহ কীর্ত্তিমবাপ্নোতি প্রেত্য চানুত্তমং সুখম্॥**

(মনুঃ ২। ৯)

"বেদ, স্মৃতিনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রনা ভৌ হাযনা তাকপা, ধর্ম্ম ওইবা থবক ভৌবগা মীওইবনা সংসার অসিদা হিংহনা লৈরিঙৈ মতমদা মতীক মগুণ ফংহনা ফাওবা ( মিংচং লৈবা মী ওইবা ) ঙম্মি . অদুগা শিববা মতুংদসু ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফংই।"

মসৌ অসুম্না বেদ অমসুং স্মৃতিনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিংনা ভৌ হাযনা তাকপা শারীরিক, মানসিক অমসুং বাচিক পুণ্যকর্ম্মশিংবু ধর্ম্ম কৌই, অদুগা ভৌগনু হাযনা তাকপা পাপকর্ম্মশিংবু অধর্ম্ম কৌই হাযবা অসিদা চিংনফম লৈতে। মরম অসিদগী পুণ্য-পাপ কর্ম্মশিং নত্তনা ধর্ম্ম-অধর্ম্ম কৌবা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে। মহর্ষি জৈমিনিনসু কর্ম্ম মীমাংসা দর্শন্দা ধর্ম্মগী মওঙ অসুম্না হায়—

"চোদনালক্ষণোঽর্থো ধর্ম্মঃ" (মীঃ দঃ ৭। ১। ২)

"বেদগী বিধিবাক্যশিংনা তৌ হায়না খঙহনবা (তৌ হায়না তাকপা ৱাহৈশিংনা খঙহনবা) অফবা মহৎয় লৈবা কম্মবু (থবকপু) ধর্ম্ম কৌই।"

বৈশেষিকদর্শনদা কণাদ ঋষিনস্ত অস্থম্না হায়রি—

**যতোঽভ্যুদয়নিঃশ্রেয়সসিদ্ধিঃ স ধর্ম্মঃ**

(বৈঃ দঃ সূঃ ২)

"কর্ম্ম অদু তৌবদগী সংসারদা চাওখৎপা যংদুনা স্বর্গ অমসুং মোক্ষগী সিদ্ধি ওইবা উম্নবদি মহাক (কর্ম্ম) অদু ধর্ম্মনি।"

ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবতস্থ যমদূতশিংনা বিষ্ণুদূতশিংগী মফমদা অস্থম্না হাযরি—

**বেদপ্রণিহিতো ধর্ম্মো হ্যধর্ম্মস্তদ্বিপর্যয়ঃ।**
**বেদো নারায়ণঃ সাক্ষাৎ স্বয়ম্ভূরিতিশুশ্রুম॥**

(ভাগঃ ৬। ১। ৪০

"বেদনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মদু ধর্ম্মনি, অদুগা মদুদগী ওন্ন-তৈনবা (তৌগনু তাকপা) কর্ম্ম অদু অধর্ম্মনি। বেদ সাক্ষাৎ ভগবান নারায়ণনি, মহাক (বেদ) ভগবান্দগী মশামক ফোঙদোক্লকই হায়না ঐখোয়না তায।"

হায়রিবা ধর্ম্ম অসিগী অর্থদি—"ধ্রিয়তে লোকঃ অনেনেতি ধর্ম্মঃ"—তাইবঙপানবা পূম্নমক মহুনা পুদুনা লৈবনি। "ধরতি ধারয়তি বা লোকমিতি ধর্ম্মঃ"—তাইবঙপানববু ঙাক-পুদুনা থম্বা, নত্রগা পুহন্দুনা থম্বা পোং অদু ধর্ম্মনি।

হায়রিবা অর্থসিবু মহাভারতস্তু অস্মুন্না তাক্লি—

**ধারণাদ্ধর্ম্মমিত্যাহুর্ধর্ম্মেণ বিধৃতাঃ প্রজাঃ।**
**যঃ স্যাদ্ধারণসংযুক্তঃ স ধর্ম্ম ইতি নিশ্চয়ঃ।**

(শান্তিপর্ব্ব ১০৯। ১১)

"ধারণ তৌবা (চাক্তুনা পুতুনা থম্বা) মবমদগী অমবা বর্ম্মবু ধর্ম্ম কৌই। মরমদি ধর্ম্ম অসিনা প্রজাশিংবু চাক্তুনা পুতুনা থম্মি। চাকপা অমস্তুং পুবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা অদু ধর্ম্মনি হায়বা অসি অবেপ্পনি।"

মসিদগীস্তু ধর্ম্ম অসি বর্ম্মমক্তি হায়বা এখোইনা খঙবা ঙম্মি। মবমদি শাইবঙপানবা পৃরমক অসি বর্ম্মনা পুতুনা লৈ অমস্তুং বর্ম্ম তৌহনা লৈ। অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিবু সনাতন ধর্ম্ম কৌই। সনাতনগী অর্থদি— "সনা ভবঃ সনাতনঃ"— মতম পুম্নমক্তা লেঙদ-কায়দনা নিত্য ওইনা লৈবনি। মরম অসিদগী মতম পুম্নমক্তা লেঙদ-কায়দনা লৈবা ধর্ম্মবু সনাতন ধর্ম্ম হায়না কৌই। মসিবু মহাভারতা অস্মুন্না তাকলি— "সনাতনোঽমৃতো ধর্ম্মঃ" (বনপর্ব্ব ৩১৩।৬৩) অমৃত ওইবা (মাং-তাকপা লৈতবা) সনাতন ধর্ম্মনি। নত্রগা সনাতন ওইবা ভগবানগী ধর্ম্মবু সনাতন ধর্ম্ম কৌই। মসিবুস্তু অস্মুন্না হায়রি—

**সনাতনস্য ধর্ম্মস্য মূলমেতৎ সনাতনম্॥**

(আশ্বমেধিক পর্ব্ব ৯১। ৩৪)

"সনাতন ধর্ম্ম অসিগী মূল (হৌদোক্লকপা মরু) সনাতন পরব্রহ্মনি।"

মবম অসিদগী পরমাত্মা নত্তনা হৌদোকপা মী কনা অমগা লৈতবা মরমনা হিন্দুধর্ম্ম অসিবু সনাতন ধর্ম্ম কৌই।

অতোপ্পা ধর্ম্মশিংদি ঈশ্বরগী ওইবা সনাতন ধর্ম্ম অসিদগী শক্তক অমা লৌরগা মতুবু মরু ওইনা থম্লগা হৌদোকপা মী অতুনা মানা অপাঙ্গা রা য়ানশিন্দুনা ধর্ম্ম ওইনা চৎহনবা ডাক্তুনি। মসিগুম্বা ধর্ম্মবু সাম্প্রদায়িক ধর্ম্ম কৌই। "সম্যক্ প্রদীয়তে গুরু পরম্পরয়েতি সম্প্রদায়ঃ"— গুরু পরমপরা ওইদুনা পীরগা নীংথিনা চৎপা অডবু সম্প্রদায় কৌই। মসিদগী অনৌ-অনৌবা ধর্ম্ম চৎপা মীশিংগী মবমদা, বুদ্ধনা হৌদোকপা ধর্ম্ম চৎলবদি বৌদ্ধসম্প্রদায়, মহাবীরনা হৌদোকপা ধর্ম্ম চৎলবদি জৈনসম্প্রদায়, মোহম্মদনা হৌদোকপা ধর্ম্ম চৎলবদি ইস্লাম-সম্প্রদায় অসিনচিংবা হায়নৈ। হায়রিবা ধর্ম্মশিং অসি পোকপা মরমদগী শিবস্থ (মাঙবস্থ) শোযদবনি। হিন্দু ধর্ম্মদি কনাগুম্বা মী অমত্তনা হৌদোকবা মরমদগী পোকপা শিবা নাইদনা সনাতন ওইদুনা লৈরিবনি। কনা অমত্তস্থ ধর্ম্ম অসিগী হৌদোকপা মী অমা লৈ হায়বসি হাযবা ঙম্মোই। সংসারগী সৃষ্টি তৌবদগী হৌদুনা ধর্ম্ম অসি ঈশ্বরগী ওইনা মশা মতোমদা ফোঙদোক্তুনা লৈরক্লিবনি।

মতৌ অসুম্না ঈশ্বরগী ওইবা সনাতন ধর্ম্ম অসি অনৌবা ধর্ম্ম পূম্নমক্কী মরু ওইবা মরমদগী চৎনরিবা অনৌবা ধর্ম্মশিংদগী য়েক্নবা তৌদে। মীনা য়েংবদা য়েক্নবগুম উরিবা অতুদি অনৌবা ধর্ম্ম হৌদোকপা মী অতুনা ধর্ম্ম অতুদা মানা পাম্বা রা মনীংতম্না

হাপচিন্দুনা তৌবনি : মরু ওইনা লৈরিবা সিধান্তদা করিসু য়েন্নবা লেতে। সনাতন ধর্ম্ম য়াম্না মবুক চাউবা ধর্ম্মনি; মাগী মবুক্তা অনৌবা ধর্ম্ম পুন্নমক খোমজিন্দুনা থম্লিবনি। অনৌবা ধর্ম্মশিংদি অমনা অমদগী যেরদুনা লৈ। মসিগী মরমদি সনাতন ধর্ম্মদগী অনৌবা ধর্ম্মশিংনা মক ওইনা লৌবা শরুকশিং অদু খেন্নে। মখোয় মখোমগী মরু ওইবা শকক্তা খেন্নবা মরমদগী "ঐগীনা চাউই, ঐগীনা ফৈ" অসিনচিংবা হায়দুনা যাম্না য়েক্লনা লৈরিবনি। মরম অসিনা শাস্ত্রনা অনৌবা ধর্ম্মশিংবু অশেংবা ধর্ম্ম নত্তে হায়বা অসি তাবলি—

**ধর্ম্মং যো বাধতে ধর্ম্মো ন স ধর্ম্মঃ কুধর্ম্ম তৎ।**
**অবিরোধাতু যো ধর্ম্মঃ স ধর্ম্মঃ সত্যবিক্রমঃ ॥**

"করিগুম্বা ধর্ম্ম অমনা ধর্ম্ম অমবু কবথৎলবদি মদু ধর্ম্ম নত্তে, মদুদি যরবা ধর্ম্মনি। অদুগা অতোপ্পা ধর্ম্মবু ককথত্তবা, যেরবা থমদবা ধর্ম্ম অদু অশেংবা ধর্ম্মনি, অদুগা মশাক্তি অশেংবা ওইবা মরমদগী মপাঙ্গলসু যাম্না চাউই।"

## পুণ্যকর্ম্ম (ধর্ম্ম) তৌনবা উপায়

পুণ্যকর্ম্মগী মশক ওইবা মথক্তা হায়খ্রিবা ধর্ম্ম'সি মীগী মপূক্নীংদা অশেংবা, নুংঙাইবা অমসুং অতোপ্পা মীগী অনাবা পোক্কবা রা ঙাংবদগী পোক্লকই, অতোপ্পা মীগী মফমদা থৌজানবা অমসুং মতীক চাবা মীদা দান তৌবদগী হেনগংলকই, অতোপ্পগী মফমদা ক্ষমা তৌবদগী (অতোপ্পা মীগী মবাল ৎাকপিবদগী) লেপ্পুনা (পুণ্যকর্ম্ম অদু লেঙদনা) লৈ, অদুগা শাস্ত্রদি মাংই— (সত্যাৎ জায়তে, দয়য়া দানেন চ বর্দ্ধতে, ক্ষমায়াং তিষ্ঠতি, ক্রোধাচ্চ নশ্যতি)।

মবম অসিদগী ধর্ম্ম'গী সাধন তৌবা ধর্ম্ম'গী মওং ওইনা মনুনা হায়—

**ধৃতিঃ ক্ষমা দমোঽস্তেয়ং শৌচমিন্দ্রিয়নিগ্রহঃ।**
**ধীর্বিদ্যা সত্যমক্রোধো দশকং ধর্ম্ম লক্ষণম্॥**

(মনু স্মৃতি ৬। ৯২)

(১) ধৃতি— অরা-অনা তাববসু অদুগা লৈত-লাইব ওই-ববসু মদু পূম্নমক খাংদুনা লৈববু ধৃতি কৌই, অমবোমদা হায়বগা পেন্দুনা লৈবা অসি ধৃতিনি। (২) ক্ষমা— এংঙোন্দগী পীকপা মীনা ঐগী ফত্তনবা তৌরবসু মদুগী মহুৎ ওইনা (লমন শিংবা ওইনা) মী অদুগী ফত্তনবা তৌদবা অসি ক্ষমানি। এংঙোন্দগী হেনবা অচৌবা মীনা ঐগী ফত্তনবা তৌররবদা মদুগী মহুৎ ওইনা অচৌবা মী অদুগী ফত্তনবা তৌবা ঙমদবা অদুদি ক্ষমা নত্তে, মহুদি ঐগী অশোনবনি, তৌনিঙলবসু তৌবা ঙমদবনি।

(৩) দম— মনবু চিংশিনবা কায়হনবা ওইবা নীংথিবা ফজবা পোৎশিংদগী মাবু লাকশিন-ফাজিন্দুনা থম্বা অসি দমনি। (৪) অস্তেয়— এগী নত্তবা অতোপ্পা মীগী মপোৎ চুমদনা লৌবা হায়বদি হূরান্দবা অসি অস্তেয়নি। (৫) শৌচ— লৈপাক ঈশিংনচিংবনা হকচাংবু শেংনা থম্বা শৌচনি। (৬) ইন্দ্রিয়নিগ্রহ— মপাম্বোংগী মিৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়না লৌগদবা নীংথিবা ফজবা মশক (রূপ) অমুম্বা থোজেন্নচিংবদগী ফাজিন্দুনা থম্বা অসি— ইন্দ্রিয়নিগ্রহনি; মসিবু শম হায়নসু কৌই। (৭) ধী—শাস্ত্রনচিংবনা তাকপা অচুম্বা বা (তত্ত্ব) খঙবা ধীনি। (৮) বিদ্যা— ঐ কনানো হায়বা অসি খঙবা নত্রগা খঙননবা হোৎনবা বিদ্যানি। (৯) সত্য— অচুম্বা বা ঙাঙবা সত্যনি। (১০) অক্রোধ— পূক্নীং শাউনবা মরম লৈববসু শাউদনা লৈবা অক্রোধনি। হায়রিবা পবা অসি ধর্ম্মগী মশক্নি হায়বদি পুণ্যকর্ম্মগী মশক ওইবা ধর্ম্ম তৌনবা উপায়নি। যজ্ঞবল্ক্যনসু ধর্ম্মগী উপায় অমুম্মা তাক্নি—

**অহিংসা সত্যমস্তেয়ং শৌচমিন্দ্রিয়নিগ্রহঃ**
**দানং দয়া দমঃ ক্ষান্তিঃ সর্ব্বেষাং ধর্ম্মসাধনম্ ।**

(যাঃ স্মৃতি ৫।১২২)

"জীবশিংবু হাত্তবা, অচুম্বা ঙাঙবা, হূরান্দবা, হকচাং শেংবা, ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিনবা, দান তৌবা, থৌজানবা, মনবু লাকশিনবা অমসুং মীনা তৌবা অরানবা ঙাকপা মসি পুম্নমক অসি মী পুম্নমকী ধর্ম্ম তৌননবা সাধননি।"

হায়রিবা ধর্ম্মসাধনশিং অসিগী মনুংদা অযাম্বা সাধনদি অস্টাঙ্গযোগগী যম-নিয়ম সাধনগী মনুংদা লাকই। যোগদর্শনদা মখোয়গী কান্নবসু য়াম্না নীংথিনা তাক্লি। মরম অসিনা যোগ-দর্শনদগী সাধনশিং অসি তাকপা শরুক খরদং লৌবগা মখোযবু নীংথিনা খঙনবা হোৎনসি। যোগদর্শনদা যোগগী সাধন ওইনা অঙ্গ ( শরুক ) নীপালবু অস্থুম্না হায়—

**যমনিয়মাসনপ্রাণায়ামপ্রত্যাহারধারণাধ্যান—**
**সমাধয়োঽষ্টাঙ্গানি ॥** ( যোঃ দঃ ২। ২৯ )

(১) যম, (২) নিয়ম, (৩) আসন, (৪) প্রাণায়াম, (৫) প্রত্যাহার, (৬) ধারণা, (৭) ধ্যান, (৮) সংপ্রজ্ঞাত সমাধি নিপাল অসি অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী অঙ্গনি ( সাধননি )।

**অহিংসা সত্যাঽস্তেয়ব্রহ্মচর্য্যাঽপরিগ্রহা যমাঃ ॥**
( যোঃ দঃ ২।৩০ )

"(১) অহিংসা, (২) সত্য, (৩) অস্তেয, (৪) ব্রহ্মচর্য্য, (৫) অপরিগ্রহ মঙা অসি যমনি।"

যমগী অর্থ রাৎপা নত্রগা লৈত্তবা হায়বনি। মরম অসিনা হিংসা ( হাৎপা ) রাৎপা = অহিংসা, মিথ্যা ( চুমদবা ) রাৎপা = সত্য, স্তেয় ( হুরানবা ) রাৎপা = অস্তেয, মৈথুন ( নুপা-নহা শম্নবা ) রাৎপা = ব্রহ্মচর্য্য অমসুং পরিগ্রহ ( মিহৌডনা য়াম্না খোমজিনবা ) রাৎপা = অপরিগ্রহ ; মঙা অসি যম ওইবা সাধননি। মঙা অসিগী মথং মনাও নাইনা এখোযনা হৌজিক বিচার তৌসি।

(১) অহিংসা—"মা হিংস্যাৎ সর্ব্বা ভূতানি"—"কনাগুম্বা থরায় পানবা ( জীব ) অমত্তবু হাংকনু", হায়না বেদনা জীব হাংপা অসিবু থি ই। মরম অসিনা হিংসা তৌবা অসি পুণ্যকর্ম্ম নত্তে, পাপকর্ম্মনি। হিংসা তৌবা অসিস্থু শারীরিক, মানসিক অমসুং বাচিক, খেন্নবদগী অহুম থোক্না খাযরি। হকচাং অসিনা অতোপ্পগী মথ্বায় হাংপা, অতোপ্পগী হকচাংদা অনাবা পীবা, য়ৈব-ফবনচিংবা অসি শারীরিক হিংসা কৌই। পূর্ব্বীংনা অতোপ্পা মীবু হাৎননবা খনবা, মাগুহন্নবা অমসুং বাহন্নবা খনবা অসিনচিংবা অসি মানসিক হিংসানি। ফত্তবা, পূর্ব্বীং নুংঙাইতন্দবা অমসুং নুংঙাইদবা পোকহনবা ৱাহয়শিংনা চৈ-থাংহনা অতোপ্পবু অৱা-অনা পীবগা নুংঙাইতন্দবা অসি বাচিক হিংসানি। বাচিক হিংসাগী মরমদা অস্মু হাযরি—

> বাক্‌সায়কা বদনান্নিষ্পতন্তি
> যৈরাহতঃ শোচতি রাত্র্যহানি।
> পরস্য বা মর্ম্মসু যে পতন্তি
> তান্ পণ্ডিতো নাবসৃজেৎ পরেষু॥
>
> ( মহাভাঃ অনুঃ ১০৪।৩২ )

"মীকংগী মশক ওইবা চীন্দগী যাম্না থোবা তেনগী মশক ওইবা ৱা (ৱাহৈ, খোন্থোক) অসি কাপথোকই। মতুনা থাবদগী মীনা অহিং-নুংথিল নাইদনা যাম্না ৱানা নুংঙাইতনা লৈ। কাপথোকইবা তেন অদু অতোপ্পগী মর্ম্ম ওইবা মফমশিংদা ( থম্মোয়দা ) তাই। মরম অসিনা অফ-ফত্ত খঙবা জ্ঞান তাবা মীনা অতোপ্পগী মফমদা

ত্তেনগী মশক ওইবা অয়াকপা ব্রাহ্ময়শিং অদুবু কদৌৈদস্ু থারোইদৌবনি।”

মতৌ অসুম্না অহুম থোক্না খায়রিবা হিংসা অসি চম্না তৌগনু কায়বনি; তৌরবদি শোযদনা পাপ ওইগনি। অদুবু করি ববিগুম্বা মফমদদি হিংসা অসি তৌদবা য়াদনা থোকই। অসিগুম্বা মফমদদি হিংসা অদুদগী পাপ পোক্তে; পাপবী মহুক্তা পুণ্য পোকই। ডাকুবশিংনা অনাবা মীবু থাও থাডুনা অনাবা কোকহল্লগা মথ্বায় কল্লি: মহু পাপনি হায়বা যাদে। মপা-মমা ওইবশিংনা চৈ-থাংহুনা মচানচিংববু অফবা লম্বীদা পুরক্লবা হোংনৈ, মহুস্থু পাপনি হায়বা যাদে। যেক্লবা মীনা নল্লগা শা-ঙান। এবু হাংকে লাক্লবদি ভুম্মিন্না লৈথোকপা যাদে, থরায় কন্ননবগীদমক মখোয়বু শোয়দনা হাংকদবনি নত্রগা মখোযবু যৈ-চৈহুনা নাম্থোকনবা হোংনগদবনি। মবম অসিনা শাস্ত্রনস্থু আততায়ীশিংবু হাংলু, মখোযবু হাংপদা দোষ (পাপ) লৈতে হাযবা অসি ওাক্লি—

**অগ্নিদো গরদশ্চৈব শস্ত্রপাণির্ধনাপহঃ।**
**ক্ষেত্রদারহরশ্চৈব ষড়েতে হ্যাততায়িনঃ॥**
**আততায়িনমায়ান্তং হন্যাদেবাহবিচারয়ন্।**
**নাততায়িবধে দোষো হন্তুর্ভবতি কশ্চন॥**

“যুম মৈ থাবা, হু পীবা, খূংলাই পাযহুনা হাংকে লাকপা, শেল-থুম হুরানগে লাকপা, লৌ-ইংখোল নমহুনা লৌগে হোংনবা অমস্তুং লুহোংহুনা লৌবা নুপীবু নমহুনা লৌগে হোংনবা মীশক

ত্তন্ধক অসি আততাযীনি। হায়রিবা আততায়ী অসি মথক্তা হায়গ্রিবা থবকশিং অসি তৌগে হাযনা লাক্লবদি বিচার ইতৌ তৌদনা মহাকপু হাংকদবনি। আততাযীবু হাৎপদা হাংলিবা মী অদুগী কবিগুম্বা দোষ অমত্তা লৈত্তে।”

মসিগী মরমদা মনুনদি অসি যৌনা হায়রি—

**গুরুং বা বালবৃদ্ধৌ বা ব্রাহ্মণং বা বহুশ্রুতম্।**
**আততায়িনমযান্তং হন্যাদেবাঽবিচারয়ন্॥**

( মনুঃ ৮। ৩৫০ )

“গুরুস্থ ওইসনু নত্রগা অঙাং-অহলস্থ ওইসনু নত্রগা বেদ শাস্ত্র খঙবা লাইবিক য়াম্না হৈবা ব্রাহ্মণস্থ ওইসনু; আততায়ী ওইদুনা লাক্লিবা মখোয়বু পূক্নীংদা খনবা তৌদনা হাংকদবনি।”

লৈবাক ঙাক্লিবা লান্মীশিংনা যেক্লবশিংবু লান্দা হাংলি, অদুগা মখোয মশামকস্থ লাল তৌনা-তৌনা শিখিবস্থ য়াওই। মতৌ অস্থুম্না যেক্লবশিংবু হাংলগা মশাস্থ লান্দগী চেন্দনা শিখিবা লান্মীশিংগী মরমদস্থ অস্থুম্না হাযরি—

**দ্বাবিমৌ পুরুষৌ লোকে সূর্য্যমণ্ডলভেদিনৌ।**
**পরিব্রাড্ যোগযুক্তশ্চরণে চাঽভিমুখো হতঃ॥**

( পরাশর সং ৩।৩৭ )

“সংসার অসিদা সূর্য্যমণ্ডলবু ( সৌরজগৎপু ) লান্থোক্লুনা চৎপা ঙম্বা অসি মী অনীখক্তনি; অনী অদুদি অমনা আত্মযোগ ( জ্ঞান

যোগ ) অভ্যাস তৌদুনা লৈবা সংন্যাসী অদুগা অতোপ্পা অমত্তুনা লান্দগী মায ওন্দনা লাল তৌনা-তৌনা শিখিবা মী অদুনি।"

মরম অসিদগী ভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকপীরী ওইবুনা লাকলিবা শাগৈ-নাইত, অঙ্গল-লম্বন, গুরনচিংবা পুম্নমক হায়রু : মখোযবু হাংপদা দোষ মচেৎ অমত্তং যাওবা লৈতে থাগ্রিবনি। মরম অসিনা বেদনা জীবশিংবু হাৎকন্নু হাযরিবা অসিগী মরমদি ঐখোয়গী ঈথমদা করিগুম্বা অরানবা অমখা তৌরকবা, মখোযদগী ঐখোয়গী করি অমত্তা অমাঙ-অতা লৈতবা, মীদগী হৌদুনা শা-ঙা, উচেকচিংবা থরায়পানবা জীব পুম্নমক্কী, মথক্তা হাযখিবা হিংসা অহুমসি তৌগনু হায়বনি। মসি তৌববদি পাপ শোযদনা ওইগনি। ঐখোযনা শিনীংদবগুম্না অমসুং অরানা যংনা দবগুম্না লেঙলিপাল্লিবা জীব পুম্নমক অসিসু শিনীংদে অমসুং অরাবা যংনীংদে। মরম অসিনা ইশাগী মতৌগুম্না জীব পুম্নমকপুসু যেংউ হায়বসি মহাভারতকী অনুশাসন পর্ব্বদা ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরগী মযমদা তাক্লি —

> **সর্ব্বভূতেষু যোবিদ্বান্ দদাত্যভয়দক্ষিণাম্।**
> **দাতা ভবতি লোকে স প্রাণানাং নাত্রসংশয়ঃ॥**
> **প্রাণা যথাঽত্মনোঽভীষ্টা ভূতানামপি বৈ তথা।**
> **আত্মৌপম্যেন মন্তব্যং বুদ্ধিমদ্ভিঃ কৃতাত্মভিঃ॥**

( অনুঃ ১১৫। ১৮, ১৯ )

**"জীব পুম্নমক্তা অভযদক্ষিণা ( কিহন্দবা দান ) পীবা পুকচেল চাউবা অমসুং জ্ঞান তাবা মী অদুনা সংসার অসিদা জীব পুম্নমক্কী**

থরায পী হাযবা অসিদা করিস্থ চিংনযম লৈতে। মীনা মশাগী মথ্বাযবু য়াম্না পাম্মূবগুম্ন। থরাদপানবা পুম্নমকস্থ মশা মশাগী মথ্বায়বু য়াম্না পাম্মূরিবনি। মবম অাদদগী লৌশিং শিংবা অমস্তুং মশাগী ওইজবা পাম্বা মীশিংনা জীব পুম্নমকপু মশাগা চপ মান্নে হাযনা খনগদবনি।"

**ন হি প্রাণাৎ প্রিয়তরং লোকে কিঞ্চন বিদ্যতে।**
**তস্মাৎ দয়াং নরঃ কুর্য্যাৎ যথাহহত্মনি তথা পরে॥**

**( অনুঃ ১১৬।৮ )**

"সংসার অসিদা মথ্বায়দগী হেন্না নুংশিথোইবা কারিগুম্বা পোৎ অমত্তা লৈতে। মবম অাসনা মীনা মশাদা থৌজাল যংনাংবগুম অতোপ্পগী মথমদস্থ ( থৌজাল ) তৌগদবনি।"

**অহিংসা পরমো ধর্ম্মস্তথাহহিংসা পরং তপঃ।**
**অহিংসা পরমং সত্যং যতো ধর্ম্মঃ প্রবর্ত্ততে॥**

**( অনুঃ ১১৫।২৩ )**

"অহিংসা অসি অথোইবা ধর্ম্মনি ( ধর্ম্ম তৌনবা অথোইবা উপায়নি ), অহিংসা অথোইবা তপনি, অহিংসা অথোইবা সত্যনি ; মরমদি মসিদগী থম্মোয়দা ধর্ম্ম লাংথিনা চঙলকই।"

মসিগী মহয়স্থ অস্থুম্না তাক্লি—

**আত্মোপমস্তু ভূতেষু যো বৈ ভবতি পূরুষঃ।**
**ন্যস্তদণ্ডো জিতক্রোধঃ স প্রেত্য সুখমেধতে॥**

**( অনুঃ ১১৩।৬ )**

"জীবশিংদা মশাগা মান্নবা খন্দুনা দণ্ড পীবা ( অৱাবা পীবা ) থাদোক্লবা অমস্থুং অশাউবা লৈত্রবা মী অদুদি শিরবা তুংদা য়াম্না নুংঙাইবা ফংই।"

যোগদর্শনদদি অস্থুম্না হায়রি—

**অহিংসাপ্রতিষ্ঠায়াং তৎসন্নিধৌ বৈরত্যাগঃ। (২।৩৫)**

"অহিংসাবু নীংথিনা ঙাক্লবদি মী অদুগী মনাক্তা জীব পুম্নমক্না মখোয়গী য়েক্লবা অদু থাদোকই।"

(২) সত্য— সত্যগী অর্থ যাম্না যামই, মফম অসিদদি অর্থশিং অদুগী মনুংদা সত্যগী অর্থ—অশেংবা অমস্থুং অচুম্বা ৱা ঙাঙবনি। যোগদর্শনগী ভাষ্যকাব বেদব্যাসজীনা অস্থুম্না হায— "সত্যং যথার্থে বাঙ্‌মনসে"— "পুক্নীং শেংনা অচুম্বা ৱা হাযবসি সত্যনি।" উবা, খঙবা অমস্থুং তাবা হৌবমনচিংবা পোৎ পুম্নমকপু মদুমক ওইনা পুক্নীং শেংনা হাযগদবনি। পুক্নীংদা অমা থম্লগা চীন্দা অতোপ্পা অমা হাযববদি মদু সত্য কৌবা য়াদে; মদুদি নমথাক তৌবা হায়বদুনি। মরমদি ৱা হায়বসি মানা খঙবা, তাবদু অতোপ্পা মীবুস্থু খঙহন-তাহন্নবগীদমক্নি। মদুদা খঙথি-জাখিবা অদু শেংনা হায়দ্রবদি নমথাক তৌবনি, তাৱীবা মীবু অমম্বদা থম্বনি। ভীমনা লান্দা অশ্বৎথামা কৌবা শামু হাৎলবগী তুংদা দ্রোণাচার্যানা সূপ্পা অশ্বৎথামা হাৎগ্রে হায়বসি তায়। মদুদা মাগী মচা অশ্বৎথামাবু হাৎগ্রবরা হায়বসি চিংনরদুনা নীংথিনা খঙগে হায়বগীদমক থাজবগা লোয়ননা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা হংই। যুধিষ্ঠিরনা পাউখুম পীবা মতমদা পুক্নীংদদি অশ্বৎথামা কৌবা

শামু হাংখিবনি হাযবসি থম্লগা মদু তশেংনা তাক্কদুনা মপান্থোংদা "অশ্বত্থামা হতঃ"— "অশ্বত্থামা হাংগ্রে" হায়বা পাউখুম অসি নমথাক তৌবনি। নমথাক ওইবা রা (পাউখুম) অদুনা দ্রোণাচার্যাগী শিনবগী মরম ওইখি। যুধিষ্ঠিরস্তু নমথাক ওইবা রা হায়বগী মহৈয় ওইনা তুংদা নরক য়েংখি (নরক তাখি)। মসিদা নত্তনা অরানবা রাবু অশেংবা রা ওইনা মীবু থাজহনবগীদমক অরানববু অশেংবা সিদ্ধ তৌনবা অবানবা রা কথামুকস্তু হায়বা তাই। মতৌ অস্নুম্না অবানবগী মথক্তা অবানবা রা হাযদুনা লৈরবদি মী অদু কদৌথৈদস্তু পুণ্য ফংবা ঙম্মোই, মহাক পাপতা ফংদুনা লৈগনি। মরম অসিনা নমথাক তৌদুনা ঙাঙবা অমস্তুং চুমদববু অচুম্বা শাদুনা হাযবা (ঙাঙবা) রাঙাঙ মতম পূম্নমক্তা থাদোকদবনি।

করি করিগুম্বা মতমদা অচুম্বা রা অসিস্তু অতোপ্পগী মপূক্লীংদা নুংঙাইতবা পোকহনবস্তু য়াওই। মীৎতাঙবা মীবু "হো মীৎতাঙবা হো মীৎতাঙবা" হায়না কৌরবদি মীৎতাঙবা মী অদুগী মপূক্লীং নুংঙাইতে। অসিগুম্বা মফমদা রা অদু চুম্নবস্তু পাপ ওইবা রানি। মরম অসিনা অচুম্বা রা ওইরবস্তু তাবদা নুংঙাইরোইদোবা রাবুদি হায়রোইদবনি। মসিদগী করম্বা অচুম্বা রা ঙাঙগদগে হায়বা অসি মনুনা অস্নুম্না তাক্লি—

**সত্যংব্রূয়াৎ প্রিয়ংব্রূয়ান্ন ব্রূয়াৎ সত্যমপ্রিয়ম্।**
**প্রিয়ঞ্চ নাহনৃতং ব্রূয়াদেষ ধর্ম্মঃ সনাতনঃ॥**

(মনুঃ ৪। ১৩৮)

"করি করিগুম্বা মফমদা অরানবস্থু অচুম্বা ওইরবদি অদুগা অচুম্বস্থু অরানবা ওইরবদি অচুম্বা ৱা হায়রোইদবনি, মতুগী মহূত্তা অবানবা ৱা হায়গদবনি। অতোপ্পগী লল-থুম পামদ্ৰনা নত্তবা তৌরগা হ্ৰবানবা পাম্বা মীবু কদৌঙৈদস্ত মতু তাকলোইদবনি। তাক্তবতু ধর্ম্মনি হায়বা অসি অরেপ্পনি। তৃমিন্না লৈবদগী মখোয়-দগী নাম্থোকপা ঙম্লবদি তৃমিন্নদা লৈগদবনি। অদুগা শোয়দনা মখোয়দা তাক্কদবা লৈববদি নত্রগা তাক্তবদা মখোয়গী মপূক্লীংদা চিংনরবদি অচুম্বা ৱা হায়বগী । তাকপগী ) মহূত্না চুমদবা ৱা ৱাশক-তুনা হায়বগা পাপী ওইবা মখোযগা শয়বদগী নাম্থোকপা ঙমগদবা লৈরবদি, চুমদবা ৱা অদু অচুম্বা হাদগী হেন্না ফৈ হায়বা অসি ঋষি-শিংনা বিচার তৌদুনা লেপ্নি। অদুগা অতোপ্পগী নত্রগা মশাগী মথায় অবেম্বদা মাঙগদবা লৈববদি মতুদস্থু অরানবা ৱা হায়গ-দবনি; লুহোংবগী মতমদস্ত চুমদবা ৱা হায়বদা দোষ লৈতে (মরমদি লুহোংবা মতমদা নুপী-নহাশিংগা লোয়ননা যাগী জুগার যাম্না তৌনৈ, মতুদা অচুম্বা ৱা হাযবা য়াদে)।

অসিগুম্বা মফম নত্তবা অতোপ্পা মফমশিংদদি মতম পুম্নমক্তা অচুম্বদা ঙাঙগদবনি; নত্রবদি মাতুদগী পাপ য়াম্না ওই। অচুম্বা ৱা ঙাঙবা অসি কয়ামুক মতীক চাউবগে হায়বা অসি বাল্মীকি রামায়ণদা শ্রীরাম্না অস্থম্না তাক্লি :—

**ঋষয়শ্চৈব দেবাশ্চ সত্যমেব হি মেনিরে।**
**সত্যবাদী হি লোকেঽস্মিন্ পরংগচ্ছতি চাক্ষয়ম্।**
**উদ্বিজন্তে যথা সর্পান্নরাদনৃতবাদিনঃ।**

**ধৰ্ম্মঃ সত্যপরো লোকে মুলং সর্ব্বস্য চোচ্যতে।**
**সত্যমেবেশ্বরো লোকে সত্যে ধৰ্ম্মঃ সদাশ্রিতঃ।**
**সত্যমূলানি সর্ব্বাণি সত্যান্নাস্তি পরং পদম্॥**

( অযোধ্যা কাঃ ১০৯। ১১ ১৩ )

"ঋষিশিং অমস্তুং লাইশিংনা সত্যদবু ( অচুম্বা ৱা হায়বদবু ) খ্বায়দগী অথোইবনি হায়না লৌই। সংসার অসিদা অচুম্বা ৱা ছাওবা মী অসি অমাঙ-অতা লৈতবা অথোইবা খুবমবু ফংবা ঙম্মি। মী পূন্নমক লিন্দগী অকিবা পোকপগুম্না অৱানবা ওইদবা ছাওবা মীদগী য়াম্না কিহূনা ওলাঙ-ওনশাওনা লৈ। ধৰ্ম্ম সত্যগী মতুং ইন্না চৎলিবনি অমস্তুং সংসার অসিদা পূন্নমক্কী মরু সত্যনি হায়নৈ। সত্যমক ঈশ্বরনি, সংসার অসিদা ধৰ্ম্মসু সত্যদা মতম পূন্নমক্তা চঙজহূনা লৈ, অহূগা পূন্নমক অসিসু সত্যনা মরু ওইহূনা লৈরিবনি; সত্যদগী হেন্দোকপা অতোপ্পা অথোইবা খুবম লৈতে।"

আত্মাগী অশেংবা মশক খঙনবগী উপায়সু সত্যনি হায়বা অসি শ্রুতিনা তাক্লি—

**সত্যেন লভ্যস্তপসাহ্যেষ আত্মা** ( মুঃ উঃ ৩। ১। ৫ )

"সত্য অমসুং তপ-না মরম ওইহূনা আত্মাসি খঙবা ঙম্মি।"

মরৈই অনী পানবা লিলগুম্না মরৈই অনী পান্দুনা চুমদবা ৱা ছাওবা মীশিংগী লম্বী অস্মুম্না হায়রি—

**যেহনৃতং কথয়ন্তি স্ম তে বৈ নিরয়গামিনঃ।**

( মহাভা অনুঃ ২৩। ৬০ )

"চুমদবা ৱা ঙাঙবা মীশিংনা শোয়দনা নরক্তা চৎলি।"

শেল-পুম শীজিন্নবগী ব্যবহারগী মরমদা তাকপা মতমদা চাণক্যনস্থ মাগী অর্থশাস্ত্রদা অস্থুম্না হাযরি—

"অগ্নিদাহাদপি বিশিষ্টং বাক্‌পাকষ্যম্" ( সূঃ ১৪ )= অযাকপা ৱা অসি মৈনা চাকপদগী হেন্না শাই। "নাঽনৃতাৎ পাতকং পরম্" ( সূঃ ৪২০ )=চুমদবা ৱাদগী হেনবা পাপ লৈত্তে। "স্বর্গং নয়ন্তি স্নৃতম্। নাস্তি সত্যাৎ পরং তপঃ। সত্যং স্বর্গস্থ সাধনম্" ( সূঃ ৪১৫, ১৬, ১৭ )=অগুম্বা, অচুম্বা ৱা ঙাঙবা অসি স্বর্গদা পুত্না চৎলি, সত্যদগী হেনগৎপা তপ লৈতে; সত্য স্বর্গগী সাধননি। "প্রিয়বাদিনো ন শত্রুঃ" ( সূঃ ৪৪১ )=অগুম্বা (নুংশিবা) ৱা ঙাঙবা মীগী যেক্নবা লৈতে। "নিহন্তি দুর্ব্বিচনং কুলম্" ( সূঃ ৪৮৬ )— অথীবা ( নুংশিদবা ) ৱা ঙাঙবা অসিনা শাগৈবু মাংলি ( শাগৈ কাযনহল্লি )। যোগদর্শন্দদি অচুম্বা ৱাদা ঙাঙবা মীগী মরমদা অস্থুম্না হায়রি—"সত্যপ্রতিষ্ঠায়াং ক্রিয়া ফলাশ্রযত্বম্" ( ২।৩৬ )—সত্য ভাষণ ( অচুম্বা ঙাঙবা ) সিদ্ধ ওইরবদি, হায়বা ( ঙাঙবা ) পুম্নমক্কী ফল ( মহয় ) শোয়দনা ওই ( বর পীবা অমস্থং শাপ তৌবগী মহয় শোয়দনা থুংই। হৌজিক্কী মতমদদি বাক্‌সিদ্ধি ওইহ্নবা লৈবা যোগী য়াম্না তাঙই, লৈতে হায়বা ফাওবা য়াই। মসিদা নত্তনা হৌজিক্কী মতমদা বর অমস্থং শাপ থুংদবা অসিগী মরমদা কপিলস্মৃতিদা অস্থুম্না তাক্লি—

**পরান্নেন মুখং দগ্ধং হস্তৌ দগ্ধৌ প্রতিগ্রহাৎ।**
**পরস্ত্রী চিন্তয়া চিত্তং কুতঃ শাপঃ কলৌ যুগে॥**

( ১।১৭ )

"অতোপ্পগী চেঙ চাবদগী চীঙ্খাল অসি চাকল্লে, খূৎ অনী অসিস্তু দান পীবগী মংঙো লৌবদগী চাবল্লে, অদুগা অতোংগী সুপীশিংবু থন্দূনা লৈবা মরমদগী মন অসিস্তু চাবথোবল্লে ; মরম অসিদগী কলি যুগ অসিদা বর-শাপ বদয়া ওইবা য়াগনি (বরয়া থুংগনি)?"

অদুমক ওইদুনস্থু অচুম-চুমদবগী করি কাল্লবগে অমস্তং করি মাঙবগে হায়বা অসি নীংথিনা বিচাব তৌরগা মতম পূম্নমক্তা অচুম্বা রাদা চাঙনবা তোংনগদবনি। বেদনস্থ অস্ত্রম্না তারি— "ঋতস্য পথা প্রেত" (যজুঃ ৭। ৪৫)=সত্যগী লম্বীদা চৎলু। "সতস্য পন্থা ন তরন্তি দুষ্কৃতাঃ" (ঋগ ৯। ৭৩। ৬)=ফত্তবা থবক তৌবা মীশিংদি সত্যগী লম্বীদা চৎপা ঙমদে। "সতস্য নাবঃ সুকৃতমপীপরন্" (ঋগ ৯। ৭৩। ১)=সত্যগী হি, ধর্ম্মাত্মা পুণ্য তৌবা মীবু সংসারদগী লাপ্পোক্তুনা পুই।

(৩) **অস্তেয়**—হুরান্দববু অস্তেয় কৌই। মসিগী মরমদা যোগভাষ্যকারনা অস্তুম্না হায—

**স্তেয়মশাস্ত্রপূর্ব্বকং দ্রব্যাণাং পরতঃ স্বীকরণম্;**
**তৎপ্রতিষেধঃ পুনরস্পৃহারূপমস্তেয়মিতি ॥**

"শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্তবা অতোপ্পগী পোৎ লৌবসি হুরানবনি, হুরানবা অসিবু পুরিংনা যাওবা থাদোকপবু হুরান্দবা কৌই।"

মীগী মপোৎ লৌবা অসি মখল কয়ামুক থোক্না খায়বা য়াই। করিগুম্বা উপায় অমা তৌরগা মপু খঙহন্দনা অতোপ্পগী পোৎ

লৌবা অসি হুরানবনি। তদুগা মপু খণ্ডন-খণ্ডনা, মানা পীনীং-দ্রবস্থ য়ৈ-চৈদুনা কিংন্দুনা অতোপ্পগী পোৎ লৌববু মুন্দ্না লৌবা বৌই। মপুনা পীনীংদ্রবস্থ করিগুম্বা উপায় অমনা মপু মশামক্তগী পোৎ লৌববু নমথাক তৌদুনা লৌবা কৌই। মসিদা নত্তনা রাযদুনা অমস্থং পৃদুনস্থ অতোঙ্গী পোৎ লৌই। মপুদগী পোৎ লৌদুনা শীভিন্নবগা পোৎ অদুমক তেক্ত-কাযদনা মপুদা অমুক হন্না পীববদি মদ রাযদুনা লৌবা কৌই ; অদুগা মপুদগী পোৎ লৌবগা মদু শীভিগ্নখিদুনা লৈভবা মবমদগী মতু'দা মদুগা চপ মান্নবা পোৎ মপুদা অমুক হন্না পীববু পৃদুনা লৌবা কৌই। মপুনা মনীংত্তম্না পীবা অমস্থং মপুদা অমুক হন্না পীববোইদবা পোৎ লৌববু দান লৌবা কৌই। মসি পুম্নমক অসিগী মন্থংদা রায়দুনা লৌবা, পৃদুনা লৌবা অমস্থং দান লৌবা অহুম অসি হুবানবগী মন্থং চন্দে। মুন্দ্না লৌবা অমস্থং নমথাক তৌদুনা লৌবা অসিদি হুরানবগী মন্থং চল্লি। মদুদগী পাপ ওই ; মরম অসিনা অনী অসি হুরানবগী মন্থং চল্লিবনি। মসিবু নারদস্মৃতিদা অস্থুম্না হায়রি—

**উপায়ৈর্বিবিধৈরেষাং ছলয়িত্বাপকর্ষণম্ ।**

**সুপ্তমত্তপ্রমত্তেভ্যঃ স্তেয়মাহুর্মনীষিণঃ ॥**

"মখল মখা অয়াম্বা উপায়শিং তৌদুনা মপুশিংবু নমথাক তৌরগা তুমদুনা লৈরিবা, ঙাওদুনা কিদুনা লৈরিবা অমস্থং শুদ্ধদুনা লৈরিবা মপুশিংদগী চিংথোক্তুনা পোৎ লৌববু রাখল লৈবা মীশিংনা হুরানবনি হায।"

হায়রিবা হূরানবা অসিবু পুক্নীংদগী ফাওবা তৌত্রবদি মত্থ সনাতন ধর্ম্মনি তাক্লি।

**ন হর্তব্যং পরধনমিতি ধর্ম্মঃ সনাতনঃ॥**

( মহাভাঃ শান্তি ২৫৯। ১২ )

"অতোপ্পগী লল-থুম হূরান্দবা অসি সনাতন ( লেঙদনা লৈবা ) ধর্ম্মনি।"

**"মা গৃধঃ কস্যস্বিদ্ধনম্"** ( যজুর্বেদ ৪০। ১ )

"কনাগুম্না অতোপ্পা মীগী লল-থুমদা মিহৌগনু।"

অদুগা পুক্নীংনা ফাওবা হূরান্দবা মীশিং যাম্না লাযনা স্বর্গ কংই হায়বা অসি মহাদেবনা পার্ব্বতীবু অসুম্না তাক্লি—

**পরস্বে নির্মমা নিত্যং পরদারবিবর্জকাঃ।**
**ধর্ম্মলব্ধান্নভোক্তারস্তে নরাঃ স্বর্গগামিনঃ॥**
**স্তৈন্যান্নিবৃতাঃ সততং সন্তুষ্টাঃ স্বধনেন চ।**
**স্বভাগ্যান্যুপজীবন্তি তে নরাঃ স্বর্গগামিনঃ॥**
**অরণ্যে বিজনে ন্যস্তং পরস্বং দৃশ্যতে যদা।**
**মনসাপি ন হিংসন্তি তে নরাঃ স্বর্গগামিনঃ॥**

( মহাভাঃ অনুঃ ১৪৫। ১০, ১২, ৩১ )

"অতোপ্পগী লল-থুমদা ঐগীস্থু ওইসনু হায়না মিহৌদবা, মতম পুম্নমক্তা অতোপ্পগী নুপী থাদোকপা ( য়েংদবা ) অমসুং ধর্ম্ম তৌদ্রুনা শেংনা ভানবা চাক-ঈশিংদা চা থক্লুনা লৈবা মীশিং স্বর্গদা চৎকদোবা মীশিংনি। হূরানবা থাদোক্লগা মশাগী লৈজবা লল-থুমদগী মতম পুম্নমক্তা পেন্দ্রুনা লৈবা অমসুং মশাগী ভাগ্যদগী

( মবায়বক্তগী ) ফংবা চারগা লৈবা মীশিং স্বর্গদা চৎকদৌবা মীনি।
উমংদা নল্লগা অহাঙবা মফমদা থম্বা অমস্তং তাহ্না লৈবা অতোপ্পগী
শেল-থুম উবা মতমদা পূক্নীংদগী ফাওবা মহ্ লৌনবা হোৎনদবা
মীশিং অহ্নদি স্বর্গ শোয়দনা ফংগদবনি।"

অদুগা যোগদর্শন্দদি অস্তুম্না তাক্লি—

" অস্তেয়প্রতিষ্ঠায়াং সর্ব্বরত্নোপস্থানম্ " ( ২। ৩৭ )

"হূরান্দবা অসি হকচাং অমস্তং পূক্নীংনা মপুং ফানা তৌহ্না
মদুগী সিদ্ধি ওইরবদি মাযকৈ পূম্নমক্তগী মমল নাইত্রবা হীরা,
মণি-মুক্তানচিংবা রত্ন পুম্নমক শোয়দনা মহাক্কী মনাক্তা লাকই।"

অহ্নগা অর্থশাস্ত্রগী মিৎয়েংদস্ত হূবানবা অসি ফত্তে হায়না
কৌটিল্য অর্থশাস্ত্রদা অস্তুম্না তাকলি—"পরদ্রব্যাপহরণমাত্মদ্রব্য-
নাশহেতুঃ" ( সূঃ ২৬৮ ) = অতোপ্পগী পোৎ হূরানবা অসি মশাগী
পোৎ মাঙনবা ওই। "ন চৌর্য্যাৎ পরং মৃত্যুপাশঃ" ( সূঃ ২৬৯ )
= হূবানবদগী হেনবা মৃত্যুপাশ ( শিনবা থৌরী মপুন ) লৈতে।
মরম অসিনা কর্ম্মগী অফবা লম্বীদা চৎনীংবা মীনা হূরানগে
হায়না পূক্নীংদা ফাওবা নীংলোয়দবনি।

---

(৪) **ব্রহ্মচর্য্য**—ব্রহ্মচর্য্যগী অশেংবা অর্থ করিনো হায়বসি অহানবদা খঙসি। য়াম্না চাউবা পোৎপু ব্রহ্ম কৌই। শব্দকোষকী মতুং ইন্না ব্রহ্মগী অর্থ— "বেদস্তত্ত্বং তপো ব্রহ্ম"— জ্ঞান পূম্নমক থন্দুনা লৈবা মরমদগী য়াম্না চাউবা বেদ, তত্ত্ব (চৈতন্যগী মশক ওইবা অমসুং মফম পূম্নমক শীন্দুনা লৈবা পরমাত্মা পরব্রহ্ম), অমসুং তপ (মহয় য়াম্না চাউবা পুণ্যকর্ম্ম) অহুম অসিনি; অদুগা চর্য্যগী অর্থ— আচরণ তৌবনি (লমচৎ চৎপনি)। অর্থ অসিগী মতুংইন্না—বেদ তম্বা, পরমাত্মা পরব্রহ্মবু খংননবা অমসুং অচোবা পুণ্য ওইবা থবক্শিংবু তৌনবা লমচৎ চৎপসি ব্রহ্মচর্য্যনি, অদুগা লমচৎ অদু চৎলিবা মী অদুবু ব্রহ্মচারী হায়না কৌই। অহুম অসিবু নীংথিনা তৌনবগীদমক মমাঙৈদা সনাতন ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম, গৃহস্থ আশ্রম, বানপ্রস্থ আশ্রম অমসুং সংন্যাস আশ্রম হায়না, আশ্রম মরি থোরা খাৎদোকলম্মি। মদুদা চঙজনুনা লৈরগা আচরণ তৌনবা মফম অদুবু আশ্রম হায়না কৌই। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈরগা বেদনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রগী লাইরিক পূম্নমকপু তমগদবনি। অহবু হৌজিক্কী মতমদদি মসি চৎনদ্রে, বেদ কৌবা লাইরিক কদাযনো হায়বসি ফাওবা মী অযাম্বনা খঙনদ্রে। মতমগী মতুং ইন্না অতোপ্পা-অতোপ্পা লাইরিক-লাইশু তম্লগ্রে। অদুম্মক ওইদুনসু অতোপ্পা লাইরিক-লাইশু তম্বা অসিসু ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈরগা তমগদবনি। নত্রবদি কনা অমত্তনসু নীংথিনা তম্বা ঙম্মোই। মফম পূম্নমক ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম ওইবা য়াই; যূমসু ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম ওইবা যাই। শূপ্না লাইরিক-লাইশু

তম্বা মতমদা তৌগদবা ( চৎকদবা ) আচরণ ( লমচৎ ) অদু নীংথিনা ঙাক্লবদি লৈরিবা মফম পুম্নমক অদু ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমনি। হায়রিবা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম অসিদা চহী ২৪, ২৫ শুবা ফাওবা লৈদুনা নীংথিনা লাইরিক লাইশু তম্লগা মতীক চানা অহল লম্মন, লাই-গুরুশিংবু য়োক-থাম্রবা অমস্তুং ঙাক-শেন্নবা শেল তানবা ঙম্লবা মতমদা গৃহস্থ আশ্রমদা চঙগদবনি। মসিবু মনুনা অস্মুম্না হায়রি .—

চতুর্থমায়ুষো ভাগমুষিত্বাদ্যং গুরৌ দ্বিজঃ।
দ্বিতীয়মায়ুষো ভাগং কৃতদারো গৃহেবসেৎ॥

( মনুঃ ৪ । ১ )

"পুন্সিবু শরুক মরি থোক্লা থাযরগা ( পুন্সি অসি চম্না চহী ১০০ নি হায়না য়াৈন ) অহানবা শরুক অমা ( চহী ২৫ শুবা ফাওবা ) লাইরিক লাইশু তমদুনা লৈরগা, পুন্সিগী অনী-শুবা শরুক হাযবদি চহী ২৬ তগী চহী ৫০ নত্রগা ৫৫ শুবা ফাওবা, মুপী থিরগা যুম পান্দুনা লৈগদবনি।"

গৃহস্থ আশ্রম অসিদা লৈবা মতমদা য়াম্না খাঙদুনা, নোমদুনা অমস্তুং হোৎনদুনা ঙমজবা মখৈ অপীক-অচৌ নাইদনা পুণ্যগী থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈগদবনি। মদুগীদমক বেদগী কর্ম্ম-কাণ্ডনি। মদুগী মতুংদা বানপ্রস্থ আশ্রমদা চহী ৭৫ শুবা ফাওবা মুপী-মুপা অনীমক তিন্নদুনা অচীকপা অশেংবা মফমদা লৈরগা লাই নীংবনচিংবা অফবা থবক তৌদুনা লৈগদবনি। মদুগীদমক বেদগী উপাসনা কাণ্ডনি। মদুগী মতুংদা হিংদুনা

লৈরবদি নুপী-নহা থাদোক্লুনা পরমাত্মা পরব্রহ্মগী চিন্তন ( রাখল ) তৌদুনা মাবু ফংননবগীদমক সংন্যাস আশ্রমদা চঙগদবনি। মসিগী-দমক বেদগী জ্ঞানকাণ্ডনি। মতৌ অসুম্না বেদগী মনুংদা কর্ম্ম-কাণ্ড, উপাসনাকাণ্ড অমসুং জ্ঞানকাণ্ড শরুক অহুম থোক্লা খায়রি। বানপ্রস্থ অমসুং সংন্যাস আশ্রমগী মরমদসু মনুনা অসুম্না হায়রি —

**বনেষু চ বিহৃত্যৈবং তৃতীয়ং ভাগমায়ুষঃ।**
**চতুর্থমায়ুষো ভাগং ত্যক্ত্বা সঙ্গান্ পরিব্রজেৎ॥**
**অধীত্য বিধিবদ্বেদান্ পুত্রাংশ্চোৎপাদ্য ধর্ম্মতঃ।**
**ইষ্ট্বা চ শক্তিতো যজ্ঞৈর্মনো মোক্ষে নিবেশয়েৎ॥**

( মনুঃ ৪। ৩৩, ৩৬ )

"অচীকপা অশেংবা মফমদা পুন্সিগী অহুমশুবা শরুক লেপ্লগা মরিশুবা শরুক্তা নুপী-নহা পুম্নমক থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌগদবনি। লাইরিক-লাইশু নীংথিনা তম্লগা ধর্ম্ম কায়দনা মচা-মশু পোক্লবা মতুংদা ওন্না মখে লাই নীংবনচিংবা তৌদুনা মোক্ষ ফংননবা পূক্নীং থিংজিনগবনি।"

মনুনা হায়রিবা নিয়ম অসি মী পুম্নমক্কী ওইনা চম্না হায়বনি। শোয়দনা মতৌ অসুম্না মী পুম্নমক্না চত্তবা য়াদে হায়বা নত্তে। কনাগুম্বা মীনা পাম্লবদি পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈবসু যাই। অসিগুম্বা মীবু নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী হায়না কৌই। সন্ন্যাস লৌনীংলবসু করিগুম্বা আশ্রম অমদগী লৌবা য়াই। মসিবু শ্রুতিনা অসুম্না তাকলি—"ব্রহ্মচর্য্যং পরিসমাপ্য

গৃহী ভবেৎ, গৃহী ভূত্বা বনী ভবেৎ, বনী ভূত্বা প্রব্রজেৎ। যদি বেতরথা ব্রহ্মচর্য্যাদেব প্রব্রজেদ্ গৃহাদ্বা বনাদ্বা। যদহরেব বিরজেৎ, তদহরেব প্রব্রজেৎ॥" (জাবালোপানিষৎ—৪)

"ব্রহ্মচর্য্য লোইববা মতুংদা গৃহস্থ ওইগদবনি, গৃহস্থ ওইরবা মতুংদা বানপ্রস্থ ওইগদবনি, বানপ্রস্থ ওইরবা মতুংদা সন্ন্যাস লৌগদবনি। নত্রগা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী সন্ন্যাস লৌবা য়াই: গৃহস্থ আশ্রম নত্রগা বানপ্রস্থ আশ্রমদগীসু সন্ন্যাস লৌবা য়াই। কবিগুম্বা মতমদসু পূক্নীংদা থাঙ্গৈশেংনা য়াম্না বৈরাগ্য ওইবা মুমিৎ অহুমক্তদা সন্ন্যাস লৌবা য়াই।"

মন্নুনা হায়রিবা ব্রা অসিদসু অহল ওইরবা মতমতদা লাই নীংবনচিংবা তৌ অমসুং মোক্ষ পামউ হায়বা নত্তে। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌহুনা পরমাত্মাবু ফংবা অসি লক্ষ্য (অথোইবা মথৌ) ওইনা থমগদবনি, মহুগীদমক মতম অহুদগী হৌহুনা হোৎনগদবনি নত্রবদি গৃহস্থ আশ্রমদা পুণ্যকর্ম্ম তৌ হায়না তাকপা অবেম্বদা তাগনি। লাইরিক-লাইশু তম্বা মতমদা বিঃ এঃ, এমঃ এঃ বু লক্ষ্য তৌহুনা থমলগা ক্লাস নাইনা মথং মথং চংখংশগুম্না মফম অসিদসু পরমাত্মা ফংববু লক্ষ্য থমলগা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌহুনা মথং মথং চংখংকদবনি। মহুতদা পুন্সি অসি নীংথিনা মহয় য়ানবা ছমগদবনি।

হৌজিক ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌহুনা সন্ন্যাস আশ্রম ফাওবদা তৌগদবা আচরণ (চংকদবা লমচৎ) অহু করিনো হায়বা অসিগী মরমদা বিচার তৌসি। মী পুম্নমক্না খঙনরি, মহুদি—

মুপী-নহানচিংবগী মনমদা পুক্লীং য়াম্না থিংজিন্দুনা লৈবা, মখোয়বু মতম পুম্নমক্তা খনবা, মখোয়গী মরমদা ব্রাম্নী-ব্রাভায় শানহনা লৈবা, মখোয়গী লোয়ননা তিন্নহনা লৈবা অমসুং মখোয়গা লোয়ননা তিন্নবগীদমক উপায় তৌবা (থিবা) অসিনচিংবা পুম্নমক অসিনা মী অদুবু অতোপ্পা অফবা থবক অমত্তা তৌহনবা ঙমদে। মদুদগী মী অদু নত্ত-নত্তবা থবক তৌশিল্লক্তুনা মাগী তৌগদবা মখৌ পুম্নমক থাদোকই, অহিং-নুংথিল নাইদনা মাগী নুংশিবগী ব্রাশিং অদুত্তা খন্দুনা লৈ। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক মশাগী পুন্সি অদু পাপ ওইবা থবক তৌদুনা অরেম্বদা তাহল্লী, চাওখৎনবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে, অদুগা মাগী পুন্সি অদুসু য়াম্না তেল্লী, শিরবা মতুংদসু তৌখিবা পাপ কর্ম্মগী মতুং ইন্না ফত্তবা মপোক ফংই। মতৌ অসুম্না হিংদুনা লৈরি-বৈঙগী মতমদসু অমসুং শিববা মতুংদসু য়াম্না লৈখা তাই। মরম অসিনা মুপী-নুপা অনীমক্না জননেন্দ্রিয (নুপা-নুপীগী অথুপ্পা মফমশিং) লাকশিন্দুনা থম্নবগী মশক ওইবা লমচৎ অসি শোয়দনা চৎকদবনি। লমচৎ অসি নীংথিনা চৎলবতদা মী অদু মানা তৌনীংবা অফবা থবক পুম্নমক য়জনা তৌবা ঙমগনি। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈদুনা লাইরিক-লাইশু তম্বা মতমদদি নুপীনা য়ামদ্র-বদা চহী ২০ শুবা ফাওবা, অদুগা নুপানা চহী ২৫ শুবা ফাওবসি শোয়দনা অমসুং লেঙদনা জননেন্দ্রিয়বু লাকশিন্দুনা থমগদবনি, মসিগী মরমদা পুক্লীংদা ফাওবসু খল্লোইদবনি। মতুংগী আশ্রম-শিংদসু মসি ঙাক্তুনা লৈগদবনি। মরম অসিদগী মসিবু ব্রহ্মচর্য্য

হায়না কৌরিবনি। মসিগী মরমদা যোগ ভাষ্যকারনা অস্থুম্না হায়রি—"ব্রহ্মচর্য্যং গুপ্তেন্দ্রিয়স্যোপস্থস্য সংযমঃ" "খুপ্তুনা লৈবা জননেন্দ্রিয়বু লাকশিন্দুনা থম্বা অসি ব্রহ্মচর্য্যনি।" অদুবু মসি লাকশিন্দুনা থম্বা অসি অতোপ্পা ইন্দ্রিয়শিংগী মতেং লৌদনা কদৌউদস্থ ওইখোক্তবা অমনি। অতোপ্পা ইন্দ্রিয়শিংবুস্থ লাক-শিল্লবতদা মসি লাকশিনবা ঙমগদবনি। মরম অসিনা অশেংবা ব্রহ্মচর্য্য করিনো হায়বা অসি দক্ষস্মৃতিদা অস্থুম্না তাক্লি—

**স্মরণং কীর্ত্তনং কেলিঃ প্রেক্ষণং গুহ্যভাষণম্।**
**সংকল্পোঽধ্যবসায়শ্চ ক্রিয়া নির্বৃত্তিরেব চ॥**
**এতন্মৈথুনমষ্টাঙ্গং প্রবদন্তি মনীষিণঃ।**
**বিপরীতং ব্রহ্মচর্য্যমেতদেবাষ্ট লক্ষণম॥**

(দক্ষস্মৃতি ৭। ৩২, ৩৩)

"(১) নুংশিবী নুপীবু নত্রগা নুংশিবা নুপাবু পুক্নীংদা নীংবা, (২) মাগী মরমদা থাগত্তুনা ঙাঙ-শকপা, (৩) মাগা লোয়নননা শান্ন-খোংনবা, (৪) মাবু য়েংবা (৫) মাগা লোয়নননা অথুপ্পা ৱা ঙাঙনবা (৬) মাবু ফংননবা ৱাখল তৌবা, (৭) মাবু শোযদনা কংগে হায়না পুক্নীংদা লেপ্পা অমস্থুং (৮) থাজ্ঞশেংনা অনীমক তিন্নবা—হায়রিবা নীপাল অসিবু ৱাখল চাউবা মীশিংনা মৈথুনগী (নুপা-নুপী তিন্নবগী) অঙ্গনি (শরুক্নি) হায়। মসিদগী ওন্ন-তৈননা চংপবু ব্রহ্মচর্য্য কৌই।"

মরম অসিনা ব্রহ্মচর্য্য অসিস্থ শরুক নীপাল তিন্দুনা ওই, হায়বদি—পুক্নীংদা নীংদবা, থাগত্তবা, তিন্ন-তোংনদবা, য়েংদবা,

অথূম্পা বা ভাঙনদবা, ব্রাখল খল্লদবা, ক্ষংগে লেপ্পবা অমস্থং শম্নদবা নীপাল অসি তিল্লবদি ব্রহ্মচর্য্য মপুং ফায়।

বেদ, পুরাণ, স্মৃতিনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিংদা ব্রহ্মচর্য্য অসিগী মতৌক মগুণ য়াম্না থাগৎলি অমস্থং মসিবু নীংথিনা ভাক্লবদি সংসাব অসিদা তৌবা ভস্মোইদবা থবক অমত্তা লৈতে হায়রি। অথর্ব্ব বেদদদি ব্রহ্মচর্য্যগী অচৌবা মগুণবু তাকপা ঈতোপ তোপ্পা সূক্ত অমা লৈ ; মহু ( অথর্ব্ববেদ কাণ্ড ১১ । ৫ । ১-২৬ ) "ব্রহ্মচর্য্য সূক্ত" কৌই। মহুদা অস্থম্না হায়রি—

**ব্রহ্মচারীষ্ণংশ্চরতি রোদসী উভে,**

**তস্মিন্ দেবাঃ সংমনসো ভবন্তি। ১॥**

"ব্রহ্মচারী মহাক্লা নীংবা মতুং ইন্না পৃথিবীদগী দ্যুলোক ( স্বর্গ ) ফাওবদা লৈবিবা পোৎ পূম্নমক ফংহুনা অমস্থং মহুদা চত্তুনা লৈ, মবম অহুদগী লাই পূম্নমকস্থ ব্রহ্মচারীগী মন্নুংদা চঙহুনা মাগী পূক্লীংগী মতুং ইন্না লৈ।"

**ব্রহ্মচারিণং পিতরো দেবজনাঃ**

**পৃথগ্ দেবা অনুসংযন্তি সর্ব্বে। ২॥**

"পিতর ( পিতৃলোক্তা লৈবা লাই ), দেব, গন্ধর্ব্ব অসিন-চিংবা লাই পূম্নমক ব্রহ্মচারীগী মতুং ইন্দুনা চৎলি।"

**পুর্ব্বো জাতো ব্রহ্মণঃ ব্রহ্মচারী**

**ঘর্ম্মং বসানস্তপাসোদতিষ্ঠৎ। ৫।**

"জ্ঞান (ব্রহ্ম) ফংদ্রিংদৈগী মমাঙদা ব্রহ্মচারী শোযদনা ওইগদবনি: ব্রহ্মচারী হুমাং তানা নোমদনা ক্ষপ কৌবদগী (লাইবিক নীংথিনা তম্নদগী) খ্বাযগী মকোক ওইদুনা হৌগংলি।"

**স সদ্য এতি পূর্ব্বস্মাদুত্তরং সমুদ্রং**
**লোকান্ সংগৃভ্য মুহুরাচরিক্রৎ ॥ ৬ ॥**

"মতৌ অসুম্না ব্রহ্মচারী অদুনা লাইবিক-লাইশু কৈদুনা য়াম্না ফাওবা ওইবগা মী পূম্নমকপু খোমজিন্দুনা মখোযবু অফবা লম্বী তাক্লুনা পুরকীং চাওখৎহল্লি, মতুদগী মতাক য়াম্না থুনমক নোংপোক থংবা সমুদ্রদগী অরাং থংবা সমুদ্র থাওবা হন্না হন্না চৎলি (মাগী মমিং যাম্না ফাওই)।"

**আচার্য্যো ব্রহ্মচারী ব্রহ্মচারী প্রজাপতিঃ ॥ ১৬ ॥**

"লাইবিক-লাইশু তম্নীবিবা আচার্য্য (ওঝা) ব্রহ্মচারী ওই-গদবনি অদুগা প্রজাপালক (লৈবাক ঙাক্লুনা লৈবিবা) অঙম-অথৌসু ব্রহ্মচারী ওইগদবনি (যূম পান্দুনা লৈরবসু ঋতু মক্ষমদা, মতম চানা, অনীবক অহুমলক্কং শুপীগা তিন্নদুনা লৈবা যূম্বানবা মী ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈ।"

**ব্রহ্মচর্য্যেণ তপসা রাজা রাষ্ট্রংবিরক্ষতি।**
**আচার্য্যো ব্রহ্মচর্য্যেণ ব্রহ্মচারিণমিচ্ছতে ॥ ১৭ ॥**

"মরমদি ব্রহ্মচর্য্যাগী মশক ওইবা তপ তৌদুনা বাজানা (লৈবাক ঙাকপা অঙম-অথৌনা) লৈবাকপু নীংথিনা ঙাকপা ঙম্মি (মুপী-নহাদা য়াম্না পুরকীং থিংজিন্দুনা লৈবা কনা অমত্তনা লৈবাক ঙাকপা ঙমদে হারবা অসি ইতিহাসনচিংবদা ফাওরিবনি)।

অদুগা মশামক ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈবা ওঝা ব্রহ্মচারী ওইবা ছাত্রবু পামই।"

**ব্রহ্মচর্য্যেণ কন্যা যুবানং বিন্দতে পতিম্ ॥ ১৮ ॥**

"লৈশাবী মচাস্নু মশামক ব্রহ্মচর্য্য চত্নুনা লৈরগা লাইরিক-লাইশু নীংথিনা তমদুনা অফবা পাখং মচাবু মপুরোইবা ওইনা ফংবা ঙম্মি।"

**ব্রহ্মচর্য্যেণ তপসা দেবা মৃত্যুমপাঘ্নত ॥ ১৯ ॥**

"ব্রহ্মচর্য্যগী মশক ওইবা তপ তৌরগা লাইশিংনা মৃত্যুগী (অশিবগী) মথক্তা জয় তৌই।"

**তান্ সর্ব্বান্ ব্রহ্মরক্ষতি ব্রহ্মচারিণ্যাভৃতম্ ॥ ২২ ॥**

"ব্রহ্মচারীদা লৈরিবা জ্ঞান অদুনা মী পুম্নমকপু ঙাক-শেন্দুনা লৈ।"

**ব্রহ্মচারী ব্রহ্মভ্রাজদ্বিভর্ত্তি, তস্মিন্**
**দেবা আধ বিশ্বে সমোতাঃ ॥ ২৪ ॥**

"ব্রহ্মচারী মঙাল য়াম্না লৈবা জ্ঞান লৌদুনা লৈ, মরম অসিদগী ব্রহ্মচারীদা লাই পুম্নমক তিন্দুনা লৈরিবনি।"

**ব্রহ্ম বৈ মৃত্যবে প্রজাঃ প্রাযচ্ছৎ**
**তস্মৈ ব্রহ্মচারিণমেব ন প্রাযচ্ছৎ ॥**

(যজুঃ শতঃ ব্রাঃ ১১।৩।৩।১)

"পরমাত্মা ব্রহ্মনা মৃত্যু (যম) গীদমক প্রজা পুম্নমকপু পী (জীব পুম্নমকপু পোকপা শিবা নাইহল্লি), অদুবু মহাক্কীদমক সুপ্না ব্রহ্মচারীবুদি পীদে।"

মতৌ অস্নুম্না বেদগী মন্ত্রশিং অসিদগী ঐখোয়না ব্রহ্মচর্য্য অসি মতৌক মগুণ কয়ামুক চাউবগে হায়বা অসি খঙবা ঙম্মি। অদুগা আত্মতত্ত্ব খঙনবা উপায়শিংগী মনুংদস্নু ব্রহ্মচর্য্য অসি অখোইবা উপায়নি হায়না তাক্লি—

**সত্যেন লভ্যস্তপসা হ্যেষ আত্মা**
**সম্যগ্ জ্ঞানেন ব্রহ্মচর্য্যেণ নিত্যম্ ॥**

(মুণ্ডঃ উঃ ৩।১।৫)

"আত্মা অসি অচুম্বা ঙাঙবা তপ তৌবা অমসুং মতম পুম্নমক্তা ব্রহ্মচর্য্য ঙাক্লুনা লৈবদগী অশেংবা জ্ঞান্না মরম ওইদুনা ফংবা ঙম্মি।"

**ব্রহ্মচারিব্রতে স্থিতঃ ...... মৎসংস্থামধিগচ্ছতি।**

(গীতা ৬।১৪, ১৫)

"ব্রহ্মচারীগী ব্রতদা লৈবা মী ঐগী (ভগবানগী) স্বরূপ ফংই।"

**যদিচ্ছন্তো ব্রহ্মচর্য্যং চরন্তি।** (গীতা ৮।১১)

"পরমাত্মাবু ফংনীংবা মী, ব্রহ্মচর্য্য তৌদুনা লৈ।"

পুরাণশিংদস্নু মসিগী মতৌক মগুণ য়াম্না লাউরি। হরিবংশ পুরাণদা উর্ব্ব কৌবা ঋষিনা অস্নুম্না হায়রি—

**ব্রহ্মচর্য্যং সুচরিতং ব্রহ্মাণমপি চালয়েৎ ॥৩৩॥**
**ব্রহ্মচর্য্যং পুরস্কৃত্য প্রার্থয়ন্তে পরাংগতিম্ ॥৩৬॥**
**ব্রহ্মচর্য্যে স্থিতং ধৈর্য্যং ব্রহ্মচর্য্যে স্থিতং তপঃ॥ ৩৮॥**
**নাস্তি লোকে যশোমূলং ব্রহ্মচর্য্যাৎ পরং তপঃ॥ ৩৯॥**

**তন্নিগৃহ্যেন্দ্রিয়গ্রামং ভূতগ্রামং চ পঞ্চকম্ ।**
**ব্রহ্মচর্য্যেণ বর্ত্তেত কিমতঃ পরমং তপঃ ॥ ৪০ ॥**

( হরিবংশ পর্ব্ব অঃ ৪৫ )

"নীংথিনা চংলিবা ব্রহ্মচর্য্য অসি ব্রহ্মা ফাওববুস্ত মিপাই-হল্লি ( নীকহল্লি ) ॥৩৩॥ ব্রহ্মচর্য্যবু অথোইবা ওইনা মাঙদা থারগা পরম গতিবু ( মোক্ষবু ) ফংবা ঙম্মি ॥ ৩৬ ॥ ব্রহ্মচর্য্যদা ধৈর্য্য (খাঙবা ঙম্নবা শক্তি ) লৈ, ব্রহ্মচর্য্যদা তপ লৈ । মসি লৈত্রবদি অকনবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে ) ॥ ৩৮ ॥ সংসাব অসিদা ব্রহ্মচর্য্য নত্তনা মিং চংনবা মরু ওইবা তপ ( অকনবা থবক ) অমত্তা লৈতে ॥ ৩৯ ॥ মরম অসিনা ইন্দ্রিয় পূম্নমকপু লাকশিন্দুনা রূপ-রসনচিংবা বিষয় মঙাদা পুক্নীং থিংজিন্দনা ব্রহ্মচর্য্য তৌহনা লৈগদবনি। মসিদগী হেনগৎপা ( করম্বা ) তপ লৈগনি ॥ ৪০ ॥

**মূলং হি সর্ব্বধর্ম্মাণাং ব্রহ্মচর্য্যং পরং তপঃ।**
**মূলশ্রী প্রোচ্যতে ব্রাহ্মী ব্রহ্মচর্য্য স্বরূপিণী ॥**
**সর্ব্ব যোগময়ী পুণ্যা সর্ব্ব পাপাপহারিণী।**
**শুভা সমস্ত সিদ্ধীনাং হেতুঃ সেয়ং প্রকীর্ত্তিতা ॥**

( স্কন্দ পুঃ রেবা খণ্ড অঃ ১৯৪ । ২৪, ২৫ )

"ব্রহ্মচর্য্য অসি ধর্ম্ম পুম্নমকী মরুনি, অথোইবা তপনি অহুগা ব্রহ্মগী মরু ওইবা শ্রী ( অফবা জ্ঞান ফংনবা অথোইবা উপায়গী মশক ওইবী শক্তি ) ব্রহ্মচর্য্যগী মশক্নি হায়নৈ। মসি যোগ পুম্নমকী মশক্নি, পুণ্য ওইবীনি, পাপ পুম্নমকপু মাঙহনবীনি, সিদ্ধি পুম্নমকী মরম ওইবীনি অমস্থং মসি অশেংবা শক্তিনি হায়না ব্রহ্মচর্য্যবু ঋষিশিংনা হায়।"

**ব্রহ্মতেজোময়ং শুক্রং যস্য সর্ব্বমিদং রসঃ।**

( মহাভাঃ শান্তিঃ অঃ ২৪০। ৯ )

“বীর্য্য মৈগী মশক ওইবা ব্রহ্মনি, রস পুম্নমক অসিস্থ মহুগীনি।”

মরম অসিনা যোগদর্শনদস্থ অসুম্না তাক্লি :—

**ব্রহ্মচর্য্য প্রতিষ্ঠায়াং বীর্য্যলাভঃ ( ২। ৩৮ )**

“ব্রহ্মচর্যা নীংথিনা ঙাক্লবদি পাঙ্গল য়াম্না ফংই।”

মতৌ অসুম্না বেদনচিংবনা হায়বিবা ব্রহ্মচর্য্য অসি মরু ওইনা লাইরিক তমহুনা লৈরিবা ছাত্র অমস্থং ছাত্রীশিংগীদমকনি। অহুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি কনা অমত্তনা মসিগী মরমদা খল্লুবা তৌদ্রে। নত্ত-নত্তবা থবক্তা তৌদুনা পুন্সিগী মক ওইবা ছাত্র-ছাত্রী জীবন অসিবু অরেম্বদা মাঙহল্লী। ছাত্র-ছাত্রী জীবন অসিদা লাইরিক-লাইশু নীংথিনা তম্বগী মরমদা মখোয়গী পূর্ক্নীং অহু থিংজিন্দুনা থম্লবদি লেমজৌরিবা পুন্সি অহু নুঙাইনা লেনবা ঙমগদবনি; নত্রবদি অরাবদা ফংহুনা অরেম্বা তাগদবনি। অয়াম্বা ছাত্রশিংনা মখোযগী মথৌ করিনো হায়বা অসি করিমত্তা খন্দে। নুপী-নুপা তিন্নবগী হোংনহুনা লৈবনা মখোয়গী মথৌ ওইনা তৌই। মখোয়না মসি পুম্নমক অসি খাদোক্তুনা “ঐখোয়দগী” লৈবাক্কী করি কান্নবা ওইগদগে হায়বসি শোয়দনা খনগদবনি। হৌজিক্কী মতমদা কনা কনাগুম্বা পাখং মচাশিংদি তৌহৈদবা থবকপুস্থ তৌহুনা লৈ। মখোয়গী মরমদা শাস্ত্রনা অসুম্না হায়রি—

**যথা স্তেনো যথা ভ্রুণহৈবমেষ ভবতি**
**যো অযোনৌ রেতঃ সিঞ্চতি ॥**

( কৃষ্ণ যজুঃ তৈত্তিঃ আরণ্যক প্রঃ ২ । ৮ )

"সনা হুৱানবদা অমসুং গর্ভপাত ( অঙাং হৈথবা ) তৌবদা লৈবা পাপ অদুগা চপ মান্নবা অযোনিদা ( মুপীগী গুপ্তইন্দ্রিয় নত্তবদা ) বীর্য্য তাহনবা মীগী পাপ লৈ ।"

**যেতু মূঢ়া দুরাচারা বিযোনৌ মৈথুনে রতাঃ ।**
**পুরুষেষু সুদুষ্প্রজ্ঞা ক্লীবত্বমুপযান্তিতে ॥**

( মহাভাঃ অনুঃ ১৪৫ । ৫২ )

"মুপা ওইবশিংগী মনুংদা য়াম্না ফত্তবা রাখল তৌদুনা লৈবা, য়াম্না পঙবা, ফত্তবা লমচং চংপা অমসুং নুপী নত্তবা অতোপ্পগা শম্নদুনা লৈবা মথোয় অদুদি শোযদনা নপুংসক ওই । নুপাসু নত্তবা নুপাসু নত্তবা অনিগী মরক্তা লৈবা মীওই, হায়বদি মহাক নুপা ওইবগী থবক অমত্তা নাংথিনা তৌবা ঙমদবা মী ওই ) ।"

ছাত্রগী জীবন অসি য়াম্না মরু ওইবা জীবন্নি। মশাগী ইমুংগী লৈবাক্কী চাওখৎপসি মথোয়গী মখা পোন্দুনা লৈরিবনি। লরায়দা লৌউ-শীংউ তৌদুনা লৈবা মী মশাগী অমসুং ইমুংগী থরা চাওখৎনবা তৌদুনা লৈরবসু লৈবাক্কী চাওখৎপা অসিদি লাইরিক-লাইশু নাংথিনা হৈবা লৌশিং শিংবা মীশিংদগী ওই। লৌশিং শিংবা মীনা য়াম্না কন্না নোমলবগুদা অমসুং খঙদবা অপঙবা মীবু খঙহন্দুনা তাকলবতদা অদুগা লৈবাক্কী চাওখৎনবা থবক

তৌহল্লবতদা লৈবাক চাওখৎপা ঙমগদবনি। মখোয়না মরৈবাক্লা লায়রবতুনা লৈরিব'সিগী মবমদা খনগদবনি অমসুং লাযরবতু কোক্ল-নবা উপায় থিগদবনি। লৈবাক্কী লায়ববগী মরু ওইবা মরম লৈবাক অতুদগী মপান্দা শেল য়াম্না চংখিবা অমসুং মপান্দগীদি শেল যাম্না লাক্রুবননি। চংখিবনা য়াম্বা অতুগা অরাকপনা য়াম-দ্রবদি লাগবব' মযেক্' ভাবনি। মী অমনা থা খূদিংদা লুপা ৩০ তাল্লগা, থা থদিংদা লুপা ৫০ চাদিং তৌববদি, লুপা ১০ পূতুনা চাদিং তৌবা ঙাই; অতুগা পুকরিবা শেল অতুসু শিংদোকপা ঙম্দবা ঙাই অতুনা মরম ওইতুনা নোংম-নোংমগী লায়রবা শোযদনা হেনগংলক্কনি। অতুগা লুপা ৪০ তাল্লগা লুপা ৩০ চাদিং তৌবর্বদি মাগী মখুন্দা থা খূদিংগী লুপা ১০ লৈহৌগনি, মতুদগী মতাক বাবতাংদা লুংভাইবা মী অমা ওইগনি অমসুং চতা খবগী মতুংদদি মতাক ঈনাক খুনবা মী অমসু ওইবা যাই। খুদম অসিগী মতুং ইন্না ঈবৈবাক্লা তানবা শেল অতু মপান্দগী পোং লৌবদা য়াম্না চংথোকপ্রবদি, অতুগা লৈবাক অতুদগী মপান্দা থাদোকখিবা পোংনা য়ামদবা মরম্না মপান্দগী লাকপা শেলনা চংখিবা শেলদগী যামদনা লাক্লবদি পূতুনা লৈবা মযেক্লা তাবনি, অমসুং নোংম-নোংমগী লায়রবা হেনগংপা শোয়দবনি। মসি কোরবা উপায়দি ঈবৈবাক্তা শাবা পোং-চৈশিং অতু লল্লোন-ঈতিক তৌতুনা মপান্দা যাম্না থাদোকখিবা, অতুগা মীরৈবাক্কগী ঙম্বমথৈ পোং লৌরুদ্রগা লৈবাক্কী মখুংদা শাবা পোং শীজিন্নবনি। অতুবু মসি পূম্নমক অসি করিমত্তা খন্দনা মপান্দগী অকে-অমৌগী

পোৎ, মমল য়াম্বা ফজবা ফিনচিংবা মথল-মথা অয়াম্বা লৌতুনা অরেম্বদা মপান্দা শেল য়াম্না থারি। চুকচ থকপতদা চহী খুদিংগী লুপা লাখ কয়ামুক মপান্দা চৎলি। মসি পূম্নমক অসি কোক্লবা অমস্তুং ঈরৈবাকপু ঈনাক খুলহন্নবা উপায় তৌবদি, লমচৎ য়াম্না ফজনা চত্তুনা লৈবা, লাইরিক-লাইশু য়াম্না হৈত্নুনা লৌশিং শিংবা নহারোলতনা ভুমগদবনি। ঈরৈবাক্তা শাবা ফি শেৎপা অমস্তুং ঈরৈবাক্তা কংবা পোৎ ভুম্বা মখৈ শীজিন্নবদা করি ঈকাইবা লৈগনি? মদু পূম্নমকপু তরু-তকুনা শেৎ-ইল্লবদি অমস্তুং শীজিন্নরবদি শোয়দনা থাগৎনফম ওইগদবনি। চুরুট থকপা থাদোকপা অমস্তুং অতোপ্পবুস্তু থাদোকহনবদা করি কায়বা লৈ? মদুদগী অফবা ওইগনি, হকচাংস্তু য়াম্না ফবা হেনগৎকনি।

ঈরৈবাক অসিদগী মপান্দা থোক্লুনা লাইরিক তম্বা ছাত্র-শিংনা লায়রবা মপা মমাদগী অমস্তুং মরৈবাক্কুগী থা খুদিংগী শেল য়াম্না লৌরগা মহৈ ফংননবা হোৎনরি। মখোয়নস্তু, মখোয়না লাক্লিবা অদু করি তৌনবা লাকপনো, মদু মতৌ করম্না নীংখিনা মপুং ফাবা ভুমগদগে, মখোয়গী য়ুমশিং অদুগী অবস্থা করিনো, অতোপ্পা ছাত্রশিংগী অবস্থা করিনো—অসিনচিংবা খন্দুনা লাই-রিক তম্বদা পূক্নীং চঙননবা হোৎনগদবনি। অদুগা মপানগী ফীবম অদু য়েংলগা অমস্তুং খঙলগা ময়ুমদা লাক্লবা মতুংদস্তু মদুগী মতুং ইন্না লৈবাক্কী চাওখৎনবা হোৎনবদা মখোয়গী পূক্নীং থিংজিন-গদবনি; মদুদগী মখোয়গী পুন্সি অদু অহল-লমনগী অমস্তুং লৈবাক্কী সেবা তৌতুনা লৈবা মরমদগী শোয়দনা মহৈ য়ানগদবনি অমস্তুং মখোয়গী মমিংস্তু মতম কুইনা শোয়দনা লৈবাক্তা লৈহৌগনি।

মমাংঙৈদদি ছাত্র পুম্নমক গুরুকুলদা চত্তুনা লাইরিক-লাইশু তম্নরম্মি অমস্তুং মখোয়গী লমচৎ অদুবুস্তু গুরুকুলদা লৈরগা শেংদোক্নবা হোৎনরম্মি। গুরুকুলদা লৈবা মতমদা লায়রবা, ঈনাক খুনবা, নিংথৌমচানচিংবা খেন্নবা অমত্তা লৈরমদে। মখোয় পুম্নমক অমত্তা ওইনা লৈরগা গুরুগী সেবা তৌদুনা অমস্তুং ভিক্ষাগী চেং চাদুনা মহৈ তম্নবা হোৎনরম্মি। গুরুস্তু মখোয়দা খেন্নবা থমদনা মখোয পুম্নমকপু মানা মানা পাম্বা মহৈ তম্বিদুনা লৈরম্মি, অদুগা মখোযগী অকনবা পরীক্ষা লৌরগা ময়ুম ময়ুমদা থাখি। গুরুকুলদা লৈবা মতমদা লায়রবা মচা অমস্তুং অচৌবা মচা অনীগী খেন্নবা লৈতে হায়বা অসিগী মরমদা খুদম ওইনা সুদামা অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণবু লৌবা য়াই। সুদামা য়াম্না লায়রবা ব্রাহ্মণ ওইবম্মি। সান্দীপনি ঋষিগী মনাক্তা মহৈ তম্বা লোইরবগী মতুংদা মখোয অনীমক ময়ুম ময়ুমদা হনখিদুনা, য়ুম পান্দুনা লৈরবা মতমদা সুদামাগী লোযনবীনা ( মতুনা ) মখোয়গী লায়রবা অদু কোক্লনবা নোংমা সুদামাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা থাখি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা পীনবা উপহার ( অথেনপোৎ ) ওইনা মীঙোন্দগী চেঙ খুজোক মরি নিরগা সুদামাদা পীখি। সুদামা দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক য়ৌরবদা, মহাকপু উবমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা চেনশিল্লক্লুনা মহাকপু কোল্লগা কোমুং মনুংদা পুরক্লম্মি অমস্তুং সিংহাসনগী মশক ওইবা চৌকি অমদা ফমহল্লগা, ঈশিং পুরক্লুনা মাগী মখোঙ হামমি অমস্তুং চরণামৃত থক্লুনা মদু কোকথক্তস্তু হাপ্পী। মসি উরগা কোমুং মমুংগী মুপী-নহানচিংবা মী পুম্নমক্লা য়াম্না ঙকখি অমস্তুং হায়—

**কিমনেন কৃতং পুণ্যমবধূতেন ভিক্ষুণা।**
**শ্রিয়া হীনেন লোকেঽস্মিন্ গর্হিতেনাধমেন চ॥**
**যোঽসৌ ত্রিলোকগুরুণা শ্রীনিবাসেন সম্ভৃতঃ।**
**পর্য্যঙ্কস্থাং শ্রিয়ং হিত্বা পরিষ্বক্তোঽগ্রজো যথা॥**

(ভাগবত ১০।৮০।২৫-২৬)

"সংসার অসিদা নিন্দা তৌনফম ওইবা লায়রবা অমসুং ভিক্ষা তৌদুনা চাবা অবধূত (মফি-মরোল নীংথিনা যাংদবা) অসিনা করম্বা পুণ্য তৌরকপনো? মতুদগী (পুণ্য অদুদগী) লোক অহুমগী গুরু ওইবা মতম পূম্নমক্তা লক্ষ্মীনা সেবা তৌদুনা লৈরিবা অমসুং পর্য্যঙ্কগী মথক্তা লৈরিবী রুক্মিণীনচিংবী দেবী পুম্নমকপু থাদোকুনা চেনখ্রগা শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু মযাম্বগী মতৌগুম্না কোন্দুনা পুরকই।"

অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা সুদামাবু পোম্থাহন্নগা রাধী-রাতায় শাদুনা অম্মুম্না হায়—

**অপি নঃ স্মর্য্যতে ব্রহ্মন্ বৃত্তং নিবসতাং গুরৌ।**
**গুরুদারৈশ্চোদিতানামিন্ধনানয়নে ক্বচিৎ॥**

ভাঃ ১০।৮০।৩৫

"হে ব্রহ্মন! গুরুপত্নীনা ঊমংদগী শীং য়াম্দনা পুরকউ হায়রন্দা ঐখোয় অনীনা ঊমংদা চৎলগা শীং যানবা মতমদা থোকখিবা থৌদোক অদু নহাক হৌজিক নীংশিংলিব্রা? মতম অদুদা ঈখউ খঙহৌদনা নোং যাম্না তাখি অমসুং নোংস্থু যাম্না থোংখি। মতুদগী লক্ষ্মী খঙদদুনা ঐখোয় অনী থুৎ শম্মদুনা উমংদা কোয়দুনা অহিং অদু উমং অদুগী মনুংদা লেনখি। নোংঙাল্লবা

মতমদা সান্দীপনি গুরুনা ঐখোয় অনীবু থিহ্না উমংদা লাকখি, অদুগা ঐখোয় অনীবু উরগা অস্মুম্না হায়খি"—

**অহো হে পুত্রকা য়ুয়মস্মদর্থেহতি দুঃখিতাঃ।**
**আত্মাবৈ প্রাণিনাং প্রেষ্ঠস্তমনাদৃত্য মৎপরাঃ॥**
**এতদেবহি সচ্ছিষ্যৈঃ কর্ত্তব্যং গুরুনিষ্কৃতম্।**
**যদ্ বৈ বিশুদ্ধভাবেন সর্ব্বার্থাত্মার্পণং গুরোঃ॥**
**তুষ্টোহহং ভো দ্বিজশ্রেষ্ঠাঃ সত্যাঃ সন্তু মনোরথাঃ।**
**ছন্দাংস্যযাতযামানি ভবন্ত্বিহ পরত্র চ॥**

( ভাঃ ১০।৮০।৪০, ৪১, ৪২ )

"অহো, হে ঈচাশা! নখোয়না ঐগীদমক য়াম্না অৱাবা ফংলে। থৱায় পানবা পূম্নমক্তা মথ্বায়বু খ্বাযদগী হেন্না নুংশিনা থমলিবা ওাক্তনি। অদুবু নখোয়দি মহুবু থাদোক্তুনা ঐগীদমক হোৎনরি। গুরুগীদমক অশেংবা ভাব তৌদুনা মশা পূম্নমকপু কথোকপা অসি অফবা শিষ্যশিংনা, গুরুনা পীবা বিদ্যাগী মমল কোকথোকপনি। হে দ্বিজশিংগী মনুংদা অথোইবা ঈচাশা। নখোয়বু ঐনা যাম্না পেল্লে, নখোয়গী পূৱীংদা নীংবা পুম্নমক থুংবা ওইসনু, অদুগা অযাতযাম বেদ ( হৌজিক যাওবা যংদ্রিবা বেদ ) বিদ্যা পূম্নমক মংবা ওইসনু॥"

মসিনি মমাঙৈগী বিদ্যা তম্বসি। গুরুসু শিষ্যশিংদগী সংসারগী পোৎ অমত্তা পামদে, অদুবু মরক মরক্তা শিষ্যশিংবু, গুরুগী মফমদা ভক্তি লৈবরা নত্রগা লৈতবরা হায়বসি শোয়দনা পরিক্ষা তৌদুনা য়েংলম্মি, গুরুভক্ত ওইবা শিষ্যশিংবু বিদ্যা পূম্নমক

নীংথিনা পীরগা ময়ূম ময়ূমদা থাখি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি তৌবা ঙম্বা অমা ওইবা মরমদগী গুরুদগী বিদায় লৌদুনা চৎলমদাইদা গুরু-দক্ষিণাগী মশক ওইনা গুরুদা মাগী শিগ্রবা মচাবু অমুক হন্না পুরক্লুনা পীখি। মসিগী রারম হরিবংশ পুরান্দা ইরি।

হৌজিক্কী মতমদদি অসিগুম্বা গুরু-শিষ্য ভাব অসি লৈখিদ্রে। গুরুস্থু শিষ্যগী মফমদা করি তৌফম লৈ হায়বসি করিমত্তা খনদ্রে, অদুগা শিষ্যস্থু গুরুগী মফমদা করম্বা লমচৎ চৎপা হৌনৈ হাযবা খঙদ্রে। মদুগী মহয ওইনা হৌজিক গুরু অমস্থুং শিষ্যগী মন্নুংদা খৎন-চৈনবসি য়াম্না থোক্লি, মদুদগী বিদ্যা তম্বা অসি মপূং ফানা মহয় য়াম্রবনি। ছাত্রশিংনা গুরুগী সম্মান তৌগদবনি, মদুতদা গুরুনা ছাত্রশিংবু মানা খঙবা বিদ্যা অদু নীংথিনা তম্বীগনি।ময়েক অমত্তং ফাওবা নীংথিনা তম্বীরিবা গুরুগী মরমদা শাস্ত্রনদি অস্নুম্না হাযরি—

**একমপ্যক্ষরং যস্তু গুরুঃ শিষ্যং নিবেদয়েৎ।**
**পৃথিব্যাং নাস্তি তদ্ দ্রব্যং যদ্ দত্ত্বা চানৃণী ভবেৎ॥**

(জ্ঞান সংকলিনী তন্ত্র ৯৪)

"গুরুনা ময়েক অমত্তং ফাওবা শিষ্যবু তম্বীরবস্থু মদুগী লম্মন কোকথোক্লবা গুরুদা পীবা য়াবা পোৎ অমত্তা পৃথিবীদা লৈতে।"

মথক্তা হায়খ্রিবা সুদামা অমস্থুং শ্রীকৃষ্ণগী খূদম অসিদা নত্তে; অসিগুম্বা খূদম য়াম্না লৈ, মদুদগী (গুরুগী সেবা তৌবদগী) শিষ্যশিং অদুগী হৌজিক ফাওবা মমিং চত্তুনা লৈরি। মহাভারতকী

আদিপর্ব্বগী অহৌবমক্তদা ৱারী অমা লাকই। আয়োদধৌম্য কৌবা ঋষি অমগী মনাক্তা আরুণি, উপমন্যু অমসুং বেদ কৌবা শিষ্য অহুম লৈরম্মি। নোংমা গুরুনা আরুণিবু লৌবুক্তা চৎলগা ঈশিং চংথোক্তনবা পল ঙাকউ হায়দুনা থায়। আরুণিনা লৌবুক্ত চৎলগা পল ঙাক্লবা হোৎনবদা পল ঙাকপা ঙমদ্রবদা, মহাক মশামক পল ওইনা হীপ্লগা ঈশিং থিংগত্তুনা লৈখি। মতুংগী নুমিত্তা আরুণিবু উদবা মরমদগী থিরকপা মতমদা গুরুনা মহাকপু পল ওইনা হীপ্নুনা লৈবা উই। মতুদা পেল্লহুনা মহাক্কী মমিং উদ্দালক হায়না থোনখি অমুগা বেদ শাস্ত্র পূম্নমক পীদুনা মহাকপু মযুমদা থাখি। মহাক ছান্দোগ্য উপনিষত্তা ফাওরিবা শ্বেতকেতুগী মপা উদ্দালক হায়বা অদুনি। উপমন্যুস্থু চাদ-থক্তনা গুরুগী শল শেন্দুনা উমংদা লৈবা মরমদগী মমীৎ তাঙখি; মতুগী মরম গুরুনা খঙলবদা অশ্বিনীকুমার কৌহুনা মীৎ তাঙবা অদু ফহনখি। মহাক প্রশ্নোপনিষৎনচিংবদা ফাওরিবা উপমন্যুনি। বেদস্থু, শল-শগোলগী মতৌগুম্না অহিং-নুংথিল নাইদনা গুরুগী সেবা তৌজরবা তুংদা য়াম্না অফাওবা ঋষি অমা ওইখি।

গুরুকুলদগী শিষ্যশিংবু মযুম ময়ূমদা থাখিবা মতমদা সমাবর্ত্তন সংস্কার তৌহল্লগা শিষ্যশিংবু গুরুশিংনা মতৌ অস্থুম্না পাউতাক পীনবমই—“সত্যং বদ” = অচুম্বা হায়উ, “ধর্ম্মং চর” = ধর্ম্মগী লমচৎ চৎলু, “স্বাধ্যায়ান্মা প্রমদঃ” = নংনা তম্বা বিদ্যাগী মরমদা লায়থোকপা তৌগনু, “আচার্য্যায় প্রিয়ং ধনমাহৃত্য প্রজাতন্তুং মা ব্যবচ্ছেৎসীঃ” = আচার্য্যনা পাম্বা দক্ষিণা পীরগা যুমদা চত্তুনা লুহোংউ, শাগৈ

মাঙদনবা নচা-নশূ পোকপগী মথং মনাও কায়হনগনু, "সত্যান্ন প্রমদিতব্যম্"=অচুম্বা ঙাঙবদগী লায়থোক্তুনা কদোইঙেদস্মু চুমদবা ঙাঙগনু, "ধর্ম্মান্ন প্রমদিতব্যম্" — ধর্ম্মগী লমচং চংপদগী লায়থোক্তুনা কদোইঙেদস্মু অধর্ম্মগী লমচং চংকনু, "কুশলান্ন প্রমদিতব্যম্" — নশাগী ঙাক্লবা অফবা থবক তৌবদগী লায়থোক্তুনা ফত্তবা থবক তৌগনু, "ভূত্যৈ ন প্রমদিতব্যম্" — চাওখৎনবগীদমক অফবা থবক তৌবদা লায়থোক্কনু, "স্বাধ্যাযপ্রবচনাভ্যাং ন প্রমদিতব্যম্" — নংনা তমখিবা বিদ্যা অত্তুদগী অমস্তুং মতবু অতোপ্পদা তম্বীবদগী কদোইঙেদস্মু লায়থোক্কনু ॥১॥ "দেবপিতৃকর্য্যাভ্যাং ন প্রমদিতব্যম" — লাই অমস্তুং শিগ্রবা অহল-লমনগী শ্রাদ্ধনচিংবা থবক তৌবদগী কদোইঙেদস্মু লায়থোক্তুনা লৈগনু, "মাতৃদেবো ভব"=নমাবু লাইমক্লি খন্দূনা মাগী সেবা তৌ, "পিতৃদেবো ভব"=নপাবু লাইমক্লি খন্দূনা মাগী সেবা তৌ, "আচার্য্যদেবো ভব"=অচার্য্য-ওঝাবু লাইমক্লি খন্দূনা মাগী সেবা তৌ, "অতিথিদেবো ভব" =অথাপ্পদগী লাকপা অতিথিবু লাইমক্লি খন্দুনা সেবা তৌ। "যান্যনবদ্যানি কর্ম্মানি, তানি সেবিতব্যানি"=নিন্দা ওইরোইদোবা অফবা থবকশিং অত্তু তৌগদবনি, "নো ইতরাণি"=মত্তু নত্তবা নিন্দা ওইগদবা থবকশিং তৌরোইদবনি, "যান্যস্মাকং সুচবিতানি, তানি ত্বয়োপাস্যানি"=আচার্য্য ওইবা ওঝাশিং এখোয়না অফবনি হায়না তৌরিবা থবকশিং অত্তু নহাক্লা শোয়দনা তৌগদবনি ॥২॥ নো ইতরাণি=আচার্য্যশিংনা তৌরবস্মু ফত্তবা থবক ওইরবদি মত্তু নহাক্লা তৌরোইদবনি, "যে কে চাস্মাচ্ছ্রেয়াংসো ব্রহ্মণাঃ, তেষাং

ত্বয়াঽঽসনেন প্রশ্বসিতব্যম্” = আচার্য্য ওইবা, ঐখোয়দগী হেনবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণশিং লাকলবদি, মখোয়বু ফমুনবা আসন (ফিদা) থাদুনা পোথাহনগদবনি, “শ্রদ্ধয়া দেয়ম্” = শ্রদ্ধাগা লোয়ননা দান তৌগদবনি, “অশ্রদ্ধয়াঽ দেয়ম্” = শ্রদ্ধা লৈতনা দান তৌরোই-দবনি, “শ্রিয়া দেয়ম্” = নংনা ঙমজবগী মতুং ইন্না দান তৌগদবনি, “হ্রিয়াং দেযম্” = ঐনা তৌরিবা অসি খজিক্কনি খন্দুনা ঈকাইবগা লোয়ননা দান তৌগদবনি, চাউথোক্তুনা দান তৌরোইদবনি, “ভিয়া দেয়ম্” = ঐনা পীগদৌরিবা অসি শোয়-ঙাম্বদি য়াওরোইদরা খন্দুনা অকিবগা লোয়ননা দান তৌগদবনি, “সংবিদা দেয়ম্” = মরূপ-মপাংগীদমকস্তু পীগদবনি, “অথ যদি তে কর্ম্মবিচিকিৎসা বা বৃত্তিবিচিকিংসা বা স্যাৎ” = ধর্ম্মগী থবক তৌবদা নহাক্কী পুক্নীংদা চিংনরবদি নত্রগা পুন্সি চৎনবা থবক্কী অফ-ফত্তগী মরমদা নহাক্না চিংনরবদি ॥৩॥ যে তত্র ব্রহ্মণাঃ সংমর্শিনঃ, যুক্তা আযুক্তাঃ, অলূক্ষা ধর্ম্মকামাঃ স্যুঃ” = নহাকনা লৈরিবা মফম অদুদা লৈবা, লৌশিং শিংবা, ধর্ম্মগী থবক্তা চঙদুনা লৈবা, মশামকস্তু ধর্ম্মপরায়ণ ওইবা পূকচেল তিংবা অমসুং ধর্ম্ম পাম্বা ব্রাহ্মণশিংদা হংউ, “যথা তে তত্র বর্ত্তেরন্, তথা তত্র বর্ত্তেথাঃ” = অদুগা থবকশিং অদুগী মরমদা মখোয়না চৎপগুম্না নখোয়স্তু চৎলু, “অথাঽভ্যাখ্যাতেষু” = মতৌ অদুগুম্না দোষ লৈ হায়না চিংনদুনা লৈরিবা মীশিং অদুগী মবমদস্তু, “যে তত্র ব্রাহ্মণাঃ সংমর্শিনঃ, যুক্তা আযুক্তাঃ অলূক্ষা ধর্ম্ম কামাঃ স্যুঃ = নহাক্না লৈরিবা মফম অদুদা লৈবা লৌশিং শিংবা ধর্ম্মগী থবক্তা চঙদুনা লৈবা মশামকস্তু, ধর্ম্মপরায়ণ ওইবা পূকচেল

তিংবা ব্রাহ্মণশিংদা হংউ, "যথা তে তেষু বর্ত্তেরন্, তথা তেষু বর্ত্তেথাঃ" =মখোয় অহুনা অতোপ্পশিংগী মক্কমদা চৎপা অদুগুম্না নখোয়সু অতোপ্পশিংগী মক্কমদা চৎলু। "এষ আদেশঃ" = মসি বেদ শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মনি, "এষ উপদেশঃ" = মসি বেদ শাস্ত্রনা পীবা পাউতাকনি, "এষা বেদোপনিষৎ" = মসি বেদগী অথুপ্পা ৱানি, "এতদনুশাসনম্" = মসি বেদগী হায়বদি ঈশ্বরগী অজ্ঞা (য়াথং) নি, "এবমুপাসিতব্যম্ = মসিগী উপাসনা নখোযনা তৌগদবনি, "এবমু-চৈতদুপাস্যম্" = মসিগী মতুং ইন্না নখোযনা লমচৎ চৎকদবনি।

(তৈত্তিঃ উঃ শীক্ষাধ্যায় ১। ১। ১০)

অক্কবা লমচৎ চত্তুনা লৈবগা লাইথিক তম্বা লোইরবা মতুংদা অসিগুম্বা উপদেশ লৌহুনা মযূমদা হনত্রিবা ছাত্রশিং অদুগী পুন্সিদা করিগী চাওখৎপা যংলোইদৌরিবনো? হাযরিবা উপদেশশিং অসিবু হৌজিক স্বতন্ত্র ওইরবা মতুংদা ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়শিংদসু সমাবর্ত্তন সমারোহগী (convocation) মতমদা উপকুলপতি (ভাইস চান্সলর) না বিঃ এঃ, এমঃ এঃ গী ছাত্রশিংবু উপাধি পীবদা হায়।

গৃহস্থাশ্রমদা চঙহুনা লৈবিবা মীশিংনসু ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈনবা হোৎনগদবনি। আশ্রম তসিদা মতৌ করম্না ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈগনি হাযবা অসিগী মরমদা শাস্ত্রনা অস্তুম্না তারি—

**কর্ম্মণা মনসা বাচা সর্ব্বাবস্থাসু সর্ব্বদা।**
**সর্ব্বত্র মৈথুনত্যাগো ব্রহ্মচর্য্যং প্রচক্ষতে**

**ব্রহ্মচর্য্যাশ্রমস্থানাং যতীনাং নৈষ্ঠিকস্য চ।**
**ব্রহ্মচর্য্যঞ্চ তৎ প্রোক্তং তথৈবারণ্যবাসিনাম্॥**
**ঋতাবৃতৌ স্বদারেষু সঙ্গতির্যা বিধানতঃ।**
**ব্রহ্মচর্য্যং তদেবোক্তং গৃহস্থাশ্রমবাসিনাম্॥**

(যাজ্ঞবল্ক্য সংহিতা)

"মতম পূম্নমক্কা মফম পূম্নমক্কা অমসুং ফীভম পূম্নমক্কা থবক্তগী, পুন্নীংদগী অমসুং ব্রাহৈদগী নুপী-নহাগা শমন্নবা থাদোকপবু ব্রহ্মচর্য্য কৌই। হায়বিবা ব্রহ্মচর্য্য অসি ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈদুনা লাইবিক তম্বা, পুন্সি চুপ্পা নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈরিবা সংন্যাস লৌদুনা লৈবা অমসুং বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈবা মীশিংগীদমক্তনি। অদুগা গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীশিংগীদমক্তি থা খুদিংগী মখোয়গী লোয়নবীশিংগী ঋতু (চাখুম থোকপা) মতমদা শাস্ত্রনা তাকপা নিযমগী মতুং ইন্না মখোয়না ফমদিন্ননা (শমন্নদুনা) লৈববু ব্রহ্মচর্য্য কৌই।"

**ভার্য্যাং গচ্ছন্ ব্রহ্মচারী ঋতৌ ভবতি চৈব হ॥**

(মহাভারত অনুঃ ১৮। ১১)

"ঋতু মতমতদা মাগী লোয়নবীগা ফমদিন্নবস্নু ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈ।"

নুপীগী ঋতু মতমগী মরমদা মশুনা অস্রুম্না হায়বি—

**ঋতুঃ স্বাভাবিকঃ স্ত্রীণাং রাত্রয়ঃ ষোড়শ স্মৃতাঃ।**
**চতুর্ভিরিতরৈঃ সার্ধমহোভিঃ সদ্বিগর্হিতৈঃ॥**

**আসামাদ্যাশ্চতস্রস্তু নিন্দিতৈকাদশী চ যা।**
**ত্রয়োদশী চ শেষাস্তু প্রশস্তা দশ রাত্রয়ঃ॥**

( অঃ ৩। ৪৫, ৪৬ )

"ঋতুগী অহানবা নুমিৎ মরিগা লোয়ননা নুমিৎ ১৬ নুপীশিংগী হৌনশা ওইনা ঋতু কৌই। মহুগী মনুংদা অহানবগী নুমিৎ মরি, ১১ শুবা নুমিৎ অমস্তুং ১৩ শুবা নুমিৎ নিন্দণীয়নি (ফত্তে)। মহুদগী লেমহৌবা নুমিৎ ১০ অফবনি।"

নুমিৎ ১০ অহুগী মনুংদস্তু ৫ শুবা নুমিৎ, ঈ খরা লৈহৌবনা শেংদবা মরমদগী ফত্তে, অহুগা ১৬ শুবা নুমিৎস্তু থা থিংবা নুমিৎ ওইবা মরমদগী ফত্তে। মরম অসিনা ফত্তবা নুমিৎ ৮ বু থাদোক্লগা লেমহৌবা অফবা নুমিৎ ৮ বু মাগী লোয়নবীগা ফমদিন্নহুনা লৈরবস্তু ব্রহ্মচারী ওইহুনা লৈ হায়বা আসস্তু অস্তুম্না তাক্লি—

**নিন্দ্যাস্বষ্টাসু চান্যাসু স্ত্রিয়ো রাত্রিষু বর্জ্জয়ন্।**
**ব্রহ্মচার্য্যেব ভবতি যত্র তত্রাশ্রমে বসন্॥**

( মনুঃ অঃ ৩। ৫০ )

"হায়রিবা ফত্তবা নুমিৎ নীপাল অহুগা অতোপ্পা ঋতু য়ৌদ্রিবা ফাওবগী অরেম্বা নুমিৎ পুম্নমকপু থাদোক্লগা লেমহৌবা নুমিৎ ৮গী মনুংদস্তু পর্ব্বগী নুমিৎ থাদোক্লুনা, গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীনা মাগী লোয়নবীগা ফমদিন্নহুনা লৈরবদি ব্রহ্মচারী ওইহুনা লৈ।"

আয়ুর্ব্বেদগী সুশ্রুত সংহিতাদস্তু অস্তুম্না হায়রি—

**ঋতুস্তু দ্বাদশরাত্রং ভবতি দৃষ্টার্ত্তবঃ।** ( অঃ ৩। ৬ )

"অহানবগী মুমিৎ মরি থাদোক্লগা লেমহৌবা মুমিৎ ১২ নুপীগী ঋতুগী মতমনি। মতম অসিদা মখোয়গী অশেংবা রজ লৈ।"

মসিদা শাস্ত্রকারশিংনা হায়রিবা রা পুম্নমক অসিগী অথুপ্পা হীরম করিনো হায়বা খণ্ডনবা শারীরিক বিজ্ঞানগী মতুং ইন্না ডাক্তরশিংনা হাযবা রা খবদং খণ্ডবা চুম্মি। নুপীগী পূক্কী মথা থংবা শরক্তা অথুপ্পা ইন্দ্রিয়গা শম্না গর্ভাশয় ( Uterus ) হায়বদি অঙাং লৈনবা থাউ লৈ, মসিবু জরায়ু হায়নস্থ কৌই; মসি থরা শাংতক তৌবা পুংদোনগী মওংগুম্বনি। গর্ভাশয় অসিগী মথক্কী নাকল অনীদা চুম্বে মকগী মওংগুম্বা অমস্থং ইক্কি অমরোম শাংবা থাউ অনীথক লৈ। অনী অদুবু ডিম্বাশয় নত্রগা ডিম্বকোষ Ovaries) কৌই, হায়বদি মকম লৈনবা থাউ কৌই। ডিম্বাশয় খুদিংমক্কী মন্নুংদা য়াম্না পীকপা ডা মকমগুম্বা মকম Ovum ) তরা কুন লৈ। অদুগা গর্ভাশয়গী নাকল অনীমক্তা খুংকী মতৌগুম্না মাগী মকু ( Fundus ) দগী হৌদুনা ইক্কি অহুমলোম শাংবা নালী মচা অনীখক ডিম্বাশয় অনীমক্কা শম্নদুনা লৈ। নালী মচা অনী অসিবু নুপীগী বীর্য্যবাহিনী (মকম পুনবা) নালী (Fallopain Tubes) কৌই। নুপীমচাশিংনা মপুং ফাবা লৈশাবী ওইরবা মতমদা মখোয়গী ডিম্বাশয়, বীর্য্যবাহিনী নালী অমস্থং গর্ভাশয অহুম অসিগী মশাদা ঈ লৈবা হেনগংলক্লনা মখোয়শিং অদুদগী ঈ চেক্লোকলকই। মদুবু নুপীগী ঋতু থা মাংবা (Menstruation) কৌই। মতম অদুদা নুপীগী বীর্য্যবাহিনী নালী শ্মদু হোদুনা লৈবা মরমদগী নালী অদুদা ডিম্বাশয়দগী

মরূম লাকই, অদুগা গর্ভাশয়গা শম্মহুনা লৈরিবা নালীগী মচীন অহুস্থু খজিক্কং হোহুনা লৈ, মদু ঋতু হৌবা নুমিত্তগী নুমিৎ ১৫ নি ফাওবা লৈ। অদুগা ১৬ নি শুবা নুমিত্তা থিংই। হোহুনা লৈবা মতম অদুদা নুপী-নুপা ক্ষমদিন্নবদগী গর্ভাশয়গী মনুংদা নুপাগী বীর্য্য ( Semen ) য়োম্নবা মতুংদা বীর্য্য অদুদা লৈরিবা জীবানু নত্রগা শুক্রাণুশিং ( Spermatozoa—বীর্য্যদা লৈবা য়াম্না কূপক্কবা তীলশিং ) অদু নালীরোমদা চেনশিল্লী। মখোয় অদু নালী য়োৌবা ঙম্মনবা য়াম্না কম্না হোৎনরবস্থ য়োৌবা ঙমদনা লমথাঙদা মাঙবনা অয়াম্বনি। করিগুম্বদা তীল অমত্তং নালী য়োৌবা ঙম্লবদি মদু নালী’দুদা লৈরিবা মরূম অদুগী মনুংদা চঙঙি। মতৌ অস্থুম্না অনী অদু তিন্নবদগী মরূম অদু য়াম্না লেঙ-খোৎপা হৌবক্কুনা মীওইবগী হকচাং অসি ওইরকই। ডিম্বাশয়দগী লাকপা মরূম অমস্থং বীর্য্যদগী চৎখিবা জীবানু অনী অদু নীংথিনা মপূং ফানা মুল্লবদি অনী অদুদগী শাগৎ- লকপা হকচাংস্থ যাম্না ফৈ, নল্লবদ্রি ফত্তে। মদুদস্থু নুপীগী মরূম অদু নুপাগী জীবানুদগী থোইনা হেন্না কল্লবদি নুপী পোকই, অদুগা নুপাগী জীবানু অদুনা নুপীগী মরূমদগী হেম্না কল্লবদি নুপা পোকই, অনী অদু চপ মান্নববদি নপুংসক পোকই। হাযবিবা অসিগী মরমদা মস্থনা অস্থুম্না হায—

> পুমান্ পুংসোঽধিকে শুক্রে স্ত্রী ভবত্যধিকে স্ত্রিয়াঃ।
> সমেঽপুমান্ পুংস্ত্রিয়ৌ বা ক্ষীণেঽল্পে চ বিপর্য্যয়ঃ॥
>
> ( অ: ৩। ৪৯)

"মুপাগী বীর্য্য থোইনা হেন্না কল্লবদি মুপা পোকই, মুপীগী রজ ( মরুম ) থোইনা হেন্না কল্লবদি মুপী পোকই। অনীমক্কী রজ অমসুং বীর্য্য মজবদি গর্ভ ওইবা ঙমদে।"

মথক্তা হায়খ্রিবা অফবা মুমিং নীপাল অদুগী মনুংদসু ব্রত-উপবাসনচিংবা ওইবা মুমিৎ, লাই-গুরুগী শ্রাদ্ধনচিংবা থবক তৌবা মুমিৎ অমসুং পর্ব্বগী মুমিৎ লাক্লবদি মদুসু থাদোক্কদবনি। পর্ব্বগী মুমিংশিংবু মসুনা অস্সু হায—

**অমাবস্যামষ্টমীঞ্চ পৌর্ণমাসীং চতুর্দশীম্।**

**ব্রহ্মচারী ভবেন্নিত্যমপ্যৃতৌ স্নাতকো দ্বিজঃ॥**

( অঃ ৪। ১২৮ )

"মুপীগী ঋতুগী মতম ওইববসু, থাশি মুমিৎ, থানিল (পূর্ণিমা) মুমিৎ অমম্বা থাখায অমসুং অঙানবা থাখাযগী নীপালশুবা অমসুং তবামবিনিশুবা মুমিৎ ( তিথি ) অসিদসু যুম্বানবা মীনা ব্রহ্মচাবী ওইদুনা লৈগদবনি।"

পাক্লিদৈগী কৌদুনা মুপী-মুপা অনীমক ব্রহ্মচারী ওইদুনা লাক্লগা যুম পাল্লবা মতমদসু মথক্তা হায়বিবা নিয়মগী মতুং ইন্না লৈববদি মখোযদগী পোকপা মচাশিং অদু শোযদনা হকচাং ফবা অমসুং লৌশিং শিংবা ওইনা পোক্কনি হায়বা অসিদা করিসু চিংনফম লৈতে। যুম্বানদ্রিদৈগী মমাঙদগী বীর্য্যবু মাঙহনবা হৌরবদি মখোযগী মচাশিং অদু হকচাং ফজবা ওইনা পোক্কনি অমসুং মখোয মশামকসু শোন্দম-নাদম তৌদুনা লৈগনি, মদুদগী করিগুম্বা অকনবা অমসুং অপাম্বা থবক অমত্তা তৌবা ঙম্মোই হায়বা অসিগী মরমদদি করি অমুক হায়পনি।

যুম্বান্দুনা লৈবা মতমদা ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈবা অসিদি মুপী-মুপা অনীমক পূব্বীং অমত্তা ওইনা য়া-নদুনা লৈরবতদা ঙমগ-দবনি। মরম অসিনা মুপী-মুপা অনিমক মশা মশাগী কান্নবগীদমক তা-নদুনা ঙম্বা মখৈ ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈনবা হোৎনগদবনি। গর্ভ লৈরবা মতুংদদি মচা পোক্লুনা থা অনী অহুম শুদ্রিবা ফাওবা মখোয় অনী ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈগদবনি। মসি নওবা মতমদদি মুপীগী ঋতু ওইরবদা মুপানা মাগা লোযননা তিন্নদ্রবদি মহাপাপকী মশক্কি হায়রবা অসি শাস্ত্রনা অম্বম্না তাক্লি—

**ক্রোধাদ্বা যদিবা দ্বেষাদাকুষ্টস্তৰ্জ্জিতোঽপিবা।**
**ঋতৌ স্ত্রিয়ং যো নোপেয়াৎতম্ বিদ্যাদ্ব্রহ্মঘাতকম্॥**

(বৃদ্ধ গৌতম স্মৃতি ১১।৮)

“শাউবদগী ঈস্থোক্লবম্বু নত্রগা মুঙাইতবদগী চৈ-থাংবা তৌদুনা লৈরবস্থু ঋতুগী মতমদা মাগী লোইনবীগা তিন্নদবা মী অদুবু ব্রহ্মহত্যা তৌবগা চপ মান্নবা পাপীনি হায়না খঙউ।”

মবম অসিনা লংফৈ-ঈফৈ চংথোক্ত্রবদি নত্রগা যুমদা অনা-অয়েক লৈত্রবদি যুম্বানবা মীনা মথক্তা হায়খ্রিবা ঋতুগী মতমদ মাগী লোইনবীগা শোয়দনা ফমদিন্নগদবনি।

অদুগা কনাগুম্বা মী অমত্তনস্থু অতোপ্পগী মুপীগা লোযননা ফমদিন্নরোইদবনি, অদুগা মসি পূক্লীংদা ফাওবা খল্লোয়দবনি। অতোপ্পগী মুপীগা ফমদিন্নববদি অমস্থং ফমদিন্নগে হায়না খল্লবদি মী অদুনা তৌজবা অমস্থং তৌজগদৌরিবা ধর্ম্ম, কর্ম্ম পূম্নমক অরেম্বদা মাঙগনি। মস্থম্না তৌবা অসিবু শাস্ত্রদা য়াম্না কন্না থিংলি।

**পরদারা ন গন্তব্যাঃ সর্ব্ববর্ণেষু কর্হিচিৎ।**
**ন হীদৃশমনায়ুষ্যং লোকে কিঞ্চন বিদ্যতে।**
**যাদৃশং পুরুষস্যেহ পরদারোপসেবনম্।**
**যাবন্তো রোমকূপাঃস্যুঃ স্ত্রীণাংগাত্রেষু নির্মিতাঃ।**
**তাবদ্বর্ষসহস্রাণি নরকং পর্য্যুপাসতে॥**

( মহাভাঃ অনুঃ ১০৪। ২০, ২১, ২২ )

"ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়নচিংবা বর্ণ মরিদা লৈবা অতোপ্পগী নুপী-শিংগা লোয়ননা কদৌদৈদস্থ যমদিন্নরোইদবনি। মসিগুম্মা মুপাগী পুন্সি মাঙহনবা ঙম্বা পোৎ অমত্তা সংসারদা লৈতে। নুপীগী হকচাংদা লৈরিবা তুখোঙগী মশীংগা চপ মান্নবা চহী লীশিঙ-লীশিঙ নরক্তা তান্নুনা মহাক লৈ।"

**ব্রাহ্মণঃ ক্ষত্রিয়ো বৈশ্যো যো রতঃ পরযোষিতি।**
**যাতি তস্যাঃপুজিতস্য রুষ্টা লক্ষ্মী গৃহাদপি।**
**ইহাতি নিন্দ্যঃ সর্ব্বত্র নাহধিকারী স্বকর্ম্মসু।**
**পরত্রৈবান্ধকূপে চ যাবদ্বর্ষশতং বসেৎ॥**
**স্বভার্য্যাঞ্চ পরিত্যজ্য যো গৃহ্নাতি পরস্ত্রিয়ম্।**
**যশোধনায়ুষাং হানির্ভবেজ্জীবন্যৃতস্য চ॥**

( ব্রহ্মবৈঃ পুঃ কৃষ্ণজন্ম খণ্ড ৩০। ৮৬, ৮৭, ৯০ )

"ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় অমস্তং বৈশ্যস্থ ঙইসমু, মী অদুনা অতোপ্পগী নুপীদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈরবদি মহাক মীনা ঈকাইখুম্নবিদে, অদুগা ময়ূমদগী লক্ষ্মীস্থ চৎথোকখি। পুন্সি অসিদা মহাক

মফম পুম্নমক্তা য়াম্না নিন্দা তৌনফম ওইহ্নুনা মশাগী তৌগদবা মথৌদস্ন মতীক চাবা মী ওইদে, অদুগা শিরবা মতুংদস্ন অন্ধকুপ কৌবা নরক্তা চহী চামা চামা লৈ। মশাগী ময়ুমদা লৈবা লোয়নবীবু থাদোক্লগা অতোপ্পগী নুপীবু লৌহ্নুনা লৈবা অমস্তুং হিংনহিংনমক অশিবগা চপ মান্নরবা মী অদুগী মিংচৎ, লল-থুম অমস্তুং পুন্সি পুম্নাও মাঙডি।”

কো ধর্ম্মঃ কিং যশস্তেষাং কা প্রতিষ্ঠা চ কিং তপঃ।
কা বুদ্ধির্বিদ্যা দানঞ্চ পরেষাং স্ত্রীষু যন্মনঃ॥
(ব্রহ্মবৈঃ কৃষ্ণজন্ম খঃ ৩৫। ৮৮)

“অতোপ্পগী নুপীশিংদা পুক্নীং চঙহ্নুনা লৈরিবা মীশিং অদুগী ধর্ম্ম করিনো, মিংচৎ করিনো, ইজৎ করিনো, তপ করিনো, বুদ্ধি করিনো, বিদ্যা অমস্তুং দান করিনো? হায়বদি অমত্তস্নু লৈতে।”

পরযোষিৎ সমাসক্তিরায়ুঃ কীর্ত্তিবলং সুখম্।
হরেৎ স্বর্গগতিঞ্চাপি তস্মাৎতাং বর্জ্জয়েৎ সুধীঃ॥
(স্কন্দ পুঃ খণ্ড ৫। ৪৫। ১৩)

“অতোপ্পগী নুপীদা পুক্নীং চঙবসি, পুন্সি, মিংচৎ, পাঙ্গল, নুংঙাইবা অমস্তুং স্বর্গ ফংবসিবু মাঙহল্লি; মরম অসিনা লৌশিং শিংবা মীনা মসিবু থাদোক্কদবনি।”

নাস্য ধেনুঃ কল্যাণী নানড্বান্ সহতে ধুরম্।
বিজাণীর্যত্র ব্রাহ্মণো রাত্রিং বসতি পাপয়া॥
(অথর্ব্ব বেদ কাঃ ৫। ৪। ১৮)

"লৈবাক্ অহুদা ব্রাহ্মণনা পাপ বুদ্ধি তৌহুনা অতোপ্পগী য়ুমদা অহিং লেল্লবদি লৈব্যাক অহুগী শল অমোম্না মখোম পীদে, শল লাবনা লাঙ্গোল পুবা ( চিংবা ) ঙমদে হায়না খঙউ।"

**পরদারাপহর্ত্তারঃ পরদারাভিমর্শকাঃ।**
**পরদার প্রযোক্তারস্তে বৈ নিরয়গামিনঃ॥**

( বৃদ্ধ গৌতম স্মৃঃ ১০ । ৮৭ )

"অতোপ্পগী মুপী হূরানবা, অতোপ্পগী মুপীবু নমহুনা তিন্নবা, অতোপ্পগী মুপীবু শীজিন্নহুনা ফমদিন্নবা মী শোয়দনা নরক্তা চৎকদবনি।"

মসিগী মরমদা কদায ফাওবা ইগনি ? শাস্ত্র পুম্নমক অতোপ্পগী মুপীগা তিন্নগদ্রু হায়বা অসি লাউদুনা লৈরি। মকম অসিদা অতোপ্পগী মুপী হায়বদা মপুরোয়বা লৈবী মুপীতবু নত্তে ; মপুবোযবা লৈত্তবী মুপীবুস্সু খঙনগনি। অমরোমদা হায়রগা মশাগী লোয়নবী নত্তবা মুপী পুম্নমক অতোপ্পগী মুপীনি হাযনা লৌগনি।

করিগুম্বদা মুপাগী ময়ুমদা মতম চাদনা মুপী লৈত্তবা ( শিখিবা নত্রগা খাইনথিবা ) ওইরবদি অহুগা চহী নৌবা মরমদগী মহাক্না মুপী অমুক থিবা পামলবদি, অপাম্বা মপুরোইবা লৈতবী মুপী থিদ্ুনা য়ুম্বাল্লগা লৈবা য়াই, মহুদা মহাক্ অহুক হাক্না দোষ লৈত্তে, শাস্ত্রনস্থু অহুক কম্না থিংদে ; শাস্ত্রনা কম্না থিংবদি মশাগী লোয়নবী নত্তবা অতোপ্পগী মুপীগা শম্নবনচিংবনি। অতোপ্পগী মুপীশিংবুদি মমামক্কী মত্তৌঙম য়েংউ হায়রি—

**মাতৃবৎপরদারাণি পরদ্রব্যাণি লোষ্টবৎ।**
**আত্মবৎ সর্ব্বভূতানি যঃ পশ্যতি স পশ্যতি।**

( চাণক্য ২।১৬ )

"অতোপ্পগী মুপীশিংবু ঈমাগী মতৌগুম য়েংবা, অতোপ্পগী পোৎশিংবু লৈতূমগুম য়েংবা ( উবা ) অমসুং অতোপ্পা জীবশিংবু মশাগী মতৌগুম য়েংবা মী অহুদি অশেংবা য়েংবা ( উবা ) মীনি।"

অতোপ্পগী মুপীশিংবু রাখল অমা তৌদুনা য়েংলোইদবনি হায়রবা অসিগী মরমদা লক্ষ্মণনা য়াম্না ফজবা খূদম অমা থনম্মি। হনুমান্না শ্রীরামগী মযমদা সীতানা থাদরম্বা ইন্নফি কুণ্ডল নাইম্নচিংবা পীরবদা শ্রীরাম্না মসি পুম্নমক অসি "নতৈমা সীতাগীরা" হায়না হংবা মতমদা লক্ষ্মন্না অস্মুন্না পাউখুম পী—

**নাহং জানামি কেয়ূরে নাহং জানামি কুণ্ডলে।**
**নূপুরে ত্বভিজানামি নিত্যংপাদাভিবন্দনাৎ॥**

( বাল্মীকি রাঃ কিষ্কিন্ধা কাঃ ৬।২২ )

"পাম্বোমদা সিননবা কেয়ূব অনী অহু ঐ খঙদে, নাদা সিননবা কুণ্ডল নাইন অনী অহুসু ঐ খঙদে। মুমিৎ খূদিংগী মাগী চরন্দা খুরুমজবা মরমদগী মাগী মখোঙদা সিবা নূপুর ( খোঙজি ) অনী অহুদি ঐনা খঙই।"

লক্ষ্মণনা পীরিবা খূদম অসি মী পুম্নমক্না খন্দুনা য়েংবা চুম্মি, অহুগা মাগী মতৌগুম্না চৎননবা হোৎনবসু চুম্মি। অতোপ্পগী

মুপীদা ফত্তবা মিৎয়েং য়েংদুনা মাগা তিন্নগে হোৎনরবদি মী অহ্ শোয়দনা অৱাবা ফংগনি। মরম অসিনা অস্তুম্না হায়রি—

**লঙ্কেশ্বরো জনকজাহরণেন বালী**
**তারাপহারকতয়াঽপ্যথ কীচকশ্চ।**
**পাঞ্চালিকাগ্রহণতো নিধনং জগাম**
**তচ্চেতসাপি পরদাররতিং ন কুর্য্যাৎ॥**

**(অনঙ্গ রঙ্গ ৮। ১১)**

"লঙ্কাগী মপু রাবণনা সীতা হুরুবদগী, বালীনা সুগ্রীবগী মুপী তরাদু নমদুনা থম্বদগী অমসুং কীচকনা দ্রৌপদীবু ফাকুবদগী শিবা য খি (মথায় মাঙখি)। মরম অসিনা পুক্নীংনা ফাওবা অতোপ্পগী মুপীগা শয়গে খল্লোয়দবনি।"

মসিদা নত্তনা মুপাশিংনা মনীং তম্না লৈবী বেশ্যাশিংগা তিন্নবা অসিদি পুমথা থাদোক্কদবনি। ফত্তবা পুম্নমক্কী মগুংদা মসি হায়দগী হন্না ফত্তবনি। মখোযগা তিন্নাবা মতুংদা মী অহ্ অমুক হন্না মীমায়গনি হায়বা অসি ওইথোক্তবনি। মী অদুগী শেল-থুমদগী হোদুনা হকচাং খাওবা শোয়দনা মাঙগদবনি। মবম অসিদগী শাস্ত্রকারশিংনা অস্তুম্না হায়—

**অহো সর্ব্বৈঃ পরিত্যাজ্যা পংশ্চলী চ বিশেষতঃ।**
**ধনায়ুঃ প্রাণযশসাং নাশিনী দুঃখদায়িনী।**
**স্বকার্য্যত পরা শশ্বৎ পরকার্য্যাবনাশিনী॥**

"অহো ! মী পুম্নমক্না বেশ্যাবু শোয়দনা থাদোক্কদবনি। বেশ্যাদি মীগী শেল থুম, পুন্সি, থরায় অমস্থং মিংচৎপু মাঙ-হনবীনি ; মরম অসিনা অরাবা পীহনা লৈবীনি। মহাক মতম পুম্নমক্না মশাগী থবক্তা যেংবীনি, অদুগা অতোপ্পগী থবকপুদি মাঙহনবীনি।"

এতা হসন্তি চ রুদন্তি চ বিত্তহেতোঃ
বিশ্বাসয়ন্তি পুরুষং ন চ বিশ্বসন্তি।
তস্মান্নরেণ কুলশীলসমন্বিতেন
বেশ্যাঃ শ্মশানঘটিকা ইব বর্জনীয়াঃ॥

( মৃচ্ছকটিক ৪ । ১৪ )

"মখোয় অসিদি ( বেশ্যাশিংসিদি ) মথল-মথা অযাম্বা উপায় তৌহনা লুপা লৌনবগীদমক, কবিগুম্বা মতমদা নোকই অদুগা কবিগুম্বা মতম অমদনা কপ্নী, মুপাবু থাজহল্লি অমস্থং মশামক্তি মুপা অদুবু থাজদে। মরম অসিনা শাগৈ চাউবা অমস্থং অফবা স্বভাব লৈবা মীনা বেশ্যাশিংবু মোংফমগী চফুগুম্না থাদোক্কদবনি।"

বেশ্যাবু থাদোকপা অসিগী মবমদা অর্জ্জুন্না য়াম্না ফজরবা থূদম অমা ঐথোযদা পী। ইন্দ্রনা কালকেয়নচিংবা হিংচাবশিংবু হাৎহন্নবগীদমক মাতলিবু থাহনা অর্জ্জুনবু ইন্দ্রপুরীদা কৌই। অর্জ্জুন্না ইন্দ্রপুরী য়োববা মতুংদা মাবু পেলহনগে হায়বগীদমক উর্ব্বশী কৌবী অপ্সরাবু ( দেবতাশিংগী বেশ্যাবু ) মাগী মমাঙদা ইন্দ্রনা জগোই শাহল্লি। মহুদা অর্জ্জুন্না উর্ব্বশীবু হাইরপ য়েংখি।

মত্র উরগা ইন্দ্রনা ওস্তাক্তা হাযহনা অহিংগী মতমদা উর্ব্বশীবু অর্জ্জুনগী মনাক্তা থাহল্লি। অর্জ্জুনগী মনাক্তা উর্ব্বশীনা হৌরবদা মহাক্লা লাকপা মবম পূম্নমক খঙলহনা অর্জ্জুননা মাবু হস্নুা হায়—

**শৃণু সত্যং বরারোহে যৎত্বাং বক্ষ্যাম্যনিন্দিতে।**
**শৃণ্বন্তু মে দিশশ্চৈব বিদিশশ্চ সদেবতাঃ॥**
**যথা কুন্তী চ মাদ্রী চ শচী চৈব মমানঘে।**
**তথা চ বংশজননী ত্বংহি মেহদ্য গরীয়সী॥**
**গচ্ছ মূর্দ্ধা প্রপন্নোহস্মি পাদৌ তে বরবর্ণিনি।**
**ত্বংহি মে মাতৃবৎ পূজ্যা রক্ষ্যোহহং পুত্রবৎত্বয়া॥**

( মহাভারত বন ৪৬। ৪৫, ৪৬, ৪৭ )

"হে শক ফজবী, নিন্দা তৌনফম ওইদবী। ঐ নঙোন্দা চুম্না হাযগে, নহাক মসিবু তাও। অদুগা মায়কৈ ঙাকপা দেবতা-শিংগা লোযননা মাযকৈ তরামকমু ঐনা হায়গদৌরিবা ব্রা অসি তাসনু। হে পাপ লৈতবী। নহাকমু কুন্তী, মাদ্রী অমসুং শচীগী মতৌগুম, ঐগী শাগৈবু পোকপীবা ঈমা অমনি, নহাক ঐগী পূজা তৌনফমনি। হে লাইবক ফবী। নহাকী খুয়াদা কোক থমদুনা খুরমজরি; নহাক মফম অসিদগী চৎপীখরো। নহাক্তি ঈমাগী মতৌগুম পূজা তৌনফমনি, অদুগা ঐদি নহাক্লা নচাগী মতৌগুম য়োক্লফমনি।"

মসিনি অফবা মীশিংগী লমচৎ। অসিগুম্বা লমচৎ চত্নুনা লৈরবদি হৌজিকী মতমদমু মীওইবনা করিগী চাওখৎলোইদবগে?

হায়রিবা ৱাশিং অসি মুপাদগী নত্তে, নুপীস্থ অতোপ্পা মুপাগা তিন্নদনবা হোৎনগদবনি অমস্তুং পুন্নীং শেংনা লৈগদবনি। নত্তবা লমচৎ চত্তুনা লৈরবদি মখোয়না তৌরিবা অফবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম পূম্মক মাংগনি হায়বা অসি শাস্ত্রনা তাক্লি—

**দানোপবাসপুণ্যানি সুকৃতান্যপ্যরন্ধতি।**

**নিষ্ফলান্যসতীনাং হি পুণ্যকানি তথা শুভে॥ ৫॥**

**যা বঞ্চয়তি ভর্ত্তারং যোনিদুষ্টাশ্চ যাঃ স্ত্রিয়ঃ**

**যোনিদোষাৎ পুণ্যফলং নাপ্নুন্তি নিরয়ঙ্গমাঃ॥ ৬॥**

**যোনি দুষ্টস্ত্রিয়ো নাস্তি প্রায়শ্চিত্তং হতৈব সা॥ ১১॥**

(হরিবংশ পু বিষ্ণুপর্ব্ব অঃ ৭৮)

“পার্ব্বতীনা অরুন্ধতীবু তাক্পা হায়— হে যজবা লমচৎ চংদ্রী অরুন্ধতী অসতী ওইবী নুপীশিংগী দান, উপবাস, পুণ্য ওইবা অদুবা থবক, পুণ্যক কৌবা বত অসিনচিংবা পূম্মক অসি মহয় য়ান্দে। মপুরোয়ববু নমথাক তৌহুনা থঙ্গা নুপীশিং অমস্তুং অতোপ্পা নুপাগা তিন্নগনা লৈরিবী নুপীশি সি নরক্তা তাই, মখোয় পুণ্য ফংবা ঙমদে। অদুগা অতোপ্পা নুপাশিংগা তিন্নহুনা লৈরিবী নুপীশিংগী পাপ অত্ত কোন্নদা প্রায়শ্চিত্তসু লৈতে মখোয়দি মতম পূম্মক্তা পতিত ওইহুনা লৈ।”

মরম অসিনা মত্তবা লমচৎ চত্তুনা লৈবগী মহুত্তা মপুরোয়বা লৈত্রবী নুপীশি না ময়ুম অমুক হন্না নাইহুনা লৈবনা ফৈ। মহুদদি দোষ অদুক হাকনা লৈতে, অদুগা ঙম্নবদি পুন্সিচুপ্পা ব্রহ্মচারিণী

ওইহুনা লৈরগা পুণ্য ওইবা থবকশিং তৌদুনা লৈবা অসি যাম্না ফৈ।

মরম অসিনা শাস্ত্রকারশিংনা লাউহুনা তাক্লি—

**কিং বহুক্তেন লোকেঽস্মিন্ সাধনং যদ্ধি বিদ্যতে।**
**ব্রহ্মচর্য্যে তু তৎসর্ব্বমন্তর্ভবতি সর্ব্বথা ॥ ২৮২॥**
**যথা গজপদে সর্ব্বে পাদা অন্তর্ভবন্তি হি।**
**নৈতস্মাদধিকং কিঞ্চিদ্ ব্রহ্মচর্য্যাদ্ধি বিদ্যতে ॥ ২৮৩॥**

( আত্মপুরাণ অঃ ১৪ )

"যাম্না হায়কুবগ কবি কান্নগনি? সংসাব অসিদা লৈরিবা সাধন ( উপায় ) পূম্নমক অসি ব্রহ্মচর্য্যগী মনুংদা চনবা ওাক্তনি। শামুগী খোঙ্গুন মনুংদা অতোপ্পা জীব পুম্নমক্কী খোঙ্গুল চনবগুম্না ব্রহ্মচর্য্য অসিদগী হেন্দোকপা উপায় অমত্তা লৈতে।"

(৫) **অপরিগ্রহ**—মিহৌত্নুনা অমস্তুং নত্ত-নত্তবা থবক তৌত্নুনা ডম্বা মখৈ লল-থুম অমস্তুং পোৎ-চৈ খোমজিন্দুনা কদৌটেদস্তু থমদববু অপরিগ্রহ কৌই। অফবা লম্বী চত্তুনা অমস্তুং অফবা থবক তৌত্নুনা ঈমুং মনুংগী অহল-লম্মন, ঈচা-ঈশুবু নীংথিনা য়োকনবা অমস্তুং চাওখৎনবা অত্নুগা দান পুণ্যনচিংবা তৌনবা শেল তানবা, পোৎচৈনচিংবা লৌশিনবা অসি পরিগ্রহ নত্তে। মসিদি গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মী পুম্নমক্কা শোয়দনা তৌগদবনি; নত্রবদি গৃহস্থাশ্রমদা নীংথিনা লৈবা ঙম্লোই। পুক্নীং শেংনা তানশিনবা লল-থুমদগী পাপ ওইদে, পাপ ওইবদি ফত্তবা উপায তৌত্নুনা শেল-থুম তানশিনবনি। মত্নুদগী মী অত্নুগী পুক্নীং মকা লামত্রবদি তৌগদবা থবক পুম্নমকস্তু নীংথিনা তৌবা যাদে। মরম অসিনা পুক্নীং মকা লাম্মোইদবা ফত্তবা থবক থাদোক্লগা অফবা থবক তৌত্নুনা শেল-থুম তানশিনবা অমস্তুং পোৎ-চৈ লৌশিনবা অসি গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীশিংগী অপরিগ্রহনি। বুম-কৈ থাদোক্তুনা মত্নুগী মরমদা করিস্তু খন্দনা যোগাভ্যাসনচিংবা তৌনীংবা মীশিংগীদমক্তি অপরিগ্রহ করিনো হাযবা অসি যোগ-ভাষ্যকার ব্যাসদেবনা অস্তুম্না হায়রি—

**"বিষয়াণামর্জ্জনরক্ষণক্ষয় সঙ্গহিংসাদোষদর্শনাদ-স্বীকরণমপরিগ্রহঃ"**— "শেল-থুম পোৎ-চৈ তানশিনবদা, ঙাকপদা, মাঙবদা অত্নুগা শম্নবদা ওইগদবা দোষশিংবু অমস্তুং মত্নুদগী অতোপ্পগী পুক্নীংদা অৱা-অনা পোকপা অসিনচিংবা দোষশিংবু য়েংলগা পোৎ-চৈ শেল-থুম লৌদবসি অপরিগ্রহনি।"

মফম অসিদা ভাষ্যকারনা হায়রিবা অপরিগ্রহ অসিদি য়ুম পান্দুনা লৈবা মীশিংগীদি ওইথোক্তবনি। মরম অসিনা চুমদবা থবক তৌদনা অফবা থবক তৌরগা শেল-থুম ফান্দুনা লৈবা অসি য়ুমপানবশিংগী অপরিগ্রহনি।

যমগী মরমদা বিচার তৌরবগী মতুংদা হৌজিক নিয়মগী মমুংদা লাকইবা উপাযশিংগী মরমদসু বিচার থরা তৌসি। যোগদর্শন্দা অস্মুন্না হায়রি—

**"শৌচসন্তোষতপঃ স্বাধ্যায়েশ্বরপ্রণিধানানি নিয়মাঃ"**
( ২।৩২ )

(১) শৌচ, (২) সন্তোষ, (৩) তপ, (৪) স্বধায় অমসুং (৫) ঈশ্বরপ্রণিধান মগা অসি শোয়দনা তৌগদবা নিয়মনি। মগা অসিবু তোপ্পা তোপ্পা বিচার তৌসি—

(১) **শৌচ**—শেংনা লৈববু শৌচ কৌই। শেংনা লৈবা অসি মপাস্থোংদা শেংনা লৈবা অমসুং মনুংদা শেংনা লৈবা খেন্নবদগী অনীথোক্লা খাযরি। অহানবগী মরমদা যোগভাষ্যকারনা অস্মুন্না হায—"**শৌচং মৃজ্জলাদিজনিতং মেধ্যাভ্যবহরণাদি চ বাহ্যম্**"—"লৈপাক ঈশিংনচিংবনা শেংবা অমসুং চাবা থকপনচিংবদা শেংবা অসি মপাস্থোংগী অশেংবনি।"

হকচাংদা অমোৎপা লৈতনবা নীংথিনা ঈরুজবা, কোল-লীকপু লৈপাক্লা নীংথিনা যেগুহুনা তরু-তরুনা থম্বা, ফি-রোল স্মুদোকপা, ইমুং মনুংদা অমোৎপা লৈতনবা ব্রাই-শিৎপা ব্রাই তৈবনচিংবা তৌহুনা লৈবা অমসুং অফবা চীঞ্জাক চাহুনা লৈবসি মপাস্থোংগী

অশেংবনি। মতৌ অসুম্না লৈরবদি পুক্লীং মকা লাম্মি অমসুং অফবা থবক তৌনীংই।

মন্নুং শেংবগী মরমদসু যোগভাষ্যকারনা অসুম্না হায—"আভ্যন্তরং চিত্তমলানামাক্ষালনম্"—"মনদা (পুক্লীংদা) লৈবা অমোংপবু নীংথিনা শেংদোকপা অসি মন্নুং শেংবনি।"

'ঐখোয়গী মন (পুক্লীং) অসি ঐখোযনা অফানবা তৌখিবা ফত্তবা থবক কয়ামুক্লা মরম ওইদুনা যাম্না মোংনা লৈ। মন মোংলবদি ধর্ম্ম ওইবা অফবা থবক অমত্তসু তৌনীংদে, মতম পুম্নমক্তা নত্ত-নত্তবা ফত্তবা থবক্তা তৌদুনা লৈনীংই। মতুদগী মীনা লৈখা তাই। মরম অসিনা মনবু শেংনা থম্নবগীদমক কন্না হোৎনবা তাই। সংসারদা অফ-ফত্ত থবক অমসুং বন্ধ-মোক্ষ-নচিংবা পুম্নমক অসি মনগী মখা পোন্দুনা লৈরিবনি। মসিগী মরমদা উপনিষৎতা অসুম্না হাযরি—

মনো হি দ্বিবিধং প্রোক্তং শুদ্ধং চাশুদ্ধমেব চ।
অশুদ্ধং কামসংকল্পং শুদ্ধং কামবিবর্জ্জিতম্ ॥ ১ ॥
মন এব মনুষ্যাণাং কারণং বন্ধমোক্ষয়োঃ।
বন্ধায় বিষয়াসক্তং মুক্ত্যৈ নির্বিষয়ং স্মৃতম্ ॥ ২ ॥

(ব্রহ্মবিন্দু)

"মন অসি শেংবা অমসুং শেংদবা খেন্নবদগী অনীথোক্লা লৈরি। ফত্তবা ৱাখল থম্বা মন শেংদবনি, অদুগা ফত্তবা ৱাখল থাদোক্লুনা অফবা ৱাখল থম্বা মন অশেংবনি। মরম অসিনা মীওইবগী বন্ধ (সংসারদা হন্না হন্না লাক্লুনা পোকপা) অমসুং

মোক্ষ (সংসারদা অমুক হন্না লাকপা তৌদনা পরমাত্মাদা তিন্দুনা লৈবা) অনী অসিগী কারণ (মরম) মননি। সংসারগী পোৎচৈশিংদা চঙদুনা লৈবা মন বন্ধগী মরমনি অদুগা সংসারগী পোৎচৈশিংদা চঙদবা মন মোক্ষগী মরমনি।"

অমোংপা মন অসিবু শেংদোক্কবা খ্বায়দগী অথোইবা উপায়দি নিষ্কাম কর্ম্মনি ( মহৈ পূম্নমকপু ঈশ্বরদা কত্থোক্লুনা অফবা থবক তৌবনি )। মসিগী মবমদদি মতুংদা নীংথিনা বিচার তৌননবা হোৎনগনি। হৌজিক্কি মতু (নিষ্কাম ধর্ম্ম) নীংথিনা তৌবা ঙম্মনবা উপায় ওইনা অমোংপা মনবু খরা শেংদোক্কবা উপায় হান্না খঙসি : নত্রবদি কদোইঙেদস্থ নিষ্কাম কর্ম্মগী লম্বীদা চৎপা ঙম্লোই। অমোংপা মন হৌনশা ওইনা ঈর্ষ্যা, অপকারচিকীর্ষা, অসূয়া অমসুং অমর্ষ কৌবা দোষ মবি লৈ। মরি অসি লৈনা-লৈনা মন শেংদোক্কবা হোৎনবা অসি ওইথোক্কবনি। মরম অসিনা মনদগীবু মরি অসিবু লৌথোক্কবা উপায যোগদর্শনদা অসুম্না তাক্লি—

"মৈত্রীকরুণামুদিতোপেক্ষাণাং সুখদুঃখপুণ্যাপুণ্য—
বিষয়াণাং ভাবনাতশ্চিত্তপ্রসাদনম্" ( ১ । ৩৩ )

"নুংঙাইনা লৈবা মী, রানা লৈবা মী, পুণ্যগী থবক তৌদুনা লৈবা মী অমসুং পাপী ওইবা মীদা মথং মনাউ নাইনা মরূপকী ( মিত্রতা ) রাখল, থৌজালগী ( করুণা ) রাখল, হরাউবগী ( মুদিতা ) রাখল অমসুং থৌওইদবগী ( উপেক্ষা ) রাখল তৌরবদি পুন্নীং য়াম্না মন্না লাক্নি ( মন শেংদোকই )।

মসিবু শুগাইনা অমুক হন্না খঙসি—

(ক) মশাদগী হেনগৎপা মীগী নুংঙাই-য়াইফবা উরগা অমসুং তারগা পুক্নীংদা মিহৌহ্নুনা মী অহুগী মরমদা নুংঙাইতবা পোকপবু ঈর্ষ্যা দোষ কৌই। হায়রিবা দোষ অসি পুক্নীংদা পোকহন্দনবগী-দমক পুক্নীং য়াম্না চাউনা থম্নগা মী অহুদা মকপকী রাখল তৌহনা লৈগদবনি। মরমদি মক্নপকী নুংঙাই-য়াইফবা উরগা অমসুং তারগা পুক্নীংদা নুংঙাইতবা পোক্তে, পোক্লবদি মহাক মী অহুগী অশেংবা মক্নপ নত্তে। অশেংবা মক্নপতি মকপকী নুংঙাইবা য়েংলগা ( উবগা ) নুংঙাই, মহু হেন্না চাওখৎননবা নীংই। মতৌ অসুম্না নুংঙাই-য়াইফহ্নুনা লৈরিবা অতোপ্পা মী অহুগী মফমদসু ঈশ্বরনা থারকপা নুংঙাই-যাইফবা মক্নপমক্নি থন্দূনা মাগী নুংঙাইবা অহুদা মশাগী নুংঙাইবগুম্না নীংদুনা লৈবদগী মাগী পুক্নীংদা লৈরম্বা ঈর্ষ্যা দোষ অহু চৎথোকথি।

(খ) কনাগুম্বা মী অমনা কবিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা অতোপ্পা মী অমগী ফত্তনবা তৌবনবদা মী অহুনা ( অকোনবা মী ) তৌরকইবা মী অহুগী ফত্তনবা তৌগে হায়না পুক্নীংদা শনববু অপকাবচিকীর্ষা কৌই। অরাবদা তাহুনা লৈবা কনাগুম্বনা মশামক ফত্তবা মী ওইবা মরমদগী মশাগী অরাবা খন্দনা অতোপ্পগী ফত্তনবা তৌহুনা লৈরবদি মী অহুগী মফমদা পাউখুম ওইনা ফত্তনবা তৌবা থাদোক্লগা অপঙবনি হায়না খন্দুনা থৌজালগী রাখল তৌহুনা মাবু ঙাকপীগদবনি। অহুগা মাগী ফত্তনবা তৌরদবা অমসুং অরাবদা তাহুনা লৈবা মাগী মফমদদি মী অহুগী রাবদগী মশামকসু রাহুনা

থৌজালগী রাথল তৌরগা মানা ওম্বা মতেং পাংবিগদবনি। মহুদগী পুক্নীং য়াম্না তপ্লকই অমস্তুং শেংনা লৈরকই।

(গ) পুণ্য তৌহ্না লৈবা অতোপ্পগী অফবা গুণ অমস্তুং লমচৎ য়েংলগা মহুদা দোষ ( অরানবা ) থিহ্না ওাচ-শক্কুনা লৈববু মনগী অস্থুয়া দোষ কৌই। মসিবু থাদোক্লবা হোৎনরগা পুণ্য তৌদ্রুনা লৈরিবা মী অহুগী গুণ অমস্তুং লমচৎ অহু লৌননবা হোৎনদ্রুনা মাগী মগুণ থাগত্তুনা হরাউ-হরাউনা পুক্নীং মকা লাম্না ঘুংওাইনা লৈগদবনি। অস্তুম্না তৌহ্না লৈরবদি পুক্নীং শেংদোকই। হৌদশা ওইনা মীওইবশিংনা মশা-মশাগী মন্নুংদা লৈরিবা দোষশিং অহুবুদি য়েংদে, ফত্তবা থবক তৌরবস্থু অফবনি হায়হুনতা লৈ, গুণশিংবুদি য়েংদে। মসি থাদোক্কুনা মশাগী মন্নুংদা লৈবা দোষ য়েংহুনা মহু থাদোগবা হোৎনরবদি অমস্তুং অতোপ্পশিংদা গুণ য়েঙ্হুনা মহু লৌননবা তৌরবদি লেপ্পা চাওখৎকনি।

(ঘ) ফত্তবা পাপী ওইবা মীগী অকনবা অয়াকপা রাহৈ-নচিংবা তারগা পুক্নীংদা থাংবা ওমদবা পোকপবু মনগী অমর্ষদোষ কৌই। মখোযগী অসিগুম্বা রাশিংবু তাববস্থু পুক্নীংদা থৌওইদনা অমস্তুং তাশিন্নদনা লৈথোক্লবা হোৎনগদবনি অমস্তুং পাউখুম-নচিংবা পীরোইদবনি। অস্তুম্না তৌরবদি ফত্তবা মী অদু খরা চৈ-থাংহুনা তৌবগা তুমিন্না লৈখিগনি; মতম খরগী মতুংদদি মাগী পুক্নীংদা মহুগীদমক পশ্চাতাপ ওইরকপস্থু য়াই, মহুদগী মহাক মশামকপু শেমগৎনবা হোৎনরকপস্থু য়াই। মতৌ অস্তুম্না তৌদহুনা মাগী চৈ-থাংলিবা অহুগী পাউখুম পীরবদি মতম অহুদা য়াম্না

ফত্তবা থৌদোক থোকপস্থ য়াই। মরম অসিনা তুমিন্না থৌওইদনা লৈথোকপা অহুদগী মনগী অমর্ষদোষ অহু শোয়দনা চংখিগদবনি। মসিগুম্না লৈবা মীশিংগী মরমদা যোগভাষ্যকারনা অস্থুম্না হাঃ রি—

**"এবমস্ত ভাবয়তঃ শুক্লো ধর্ম্ম উপজায়তে,**
**ততশ্চ চিত্তং প্রসীদতি ।"**

"মতৌ অস্থুম্না মথক্তা হায়খ্রিবা ৱাখল মরি অসি তৌহুনা লৈবা মীশিংগী মনদা পুণ্য ওইবা অফবা ধর্ম্ম পোক্লকই, মহুদগী মখোয়গী পুক্নীং য়াম্না নুংঙাইনা অমস্থুং শেংনা লৈ।"

মসিদা নত্তনা মনদা (১) কাম, (২) ক্রোধ, (৩) লোভ, (৪) মোহ, (৫) মদ অমস্থুং (৬) মাৎসর্য্য কৌবা যাম্না চাউবা দোষ তরুকথকস্থ লৈ। মখোয় অসি মীওইবগী চাওখৎপগী লম্বী থিংহুনা লৈবা মরমদগী য়াম্না য়েক্লবনি। মসিদগী শাস্ত্রবাবশিংনা মখোয় অসিবু "অরিষড্বর্গ" হায়বদি "য়েক্লবা তরুক্কী কাঙবু" কৌই। য়েক্লবা তরুক অসিবু খুহুম চন্দ্রবদি চাওখৎপগী লম্বীদা চৎপা ঙমগনি হাযবা অসিগী আশা তৌবা য়াদে অমস্থুং মন শেংদোক্নুনা থম্বা ঙমগনি হায়বস্থ য়াদে। মরম অসিনা মখোয়সিবু খুহুম চন্দুনা করম তৌনা মীজিন্নববদি ঐখোয়গী কান্নবা ওইগনি হায়বা অসিগী মরমদস্থ খবদং বিচার তৌবনা চুম্মি।

(ক) **কাম**—ঐখোয়ন পাম্বা করিগুম্বা পোৎ অমা ফংননবা নীংববু কাম কৌই। পোৎ অহু অযবা ওইবস্থ য়াই, নহ্লগা ফত্তবা ওইবস্থ য়াই, শুপ্পা মহু ফংননবা নীংবহু কামনি। কাম অসি হুগী মশক ওইবা মৈনি। মসিনা চাক্লবা মী অহু যাম্না

লৈখা তাহনা লৈ, মহৃদগী হৌগৎপসি ওইথোক্তবা অমা ওইনা থোকই। মরম অসিনা ভগবান্না হায়—

**ত্রিবিধং নরকস্যেদং দ্বারং নাশনমাত্মনঃ।**
**কামঃ ক্রোধঃ তথা লোভস্তস্মাদেতৎত্রয়ংত্যজেৎ॥**
**এতৈর্বিমুক্তঃ কৌন্তেয় তমোদ্বারৈস্ত্রিভির্নরঃ।**
**আচরত্যাত্মনঃ শ্রেয়স্ততো যাতি পরাং গতিম্॥**

(গীতা ১৬। ২১, ২২)

কাম (অপাম্বা পোৎ নীংবা), ক্রোধ (শাউবা) অমস্যুং লোভ (লৈরবা পোৎপু য়ামদবনি খন্দূনা হেনগৎনবা নীংবা) অহুম অসি নরক ফংনবা থোঙ অহুমনি, অমস্যুং মীবু মাঙহনবা ঙম্বা পোৎনি। মরম অসিনা অহুম অসিবু থাদোক্কবা হোৎনগদবনি। হে কুন্তীগী মচা অর্জ্জুন। অমম্বগী মশক ওইবা অমস্যুং নরকী থোঙ ওইহনা লৈরিবা অহুম অসি লৈতবা মীদনা মশাগী চাওখৎনবা লমচৎ চৎপা ঙম্মি, অদুগা মদুদগী (লমচৎ অদুদগী) মহাক পরমগতি মোক্ষবুস্যু লায়না ফংবা ঙম্মি।

অসিগুম্বা য়াম্না ফজ্রবা কাম অসি কদাযদগী পোক্লকই, করম তৌনা হেনগৎলি অমস্যুং মাঙই হায়বা অসি ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরবু অস্যুম্না তাক্লি—

**"সংকল্পাজ্জায়তে কামঃ সেব্যমানো বিবর্দ্ধতে।**
**যদা প্রাজ্ঞো বিরমতে তদা সদ্যঃ প্রণশ্যতি॥**

(মহাভারত শান্তি ১৬৩। ৮)

"সংকল্পদগী (পোৎ অদু ফংবা য়াই হায়না লেপ্পদগী) কাম (পোৎ অদুগী নীংবা) পোক্লকই, অদুগা হন্না হন্না ফংবা য়াই লেপ্পদগী নীংবা অদু হেনগৎলকই। জ্ঞান তাবা মীনা পোৎ অদু ফংবা য়াই হায়না লেপ্পা অসি থাদোকপা মতম অদুমক্তদা পোৎ অদুগী নীংবা (কাম) অদুস্নু মাঙখি।"

মরম অসিনা কামবু থুদুম চন্দুনা থমগে হায়রবদি পোৎ অদু ফংবা য়াই হায়না লেপ্পা অসিস্নু থাদোক্কদবনি। গীতাদদি ভগবান্না অস্নুন্না হায়—

"সঙ্গাৎ সঞ্জায়তে কামঃ" (২।৬২)

"পোৎ অদুনা ঐবু য়াম্না মুংঙাইবা পীগনি হায়না পুক্নীং খিংজিনবদগী পোৎ অদুগী নীংবা অসি পোক্লকই।"

মরম অসিনা পামদুনা নীংলিবা পোৎ অদু ঐগী অফবা ওইগদরা নত্রগা ফত্তবা ওইগদরা হায়বা অসি য়াম্না মুন্না খল্লগা মদু ফংবদা করিস্নু অকায়বা উদ্রবদি অমস্নুং কান্নগদবা ওইরবদি য়ুম পান্দুনা লৈবা মীনা পোৎ অদু ফংনবা হোৎনবদা থোইনা কায়বা লৈতে; অদুগা মদু ফংনবা তৌরিবা উপায় অদুস্নু অশেংবা ওইগদবনি, নত্তবা উপায় তৌরবদি কান্নবগী মহুত্তা অমাঙবা ওইগনি। অদুগা পোৎ অদু ফংলগা মতুংদা ঐগী য়াম্না মাঙগদবা ওইরবদি মতম অদুমক্তদা পোৎ অদু ফংবা য়াই হায়না লেপ্পনা নীংবা অসি থাদোক্কদবনি। মদুতদা অফবা থবক তৌদুনা চাওখৎপা ঙমগদবনি। অফ-ফত্ত অমস্নুং তৌবা ঙম্বা ঙমদবা খন্দনা অপান্বা পোৎ ফংননবা হোৎনব'সি য়াম্না মাঙনবগী মশক্তি,

মহ্ন ফংবা খোক্লবস্থ কদোউদস্থ পুক্নীং পেন্দুনা লৈবা ঙম্মোই।
মরম অসিনা ভগবান্না হায়রি—

**আবৃতং জ্ঞানমেতেন জ্ঞানিনো নিত্যবৈরিণা।**
**কামরূপেণ কৌন্তেয় দুষ্পূরেণানলেন চ॥**

(গীতা ৩।৩৯)

"পোৎ ফংনবা খৌরাংবগী মশক ওইবা কাম অসিনা অক-কন্ত খন্নবা জ্ঞানবু কুপ্থ্রনা থম্মি। হায়রিবা কাম অসি জ্ঞানী ওইবা মীগীদি মতম পুম্নমক্তা য়াম্না য়েক্লবনি (মরমদি জ্ঞানীশিংদি কামগী লাকদবা মহয়বু অহানবদগী হৌনা নীংথিনা খঙহ্নুনা লৈ, মহ্নদগী কাম অসি মতম পুম্নমক্তা মখোয়গী য়েক্লবা ওইনা লৈ; অদুগা অজ্ঞানী ওইবা মীশিংদি কাম অদুগী মহয় ওইনা অরাবা ফংলবা মতমত্তদা কাম ফত্তে হায়বা অসি তুংদা খঙহ্নুনা মখোয়গী য়েক্লবনি হায়বা অসি লেপ্পী, অহানবদদি কামবু মরূপ ওইনা খঙলম্মি)। অদুগা কাম অসি মৈগী মতৌগুম্বনি, মসিবু কন্না অমত্তনা মবুক থলহনবা ঙমদে।"

মরম অসিনা মনুনা হায়রি—

**ন জাতু কামঃ কামানামুপভোগেন শাম্যতি।**
**হবিষা কৃষ্ণবর্ত্মেব ভূয় এবাভিবর্দ্ধতে॥** (২।৯৪)

"মৈদা শীং পীহ্নুনা (হাপচিন্দুনা) লৈরবদি মৈদু হেনগৎলকপা নত্তনা কদোউদস্থ তপথদে (মুৎথদে); মতৌ অদুগুম্না কাম অসিবু অপাম্বা পোৎশিংগী মহাউ পীহ্নুনা লৈরবদি মহাক কদোউদস্থ তপথদে, হেনগৎলক্নুদা লৈ।"

অদুগা মৈদা শীং হাপচিন্দ্রবদি মৈ অদু মশা মতোমতা মূৎথখি, মতৌ অদুগুম্না কামবু অপাম্বা পোৎ পীন্দ্রবদি মাস্তু মশা মতোমদা হন্থদুনা মাঙখি। মসি কামবু খুদুম চন্নবা খ্বায়দগী অথোইবা উপায়নি। উপায় অসি করম্না তৌগদগে হায়বসি ভগবান্না তাক্লি—

**ইন্দ্রিয়াণি মনোবুদ্ধিরস্যাধিষ্ঠানমুচ্যতে।**
**এতৈর্বিমোহয়ত্যেষ জ্ঞানমাবৃত্য দেহিনম্।**
**তস্মাত্ত্বমিন্দ্রিয়াণ্যাদৌ নিয়ম্য ভরতর্ষভ।**
**পাপ্মানং প্রজহি হ্যেনং জ্ঞানবিজ্ঞাননাশনম্।**

(গীতা ৩।৪০, ৪১)

"জ্ঞান পোল্লবা মিৎনচিংবা ইন্দ্রি মঙা, থবক তৌনবা খুৎনচিংবা ইন্দ্রি মঙা, মন অমসুং বুদ্ধি তরানিথোই অসি কাম অদুগী লৈননবা মফমনি। মথোয় অসিনা মরম ওইদুনা কাম অসি অফ-ফত্ত থন্নবা লৌশিংবু কুপ্পূনা থম্নগা জিবাত্মাবু শুমহত্তূনা থম্মি। মরম অসিনা হে ভরতবংশদা অথোইবা অর্জ্জুন। নহাক অহানবদা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্নগা জ্ঞান বিজ্ঞানবু মাংহন্দূনা লৈরিবা পাপী কাম অসিবু হাৎলু।"

মরম অসিদগী ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চন্দুনা থম্নবা হোৎনরগা মনদা লৈরিবা কাম অসিবু মানা চানীংবা পোৎশিংদগী লৌথোক্লগা অফবা থবক্তা পুরক্নবা হোৎনগদবনি। মদুম তৌরবদি পুক্নীং শেংবা ওমগনি।

(খ) ক্রোধ—কনাগুম্বগী পুক্নীংগী মতুং ইন্না থবক তৌদবা ঙিরগা অমস্তুং মুংঙাইতবা ৱাঙাঙনচিংবা তারগা মনদা মৈচাক অমা পোক্লকই ; মৈচাক অদুবু ক্রোধ ( শাউবা ) কৌই। মসি মীওইবগী য়াম্না চাউবা অমস্তুং অকনবা অনীশুবা য়েক্লবনি। মী অদুগী মুংদা ( পুক্নুংদা ) মসি য়াম্না লৈববদি মহাক খোঙথাং খোঙথাং খুদিংদা খুদি থীহুনা অৱাবদা ফংহুনা লৈ। শাউগনবা মীবু লিনগুম্না মী পূম্নমক্না কি, মী পূম্নমক মঙোন্দগী য়াম্না থাপ্না লৈবা পাম্মি। শাউগনবা মীনা তৌগনি তৌরোই হায়বসি খন্দে, নত্তবা থবক কয়ামুক শাউবদগী তৌহুনা মহাক মশাগী পুন্সিবু অৱাবদা তাহল্লি। মসিমক অসিনা ভগবান্না হায়—

ক্রোধাদ্ ভবতি সংমোহঃ সংমোহাৎ স্মৃতিবিভ্রমঃ।
স্মৃতিভ্রংশাদ্বুদ্ধিনাশো বুদ্ধিনাশাৎ প্রণশ্যতি ॥

( গীতা ২।৬৩ )

"শাউবদগী তৌগদবনি তৌরোইদবনি খঙদে, মদু খঙদবদগী অহল-লম্মন, লাইথুকনা তাকপা ৱা পূম্নমক কাউই, মদু কাউবদগী বুদ্ধি ( লৌশিং ) মাঙই অমস্তুং বুদ্ধি মাংবদগী লৈখা তাই।"

হায়বিবা ক্রোধ অসি কদায়দগী পোক্লকই হায়বা অসিসু ভগবান্না তাক্লি—

"কামাৎ ক্রোধোঽভিজায়তে"— ( গীতা ২।৬২ )

"করিগুম্বা মরম অমদগী নীংবা কায়রবদি মদুদগী ক্রোধ ( অশাউবা ) অসি পোক্লকই।"

ভীষ্মনদি যুধিষ্ঠিরবু ক্রোধ কদায়দগী পোক্লবই, ববম্মা হেন-গৎলি অমম্থং হম্থখি হায়বা অসি অশুম্মা তাকই—

**লোভাৎ ক্রোধঃ প্রভবতি পরদোষৈরুদীর্য্যতে ।**

**ক্ষময়া তিষ্ঠতে রাজন্ ক্ষময়া বিনিবর্ত্ততে ॥**

( মহাভারত শান্তি ১৬৩। ৭ )

"অপাম্বা পোৎ ফংনবা হোৎনবদা মরক্তা য়ৈখায়বা লাক্লবদি ক্রোধ (অশাউবা) পোকই। য়েখাযবা ভৌরিবা (পীরিবা) অতোপ্পগী দোষ উব্বগা মহুদগী অশাউবা হেনগৎলকই। মতুংদা দোষ তৌবা মী অওগী মফমদা ক্ষমা ভাব (থৌজালগী ব্রাখল) লাক্লবদি অশাউবা অদু কেনগক্তে, লেঙদনা লৈ। হে যুধিষ্ঠির। ক্ষমা ভাব অদুদগীমক অশাউবা অদু নেমথখি।"

মরম অসিনা মনবু শেংনা থমগে হোৎনবা মীনা ভম্বমখৈ জীব পূম্নমক্কী মফমদা খেন্নবা লৈঙনা পূব্রীংদা থৌজালগী ব্রাখল থম্নবা হোৎনগদবনি। থৌজাল লৈন্তনা মনদগী অশাউবা লৌথোকপা অসি ওইথোক্লবনি। অদুগা অশাউবা লৌথোক্লনা মনবু শেংনা থম্বা ঙম্মোই। হায়রিবা ক্ষমাভাব (থৌজালগী ব্রাখল) অসিগী মতৌক মগুণ তাক্লুনা যুধিষ্ঠিরনা দ্রৌপদীবু অম্বশ্না হায়—

**ক্ষমা তেজস্বিনাং তেজঃ ক্ষমা ব্রহ্ম তপস্বিনাম্ ।**

**ক্ষমা সত্যং সত্যবতাং ক্ষমা যজ্ঞঃ ক্ষমা শমঃ ।**

( মহাভারত বন পর্ব্ব ২৯। ৪০ )

"মতীক-মগুণ চাউবা মীশিংগী থৌজালমক মতীক-মগুণনি, পরমাত্মা ব্রহ্ম ফংগে হায়না তপ তৌগনা লৈবা মীশিংগী থৌজালমক ব্রহ্মনি ( মরমদি থৌজাল লৈতবা মী ব্রহ্ম ফংবা ঙমদে )। অচুম্বা লমচং চত্তুনা লৈবা মীশিংগী থৌজালমক অচুম্বা লমচংনি (মরমদি থৌজাল লৈত্রবদি অচুম্বা লম্বীদা চংপা ঙমদে ), থৌজাল যজ্ঞনি ( পরমাত্মাবু ফংনবা অংবা থবক্ ) অমস্তুং থৌজাল শমনি ( ইন্দ্রিযশিংবু লাকশিন্দুনা থম্বা অসিস্তু থৌজালদগী ওই )।"

মন্তৌ অস্তুম্মা থৌজাল হৈবা মরমদগী যুধিষ্ঠির, মখোয়গী ফগুনবা অমস্তুং মাঙনবা অহিং-নুংথিল নাইদনা তৌত্বনা লৈরিবা দুর্য্যোধনচিংবা কৌববশিংগী মবমদা কদৌঙৈদস্থু শাউবা তৌরমদে, মতম পুম্নমক্কা মখোয়গী মথক্কা থৌজালবিহুনতা লৈরম্মী। মত্বগী মহয় ওইনা মহাক্কা পূর্ণীং শেংনা অমস্তুং তপ্পা লৈবা মরমদগী হিংনা হিংনা স্বর্গ ফাওবা চংপা ঙমখি। মরম অসিদগী অফবা লম্বীদা চংনীংবা মী পুম্নমক্কা অশাউববু থাদোক্লগ। পূর্ণীং শেংনা থম্লনবগীদমক থৌজাল হৈগদবনি।

মসিদা নত্তনা অধ্যাত্মগী মরমদা ( হকচাং অমস্তুং আত্মাগী মরমদা ) বিচার তৌবা অসিস্থু অশাউববু কোকহন্নবা অথোইবা উপায়নি। শ্রীরামচন্দ্রনা লক্ষ্মণবু অধ্যাত্মগী পাউতাক পীত্বনা লক্ষ্মণগী অশাউবা মন্তৌ করম্মা কোকহনখি হায়বা অসিগী মরমদা অধ্যাত্মরমায়ণদা য়াম্মা নীংথিনা ইরি। বনদা ( উমংদা ) চংকে হায়ত্বনা শ্রীরাম লক্ষ্মণগা লোয়ননা মমা কৌসল্যাদগী বিদায় লৌগে লাকই। মতম অত্বদা কৌসল্যানা কপ্পুনা হায়বা ৱাশিংবু তারগা

লক্ষ্মণগী পুক্নী'দা য়াম্না অশাউবা লাক্তুনা শ্রীরামগী যেরবা ভরতনচিংবা পুম্নমকপু হাংকে হাযবগী,দমক লীরু: তেন থাঙ্গংলে। মতম অদুদা শ্রীরামনা লক্ষ্মণবু অস্তুম্না হায়— হে রঘুনন্দন লক্ষ্মণ' নহাক য়েরবা পুম্নমকপু হাংপা ঙমগনি হাযবা অসি এৈনা নীংথিনা খঙই। অদুবু হৌজিক মদু তৌনবা মতম নত্রে। নহাক এৈনা হায়রিবা রা অসি মুন্না তাও—

**যদিদং দৃশ্যতে সর্ব্বং রাজ্যং দেহাদিকঞ্চ যৎ।**

**যদি সত্যং ভবেৎ তত্র অ'য়াসঃ সফলশ্চ তে ॥১৯॥**

"অযোধ্যাগী লৈবাক, হকচাংনচিংবা য়েংবদা লাকইবা পোৎ (উরিবা) পুম্নমক অসি মাঙ-তাকপা লৈতনা মতম পুম্নমক্ত। লৈববদি নংনা হোৎনবিবা অসি শোয়দনা মহয় যানগদবনি।"

অদুবু লৈবিবা পুম্নমকসি মাঙখিগদবা ওাক্কনি। নোংথাঙগী মতৌগুম্বা মীৎকুপ অমত্তং উৎলম্নগা মখোয অসি লৈখিরোই-দবনি (মাঙখিগনি)। পুন্সি অসিসু অশাবা য়োৎথক্তা তাবা ঈশিং মরিক্কী মতৌগুম্না মাঙখিবদা মফম খঙহৌবোই। অদুবু লিলগী মচীন্দা তাডুনা লৈবিবা হঙোইনা চেই চেই খোংহুনা লৈববস্নু মনাঙা লাবপা তীল-বাঙ চাবা থাদোক্কে ; মতৌ অদুগুম্না কালগী (অশিবগী) মশক ওইবা লিলগী মচীন্দা তাডুনা লৈরিবা মীশিংনা হায় হায ভৌডুনা লৈরবসু অফংবা বিষযভোগশিংবু চাডুনা লৈবদি শক থাদোক্কে। মসিদগী হেনগৎপা অওকপা করি অমা লৈগনি? অদুগা বিষয় ভোগ অসিবু ফংনবগীদমক—

**করোতি দুঃখেন হি কর্ম্মতন্ত্রং**
**শরীরভোগার্থমহর্নিশং নরঃ।**
**দেহস্তুভিন্নঃ পুরুষাৎ সমীক্ষতে**
**কোবাহত্র ভোগঃ পুরুষেণ ভুজ্যতে ॥২২॥**

"মীনা য়াম্না ৱানা নোমহুনা হকচাং অসিগীদমক অহিং-নুংখিল নাইদনা থবক তৌরি। অদুবু হকচাং অসিদি আত্মাদগী অতোপ্পনি হায়বা অসি শাস্ত্রনচিংবদগী লেপ্পী। মবম অসিনা আত্মা অসিনা তৌবিবা থবকশিং অদুদগী করম্বা ভোগ ( মহয় ) ফংহুনা লৈ ? ( সুখা মীনা পঙবদগী ( খঙদবদগী ) আত্মাবু ভোক্তানি হায়না খঙবদনি, অশেংবমক্তি আত্মা মতম পুম্নমক্তা ভোক্তা ওইদে )।"

মসিদা নত্তনা পুন্সি অসিবু নুমিৎ থোকপা তাবগী মতুং ইন্না নোংম-নোংমগী তেনশিল্লকই, অদুবু অতোপ্পগী শিবা-নাবা উন-উনমক মশাগী শিবা-নাবগী মবমদা করিমত্তা খন্দে। মৃত্যুসি ( শিবসি ) পোকপগা লোয়ন-লোয়ননা লাক্কুনা কোকথক্তা ফমহুনা লৈরি। মসি পুম্নমক ওইন-ওইনমক মী পুম্নমক্না হকচাং অসিবু মশামক্লি ( আত্মামক্লি ) খন্দূনা "ঐ তৌই, ঐ মুই" অসিনচিংবা হায়হুনত্তা লৈ, অশেংবমক্তি—

**ত্বগস্থিমাংসবিণ্মূত্ররেতোরক্তাদি সংযুক্তঃ।**
**বিকারী পরিণামী চ দেহ আত্মা কথং বদ ॥৩১॥**
**যমাস্থায় ভবাল্লোকং দগ্ধুমিচ্ছতি লক্ষ্মণ ॥৩২॥**

"হকচাং অসি উন, শক, শা, থী-যুং, ঈ, মতোংনচিংবনা তিনশিন্দুনা শাবা অমসুং মতম পুম্নমক্তা শকফম হোংহুনা লৈবা

পোৎনি। হে লক্ষ্মণ! নহাক ঐঙোন্দা হায়য়ু মসি করম ঙৌনা আত্মা ওইবা য়াগনি? (আত্মাদি মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা পোৎনি), অদুবু নঙদি মসিদা থাজহুনা সংসার অসিবু চাকথোক্লগা উৎ ওইহনবা পামলি। মসি পুম্নমক অসি অবিদ্যা (অজ্ঞান) লৈবদগী ঙৌবনি। আত্মবিদ্যা (আত্মজ্ঞান) লৈরবদি অসুম্না ঙৌরোই। মরমদি—

**অবিদ্যা সংসৃতের্হেতুর্বিদ্যা তস্যা নিবর্ত্তিকা।**
**তস্মাদ্যত্নঃ সদা কার্য্যো বিদ্যাভ্যাসে মুমুক্ষুভিঃ ॥৩৪।**

"অবিদ্যা (আত্মাগী অজ্ঞান) সংসারগী মরমনি, অদুগা বিদ্যা (আত্মজ্ঞান) অবিদ্যাবু মাঙহন্নবা পোৎনি। মরম অসিনা মোক্ষবু পাম্বা মীশিংনা মতম পুম্নমক্তা বিদ্যা ফংনবা হোৎনগদবনি।"

**কামক্রোধাদয়স্তত্র শত্রবঃ শত্রুসূদন।**
**তত্রাপিক্রোধ এবালং মোক্ষবিঘ্নায় সর্ব্বদা ॥৩৫॥**
**যেনাবিষ্টঃ পুমান ইন্তি পিতৃমাতৃসুহৃৎসখীন্।**
**ক্রোধমূলো মনস্তাপঃ ক্রোধঃ সংসারবন্ধনম্ ॥৩৬॥**
**ধর্ম্মক্ষয়করঃ ক্রোধস্তস্মাৎ ক্রোধং পরিত্যজ ॥৩৭॥**

"য়েক্লবশিংবু মাঙহনবা ঙম্বা হে লক্ষ্মণ। বিদ্যা ফংনবা হোৎনবা অদুদা কাম, ক্রোধনচিংবা অসি য়াম্না য়েক্লনা লৈরিবনি। মখোয়গী মনুংদসু মতম পুম্নমক্তা অশাউবা (ক্রোধ) মতোমদা মোক্ষবু থিনগাইবা য়াম্না লায়না ঙম্মি। অশাউবা লাক্লবদা মীনা মমা-মপা, মরূপ-মপাংশিংবুসু হাৎলি। মনগী অন্নাবগী মরু অশাউবনি

অমস্তুং সংসারগী বন্ধনস্তু অশাউবনি অদুগা ধর্ম্মবু মাঙহনবা পোৎস্তু অশাউবনি ; মরম অসিনা অশাউবা অসিবু থাদোকউ।"

**বাহ্যে সর্ব্বত্র কর্তৃত্বমাবহন্নপি রাঘব।**

**অন্তঃ শুদ্ধস্বভাবস্ত্বং লিপ্যসে ন চ কর্ম্মভিঃ ॥৪২॥**

**এতন্ময়োদিতং কৃৎস্নং হৃদি ভাবয় সর্ব্বদা।**

**সংসার দুঃখৈরখিলৈর্ব্বাধ্যসে ন কদাচন ॥৪৩॥**

"হে রাঘব। মপান্থোংদা নঙ থবক পুন্নমক তৌদুনা লৈরবস্তু পূক্নীং শেংবা স্বভাব ওইনা লৈরবদি নহাক কর্ম্মশিং অদুগা লোয়ননা শম্নরোই। ঐনা হায়রিবা অসি নহাক মতম পুন্নমক্তা নপূক্নীংদা খন্দূনা থমউ। মতৌ অসুম তৌরবদি নহাক সংসারগী অৱাবা ফংলোই।"

( ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী মনুং চনবা অধ্যাত্মরামায়ণ অযোধ্যাকাণ্ড সর্গ—৪ )

মতৌ অসুম্না অশাউববু থাদোক্নবা আধ্যাত্মিক বিচার ওইবা উপায অমস্তুং থৌজাল তৌদুনা ঙাকপীবা, উপায় অনী অসিগী মনুংদগী উপায় অমা শোয়দনা তৌগদবনি। মহুদগী অশাউবা লৈতবা মন অসি অশেংবা ওইগনি। অদুগা শাউগে হায়রবস্তু মশাগী ফত্তবা থবকশিংবু লৌরগা ( খল্লগা ) শাউগদবনি অমস্তুং ফত্তবশিং অদুবু থাদোক্নবা হোৎনগদবনি, মহুতদা মন শেংদুনা অফবা থবক তৌবা ঙমগনি।

(গ) লোভ— মাগী মনাক্তা লৈরিবা অমস্তুং নোমজশূজদুনা ফংলিবা পোৎ-চৈ, লুপা-শংবা অদুদা পেন্দদুনা মহুদগী

হেনগৎনা থমনবা অমসুং লৈনবা মনদা য়াম্না খৌরাংবা অহুবু লোভ কৌই। মসি মীওইবগী অহুমশুবা য়েক্লবনি। মসিগী মওং-মতৌ য়াম্না চাউই। লুপা চামা ফংলবদি লীশিঙ ফংনীংলকই, লীশিঙ ফংলবদি লাখ ফংনীংই, মতৌ অসুম্না মসিগী মওং মতৌ হেনগত্ন্নদা লৈ। মসিনা মরম ওইদুনা মীনা নত্ত নত্তবা থবক তৌদুনা মনদা পাপ য়াম্না পোকহল্লি, কদৌডৈদসু মন শেংনা লৈবা ঙমদে। মসিগী অর্থ মন শেংনা থম্নবা লুপা-শংবানচিংবা তানবা থাদোকউ হায়বসু নত্তে। লুপা-শংবানচিংববু ঙম্না মখৈ শোয়দনা তানগদবনি, মহু তান্দ্রবদি কনা অমত্তনা যূম পান্দুনা নীংথিনা লৈবা ঙম্মোই। মরম অসিনা মসিগী অর্থ সুপ্পা অযবা উপায় তৌদুনা অমসুং অচুম্বা লম্বীদা চত্নুনা শেলনচিংবা তাল্লু হায়বদনি, অদুগা মদুদা ফংবা লুপা-শংবা অদুনা পেন্দুনা লৈযু হায়বনি। মিহৌদুনা লোভ তৌরবদি শোহদনা ফত্তবা উপায় তৌদুনা শেলনচিংবা তানশিল্লকনি, মদুদগী মী অদু শেলনচিংবা খরা ফংবা থোল্লবসু মপুক্লীং নুংঙাইনা লৈবা ঙম্মোই, মানা তৌরিবা ফত্তবা উপায অদুগী মতুং ইন্না মতম পুম্নমক্তা মপুক্লীং চিংনদুনা লৈগনি। শেলনচিংবা তানবা অসি পুক্লীং নুংঙাইনা লৈনবগীদমক্তি, পুক্লীং নুংঙাইতনা লৈনবা নত্তে। মরম অসিনা শেলনচিংবা তানবগী মরমদা লোভ তৌরোইদবনি। লোভ অসি কয়ামুক য়াম্না ফত্তবগে হায়বা অসিগী মরমদা ভীষ্মনা যুধিষ্টিরদা অসুম্না তাকই—

**পাপস্য যদধিষ্ঠানং তাচ্ছ্রুণুষ্ব নরাধিপ।**
**একো লোভো মহাগ্রাহো লোভাৎ পাপং প্রবর্ত্ততে ॥**

**অতঃ পাপমধর্ম্মশ্চ তথা দুঃখমনুত্তমম্ ।**
**নিকৃত্যা মূলমেতদ্ধি যেন পাপকৃতো জনঃ**

( মহাভারত শান্তি ১৫৮ । ২,৩ )

"হে যুধিষ্ঠির । নহাক্না পাপ কদায়দা লৈবগে হায়না হংবা অহুগী পাউখুম তাও । লোভ অসি য়াম্না চাউরবা ঙা-কোরিয়ান অমনি, মসিগী মবুক কদৌঙৈদগ্ন থন্দে, মসিদগী মীওইবদা পাপ চঙলকই, অধর্ম্ম অমস্তুং ঙমখৈ লৈতবা অৱাবস্থ লাকই । মসি নমথাক তৌনবগী মরুনি, মসিদগী মীনা পাপ তৌই ।"

লোভ অসিদগী অতোপ্পগী পোৎ হুরানবা, অতোপ্পগী শেল-থুম য়েংলগা মন ( পুক্নীং ) চাক্নুনা লৈবা, মীনা তৌবা ঙম্মোইদবা ফগুবা অকনবা থবক তৌবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসি ওইরকই । মবম অসিনা—

**স লোভঃ সহ মোহেনবিজেতব্যোজিতাত্মনা ॥**

( শান্তি ১৫৮ । ১৫ )

"পুক্নীং ফাজিন্দূনা লোভ অসিবু মিহৌবগা লোয়ননা শোয়দনা জয় তৌগদবনি ।"

লোভ অসি কদায়দগী পোক্লকই অমস্তুং করম্না মাঙই হায়বা অসিস্থ ভীষ্মনা অস্থুম্না তাক্লি—

**অজ্ঞানপ্রভবো লোভো ভূতানাং দৃশ্যতে সদা ।**
**অস্থিরত্বঞ্চ ভোগানাং দৃষ্ট্বা জ্ঞাত্বা নিবর্ত্ততে ॥**

( মহাভারত শান্তি পর্ব্ব ১৬৩ । ২১ )

"মীওইবদা অজ্ঞান্দগী ( ৱাখল লৈতবা মরমদগী ) লোভ পোক্লকপা উই ; অদুগা ভোগ্য ওইবা পোৎশিংগী অরেপ্পা লৈতববু উরগা অমস্থং খণ্ডলগা চৎথোকখি।"

মুন্না খঞ্জিন্দুনা যেংলবদি সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎ অমত্তা ঐগীনি হায়বা য়াদে। ঐগীনি হায়ববু শিরবা মতুংদা ঐগা লোয়ননা চৎকদবা পোৎশিং অদুনি। ঐগী নত্তবা পোত্তা লোভ তৌবা অসি চুমদে। লোভ তৌগে হায়রবস্থু লুপা-শংবাদা তৌবদু থাদোক্লগা ঐগা লোয়ননা চৎমিন্নগদৌবা পুণ্য তানশিনবদা তৌগদবনি। মহুম্না তৌরবদি পুন্সি অসি মহয় য়ানগদবনি, নত্রবদি লোভদগী পাপ ওইরকপা অসি শোয়দবনি। মসিদগী শাস্ত্রকারশিংনা অস্থুম্না হায়রি—

**লোভমূলানি পাপানি রসমূলানি ব্যাধয়ঃ।**
**ইষ্টমূলানি শোকানি ত্রীণি ত্যক্ত্বা সুখী ভব॥**

"পাপশিংগী মরু লোভনি, অনাবশিংগী মরু রসনি ( যাম্না চা-থক্লুনা বিষয় ভোগ তৌদুনা লৈবনি ), পূক্নীং নুংশিনবগী মরু অপাম্বা পোৎশিংনি। মরম অসিনা অহুম অসিবু থাদোক্লগা নুংঙাইনা লৈযু।"

**(ঘ) মোহ**—করিগুম্বা অপাম্বা পোৎ অমা লৌরগা, মসি নত্তুনা ঐগী অতোপ্পা পোৎ অমত্তা লৈতে খন্দুনা মহুদা পূক্নীং যাম্না থিংজিন্দুনা থম্ববু মোহ কৌই। মসি মরিগুবা য়েক্নবনি। মী অহুনা মোহ অসি লৈরবদি মহাক করি তৌবা হৌনৈ নত্রগা করি তৌবা হৌনদে হায়বা অসি করিমত্তা খন্দে, সুপ্পা পোৎ

অদুবু ঙাক্লনবদা হোৎনদুনা অফ-ফত্ত থবক পূম্নমক তৌদুনা লৈ। মাগী মিৎয়েংদা পোৎ অদু নকনা অতোপ্পা পোৎ অমত্তা উদে। মায়কৈ ঃবিমক অমম্বা ওইনা উই। অর্জ্জুনম্ব মোহ অসি ওইখিরমই, মরম অদুদগী মানা তৌগদবা মথৌ লাল তৌবনচিংবা অদু থাদোক্লগা লীরুং-তেল থমদুনা উমংদা চৎকে হায়না লেপখি। মদু উরগা শ্রীভগবান্না মাগী মোহ অদু লোথোক্লবা গীতাগী উপদেশ পীখি। গীতাগী উপদেশ ৎংলবা মতুংদা অর্জ্জুন্না মোহ কোকখিদুনা অসুম্না হায়—

নষ্টো মোহঃ স্মৃতির্লব্ধা ত্বৎপ্রসাদান্ময়াচ্যুত।
স্থিতোঽস্মি গতসন্দেহঃ করিষ্য বচনংতব॥

(গীতা ১৮। ৭৩)

"হে অচ্যুত! (মতম পূম্নমক্তা নশাগী নওংদা কায়দনা লৈবা হে কৃষ্ণ!) নহাক্কী থৌজান্দগী ঐঙোন্দা লৈরম্বা মোহ অদু মাঙখ্রে, হৌজিক ঐনা তৌগদবা ঈথৌশিংবু নীংশিংজরে অমসুং চিংনবা পূম্নমক কোক্কুনা ঐ লৈভরে, নহাক্না হায়বা পূম্নমক ঐনা তৌজরগনি।"

মোহ অসি সংসারগী পোৎশিংদা ঐবু মুংঙাইবা পীবা পোৎনি হায়না খনবদগী ওইরকই। মসি মশাগী (আত্মাগী) মশক নীংথিনা খঙদবদগী তৌবনি। মীনা হকচাংদবু মশাগী মশক মওং ওইনা খঙনরি, অদুগা মদুবু পেলহন্নবগীদমক অফ-ফত্ত থবক পূম্নমক তৌদুনা লৈবি। মতৌ অসুম্না হকচাংবু মশানি খনবদগী হকচাংগদা খায়দগী হেন্না মোহ লৈ, মদুদগী হকচাংবু মুংঙাইবা পীবা

পোৎশিংদস্থ মোহ ওইশিল্লকই। অদুগা মোহ অদুনা মরম ওইদুনা মন অসি য়াম্না শেংদনা লৈ। মন শেংদ্রবদি পাপকী থবক্তা চঙশিনবা শোয়দবনি। মরম অসিনা ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরবু অসুম্না হায়—

**অজ্ঞানপ্রভবো মোহঃ পাপাভ্যাসাৎ প্রবর্দ্ধতে।**

**যদা প্রাজ্ঞেষুরমতে তদা সদ্যঃ প্রণশ্যতি।**

(শান্তি পর্ব্ব ১৬৩। ১১)

"মোহ অসি অজ্ঞান্দগী (মশাগী মশক খঙদবদগী) পোক্লকই, পাপ তৌদুনা লৈবদগী হেনগৎলকই, অদুগা আত্মাগী মশক খঙবা মীশিংগা তিন্নবদগী মাঙই।"

মরম অসিনা মোহ অসিবু লৌথোরবগীদমক জ্ঞান লৈবা অফবা মীশিংগা তিন্নদুনা লৈগদবনি। মোহবু থাদোক্লবা খ্বায়দগী অথোইবা উপায় অফবা মীগা তিন্নদুনা আত্মা অমসুং অনাত্মা ওইবা (আত্মা নত্তবা) সংসারগী পোৎশিংগী মরমদা বিচার তৌদুনা লৈবসিনি। অদুগা মোহ তৌগে হায়রসু অফবা মীগা তিন্ন-না আত্মাগী মরমদা বিচার তৌবা ফংবদা তৌগদবনি। মত্তৌ অসুম্না মোহ তৌবা ঙম্নবদি মন অসি শোয়দনা য়াম্না থুনা শেংগনি।

(ঙ) মদ—ঐ পাঙ্গল য়াম্না চাউবা (কনবা) মীনি, ঐগা মান্নবা মী অমত্তা লৈতে, ঐ অচৌবা শাগৈদা পোকপনি, ঈনাক-খুনবা মীনি, মীনা ঐবু য়াম্না ইজৎ তৌরিবনি, অপীকপা মীগা লোয়ননা ঐগা করম্না তিন্নগনি অসিনচিংবা পুক্নীংগী চাউথোকপা অমসুং নাপল তৌবা রাখলবু মদ কৌই। মসি মীওইবগী মঙাশুবা য়াম্না চাউবা য়েক্লবনি। মসিদগী মী অদুগী লৈখা তাবদা

মতম চঙদে অদুগা অসিগুম্বা মীদগী পবমাত্মাস্থ য়াম্না থাপ্না লৈ। অফবা থবক্কি হায়না মখোয়না থন্দূনা তৌরিবা অদুস্থ অফবা মহয় পীদে, মদুদগী পাপ ওইবা মহয়দা ওই। মসিদগী শ্রীভগবান্না মখোয়গী মরমদা অস্মুম্না হায়—

**আঢ্যোঽভিজনবানস্মি কোঽন্যোঽস্তি সদৃশো ময়া।**
**যক্ষ্যে দাস্যামি মোদিষ্য ইত্যজ্ঞানবিমোহিতাঃ॥**
**অনেকচিত্তবিভ্রান্তা মোহজালসমাবৃতাঃ।**
**প্রসক্তাঃ কামভোগেষু পতন্তি নরকেঽশুচৌ॥**

(গীতা ১৬। ১৫, ১৬)

"ঐ ইনাক খুনবা অমস্থং শাগৈ-নাতৈ চাউবা যুমদা পোকপা মীনি, ঐগা মান্নবা অতোপ্পা কনা লৈ? ঐ যাগ-যজ্ঞনচিংবা তৌগনি, দান য়াম্না পীগনি অদুগা হরাউ-তয়াম্না লৈগনি— অসিনচিংবা থল্লগা অজ্ঞান্না শুক্কত্ুনা লৈরিবা, বুদ্ধি লৈতাদনা চৎলিবা, মোহ ওইবা (সংসাবগী অপাম্বা পোৎশিংদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবগী মশক ওইবা) শাব্রংনা (লাংনা) কুপ্লুনা লৈরিবা অমস্থং অপাম্বা পোৎচৈ চাবা-থকপদা পুক্নীং চঙলিবা মীদি পাপকী মশক ওইবা নবক্তা তাই।"

মরম অসিনা পুক্নীং শেংনা থমদুনা অফবা লম্বীদা চৎনীংবা মীনা চাউথোকপা অমস্থং নাপল তৌবা অসিবু থাদোক্নবা হোৎনগদবনি। মসি করম্না লাকই অমস্থং মসিগী চৎখিনবা উপায় করিনো হায়বা অসিগী মরমদা ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরবু অস্মুম্না তাক্লি—

**কুলাজজ্ঞানাৎ তথৈশ্বর্য্যান্মদো ভবতি ( দেহিনাম্ ) ।**
**এভিরেব তু বিজ্ঞাতৈঃ স চ সদ্যঃ প্রণশ্যতি ॥**

( মহভাঃ শান্তিঃ ১৬৩ । ১৬ )

"অচৌবা শাগৈ নাত্তে, ফংলিবা লৌশিং অমসুং লৈরিবা লল-থুম অদুদগী মীওইবগী পুক্নীংদা মদ ( চাউথোকপা অমসুং নাপল তৌবা ) অসি লাকই ; অদুগা মখোযদা লৈবিবা, হায়রিবা অহুম অসিগী মওং-মতৌ করিনো হাযবা অসি নীংথিনা খঙবা মতমদা মদ অদু মাঙখি ।"

লৌশিং শিংই, খন্দুনা নাপল তৌবস্বা অদু কবম্না মাঙখি হাযবা অসিগী মরমদা ভর্তৃহরিনা নীতিশতককী মনুংদা য়াম্না ফজনা অস্নুম্না হাযরি—

**যদা কিঞ্চিজ্জ্ঞোঽহং দ্বিপ ইব মদান্ধঃ সমভবং**
**তদা সর্ব্বজ্ঞোঽস্মীত্যভবদবলিপ্তং মম মনঃ ।**
**যদা কিঞ্চিৎ কিঞ্চিদ্বুধজনসকাশাদবগতঃ**
**তদা মূর্খোঽস্মীতিজ্বর ইব মদো মে ব্যপগতঃ ॥**

"লৌশিং খরা শিংলকলবা মতমদা ঐহাক মচুম তাবা শামুগী মতৌগুম মদান্ধ ওইদুনা ( চাউথোকপদগী করিমত্তা উদনা ) লৈরম্মি ; মতম অদুদা ঐহাক পুমখঙ খঙবা মীনি হায়না লেপ্পুনা লৈরম্মি । অদুবু জ্ঞান তাবা মীশিংগী মফমদগী খরা খরা খঙবা হৌগংলকপা মতমদা ঐদি য়াম্না পঙবনি হায়না খঙদুনা ঐহাকী মদ ( চাউথোকপা ) অদু লাইহৌ হৌবা হন্থবগী মতৌগুম হন্থরে ।"

হায়রিবা অসিগী মতৌগুম্না অতোপ্পগী অচৌ অচৌবা শাগৈ-নাতৈবু উরগা অমস্তুং তারগা ঐগী শাগৈ-নাতৈ অসিদি করিস্নু লৈতবনি খন্দুনা চাউথোকলোইদবনি, অদুগা অতোপ্পগী ভমখৈ লৈতনা লৈরিবা লল-থুমবু উরগা অমস্তুং তারগা ঐগী লল-থুমদি মখোযগী মমাংদা করিস্নু লৈতবনি লেপ্তুনা মদুদগী ভইরম্বা নাপল অদু থাদোক্কদবনি। নিংথৌশিংনা মপাঙ্গল চাউবা, শাগৈ নাতৈ খংবা অমস্তুং লল-থুম রাক্তনা লৈবা মরমদগী নাপল তৌদুনা পৃথিবী অসিবু থুত্নম চন্দুনা থমগনি হায়দুনা অতোপ্পা নিংথৌ-শিংগা লাল তৌবা উরগা পৃথিবীনা নোক্লুনা অস্তুম্না হায়—

**কথমেষ নরেন্দ্রাণাং মোহো বুদ্ধিমতামপি ॥১২৮॥**

**উৎসৃজ্য পুর্ব্বজা যাতা যাংনাদায় গতঃ পিতা।**

**তাং মামতীব মূঢ়ত্বাজ্জেতুমিচ্ছন্তি পার্থিবাঃ ॥১৩২॥**

**পৃথ্বীমমৈষাশু পরিত্যজৈনাং**

**বদন্তি যে দূতমুখৈঃ স্বশত্রূন্।**

**নরাধিপাস্তেষু মমাতিহাসঃ**

**পুনশ্চ মূঢ়েষু দয়াভ্যুপৈতি ॥১৩৬॥**

(বিষ্ণু পুরাণ অংশ ৪ অঃ ২৪)

"অহো। লৌশিং শিংই হায়দুনা চাউথোক্লুনা লৈরিবা নিংথৌশিংনা ঐভোন্দা (পৃথিবীদা) কয়াদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈরিবনো? মখোযগী মমাংদা হৌখিবা নিংথৌশিংনা ঐবু (পৃথিবীবু) থাদোক্লুনা চৎখি, অদুগা মখোয়গী মপাশিংনস্নু ঐবু পুত্নুনা চৎখিদে। অদুবু য়াম্না পঙবা মরম চংগ. নিংথৌশিং অসিনা

ঐবু খুত্নম চনগে নীংলি। নিংথৌশিং অসিনা মখোযগী যেক্লব-শিংগী মনাক্তা দূত থাদ্বুনা "পৃথিবী অসি ঐগীনি, মসিবু থুনা থাদোকউ" হায়রি। মসি য়েংলগা ঐ য়াম্না নোকনীংই অমস্তুং অপঙবা মখোয়গী মতৌ উরগা পুক্নীংদা থৌজালস্নু লাকই।"

মরম অসিদগী শংকারাচার্য্যনস্নু অস্নুম্না হায়—

**মাকুরু ধনজনযৌবনগর্ব্বং**
**হরতি নিমেষাৎ কাল সর্ব্বম্**

"লল-থুম য়াম্না লৈ, শাগৈ-নাতৈ য়াম্না ফৈ অমস্তুং হৌজিক পাখং ফাদ্বুনা লৈ হায়না পুক্নীংদা নাপল তৌগনু। মফম ইখঙ-খঙহৌদনা কাল ( অশিবা ) লাক্লুনা মত্থ পূম্নমক মিকুপ অমগদা লৌদূনা। পুদ্বুনা। চংশিগনি।"

মরম অসিদগী চাউথোক্কে অমস্তুং নাপল তৌগে হায়বসি পুক্নীংদগী লৌথোকদবনি। চাউথোকপদা অমস্তুং নাপল তৌবদা করিস্নু কাম্নফম লৈতে। মশাবু পীক্লা থম্লবতদা অফবা থবক তৌবা ঙমগদবনি। কবিগুস্বা নাপল তৌগে হায়রবস্নু ঐ মীওইনা পোকপনি, শা ঙাদগীদি ঐনা যাম্না হেন্না ফৈ, ফংঙমদবা মীপোক অসিবু করম তৌনা ফত্তবা থবক তৌদ্বুনা মাঙহনগনি, ঙস্বা মথৈ হোৎনদ্বুনা অফবা থবক তৌবগা পুন্সি অসি মহয় য়াম্নবা হোৎনগে, মসি তৌনবা পাঙ্গল ঐঙোন্দা লৈ, পাঙ্গল লৈনা-লৈনা অফবা থবক তৌদ্রবদি হিংদ্বুনা লৈবগী কবি কাম্নগনি—অসিনচিংবা খন্দূনা চাউথোক্লবদি অমস্তুং নাপল তৌরবদি, মত্থগী মতুং ইন্না অফবা থবক্তা তৌদ্বুনা পুক্নীং মকা লাম্না নুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি।

(চ) মাৎসর্য্য—অতোপ্পগী নুংঙাই-য়াইফবা উরগা অমস্থং তারগা পুক্নীং চাক্লুনা নুংঙাইতনা লৈববু মাৎসর্য্য দোষ কৌই। মসি মীওইবগী তরুকশুবা য়েক্লবনি। সংসার অসিদা জীব পুম্নমক মশা-মশাগী অরাবা কোক্লিংহুনা লৈবা ঙাক্তনি। মহুদা বুদ্ধি তাবা মাশিংদি মশাগী অরাবা অমস্থং অতোপ্পগী নুংঙাই য়াইফবা উবা-তাবা অহুদগী পুক্নীং চাক্লুনা নুংঙাইত্রবস্থ মশাগী অরাবা কোক্লনবা উপায় থিহুনা কন্না নোম্মি, অহুগা মহুদা ফত্তবা উপায় থাদোক্লগা অফবা উপায় তৌদুনা লৈরবদি মখোয়গী পুক্নীং চাক্লুনা নুংঙাইতনা লৈরম্বা অহু তপ্না তপ্না হন্থখি, মহুদগী পুক্নীং শেংদোকলকই; মসি নত্তনা অরাবা কোক্লবা ফত্তবা উপায় তৌরবদি পুক্নীং শেংদোক্লকপগী মহুত্তা পাপ লাকশিল্লক্লুনা পুক্নীংগী মৈচাক অহু থোইনা হেনগৎলকই; মহুদগী নুংঙাই-য়াইফনা লৈরিবা মীশিং অহু মখোয়গী য়েরবনি খন্দুনা মখোয়গী ফত্তনবা তৌরকই। মরম অসিনা মীগী নুংঙাই-য়াইফবা উরগা অমস্থং তারগা পুক্নীং চাক্লুনা নুংঙাইতনা লৈবা অসি য়াম্না ফত্তবা অমস্থং লৈখা তাহন্নবা মনগী দোষনি। মসিগী মরমদস্থ ভীষ্মনা অস্থম্না তাক্লি—

**সত্যত্যাগাত্তু মাৎসর্য্যমহিতানাঞ্চ সেবয়া।**
**এতত্তু ক্ষীয়তে তাত সাধূনামুপসেবনাৎ॥**

( শান্তিঃ ১৬৩।১৫ )

"অপোংবা ঙাঙবা অমস্থং অচুম্বা লম্বী চৎপা থাদোকপদগী মাৎসর্য্য ( অতোপ্পগী নুংঙাই-য়াইফবা উর-তারগা পুক্নীং চাক্লুনা

মুংঙাইতবা) পোক্লকই, বান্নবা তৌদবা মীশিংগা ভিন্নবদগী মসি হেনগৎলকই, অদুগা হে তাত যুধিষ্ঠির! সাধু ওইবা (অফবা) মীশিংগা ভিন্নবদগী মসি মাগুই।"

থাঙ্গৎশেংনমক্তি মসি থবক তৌনীংদবা অতনবা মীশিংগী পূক্লীংদা থোইদোক হেন্দোক্লা লৈ। মখোয়না ভিন্নরিবা মীশিং অদুস্থ মপান্থোংদা মরূপনি হায়না উরবস্থ অশেংবা মরূপ নত্তে, অরেম্বা ব্রারী-ব্রাতায় শাদুনা অমস্তং অতোপ্পগী অফ-যত্ত ভাগুনদুনা ফত্তবা তৌননবা থনবদা মতম লেন্নবা মরূপনি। মী অদুনা জ্ঞান খরা তাবা ওইরবদি অসিগুম্বা মরূপশিংবু থাদোক্লগা মশাবু চাওখৎনবা অমস্তং অফবা লক্ষ্মী খঙননবা অফবা মীশিংগা ভিন্ননবা হোৎনগদবনি। করম্বা মী অফবনো অমস্তং যত্তবনো হায়বসিস্থ মতম খরা মী অদুগা ভিন্নবদগী মাগী মচৎ-মতৌ য়েংলগা অমস্তং ব্রাহ্মণ-শাঙাঙ তারগা খঙবা ঙম্মি। অযবা মী কদোইঙেদস্থ অতোপ্পগী ফত্তবা ব্রা অমস্তং দোষ লৌহুনা ব্রারী-ব্রাতায় শাবা পাম্মোই, অতোপ্পগী ব্রা ঙাঙলবস্থ মখোয়গী অফবা মতীক-মগুণ অদুদা লৌরগা ঙাংগনি অমস্তং থাগৎকনি। অসিগুম্বা মীগা ভিন্নরবদি ফত্তবা মীস্থ মাগী মমাঙদা অতোপ্পগী নিন্দা তৌবনচিংবগী ব্রা ঙাঙবদা হঙ্গোইগনি। মহুদগী তপ্ন তপ্না মহাক অফবা মী অমা ওইরক্লুনা মাগী মখৌ করিনো হায়বা অসি খঙলকনি। মতৌ অসুম্না অতোপ্পগী মুংঙাই-য়াইফবা উর-তারগা পূক্লীং চাক্লুনা মুংঙাইতনা লৈরম্বা অদু থাদোক্লুনা মাস্থ মশাগী কান্নবা থবক তৌবা হোৌরকনি অমস্তং মাগী পূক্লীংস্থ শেংদোক্লকনি।

হায়য়িবা মাৎসর্য্য অসিবু মশাগী মরূপ শাহুনা থমগে হায়রবদি ঐনা হৌজিক ফাওবা করি মরমদগী ঈশাগী কান্নবা অফবা থবক তৌত্রিবনো, ঐঙোন্দা করি ৱাৎপা লৈ অসিনচিংবা খন্দূনা পূক্লীং চাক্লুনা মুংঙাইতনা লৈগদবনি। মতুঙদা অফবা থবক তৌশিল্লকুনা মী অহু চাওখৎপা ঙমগদবনি অমসুং মাগী পুক্লীংদসু অতোপ্পগী ফত্তনবা খনবা থাদোক্লুনা পুক্লীং মকা লাম্বা ঙম্নকনি। মতৌ অসুম্না মথক্তা হায়ত্রিবা য়েক্লবা পুম্নমক অসিবু খুহুম চন্দুনা থম্বা ঙম্লবদি সংসার অসিদা লৈরিঙৈগী মতমদা পুক্লীং শেংনা মুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি, অহুগা শিংবা মতুংদসু অফবা খুবম ফংগনি হায়বা অসিদা করিমত্তা চিংনফম লৈতে।

মনুনদি পুক্লীং শেংনবা উপায় অসুম্না তাক্লি—

**সর্ব্বেষামেব শৌচানামর্থশৌচং পরং স্মৃতম্।**

**যোঽর্থে শুচির্হি স শুচির্নমৃদ্বারিশুচিঃ শুচিঃ॥** ( ৫।১০৬)

"অশেংবা পুম্নমক্কী মনুংদা শেল তানবদা শেংবসি খ্বায়দগী অথোইবনি। শেল তানবদা শেংলবা ( নমথাক তৌহুনা তান্দবা শেল অমসুং অচুম্বা অফবা থবক তৌরগা তানবা শেল ) মী অহু থাঙ্গশেংবা মীনি, লৈবাক ঈশিংনচিংবনা শেংদোক্লুনা মশা নাম্না লৈবা মী অশেংবা নত্তে।"

মরম অসিনা মন শেংনা থমগে নীংবা অমসুং হোৎনবা মীশিংনা শেল তানবা মতমদা নমথাক তৌহুনা ফত্তবা পোৎ পীরগা মমল য়াম্না লৌবা, অতোপ্পা পোৎ য়ানশিন্দুনা শেংদবা পোৎ য়োনবা অসিনচিংবা পুম্নমকসি শোয়দনা থাদোক্কদবনি।

যোগদর্শন্দা শৌচ (শেংনা লৈবা) অসিগী ফল অস্রম্না তাক্লি—

**"সত্ত্বশুদ্ধিসৌমনস্যৈকাগ্র্যেন্দ্রিয়জয়াত্মদর্শনযোগ্যত্বানি চ॥"**

(২। ৪১)

"শেংনা লৈবা অসিদগী মনগী অমোংপা কোকই, মতুদগী পুক্নীং মকা লাম্মি, মতুদগী পুক্নীং ফাজিল্লি, মতুদগী মিৎনচিংবা মপালগী ইন্দ্রিয়শিংবু জয় তৌবা ঙম্মি, মতুদগী আত্মসাক্ষাৎকার তৌনবা (আত্মাবু নীংথিনা খঙনবা) মতীক ফংই।"

(২) **"সন্তোষ**—সন্তোষ কদায়বু কৌই হায়বসি যোগ ভাষ্যকারনা অস্রম্না হায়— **"সন্তোষঃ সন্নিহিত সাধনাদধিকস্যা-নুপাদিৎসা"**— "অফবা থবক শূ-নোমতুনা ফংলিবা পোৎ-চৈশিং-দগী হেন্না পামদববু সন্তোষ কৌই"— হায়বদি হূমাং তানা কম্না নোমজতুনা ফংবা শেল-থুম পোৎ-চৈশিং অতুদা পেন্দূনা লৈবসি সন্তোষনি। মতুদা পেন্দ্রবদি ফত্তবা থবক তৌরক্নুনা শেল তানবা অমস্নুং পোৎ-চৈ খোমজিনবা শোয়দবনি। মতুম্না তৌরবস্নু মহাক পেন্দূনা লৈগনি হায়বা অসি ওইথোক্কবনি। মতুদগী মহাক নোংম-নোংমগী ফত্তবা থবক তৌবা হেঞ্জিল্লকনি; অতুগা মতুনা মরম ওইতুনা মশাদা নত্তবা ইমুং-মনুংগী মী পুম্নমকস্নু শোয়দনা অরাবদা তাগনি। মরম অসিদগী শেল-থুম করম্না তানবা হৌনৈ হায়বসি পরাশরনা অস্রুম্না তাকই—

**ন্যায়াগতং ধনঞ্চৈব ন্যায়েনৈব বিবর্দ্ধিতম্।**
**সংরক্ষ্যং যত্নমাস্থায় ধর্ম্মার্থমিতি নিশ্চয়ঃ।**

**ন ধর্ম্মার্থী নৃশংসেন কর্ম্মণা ধনমর্জ্জয়েৎ।**
**শক্তিতঃ সর্ব্বকর্ম্মাণি কুর্য্যান্নর্দ্ধিমনুস্মরেৎ।**
**যেঽর্থাধর্ম্মেণ তে সত্যা যেঽধর্ম্মেণধিগস্তুতান্।**
**ধর্ম্মং বৈ শাশ্বতং লোকে ন জহ্যাদ্ধনকাংক্ষয়া॥**

( মহাভাঃ শান্তি পর্ব্ব ২৯২। ৪, ৫, ১৯ )

"অচুম্বা লম্বীদা চৎলগা অফবা থবক তৌহুনা তানশিল্লিবা শেল-থুমবু অচুম্বা লম্বী অহুমক্তদা চত্তুনা চাওখৎহন্নবা তৌগদবনি, অদুগা ধর্ম্ম ওইবা অফবা থবক্তীদমক য়াম্না চেকশিন্না হোৎনদুনা মদু ভাক্কদবনি। ধর্ম্মগী মশক ওইবা পুণ্য পাম্বা মীনা ফত্তবা অমসুং তুক্কচবা থবক তৌহুনা শেল তাল্লোইদবনি, অদুগা মীনা মশাগী শক্তি ( পাঙ্গল অমসুং উপায় ) গী মতুং ইন্না থবক পুম্নমক তৌগদবনি, ফত্তবা তৌদুনা চাওখৎপগী মরমদা খল্লোইদবনি। ধর্ম্ম তৌহুনা ( অচুম্বা থবক তৌহুনা ) তানশিনবা শেল সত্যনি ( অশেংবনি ), অধর্ম্ম ( নত্তবা থবক ) তৌদুনা তানশিনবা শেলদি ধিক্কার তৌনবগী মশক্নি ( য়াম্না মাঙনবগী মশক্নি )। সংসার অসিদা ধর্ম্ম লেঙদনা লৈবা পোৎনি, অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিবু শেল-থুম পাম্বদগী থাদোক্লোইদবনি।"

মরম অসিনা পেন্দুনা লৈবসি য়াম্না কৈ হায়না নারদনা শুকদেবদা অস্থুম্না তাকই—

**অন্তো নাস্তি পিপাসায়াস্তুষ্টিস্তু পরমং সুখম্।**
**তস্মাৎ সন্তোষমেবেহ ধনং পশ্যন্তি পণ্ডিতাঃ॥**

( শান্তি অঃ ৩৩০। ২১ )

"অপাম্বগী অরোইবা লৈতে, পেন্দুনা লৈবা খ্বায়দগী হেনবা নুংঙাইবনি।' মরম অসিনা সংসার অসিদা জ্ঞান লৈবা মীশিংনা পেনবসিদু অথোইবা ললনি হায়না থঙই।"

যোগদর্শনদসু মসি তাক্লি—

"সন্তোষাদনুত্তমঃ সুখলাভঃ" (২।৪২)

"পেন্দুনা লৈরবগী চাংদমনিঙাই লৈতবা নুংঙাইবা ফংই।"

(৩) তপ—অরা-নুংঙাইবনচিংবা খাংদুনা লৈবা অমসুং ব্রত-উপাবাসনচিংবা তৌদুনা লৈবা অসি তপনি। যোগ-ভাষ্যকারনদি অসুম্না হায়রি—

"তপো দ্বন্দ্বসহনম্। দ্বন্দ্বশ্চ জিঘৎসাপিপাসে শীতোষ্ণে স্থানাসনে কাষ্ঠমৌনাকারমৌনে চ।"

"ফাইবোক ওইদুনা মথং-মনাউ নাইনা লাক্লিবশিংবু খাংদুনা লৈবসি তপনি। ফাইবোকশিং অদুদি অরাম-খৌরাংবা, অয়িং-অশাবা, হৌগৎ-কম্বা ইরেঙ লেংদনা তুমীন্না লৈবা অসিনচিংবা অসিনি।"

তুমীন্না লৈরবসু মানা হায়নীংবা বা অমসুং তাক্লীংবা পোৎপু খুৎনচিংবনা ইঙ্গিৎ তৌদুনা লৈববু অরেংবা তুমীন্না লৈবা কৌই, মসি পূম্নমক করিমত্তা তৌদনা লৈববু লেংদবা তুমীন্না লৈবা কৌই।

অরা-নুংঙাই, অরাম খৌরাং, অঙৈং-অশা অসিনচিংবা অসি মতম মতমগী মতুং ইন্না শোয়দনা লাক্কুনা লৈ, মসিবু কনানসু করিগুম্বা উপায় অমা তৌরগা পূমথিং থিংবা ঙমদে। মরম

অসিনা মসিবু খাঙহনা লৈবা তাই। অহুবু মুংঙাইবা লাকপদা হরাউনা নোক্কনা লৈবা অহুগা অরাবা লাকপদনা 'হায় হায়' তৌহনা লাউ-খোংহনা লৈবা অসি খাঙবা কৌদে; মরম অসিনা মসি তপ নত্তে। মুংঙাইবা লাকপদস্ত হরাউদনা অমসুং অরাবা লাকপদস্থ 'হায় হায়' তৌদনা মতম পুম্নমক্তা ফীবম অমত্তা ওইনা লৈননবা হোৎনবা অসিবু খাঙবা কৌই। মসি য়াম্না চাউবা তপনি। মুমিৎ য়াম্না কুইনা চন্না হেন্দুনা লৈবনচিংবা অসি অশেংবা তপ নত্তে; মহুদি হকচাং মাঙহন্নবা তৌবনি।

মরম অসিনা ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরবু অসুম্না তাক্লি—

**মাসার্দ্ধমাসোপবাসাদ্ যৎ তপো মন্যতে জনঃ।**

**আত্মতন্ত্রোপঘাতী যো ন তপস্বী ন ধর্ম্মবিৎ॥**

( অনুঃ ৯৩। ৪ )

"মীনা থা অমা নত্রগা থাথায় অমা চাদ-থক্তনা লৈববু তপনি হায়না য়ানৈ। থাঙ্গৈশেংবমক্তি মহু মশাগী ফহবা তৌবনি, মহুম তৌরিবা মী অহু তপস্বী নত্তে অমসুং ধর্ম্ম খঙবা মীস্থ নত্তে।"

মরম অসিনা গীতাদস্থ ভগবান্না অসুম্না হায়রি—

**অশাস্ত্রবিহিতং ঘোরং তপ্যন্তে তপো জনাঃ।**

**দম্ভাহংকারসংযুক্তাঃ কামরাগবলান্বিতাঃ॥**

**কর্ষয়ন্তঃ শরীরস্থং ভূতগ্রামমচেতসঃ।**

**মাংচৈবান্তঃ শরীরস্থং তান্‌বিদ্ধ্যাসুরনিশ্চয়ান্॥**

( গীতা ১৭। ৫, ৬ )

"(প্রায়শ্চিত্তনচিংবা নত্তবা মফমদা) মীশিং অদুনা ঐ মঙাইরে হায়না নাপল তৌদুনা অপাম্বা পোৎশিংদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা য়াম্না কন্না তপ তৌই। মখোয়না জ্ঞান লৈতবা মরমদগী তপ অদু তৌবদা হকচাং অসিবু শাদুনা লৈরিবা পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙাবু অমস্তং হকচাং অসিদা লৈরিবা ঐবু (ভগবানবু) য়াম্না লাকশিন্দুনা থম্মি। অসিগুম্বা মীশিংবু হিংচাবগী মচৎ চৎপা মীশিংনি হায়না খঙউ।"

মরম অসিনা চরা হেন্দুনা নুমিৎ য়াম্না কুইনা তপ তৌবা অসি ফত্তে, অদুগা মথক্তা হায়খ্রিবা খাংদুনা লৈবগী মশক ওইবা তপ অসিদি তৌ, মদুদগী মোক্ষবুস্থ ফংবা ঙমগনি হায়বা অসিস্থ ভগবান্না অস্থুম্না তাক্লি—

> মাত্রাস্পর্শাস্তু কৌন্তেয় শীতোষ্ণসুখদুঃখদাঃ।
> আগমাপায়িনোঽনিত্যাস্তাংস্তিতিক্ষস্ব ভারত॥
> যং হি ন ব্যথয়ন্ত্যেতে পুরুষং পুরুষর্ষভ।
> সমদুঃখসুখং ধীরং সোঽমৃতত্বায় কল্পতে॥
>
> (গীতা ২। ১৪, ১৫)

"হে কৌন্তেয়! মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় ওইদুনা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসি অঙৌং অশা, অরা-মুংঙাইনচিংবা পীদুনা লৈবা ঙাক্তনি। মখোয়দি চৎথোক চৎশিন তৌদুনা লৈবা অমস্তং মাঙগদবা পোৎশিংনি। মরম অসিনা মখোয়শিং অসিবু খাংদুনা লৈযু। হে পাঙ্গল চাউবা অর্জ্জুন! মী অদুবু মখোয় অসিনা

পাখংহন্দ্রবদি মহাক অরা-মুংঙাইদা পূক্লীং অমত্তা ওইনা লৈবা মরম্না মোক্ষ ফংবা ঙম্মি।

অদুগা একাদশী ব্রতনচিংবদি তৌদুনা লৈগদবনি, মদুদগী পূক্লীং তপ্না অমম্তং হকচাংগী য়াম্না যনা লৈবা ঙমগনি। ভীষ্মনদি নুমিৎ খুদিংগী চরা হেন্দুনা লৈবা মী কদায়বু কৌবগে হায়বা অসি অস্তুম্না তাক্লি—

**অন্তরা সায়মাশং চ প্রাতরাশং চ যো নরঃ।**
**সদোপবাসী ভবতি যো ন ভুঙ্‌ক্তেহন্তরা পুনঃ॥**

( অনুঃ ৯৩। ১০ )

"নুমিৎ খুদিংগী অহিং-নুংথিলদা অনীরক্কং চা-থক্তুনা লৈবা নত্তনা মবক্তা কবিগুম্বা অমত্তা চাবা-থকপা তৌদ্রবদি মী অদু মতম পুম্নমক্তা চারা হেন্দুনা লৈবা মীনি।"

"**অস্বপ্নশ্চ দিবাহস্বপন্**" ( অনু ৯৩। ১২ )

"অহিং তুম্নবস্তু নুংথিলদা কদৌদৈদস্ত তুমদবা মীবু তুমদবা মী কৌই।' মসি পূম্নমক অসিস্তু তপনি। অদুগা নুংথিল তুম্বা ফত্তে হায়বা অসিস্তু তাক্লি—

**অনায়ুষ্যং দিবা স্বপ্নং তথাহভ্যুদিতশায়িতা॥**

( অনু ১০৪। ১৩৮ )

"নুংথিল তুম্বদগী পুন্সি তেল্লী অদুগা নুমিৎ থোকপা ফাওবা তুম্বা মীসিগী পুন্সি তেল্লী।"

ভাগবততদি তপ কদায়বু কৌবগে হায়বা অসি অস্তুম্না হায়—

"**কামত্যাগস্তপঃ স্মৃতম্**" (১১ । ১৯ । ৩৭)— সংসারগী অপাম্বা পোংকী নীংবা থাদোকপা তপনি ।

মতৌ অস্থুম্না তপ তৌবদগী করি কান্নবা ফংবগে হায়রা অসি যোগদর্শন্দা অস্থুম্না তাক্লি—

"**কায়েন্দ্রিয়সিদ্ধিরশুদ্ধিক্ষয়াৎ তপসঃ**" (২ । ৪৩)

"তপ অসি তৌবদগী মনগী তমোগুণ ওইবা অমোংপা কোকথিত্নুনা হকচাং অমস্তুং মিৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তি য়াম্না চাওখৎলকই ।"

(৪) **স্বাধ্যায়**— মসি কদায়বু কৌবগে হায়বসি যোগ-ভাষ্যকারনা অস্থুম্না হায়—

"**স্বাধ্যায়ো মোক্ষশাস্ত্রাণামধ্যয়নং প্রণবজপো বা**"—

"মোক্ষগী মরমদা ইবা শাস্ত্রশিংবু তমহুনা অমস্তুং পাহুনা লৈবা অহুগা ওঁকারগা জপ তৌবা অসি স্বাধ্যায়নি ।"

মসিগী মনুংদা ভগবানগী স্তোত্র পাঠ তৌবা অমস্তুং গুরুনা পীবা মন্ত্রগী জপ তৌবা, লাই নীংবনচিংববুসু লৌগদবনি । মসি নুমিৎ খুদিংগী শোয়দনা তৌগদবনি । অহুগা মোক্ষ শাস্ত্রশিংগী মনুংদা গীতা অসি সাধারণ ওইবা মীগীদি খ্বায়দগী অথোইবা লাইরিকনি । মসিবু তম্বা অমস্তুং অশংবা মতমদা পাহুনা লৈবা য়াম্না কৈ । গীতাদা শ্রীভগবান্না করি করি তাকপগে কায়বসি য়াম্না নীংথিনা খঙনবা হোংনরগা মহুগী মতুং ইন্না বিচার তৌহুনা লৈরবদি অমস্তুং মহুবু পূরী দা লৌহুনা চৎপা ঙম্লবদি থোইদোক-হেন্দোক্লা কৈ হায়বসিদা চিংনফম লৈতে ।

যোগদর্শন্দা স্বাধ্যায় তৌহ্নবা লৈবগী ফল অসুম্না হায়রি—

**"স্বাধ্যায়াদিষ্টদেবতাসংপ্রয়োগঃ"** (২।৪৪)

"স্বাধ্যায় নীংথিনা তৌদুনা লৈরবদি ইষ্ট দেবতাবু নীংলিবা অপাম্বা লাইবু) নীংথিনা দর্শন তৌবা ফংই।"

(৫) **ঈশ্বরপ্রণিধান**— মসিবুস্থ যোগভাষ্যকারনা **অসুম্না** হায়রি—

**"ঈশ্বরপ্রণিধানং তস্মিন্ পরমগুরৌ সর্ব্বকর্ম্মার্পণম্"**

"খ্বায়দগী অথোইবা গুরু পরমাত্মাদা, তৌরিবা থবক পূম্নমক কংথোকপবু ঈশ্বরপ্রণিধান কৌই।"

পরমাত্মাদা থবক পূম্নমক কংথোকপা করম তৌনা ঙমগদগে হাযবা অসিগী মরমদা তুংদা ঙম্বা মখৈ বিচার তৌগনি। মদুগী-দমক উপায ওইনা হৌড্রিক ঐখোয়না বিচার তৌরিবনি। উপায়-শিং অসি নী থিনা খঙলবা অমস্তুং মদুগী মতুং ইন্না লমচং চৎলবা মতমদা হাযরিবা থবক কংথোকপসি তৌবা ঙমগদবনি। অদুগা লাইরিক অসিগী মরু ওইবা হীবমস্থ নিষ্কাম কর্ম্মনি। অদুবু সকাম কর্ম্মনচিংবা পূম্নমক খঙদনা নিষ্কাম কর্ম্ম করিনো হায়বসি খঙবা ঙম্মোই। শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা থবকশিংবু মদুগী ফল পামদুনা তৌরবদি সকাম কর্ম্ম কৌই; অদুগা শাস্ত্রনা তাকপা সকাম কর্ম্মশিং অদুমকপু মদুগী ফল পামদনা তৌরবদি নিষ্কাম কর্ম্ম কৌই। মরম অসিদগী সকাম কর্ম্মগী মরু মরু ওইবা ব্রা পূম্নমক অহানবদা খঙননবা হোৎনসি, মতুংদা নিষ্কাম কর্ম্মগী মরমদা বিচার তৌসি।

# শিখা অমসুং লুগুণ

হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীশিংনা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা করিগুম্বা থবক অমা তৌগে হায়রবদি শিখা অমসুং লুগুন য়াওদনা তৌবা য়াদে। মতু য়াওদনা তৌববদি থবক অমত্তা ফল পীরোই, থবক পূম্নমক অরেম্বদা তাগনি। মরম অসিনা শাস্ত্রনা অস্তুম্না হায়রি—

**যজ্ঞসূত্রবিহীনঃ স্যাদনর্হঃ সর্ব্বকর্ম্মসু।**

**শিখাকার্য্যা প্রযত্নেন শিখাহীনশ্চ তাদৃশঃ॥**

(অঙ্গিরস স্মৃতি ৫৪, ৫৫)

"শাস্ত্রনা তাকপা থবক পূম্নমক তৌবদা লুগুণ থাংদবা মী মতৌক চাদে। শিখাসু য়াম্না চেকশিন্না থমগদবনি, নত্রবদি শিখা থমদবা মীসু থবকশিং অদু তৌবদা মতৌক চাদে।"

**যজ্ঞোপবীতং ধৃত্বৈব সর্ব্বকর্ম্মাণি সর্ব্বথা**

**শ্রৌতস্মার্ত্তানি চান্যানি কুর্য্যাৎ পুণ্যানি চ দ্বিজঃ॥**

(ভারদ্বাজ স্মৃতি ১৫।২)

"বেদ অমসুং স্মৃতিনা তাকপা থবক পূম্নমক অতুগা পুণ্য ওইবা অতোপ্পা থবক পূম্নমক দ্বিজনা (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্যনা) শোয়দনা লুগুণ থাংলগা তৌগদবনি।"

মরম অসিনা অহানবদা মখোয়গী (শিখা অমসুং লুগুণগী) মরমদা থরদং বিচার তৌসি—

শিখা—মসি হিন্দু ধর্ম্মগী ফিরাল্লি। কোকথক্তা মসি থমদবা মীবু হিন্দুনি হায়না খঙনরমদে; মসি থম্লবা মী অহুতবু হিন্দুনি হাযনা খঙনরম্মি। মরম অসিনা হৌজিক্কী মতমদা রাষ্ট্রীয় ধ্বজ (দেশকী ফিরান) ডাক্লবা হোৎনবদা মী লীশিঙ লীশিঙনা অকিবা লৈতনা থরায় থাদোকপগুম্না মমাঙৈদা কোক-থক্তা থম্বা হিন্দু ধর্ম্মগী ফিরান অসিবু ডারনবগীদমক মশীং নাইদনা মী কয়ামুরা হরাউ-হরাউনা মথায় থাথি। যেক্লবা মীশিংনা করিগুম্বা শিখা অসিবু ককথোকখিবা থোক্লবস্থ অমুক হন্না মহু থম্নবম্মি। মসিবুস্থ অস্থম্না তাক্লি—

**শস্ত্রচ্ছিন্নশিখঃ সদ্যো বিভ্রন্ কর্ণেশুচির্যতন্।**
**পুনঃ সংস্কারতঃ শুদ্ধঃ প্রভবেন্নাত্র সংশয়ঃ॥**

(আঙ্গিরস স্মৃতি ৫৭)

"যেরবনা করিগুম্বা শিখা ককথৎখিবা থোক্লবদি মী অদুনা থুনমক নাকোংগী মনাক্তা শেংনা শিখা অমা থম্নবা হোৎনগদবনি; অদুগা মতুংদা অমুক হন্না সংস্কার তৌদুনা শিখা থমগদবনি। মদুদগী শেংই হায়বা অসিদা চিংনযম লৈতে।"

অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি অয়াম্বা মীনা শিখা থমনদ্রে। করিগুম্বা মখোয়না শাস্ত্রনা তাকপা থবক তৌগদবা থোক্লবদি শিখাগী মফমদা লৈবা অশাংবা শমশিং অদুবু শিখা ওইনা লৌদুনা পুল্লগা লীজিন্নে। মদু নত্রবদি মখোয়না থবক অদু তৌবা য়াদে; তৌবা থোক্লবস্থ মদুগী মহয় কংলোই হায়না শাস্ত্রনা হায়।

মসি পূম্নমক অসি মখোয়না শিখাগী মতীক-মগুণ নীংথিনা খণ্ডদবদগী তৌরকইবনি। মসিগী মতীক-মগুণ নীংথিনা খণ্ডলবদি মখোয়না অসুম্না তৌরোই হায়না নীংই। মরম অসিনা শিখা করি মরমদগী থম্লিবনো হায়বা অসিগী মবমদসু খরদং খণ্ডনবা বিচার তৌবনা চুম্মি।

মীগী মচা নুপা পোক্লবদি মচা নুপা অহুগী চুড়াকরণ সংস্কারগীদমক মসুনা অসুম্না তাক্লি—

**চূড়াকর্ম্ম দ্বিজাতীনাং সর্ব্বেষামেব ধর্ম্মতঃ।**
**প্রথমেঽব্দে তৃতীয়েবা কর্ত্তব্যং শ্রুতিচোদনাৎ॥**

(২।৩৫)

"ধর্ম্মগী থবক তৌনবগীদমক বেদনা তাকপা মতুং ইন্না দ্বিজাতিগী অঙাং পূম্নমক্কী চহী অমা শুবা মতমদা নত্রগা চহী অহুমশুবা মতমদা চূড়াকরণ সংস্কার (শম কোকথোক্তুনা শুপ্না শিখা থম্নবা সংস্কার) তৌগদবনি। মতৌ অসুম্না সংস্কার তৌহুনা মহু থম্বদগী করি কান্নবগে হায়বা অসি বেদনা অসুক্না তাক্লি—

**"যশসে শ্রিয়ৈ শিখা"** (শুক্লযজুর্বেদ ১৯।৯২)

"মিং চংনবা অমসুং লল-থুম ফংননবগীদমক শিখানি।"

অঙ্গন্যাসকী মন্ত্রদসু মসিবু অসুম্না হায়রি—

**"দীর্ঘায়ুষ্ট্বায় বলায় বর্চসে শিখায়ৈ বষট্।"**

"মতম কুইনা পুন্সি চাওখত্নুনা লৈনবা, পাঙ্গল ফংনবা অমসুং হকচাংদা কান্তি (মঙাল) লাক্লবা শিখাগীদমক বষট্কার তৌহুনা শিখাবু শোক্কদবনি।

**"অথাপি ব্রাহ্মণম্ রিক্তো বা এষোঽনপিহিতো যনমুণ্ডঃ।**
**তস্য এতদপিধানং যৎ শিখা"**

( আপস্তম্বধর্মসূত্র ১।১০।৮ )

"কোক অসি খুমদ্রবদি হাণ্ডনা লৈ, মরম অসিনা শিখা অসি কোক্কী মখুমনি।"

শিখাগী মরমদা হায়রিবশিং অসিগী অখুপ্পা রা করিনো হায়বা অসি ঐখোয়না অস্থুম্না খণ্ডসি—

আয়ুর্ব্বেদ অমস্থং যোগগী সিদ্ধান্তগী মতুং ইন্না থুন্দগী কোক-তোন ফাওবা লৈরিবা শরু ৩৩ তিন্দুনা শাবা নঙ্গলগী অশাংবা য়াংলেন শক ( Back bone ) অসিবু মেরুদণ্ড কৌই। মসিগী মনুংদা শরুশিংগী হৌবা মফমদগী লোইবা ফাওবা ( কোকতোন ফাওবা ) য়াম্না পীকপা নালী ( Spinal canal or Spinal cord ) অমা লৈ। নালী অসিগী মনুংদা মূলাধারচক্রদগী কোক-তোন ফাওবা ( সহস্রার চক্র ফাওবা ) সুষুম্না কোবা যাম্না কুপগ্রবা শিংলী অমস্থু লৈ, মহুদগী হকচাং পূম্নমক্তা শীনবা থুংনা চৎথোক্তুনা লৈবা শিংলীশিং মশীং নাইদনা লৈ। কোকতোন য়ৌনা চত্তূনা লৈরিবা সুষুম্না শিংলীগী মরমদা তৈত্তিরীয় উপনিষত্তা অস্থুম্না তাক্লি—

**অন্তরেণ তালুকে। য এষ স্তন ইবাবলম্বতে।**
**সেন্দ্র যোনিঃ। যত্রাসৌ কেশান্তো বিবর্ত্ততে॥**
**ব্যপোহ্য শীর্ষকপালে॥ (১।৬।১)**

"খৌনাউগী ময়ায়দা খোমজীনগুম্না খৌনাউতেংখল য়ান্দুনা লৈ। মহুগী মনাক্তগী সুষুম্না শিংলৗনা শমগী মরু (মখোঙ) ফাওবা. কোক্কী মথুম (তুম্বা scull) অনী ফাওদোক্লুনা চৎলি। মসি (সুষুম্না শিংলৗ অসি) ইন্দ্রবু হায়বদি পরামাত্মাবু ফংনবা লম্বীনি।"

সুষুম্নানা শমগী শমখোঙ ফাওবা য়ৌরিবা মফম অদুবু ব্রহ্মরন্ধ্র কৌই, অদুগা মহুগী মরমদা আয়ুর্ব্বেদদা সুশ্রুতনা অসুম্না হায়রি—

**"মস্তকাভ্যন্তরত উপরিষ্টাৎ সিরাসন্ধিসন্নিপাতো রোমাবর্ত্তোঽধিপতিঃ, তত্র সদ্য এব ॥**

(শারীরস্থান অ: ৬। ২৭)

"কোক্কী মমুংদা মথক্তা লৈবা শিংলৗশিংগী তিন্নফম চক্র ওইনা কোয়হুনা লৈরিবা মফম অদু অধিপতি কৌবা মর্ম্ম স্থাননি। মসিদা কম্না য়ৈ খোৎপা (যুবা) তৌরবদি মতম অদুমক্তদা মী অদু শি।"

হায়রিবা চক্র ওইনা কোয়হুনা লৈরিবা মফম (ব্রহ্মরন্ধ্র) অসি শিখা থম্নবা মফমনি। মসিবু অহানবদা অহাঙবা মফমনি, মসি খুমহুনা থম্নবা শিখানি হায়বা তাকপ্রে। মফম অসিগী মমাঙমক্তদা লল্লাই লেন্ফ্র লৈ। মফম অসিগী মখাদা লৈরিবা থোপকী শরুক অদুবু আয়ুর্ব্বেদদা মস্তুলিঙ্গ কৌই, অদুগা লেমহৌরিবা শরুকশিংবু মস্তিষ্ক কৌই। মস্তুলিঙ্গদা মরু ওইনা ক্রিয়াশক্তি (Active power) লৈ, অদুগা মস্তিষ্কদা মরু ওইনা

জ্ঞান শক্তি ( Sensitive power ) লৈ। হায়রিবা মস্তুলিঙ্গ অসিবু কুপ্পুনা থম্লিবা শিখাগী শমশিং অদুবু মখোঙদা য়াম্না কন্না কিশিন্দুনা থম্নবদি মফম অদুদা ঈ কন্না চেন্দুনা লৈ, অদুগা মফম অদুস্তু শাদুনা লৈ। মদুদগী মস্তুলিঙ্গদা লৈবা ক্রিয়াশক্তি ( থবক তৌনবা শক্তি ) অদু নীংথিনা থবক তৌহনা লৈবা ঙম্মি। মস্তিষ্কগী শকক্তদি জ্ঞানশক্তি লৈবা মরম্না মদু ঈংনা থম্নবগীদমক অযবা অঙ্গংবা থাউনচিংবা তৈহনা থম্নরিবনি; মদুদগী মদু জ্ঞানগী থবক নীংথিনা তৌবা ঙম্মি। জ্ঞান নত্তবা অতোপ্পা থবক তৌবা মতমদদি মস্তুলিঙ্গ শানা থম্নবগীদমক শিখাবু মখোঙদা কন্না পুনশিন্দুনা থমগদবনি। শিখাস্তু শম খজিক্তা থম্বা ফত্তে, মস্তু-লিঙ্গগী মথক্তা চক্র ওইনা কোয়দুনা লৈরিবা মফম অদুদা হৌরিবা শম পুম্নমকপু শিখা ওইনা থমগদবনি। মরম অসিনা থবক তৌবা মতমদা—"সদা বদ্ধশিখেন ভাব্যম্" "মতম পুম্নমক্তা শিখা পুন্দুনা থমগদবনি" হায়না তাক্লি।

অদুগা শিখা পুনবা অদুস্তু গায়ত্রী মন্ত্র শোন্দুনা পুল্লু হায়না তাকই। গায়ত্রী মন্ত্রদি অসিনি—

**ওঁ ভূর্ভুবঃ স্বঃ তৎসবিতুর্বরেণ্যং ভর্গো দেবস্য ধীমহি। ধিয়ো যো নঃ প্রচোদয়াৎ॥ ( ঋগ্‌বেদ ৩।৬২।১০ )**

"ওঁ = পরব্রহ্ম পরমাত্মা, ভূঃ = সৎনি ( মতম পুম্নমক্তা মাঙবা লৈতনা লেঙদনা লৈবনি ), ভুবঃ = চিৎনি ( জ্ঞানগী মশক্নি ) অমসুং স্বঃ = আনন্দ স্বরূপনি ( লেঙদবা নুংঙাইবগী মশক্নি )।

তৎসবিতুঃ দেবস্য = সংসারবু শেম্মি-শাবিহুনা ঙাকুনা লৈবা অমসুং মশা মতোমতা ঙান্দুনা লৈবা পরমাত্মা অদুগী, বরেণ্যং ভর্গঃ = মী পুম্নমক্না নীংঙম ওইবা মঙাল অদুবু ধীমহি = এখোয়না ধ্যান তৌজে ; যঃ = পরমাত্মাগী মঙাল অদু, নঃ ধিয়ঃ = এখোয়গী বুদ্ধিবু, প্রচোদয়াৎ = অথবা পুণ্যগী থবক তৌবদা চঙহনবিয়ু ॥"

মসুম্না পুরীংদা নীংহুনা শিখা পুনগদবনি। মসিনি শিখা খাক্লগা মহু পুন্দুনা থম্বগী অথুপ্পা রা। মসেম অসিনা শিখা থমহুনা পুণ্যগী থবক্লচিংবা তৌবদগী মিং চৎপা, শেল লাকপা, পুন্সি শাংনা লৈবনচিংবা ঙাক্লিবনি। অদুগা সন্ন্যাস লৌবা মতমদদি শিখা ককথৎলু হায়না শাস্ত্রনা তাকই। মসিগী মরমসু অসিনি —সন্ন্যাস লৌরবা মতুংদা সন্ন্যাসী অদনা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা থবক পুম্নমক থাদোকই. শুপ্না জ্ঞানগী লম্বীদা চন্নুনা বিচার তৌহুনা লৈ। মদুগীদমক শূন্য মাংঙুবু ঈংনা থমগদবান, শিখা থমদুনা মদুগিম্বু শাহন্নবা তোংনবা অরেম্বনি। মরম অসিনা সন্ন্যাসীশিংবু শিখা থমগনু হায়না শাস্ত্রনা তাকপনি।

লুগুণ—মসিগী মমিং সংস্কৃতা যজ্ঞসূত্র, যজ্ঞোপবীত, পবিত্র, ব্রহ্মসূত্র, দ্বিজায়নী, উপবীত, সাবিত্র অসিনচিংবা য়াম্না লৈ। মখোয়গী অর্থ য়েংলবদি লুগুণ অসি যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম তৌবদা, পুণ্য ওইবা থবকশিং তৌবদা, বেদনচিংবা শাস্ত্র তম্বদা অমসুং গায়ত্রী জপ তৌবদা শোয়দনা থাংহুনা থমগদবা পোৎ অমনি। মরম অসিনা শাস্ত্রদা অসুম্না হায়রি—

**দৈবং পৈত্রকমার্ষং চ কর্ম্ম কুর্য্যাৎ সদা দ্বিজঃ।**
**কুর্য্যাদ্ যজ্ঞোপবীত্যেব নান্যথা তৎ ফলপ্রদম্ ॥**

(ভরদ্বাজ স্মৃতি ১৫।৮)

"দ্বিজাতিশিংনা দেবতাশিংগী যাগ-যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম, পিতর-শিংগী শ্রাদ্ধ-তর্পণনচিংবা কর্ম্ম অদুগা ঋষিশিংগী বেদ অমস্তুং মখোয়না ইরম্বা লাইরিকশিংবু তম্বা পাবনচিংবা থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈগদবনি। অদুগা মদুশিং তৌবদা লুগুণ শোয়দনা থাংলগা তৌগদবনি, নত্রবদি মহৈ অমত্তা যাল্লোই।"

মৈতৈলোন্দা মসিবু লুগুণ কৌখিবগী মরমদা ঐনা অসুম্না খল্লি—লং অহুম অহুম তিনশিন্দুনা তাবা মচা অহুম তিল্লগা শাবা মরমদগী লং (গুণ) মাপল (নব) ওইবা মরম্না মসিবু নবগুণ বৌই নবগুণদগী নগুণ অমসুং নগুণদগী লুগুণ ওইখি।

লুগুণ কবম্বা মতমদা থাংগদগে হায়বা অসি আশ্বালায়ন গৃহ্যসূত্রদা অসম্না তাক্লি—

**অষ্টমে বর্ষে ব্রাহ্মণমুপনয়েদ্ গর্ভাষ্টমে বা,**
**একাদশে ক্ষত্রিয়ম্, দ্বাদশে বৈশ্যম্। আষোড়শাদ্**
**ব্রাহ্মণস্যাহনতীতঃ কালঃ আদ্বাবিংশাৎ ক্ষত্রিয়স্য,**
**আচতুর্বিংশাদ্বৈশ্যস্য অতউর্ধ্বং পতিতসাবিত্রীকা ভবন্তি ॥**

(১।১৯)

"পোকপদগী চহী নীপাল নত্রগা গর্ভ লৈখিবদগী চহী নিপাল শুবা মতমদা ব্রাহ্মণ মচাবু লুগুণ থাংহনগদবনি, ক্ষত্রী

মচাবু চহী তরামাথোই শুবদা অমসুং বৈশ্যগী মচাবু চহী তরা-নিথোই শুবদা লুগুণ থাংহনগদবনি। করিগুম্বা মরম অমদগী মতম অসিদা লুগুণ থাংহনবা ঙমহৌদ্রবদি ব্রাহ্মণ মচানা চহী ১৬ ফাওবা, ক্ষত্রী মচানা চহী ২২ ফাওবা, অমসুং বৈশ্য মচানা চহী ২৪ ফাওবদা লুগুণ থাংবা য়াই। মসিদগী হেনগ্রবদি গায়ত্রী মন্ত্র লৌবা যক্তে।"

হায়রিবা চহীগী মতম অসি মনুনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্র পুম্নমক্কী মত অমত্তা ওইনা তাক্লি। অদুগা লুগুণ থাংবা অসিবু উপনয়ন সংস্কার কৌই।

লুগুণ থাংলগা করি কান্নগদগে? মসি করি মরমদগী থাংলিবনো? অসিনচিংবা ব্রাহংশিংগী পাউখুম পীনবগীদমক অহানবদা বেদগী মরমদা খরদং বিচাব তৌবা তাই, মরমদি লুগুণ অসি তাবদগী হৌহনা থাংবা যাওবা বেদগা য়াম্না মরী থমহনা লৈ। বেদ মরিগী শাখা (মশা) পুম্নমক তিল্লগা মন্ত্র পুম্নমক্কী মশীং লাখ অমনি। মসিবু বেদগী চরণব্যূহদা অস্মুম্না তাক্লি—

**লক্ষন্তু বেদাশ্চত্বারো লক্ষং ভারতমেব চ॥ (৫।১)**

"ঋগ্, যজুঃ, সাম অমসুং অথর্ব্ব বেদ মরি অসিগী মন্ত্র মশীং লাখ অমনি, মহাভারতকী শ্লোক মশীংসু লাখ অমনি।"

বেদগী হায়রিবা মন্ত্র মশীং লাখ অমা অসিগী মনুংদা কর্ম্মগা মরী লৈনবা মন্ত্র মশীং লীশিঙ ৮০ নি, উপাসনাগা মরী লৈনবা মন্ত্র মশীং লীশিঙ ১৬ নি, অদুগা জ্ঞানগা মরী লৈনবা মন্ত্র মশীংনা

লীশিঙ ৪ নি। মতৌ অস্থুম্না পুম্নমক তিনশিল্লগা মন্ত্রশিংগী মশীং লাখ অমা ওই। মসিগী মন্নুংদা কর্ম্ম অমস্থং উপাসনাগা মরী লৈনবা মন্ত্র মশীং লীশিঙ (৮০ + ১৬) = ৯৬ নি। লুপ্তুণ অসিস্থ মন্ত্র লীশিঙ ৯৬ অসিগা লোয়নননা মরী থম্মি—হায়বদি মন্ত্র লীশিঙ ৯৬ না তাকপা কর্ম্ম অমস্থং উপাসনা তৌবা মতমদা লুপ্তুণ শোয়দনা থাংগদবনি। মসিগী অর্থস্থ অস্থুম্না হায়বা নত্তে—কর্ম্ম অমস্থং উপাসনা তৌবা মতমদা লুপ্তুণ থাংউ অদুগা মতু তৌদবা মতমদা লুপ্তুণ লৌথোক্লুনা থমউ হাযবা। মসিগী অশেংবা অর্থদি—উপনয়ন সংস্কার তৌদুনা মতম পুম্নমক্তা লুপ্তুণ থাংদুনা লৈবা মী অদুনা মথক্তা হায়গ্রিবা মন্ত্র মশীং লীশিঙ ৯৬ না তাকপা কর্ম্ম অমস্থং উপাসনা তৌবা য়াই, অদুগা অতোপ্পনা তৌরবদি মতুগী মহয ফংদে।

হাংরিবা মন্ত্র লীশিঙ ৯৬ অসিগা লোয়নননা লুপ্তুণ অসি করম্না মরী থম্নগে হায়বা অসি তাক্লবগীদমক লুপ্তুণ তাবগী নিয়ম মহর্ষিকাত্যায়নোক্ত ধর্ম্মসূত্র পরিশিস্টদা অস্থুম্না তাক্লি—

অথাতো যজ্ঞোপবীত নির্মাণপ্রকারং বক্ষ্যামঃ।
.... .... .... সূত্রমাদায় ভূরিতি প্রথমাং মণ্ণবতীং
মিনোতি, ভুর্বরিতি দ্বিতীয়াং, স্বরিতি তৃতীয়াং
মীত্বা ... ... ব্যাহৃতিভিস্ত্রিবলিতং কৃত্বা, পুনঃ
তাভিস্ত্রিগুণিতং কৃত্বা; পুনস্ত্রিবৃতং কৃত্বা
প্রণবেন গ্রন্থিং কৃত্বা—ওঁকারমগ্নিং নাগান্ যমং

পিতৄন্ প্রজাপতিং বায়ুং সূর্য্যং বিশ্বান্ দেবান্
নবতন্তুষু ক্রমেণ বিন্যস্য সম্পূজয়েৎ ॥

"করম তৌনা লুগুণ তাগদগে হাযবা অসিগী মরমদা হায়গে। লং লৌরগা 'ওঁ ভূঃ' হাযহুনা অহানবা ৯৬ কী মাপ লৌগদবদি ( খুৎপী থাদোক্লগা খুদোন মরি তিনশিন্দুনা মহুদা কোয়না ৯৬ লক হন্না লং যেৎকদবনি, মহু অহানবা মাপনি ), মতুংদা মহু লৌথোক্লগা অশেংবা মফমদা থন্নগা 'ওঁ ভূবঃ' হাযহুনা অনীশুবা ৯৬ কী মাপ লৌগদবনি, মহুস্থ লৌথোক্লুনা থন্নগা 'ওঁ স্বঃ' হায়হুনা অহুমশুবা ৯৬ কী মাপ লৌগনি, মহুগী তু'দা ঈশিংদা থরা চোৎহল্লগা 'ওঁ ভূর্ভুব স্বঃ' হায়হুনা শাংনা তিনশিন্দুনা তাগদবনি, মহুগী মতুংদা মহু অহুম থোক্লা চপ মান্নবা খায়গনি অহুগা অমুক হন্না 'ওঁ ভূর্ভুবঃ স্ব' হায়হুনা খাযরিবা অহুম অহু তিনশিন্দুনা তাগনি। মতুংদা অমুক হন্না মচা অহুমথোক্লা খাযরগা 'ওঁ' হায়হুনা লুগুণগী মচীন অমা লৌহুনা অহুমলক হন্না মথারোমদগী যেৎশিন্নগা কিশি অহুম পুন্দুনা গ্রন্থি শাগনি, অহুগা মহুদা তিল্লিবা লংজা মাপল অহুদা মথং মনাউ নাইনা ওঁকার, অগ্নি, নাগ, যম, পিতর, প্রজাপতি, বায়ু, সূর্য্য অমসুং বিশ্বদেবশিং লৈ হাযনা নীংহুনা পূজা তৌগনি।" গ্রন্থি অহুম অহুগী মতোন্দা অমুক হন্না লুগুণগী মচীন অমা লৌহুনা অহুমলক নত্রগা মণ্ডারক হন্না য়েংশিল্লগা কিশি কন্না কিশিনগনি। অহুমলক নত্রগা মণ্ডারক হন্না য়েৎ-শিল্লিবা অহু গোত্রপ্রবর্ত্তক ঋষিশিংবু তাক্লবনি। গোত্রপ্রবর্ত্তক ঋষিশিংবু প্রবর কৌই। কিশি বিহুনা শারিবা গ্রন্থি অহুম

অদুবু ব্রহ্মগ্রন্থি, বিষ্ণুগ্রন্থি অমসুং রুদ্রগ্রন্থি হায়না কৌই। লং য়েংপা মতমদা খুদোল মরি শীজিন্নবা অদু বেদ মরিবু তাক্লবনি, অদুগা খুদোল মরিদা ৯৬ লক হন্না য়েৎলিবদু বেদগী কর্ম্মকাণ্ড অমসুং উপাসনা কাণ্ডদা লাকইবা মন্ত্র লীশিঙ ৯৬ পু তাক্লবনি। মরম অসিদগী মদুনা, লুগুণ থাংদুনা লৈবা ব্রহ্মচারী, য়ুম্বানবা মীনচিংবনা কর্ম্ম অমসুং উপাসনা শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি হায়বা অসি খঙহল্লি। অদুগা লুগুণগী মচা অহুম অদুনা ব্রহ্মচর্য্যাশ্রম, গৃহস্থাশ্রম অমসুং বানপ্রস্থাশ্রমদা মতম পুম্নমক্তা লুগুণ থাংদুনা লৈগদবনি হায়বা খঙহল্লি। সন্ন্যাস আশ্রমদা লৈরবা মতমদদি শিখা অমসুং লুগুণ অনীমক লৌথোক্কদবনি। মখোয়গীদমক্তি' বেদগী জ্ঞানকাণ্ডগী মন্ত্র লীশিঙ মরি লৈহৌরিবা অদু লৌরগা জীবাত্মাগী অশেংবা মশক অদ্বিতীয় ব্রহ্মতত্ত্বগী জ্ঞানগী মরমদা বিচার তৌবনি। শিখা, লুগুণ লৈতবা মরমদগী মখোয়না কর্ম্ম তৌদে। মসিগী অর্থ—সন্ন্যাস লৌদবা য়ুম্বান্দুনা লৈরিবা মীনচিংবনা জ্ঞান ফংদে হায়বা নত্তে। কর্ম্ম অমসুং উপাসনা নীংথিনা তৌদুনা লৈরবদি মখোয়স্তু মদুনা মরম ওন্দুনা পূর্ণনীং শেংলকপা মরমদগী জ্ঞান নীংথিনা ফংবা ঙম্মি। মসি পুম্নমক অসি লুগুণ থাংবগী অথুপ্পা রানি।

হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীশিংগীদি লুগুণ অসি য়াম্না শেংবা পোৎ অমনি। সৃষ্টিদগী হৌদুনা মসি ঋষিশিংনা শীজিন্নদুনা লাকপদগী হৌজিক ফাওবা চৎনরিবনি। মসিবু শাস্ত্রনা অস্থুম্না তাক্লি—

**ব্রহ্মণোৎপাদিতং সূত্রং বিষ্ণুনা ত্রিগুণীকৃতম্ ।**
**রুদ্রেণ দত্তগ্রন্থির্বৈ সাবিত্র্যা চাভিমন্ত্রিতম্ ॥**

"ব্রহ্মানা সূত্র ( লুগুণ ) অসি শাই, বিষ্ণুনা মহুবু অহুম থোক্না থায়, রুদ্রনা মহুদা গ্রন্থি শেম্মি, অদুগা সাবিত্রী দেবীনা গ্রন্থি অদুদা গায়ত্রী মন্ত্র শোল্লি।"

মরম অসিনা লুগুণবু হকচাংদা থাংদ্রিবৈগী মমাঙদা মথক্তা হায়খ্রিবা নৌনা শাবা ( শেম্বা ) লুগুণগী গ্রন্থিদা অহুমলক হন্না গায়ত্রী মন্ত্র শোল্লগা হকচাংদা থাংগদবনি। ( গায়ত্রী মন্ত্রদি অর্থগা লোয়ননা অহানবদা ইখ্রে। মন্ত্র অসিবু শোয়দনা চীন্দা পুগদবনি )। অদুগা অনৌবা লুগুণ থাংদ্রিবৈগী মমাঙদা অহানবদা থাংলম্বা অমোৎপা অমনবা লুগুণ অদু অনৌবা থাংলবা তু দা লৌথোক্কদবনি, অনৌবা থাংদ্রিবৈগী মমাঙদা থক লৌথোক-লোইদবনি অদুগা মথাদা ইরিবা মন্ত্র অসিবু শোল্লগা অনৌবা লুগুণ থাংগদবনি।

**যজ্ঞোপবীতং পরমং পবিত্রং প্রজাপতের্যৎ সহজং পুরস্তাৎ ।**
**আয়ুষ্যমগ্রং প্রতিমুঞ্চ শুভ্রং যজ্ঞোপবীতং বলমস্তু তেজঃ ॥**

**অর্থ**—মমাঙবৈদা ( সৃষ্টি হৌবা মতমদা ) প্রজাপতি ব্রহ্মাগা লোয়ননা লুগুণ অসি পোক্লকই, মরম অসিনা মসি য়াম্না পবিত্র ওই ( শেংই )। মসি অশাংবা পুন্সি অমস্তুং মকোক ওইবা পীনবিনবনি। অসিগুম্বা অশেংবা লুগুণ অসি ঐগীদমক পাঙ্গল অমস্তুং তেজগী মশক ওইসনু। অদুদগী হান্নগী অমোৎপা অমনবা লুগুণ অদু মথাগী মন্ত্র অসি শোন্দুনা হকচাংদগী লৌথোকনি—

এতাবদ্দিনপর্যন্তং ব্রহ্ম ত্বং ধারিতং ময়া।
জীর্ণত্বাত্ত্বৎপরিত্যাগো গচ্ছ সূত্র যথা সুখম্॥

"হে ব্রহ্মসূত্র। ঙসি ফাওবা য়াম্না কুইনা ঐনা নহাকপু খাংহনা থনম্মি; অদুবু মোৎপা (মনবা) অমসুং তৎপা ময়মদগী নঙবু ঙসি ঐনা থাদোক্লে। হে সূত্র! নহাক নুংঙাইনা চৎলো।"

মতৌ অসুম্না থাদোক্লিবা লুগুণ অদুবু পুখ্রিনচিংবা অশেংবা মফমদা হুন্দোকদবনি, মদু থম্লগা অতোপ্পা থবক্তা শীজিন্নরোইদবনি।

লুগুণ কয়া থাংগদগে হায়বা অসিসু অসুম্না তাক্লি—
যজ্ঞোপবীতে দ্বেধার্য্যে শ্রৌতে স্মার্তে চ কর্ম্মনি॥
তৃতীয়মুত্তরীয়ার্থে ব্রস্ত্রাভাবে তদিষ্যতে॥ (হেমাদ্রি)

"বেদ অমসুং স্মৃতিনা তাকপা ধর্ম্ম তৌবদা লুগুণ অনী (মচা তরুক) থাংগনি, হকচাং কুপ্পবা ফি লৈত্রবদি ইনফিগী মহুত্তা অহুমশুবা লুগুণ থাংগনি (হায়বদি ঙম্নমক পুনশীল্লগা মচা মাপলগী লুগুণ থাংগনি)।"

কয়ামুক য়াম্না শাংবা অমসুং কয়ামুক পৌবা লুগুণ থাংবা হৌনৈ হায়বসিগী মরমদসু অসুম্না তাক্লি—

পৃষ্ঠবংশে চ নাভ্যাঞ্চ ধৃতং যদ্বিন্দতে কটিম্।
তদ্ধার্য্যমুপবীতং স্যান্নাতিলম্বং ন চোচ্ছ্রিতম্॥
সিদ্ধার্থকলমানেন ধার্য্যং স্যাদুপবীতকম্।
যশোহরমতি স্থূলমতি সূক্ষ্মং ধনাপহম্॥

'লেংবান্দগী য়াম্বহুনা খোয়দো শোক্লা খাঙ মখা য়োবা কাওবা শাংবা লুগুণ থাংগদবনি, মসিদগী হেন্না চোনবা অমসুং তেনবা কন্তে। অহুগা অপীকপা হঙ্গাম মকমুক পৌবা ( চাউবা ) লুগুণ থাংগনি, মসিদগী হেন্না পৌরবদি মিংচৎ মাঙই অহুগা মসিদগী হেন্না কুপ্লবদি শেল মাঙই।"

মপালথোকপা অমসুং মাংবা মতমদা য়েৎথংবা নাকোংগী মথক্তা লুগুণ থম্নরিবা অসিগী মরম করিগীনো হায়বা অসিসু মভাং অসিদা খঙনবা তৌসি। লুগুণ, পুণ্য ওইবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌবা মতমদা শীজিন্নবা য়াম্না শেংবা পোৎ অমনি হাযবা অহানবদা হায়খ্রে। অসিগুম্বা অশেংবা পোৎ অসি মপাল থোক্কে নত্রগা মাংগে হায়না ফম্বা মতমদা খোয়দৌগী মখা, খাঙদা য়াম্থহুনা লৈবা মরমদগী ফজবা পোৎশিংগা শম্ন-খোৎনবসু য়াই, মহুদগী মহু ( লুগুণ ) শেংনা থম্বা ঙমগ্রে, অহুগা মহু মথক্তা থাঙ্গত্তুনা থম্লবদি ফজবা পোৎকা শম্নদবা মরমদগী শেংনা থম্বা ঙমগনি। হকচাং অসিগী মনুংদসু খোয়দৌদগী মখা থংবা শরুক শেংদে হায়বা মী পুম্নমক খঙনরিবনি, মরমদি মখা থংবা শরুক অসি অমাং-অশোয় লৈনবা মফমনি। মরম অসিনা মনুনা অসুম্না হায়রি—

ঊর্ধ্বং নাভের্মেধ্যতরঃ পুরুষঃ পরিকীর্ত্তিতঃ।
তস্মান্মেধ্যতমং ত্বস্য মুখমুক্তং স্বয়ংভুবা ॥
(১।৯২)

"খোয়দৌদগী মথক থংবা হকচাংগী শরুক অসি, মখা থংবা শরুকগী হেন্না শেংবুনা লৈ। মহুগী মন্নুংদসু মায়না খায়দগী শেংই হায়বসি স্বয়ংভূ ব্রহ্মানা হায়।"

মরম অসিনা মাং-শোয়বা মতমদা লুগুণ থম্নবগীদমক হক-চাংগী মন্নুংদা খুদোং চাবা অশেংবা মফম কোক নত্তনা অতোপ্পা মফম লৈতে। মরম অসিদগী স্মৃতিকার অমসুং ধর্ম্মসূত্রকার ঋষিশিংনা কোকথক্কা নত্রগা য়েংথংবা নাকোংদা লুগুণবু মাং-শোয়বা মতমদা য়েত্তুনা থম্নবা হায়রি—

"যজ্ঞোপবীতং শিরসি দক্ষিণকর্ণে বা কৃত্বা
মূত্রপুরীষে বিসৃজেৎ।"

(বোধায়ন গৃহ্যশেষ সূত্র ৪। ৬। ১)

"লুগুণবু কোকথক্কা নত্রগা য়েংথংবা নাকোংদা থম্নগা মপাল থোকপা অমসুং মাংবগী থবক তৌগদবনি।"

"কর্ণস্থব্রহ্মসূত্রো মূত্রপুরীষং বিসৃজতি"

(আগ্নিবেশ্যগৃহ্যসূত্র ২। ৬। ৮)

"নাকোংদা লুগুণ থম্নগা (য়েপ্লগা) মপাল থোকপা অমসুং মাংবা হৌনৈ।"

দিবা সন্ধ্যাসু কর্ণস্থব্রহ্মসূত্র উদংমুখঃ।
কুর্য্যান্মূত্রপুরীষে চ রাত্রৌচেদ্দক্ষিণা মুখঃ॥

(যজ্ঞবলক্যস্মৃতি আচারাধ্যায় ২। ১৬)

"নুংথিল অয়ুকী সন্ধ্যা নুমিদাংৱাইগী সন্ধ্যা মতমদা (অহিং অমসুং নুংথিলগী শম্নবা মতমবু সন্ধ্যা কৌই; মসি অয়ুক অমসুং

মুমিদাংব্রাই অনীমক্তা ওই) য়েৎথংবা নাকোংদা লুগুণ থম্লগা (য়েম্লগা) মায় অরাং ওন্দুনা মপাল খোকপা অমস্তুং মাংবা তৌগনি অহুগা অহিংগী মতমদদি মায় মখা ওন্দুনা তৌগদবনি (মায়ওনগী রা অসি মুমিৎ-থা মায়য়োক্লবা থাদোক্লবা হায়রিবনি)।"

য়েৎথংবা নাকোংদা লুগুণ থম্মূ (য়েম্মূ) হায়রিবা অসিস্তু ওয়থংবা নাকোংদগী য়েৎথংবা নাকোংনা হেন্না শেংবদগীনি। মরমদি গুরুনা মন্ত্রনচিংবা পীবসি য়েৎথংবা নাকোংতদা পী; ওয়থংবা নাকোংদা পীদে। মরম অসিনা ওয়থংবদগী য়েৎথংবা নাকোংনা থোইনা শেংই। মসিদা নত্তনা য়েৎথংবা নাকোংদা লাই কয়ামুকস্তু লৈ হায়না ত্তাক্লি—

**মরুতঃ সোম ইন্দ্রাগ্নী মিত্রাবরুণৌ তথৈব চ।**
**এতে সর্ব্বে চ বিপ্রস্য শ্রোত্রে তিষ্ঠন্তি দক্ষিণে॥**

(গোভিলগৃহ্যসংগ্রহ ২।৯০)

"ব্রাহ্মণগী য়েৎথংবা নাকোংদা মুংশিৎ, থা, ইন্দ্র, মৈ, মিত্র, বরুণ অসিনচিংবা লাই পুম্নমক্তা লৈ।"

মরম অসিদগী মপালখোকপা অমস্তুং মাংবা মতমদা লুগুণবু য়েৎথংবা নাকোংদা য়েৎশিল্লগা য়ান্দুনা শোয়দনা থমগদবনি।

মসিদা নত্তনা করম্না থবক তৌবা মতমদা করম তৌনা লুগুণ থাংহনা থমগদগে হায়বগী মরমদস্তু মতাং অসিদা খরদং খণ্ডননবা হোৎনসি। বেদনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংনা দেবকর্ম্ম (লাইগী পুজা, যাগ-যজ্ঞনচিংবা থবক) পিতৃকর্ম্ম (শিগ্রবা অহল-লম্মনগী শ্রাদ্ধ তর্পণনচিংবা থবক) অমস্তুং ঋষিকর্ম্ম (মীওইনা পোকপা

ঋষিনচিংবগীদমক তৌগদবা তর্পণনচিংবা থবক) অহুম অসি শোয়দনা তৌ হায়না তাক্লি। থবক অহুম অসি তৌবা মতমদা করম তৌনা লুগুণ থাংহুনা থমগদগে হায়বা অসিস্থু তাক্লি। ওযথংবা লেংবান্দা থম্লগা য়েৎথংবা নাকলদা থাদহুনা থম্লিবা (থাংলিবা) লুগুণবু উপবীত কৌই, অদুগা অদুগুম্না লুগুণ থাংলিবা মী অহুবু উপবীতী কৌই। উপনয়ন সংস্কার তৌরবা (লুগুণ থাংলবা) মতুংদা মী পূম্নমক্না উপবীতী ওইহুনা লৈগদবনি, অদুগা দেবকর্ম্মস্থু (লাইশিংগী পূজা পাঠ হোমনচিংবা থবকস্থু) উপবীতী ওইহুনা তৌগদবনি। অদুগা য়েৎথংবা লেংবান্দা থম্লগা ওয়থংবা নাকন্দা থাদহুনা থম্বা লুগুণবু প্রাচিনাবীত কৌই, অদুগা অস্থুম্না লুগুণ থাংবা মীবু প্রাচীনাবীতী কৌই। পিতৃকর্ম্ম শ্রাদ্ধনচিংবা তৌবা মতমদা মী অহুনা প্রাচীনাবীতী ওইহুনা থবকশিং অদু তৌগদবনি, অদুগা থবকশিং অদু লোইরবা মতুংদা থুনমক হাম্নগী মতৌগুম্না উপবীতী ওইহুনা লৈগদবনি। মালা শিবগুম্না চকশমদা থাদহুনা থম্বা লুগুণবু নিবীত কৌই, অদুগা মহুম্না লুগুণ থাংলিবা মীবু নিবীতী কৌই। ঋষিকর্ম্ম তর্পণনচিংবা মীগা মরী লৈনবা থবক তৌবা মতমদা নিবীতী ওইহুনা থবকশিং অদু তৌগনি, অদুগা থবক অদু হেক লোইবগা উপবীতী ওইহুনা লৈগনি। অহুবু হৌজিক্কী মতমদদি মী অয়াম্বনা অথুপ্পা রাসি থণ্ডবা মরমদগী লুগুণবু মালাগী মতৌগুম্না মতম পূম্নমক্তা চকশমদা য়ান্দুনা থম্মি। মসি চুমদে, মতৌ অস্থুম্না নিবীতী ওইহুনা লৈরবদি মখোয়না তৌরিবা থবক পূম্নমক ঋষিকর্ম্ম ওইগনি, মহুদগী ফংনীংবা মহুম

ফংবা ওম্মোই। মথল অহুমগী লুগুণ মথাংগী মরমদা মনুনা অস্থমা তাক্লি—

**উদ্ধৃতে দক্ষিণে পাণাবুপবীত্যুচতে দ্বিজঃ।**
**সব্যে প্রাচীন আবীতী নিবীতী কণ্ঠসজ্জনে।**

(২। ৬৩)

"য়েৎথংবা খুৎ থাঙ্গৎলগা ওয়থংবা লেংবান্দা লুগুণ হাপ্পুনা য়েৎথংবা পাম্বোম মখাদা লুগুণ য়ান্দুনা থম্নবা দ্বিজাতিগী মী অদু উপবীতী কৌই; ওয়থংবা খুৎ থাঙ্গৎলগা যেৎথংবা লেংবান্দা লুগুণ হাপ্পুনা ওয়থংবা পাম্বোম মখাদা লুগুণ য়ান্দুনা লৈববা মী অদু প্রাচীনাবীতী কৌই; অদুগা লুগুণবু ওকশমদা মালাগুম্না শিরবদি মী অদু নিবীতী কৌই।"

মসিদা কনাগুম্বনা দেবকর্ম্ম, পিতৃকর্ম্ম অমসুং ঋষিকর্ম্ম তৌবা মতমদা অতোপ-অতোপ্পা মওংদা লুগুণ থাংননবা হায়রিবসি কবি মরমদগীনো হায়না হংবা যাই। মসিগী পাউখুম ফংননবগীদমক শুক্ল যজুর্বেদগী শতপথ ব্রাহ্মণগী ৱারী অমা তাবা তাই। মাধ্যন্দনীয় শাখাগী শতপথব্রাহ্মণ কাণ্ড ২। ৪। ২ দা থা খুদিংগী থাশি মুমিত্তা পিণ্ড পিতৃযজ্ঞ তৌ হায়না তাক্লি। মহু করম্না তৌগদগে তাকপা মতমদা মখাদা ইরিবা ৱারী অসি লাকই—

**প্রজাপতিং বৈ ভূতান্যুপাসীদন্। প্রজা বৈ ভূতানি বি নোধেহি যথা জীবামেতি। ততো দেবা যজ্ঞোপবীতিনো ভূত্বা দক্ষিণং জান্বাচ্যোপাসীদংস্তানব্রবীদ্—যজ্ঞো বোঽন্নমমৃতত্বং ব উর্দ্ধঃ সূর্য্যো বো জ্যোতিরিতি॥১॥**

"সৃষ্টিগী মতু:দা প্রাণী পূম্নমক্কা প্রজাপতি ব্রহ্মাগী মনাক্তা চত্তুনা অশুম্না হায়জৈ—ঐখোয় পূম্নমক নহারা শেম্বীবা প্রজা ওাক্কনি, ঐখোয়গী থরায় হিংনবা উপায় তৌবিয়ু। মখোয়গী মনু দা থায়দগী ইহান হানবদা দেবতাশিংনা যজ্ঞোপবীতী ওইদুনা (লুগুণ, ওইথংবা লেংবান্দা থাংদুনা) লাব্রগা য়েৎথংবা খুকউ লৈতাদুনা ব্রহ্মাগী মাঙদা ফম্মী। মদুদা প্রজাপতিনা মখোয়বু অম্মুম্না হায—স্বাহা হায়দুনা তৌবা যজ্ঞ, নখোয়গী চাননবা চাক ওইগনি. নখোয় শিরোই, অমর ওইদুনা লৈগনি, অদুগা সুমিৎনা নখোয়গী জ্যোতি (মঙাল) ওইদুনা লৈগনি। (মসিদা দেবতা-শিংনা উপবীতী ওইদুনা ব্রহ্মাদগী বর ফংই হায়রি। মরম অসিদগী দেবতাশিংবু পেন্নবা দেবকর্ম্ম যজ্ঞনচিংবা তৌবদসু মীনা উপবীতী ওইদুনা অদুগা যেৎথংবা খুকউ লৈতাদুনা তৌগদবনি হাযবা অসি শাস্ত্রনা তাকপনি)।"

**অথৈনং পিতরঃ। প্রাচীনাবীতিনঃ সব্যং জান্বাচ্যোপসীদং-স্তানব্রবীন্মাসি মাসি বোঽশনং স্বধা বো মনোজবো বশ্চন্দ্রমা বো জ্যোতিরিতি ॥২॥**

"অদুগী তুংদা পিতরশিংনা প্রাচীনাবীতী ওইদুনা (লুগুণ য়েৎথংবা লেংবান্দা থাংদুনা) লাক্লগা ওয়থংবা খুকউ লৈতানা প্রজাপতিগী মাঙদা ফম্মী। মদুদা প্রজাপতিনা মখোয়বু অম্মুম্না হায়—থা-থা খুদিংদা (থাশি নুমিত্তা) নোংমা নখোয় চাননবা পোৎ ফংগনি, স্বধা (স্বধা হায়দুনা পীবা ক্রব্য ওইবা পোৎ) নখোয়গী চাননবা চাক ওইগনি, নখোয় মনগা (পুক্নীংগা) চপ

মান্নরা চৎপা ছমগনি, অদুগা থা নখোয়গী জ্যোতি ( মঙাল ) ওইগনি। ( পিতরশিংনা প্রাচীনাবীতী ওইদুনা প্রজাপতিদগী বর লৌবা মরমদগী মখোয়বু পেন্নরবা তৌরিবা থবকশিং অদুসু প্রাচীনাবীতী ওইদুনা ওয়থংবা খুকউ লৈত্তাদুনা তৌগদবনি হায়বা অসি শাস্ত্রনা তাকই )।"

**অথৈনংমনুষ্যাঃ। প্রাবৃতা উপস্থং**
**কৃত্বোপাসীদংস্তানব্রবীৎ সায়ং প্রাতর্বোঽশনং**
**প্রজা বো মৃত্যুর্বোঽগ্নির্বো জ্যোতিরিতি ॥৩॥**

"অদুগী তুংদা মীশিং, নিবীতী ওইদুনা ( লুগুণবু হকশমদা মালাগুম থাংদুনা ) লাক্লগা প্রজাপতিগী মাঙদা খোঙ্ড্রাই চন্দুনা ফম্মী। মখোয়বু প্রজাপতিনা অস্মুয়া হায—নখোয়, নুমিৎ খুদিংগী অযুক অমসুং নুমিদাংদা অনীরক চাননবা চাক ফংগনি, নখোয়গী নচা পোকনি, নখোয শিবা নাইগনি, অদুগা মৈ নখোয়গী জ্যোতি ( মঙাল ) ওইগনি। ( মসিগী মতুং ইন্না মীওইনা পোকপা ঋষিশিংগী কর্ম্ম তৌবা মতমদা খোঙ্ড্রাই চনগদবনি অমসুং নিবীতী ওইগদবনি হায়বা অসি খঙবা ওঙ্মি)।"

**স বা অপরাহ্নে দদাতি। পূর্ব্বাহ্নোবৈ দেবানাংমধ্যন্দিনো মনুষ্যাণামপরাহ্নঃ পিতৄণাং তস্মাদপরাহ্নে দদাতি ॥৮॥**
**প্রাচীনাবীতী ভূত্বা দক্ষিণাসীন এতৎ গৃহ্লাতি ॥৯॥**

"পিণ্ডপিতৃযজ্ঞ তৌবা মীনা পিতবশিংবু নুমিৎযুংবা মতুংদা পিণ্ড পীগদবনি। মরমদি নুমিৎযুংদ্রিবৈগী মতম অসি দেবতাশিংগীনি; নুমিৎযুংবা মতম মীশিংগীনি ( ঋষিশিংগীনি ), অদুগা

মুমিৎয়ুংবা মতুংগী মতম পিতরশিংগীনি। মরম অসিনা মুমিৎ-য়ুংবা মতুংদা পিণ্ড পীগদবনি। মদুস্থ প্রাচীনাবীতী ওইদুনা (য়েৎথংবা লেংবান্দা লুগুণ হাপ্তুনা) মায় মথা ওম্না ফম্নগা (মরমদি মথা থংবা মায়কৈ পিতরশিংগীনি) গার্হপত্য কৌবা মৈদা হোম তৌদুনা পীগদবনি।"

মতৌ অসুম তৌনা শিখা অমসুং লুগুণগী কান্নবনচিংবা পুন্নমক অসি খণ্ডলগা দ্বিজাতি ওইবা মীশিংনা কর্ম্ম নৌংথিনা তৌননবগীদমক অনী অসিবু শোয়দনা থমগদবনি। শ্রাদ্ধগী মরমদদি তু'দা নৌংথিনা বিচার তৌগনি।

## কর্ম্মগী মখল

বেদনচিংবা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিং অসি নিত্যকর্ম্ম, নৈমিত্তিককর্ম্ম, কাম্যকর্ম্ম অমসুং প্রায়শ্চিত্তকর্ম্ম হায়না মখল মরি থোক্না খায়রি।

**নিত্যকর্ম্ম**—নুমিৎ খুদিংগী শোযদনা মতম চানা তৌগদবা অদুগা মদু তৌদ্রবদি পাপ ওইগদবা পুণ্যগী থবকশিংবু নিত্যকর্ম্ম কৌই। মসিগী খুদমদি—

**যাবজ্জীবমগ্নিহোত্রং জুহোতি।**

(তৈত্তিরীয় সংহিতা ২।৫।৯।১)

"হিংদুনা লৈরিবা মতম অদুকী মথৈ মুমিৎ খুদিংগী অগ্নিহোত্র তৌদুনা লৈগদবনি।" মসিদা মুমিৎ খুদিংগী তৌফম থোকপা ওইনা অগ্নিহোত্রবু তাক্লি। মরম অসিনা অগ্নিহোত্র নিত্যকর্ম্মনি।

মসি তৌগ্রবদি পাপ ওইগনি অদুগা তৌদুনা লৈরবদি পুণ্য ওইবা মরম্না পুক্নীং শেংদোক্লকনি।

**নৈমিত্তিককর্ম্ম**—করিগুম্বা থোকইবা থৌদোক অমবু মরম ওইনা লৌরগা, করিগুম্বা থবক অমা তৌ হায়না তাক্লবদি, তাক্লিবা থবক অদু নৈমিত্তিককর্ম্ম কৌই। খুদমদি—

**বৈশ্বানরং দ্বাদশকপালং নির্ব্বপেৎ পুত্রে জাতে।**
**যস্মিন্ জাতে এতামিষ্টিং নির্ব্বপতি পূত এব**
**স তেজস্ব্যন্নাদ ইন্দ্রিয়াবী পশুমান্ ভবতি।**

( তৈঃ সংঃ ২। ২। ৫। ৩ )

“মচা নুপা পোক্লবদি বৈশ্বানর দেবতাগীদমক চফু মচা তরানিথোইদা চরু ( যজ্ঞদা হোম তৌনবা পোৎ ) থোংলগা মদুনা হোম তৌ। মচা নুপা পোক্লবদা মস্তুম্না যজ্ঞ তৌবা মী অদু পুণ্যবান ওইদুনা অশেংব ওইগনি, তেজস্বী ( গুণ লৈবা ) ওইগনি, মাগী চাবা-থকপা ব্রাৎলোই, মিৎনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক নীংথিনা লৈগনি অমসুং শা-শন্নচিংবা য়াম্না লৈগনি।”

মসিদা মচা পোকপা নিমিত্তবু ( মরম্বু ) লৌবগা বৈশ্বানর যাগ তৌ হায়না তাক্লি। মচা পোক্লবদি হায়রিবা বৈশ্বানর যাগ অসি তৌবা য়াদে। মচা পোক্লবসু কনাগুম্বা মীনা যাগ অসি তৌগ্রবসু করিগুম্বা দোষ ( পাপ ) অমত্তা লৈতে, অদুগা যাগ অসি তৌবা থোক্লবদি মথক্তা হায়খ্রিবা মহৌশিং অসি ফংগনি। নিত্য অমসুং নৈমিত্তিককর্ম্মদা খেন্নবদি অসিনি—

নিত্যকর্ম্ম তৌদ্রবদি পাপ ওইগনি অদুগা নৈমিত্তিককর্ম্মদি তৌদ্রবসু মহুদগী পাপ ওইরোই।

**কাম্যকর্ম্ম**— করিগুম্বা অপাম্বা পোৎ অমা ফংনীংলবদি মদুগী উপায় ওইনা তাক্লিবা থবক অদুবু কাম্যকর্ম্ম কৌই। খূদমদি—

**ঐন্দ্রাগ্নমেকাদশকপালং নির্ব্বপেৎ প্রজাকামঃ।**

(মৈত্রায়ণী সংহিতা ২।১।১)

"মচা ফংনীংবা মীনা ইন্দ্র অমসুং অগ্নি দেবতাগীদমক চক্ষুমচা তরামাথোইদা চরু থোংলগা হোম তৌ।" মসিদা ঐন্দ্রাগ্নযাগ কাম্যকর্ম্মনি।

**প্রায়শ্চিত্তকর্ম্ম**— শাস্ত্রনা তৌগনু হায়না তাকপা থবক, করিগুম্বা মতমদা তৌখিবা থোক্লবদি মদুগী মহয় ফত্তবা মরম্না মদু কোক্লবগীদমক অতোপ্পা থবক অমা তৌ হায়না তাক্লিবা অদু প্রায়শ্চিতকর্ম্ম কৌই। মদুদি—

**ন কেসরিণো দদাতি।** (তৈঃ সং ১।৮।২।১)

"শগোলবু দানদা পীগনু।" অসিগুম্বা শাস্ত্রনা তৌগনু হায়না থিংবা থবকশিংবু নিষিদ্ধকর্ম্ম কৌই। মদু তৌরবদি, তৌরিবা মী অদু ফত্তবা মহয় ফংগনি। মরম অসিনা কনাগুম্বনা শগোলবু দানদা পীরবদি মদুগী প্রায়শ্চিত্ত অস্মুম্না তাক্লি—

**যাবতোঽশ্বান্ প্রতিগৃহ্ণীয়াৎ তাবতো**
**বারুণাংশ্চতুষ্কপালান্নির্ব্বপেৎ।**

(তৈঃ সং ২।৩।১২।১)

"শগোল মশীং অতুক্কী মখৈ দানদা পীখি মতুক্কী মশীং বরুণ দেবতাগীদমক চফুমচা মরিদা চরু থোংলগা হোম তৌ।" বারুণযজ্ঞ ওইবা প্রায়শ্চিত্ত অসি তৌদ্রবদি শগোলবু দানদা পীবা মী অদু জলোদর ওইগনি (পূক্তা ঈশিংনা থল্লা লৈবা লায়না ফংগনি)। করিগুম্বদা শগোল দান পীবা মী অদুনা মপোক অসিদা লায়না অদু ফংদ্রবসু অতোপ্পা মপোক্তা শোয়দনা ফংগনি হায়বা অসি শাস্ত্রগী সিদ্ধান্তনি।

## য়ুম পান্নবশিংগী তৌফম ওইবা (থোকপা) থবক

মথক্তা হায়খ্রিবশিং অসি বেদনা তাকপা কর্ম্মশিংগী মরমদা মথোয়গী খেন্নবদু শম্লপ্পা উৎপদনি। হৌজিক য়ুম পান্দুনা লৈরিবা মীনা করম করম্বা নিত্যকর্ম্মনচিংবা থবক তৌদুনা লৈরবদি পুণ্য ফংবা ঙমগদগে অমসুং পুন্নীং শেংদোকপা ঙমগদগে হায়বা অসিগী মরমদা খরদং খঙনবা হোৎনসি।

হিন্দু ধর্ম্মগী মতুং ইন্না খায়রিবা আশ্রম মরিগী মম্নুংদা (ব্রহ্মচর্য্যাশ্রম, গৃহস্থাশ্রম, বানপ্রস্থাশ্রম অমসুং সন্ন্যাসাশ্রম মরি অসিগী মম্নুংদা) গৃহস্থাশ্রম (য়ুম্বান্দুনা লৈবা) অসি খ্বায়দগী মকোক ওইবা আশ্রমনি। মরমদি লেমহৌরিবা আশ্রম অহুম অদু মসিগী মথা পোন্দুনা চৎলি। মরম অসিনা শাস্ত্রশিংনা গৃহস্থাশ্রম অসিবু য়াম্না থাগৎলি—

**যথা বায়ুং সমাশ্রিত্য বর্ত্তন্তে সর্ব্বজন্তবঃ ।**
**তথা গৃহস্থমাশ্রিত্য বর্ত্তন্তে সর্ব্ব আশ্রমাঃ ॥**
**যস্মাৎ ত্রয়োঽপ্যাশ্রমিণো জ্ঞানান্নেন চান্বহম্ ।**
**গৃহস্থেনৈব ধার্য্যন্তে তস্মাজ্জ্যেষ্ঠাশ্রমো গৃহী ॥**

( মনু ৩। ৭৭, ৭৮)

"জীব পুম্নমক নুংশিত্তা চঙজরগা হিংহুনা লৈবগুম্না গৃহস্থ আশ্রমদা চঙজহুনা অতোপ্পা আশ্রম অহুম লৈ। ব্রহ্মচর্য্য, বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাস, আশ্রম অহুম অসিদা লৈবা মী পুম্নমকপু গৃহস্থ আশ্রমদা লৈবা মীনা মতম পুম্নমক্তা য়োক্লুনা থম্নগা জ্ঞানচিংবা হেনগৎহল্লি।"

হায়রিবা ৱা পুম্নমক অসি শাস্ত্রনা তাকই হায়বদা নত্তে, মী পুম্নমক্না অনুভব তৌহুনা নীংথিনা খঙলিবনি। মরম অসিনা য়ুম পান্দুনা লৈবা নুপা-নুপীনা (মতৈ-মনাউনা) পুক্নীং অমত্তা ওইনা লৈরগা অফ-ফত্ত পুম্নমক তা-নদূনা থবক তৌরগা চাওখৎনবা হোৎনদূনা ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌগদবনি। অশেংবমক্তি য়ুমগী লক্ষ্মী ওইবী নুপী (লোয়নবী) লৈত্রবদি য়ুম অদু য়ুমনি হায়বা যাদে। মরম অসিদগী ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরবু অস্নুম্না তাক্লি—

**ভার্য্যাহীনং গৃহস্থস্য শূন্যমেব গৃহং ভবেৎ ॥**
**ন গৃহং গৃহমিত্যাহুর্গৃহিণী গৃহমুচ্যতে ।**
**গৃহন্তু গৃহিণীহীনমরণ্যসদৃশং মতম্ ॥**

( মহাভাঃ শাঃ ১৪৪। ৫, ৬ )

"য়ুম্বান্দুনা লৈবা মীগী লোয়নবী লৈতবা য়ুমদি শুক্সমক্লি, মদু য়ুমনি হায়বা য়াদে। মরমদি য়ুমবু য়ুম কৌদে, য়ুম অহুদা লৈবী লোয়নবী অদুমকপু য়ুম কৌই। (মুপাগী) য়ুমদা লোয়নবী লৈত্রবদি য়ুম অহু উমংমক্লি হায়না খঙবনা চুম্মি।"

হায়রিবসি মতৌ-মনাউ পূকচেল অমত্তা ওইনা তিম্নদুনা লৈবা মীশিংগীনি, পূকচেল তিম্ননবু লৈত্রবদি য়ুম অহু লোয়নবী লৈরবস্মু নরক্কা চপ মান্নৈ। মরম অসিনা মসিবুস্মু অস্মুম্না তাক্লি—

**আনুকূল্যং কলত্রং চেৎ ত্রিদিবেনাপি কিং ততঃ।**
**প্রাতিকূল্যং কলত্রং চেন্নরকেণাপি কিং ততঃ।**
**গৃহাশ্রমঃ সুখার্থায় ভার্য্যামূলঞ্চ তৎসুখম্।**
**সা চ ভার্য্যা বিনীতা চেৎ ত্রিবর্গো বিনয়োধ্রুবম্।**

(স্কন্ধ পুরাণ কাশী খণ্ড অঃ ২৬। ৮৩, ৮৪)

"য়ুম্বান্দুনা লৈবা মতমদা লোয়নবীগা পূকচেল তিম্ননা অমত্তা ওইনা লৈবদা ফংবা নুংঙাইবা অদুদগী হেন্দোকপা করম্বা নুংঙাইবা অমা স্বর্গনা পীবা ঙমগনি? অদুগা লোয়নবীগা পূকচেল তিম্ননা লৈত্রবদা ৱাবা ফংবা অহুদগী হেনবা করম্বা নরকী অৱাবা লৈগনি? গৃহস্থাশ্রম অসি নুংঙাইনবগীদমক্লি, নুংঙাইবা অহুদি লোয়নবী নুপীনা মরম ওইদুনা ফংগদবনি। মরম অসিনা লোয়নবী অহুনা পূকচেল তিংনা নোল্লুক্না লৈরবদি ঈমুং অহুদা ধর্ম্ম, অর্থ (লুপা-শংবা) অমস্মুং কাম (অপাম্বা পোৎ চা-থক্তুনা লৈবা) অহুম অসি শোয়দনা লৈগনি।"

মরম অসিনা ঈমুং মনুংদা লৈরিবা মতৈ-মনাউনা মশা-মশাগী মর্য্যাদাগী মতুং ইন্না লৈননবা হোৎনগদবনি, মন্তুতদা গৃহস্থাশ্রমদা নুংঙাইবা ফংগনি। মসিদগী বেদনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীশিংবু য়াম্না নীংথিনা পাউতাক পীরি—

**অনুব্রতঃ পিতুঃ পুত্রো মাত্রা ভবতু সমনা।**
**জায়া পত্যে মধুমতীং বাচং বদতু শান্তিবাম্‌॥**
**মা ভ্রাতা ভ্রাতরং দ্বিক্ষন্‌ মা স্বসারমুত স্বসা।**
**সম্যঞ্চ সব্রতা ভূত্বা বাচং বদত ভদ্রয়া॥**

(অথর্ব্ব ৩।৩০।২, ৩)

"মচা ওইবনা মপানা হায়বা মতুং ইন্না চৎকদবনি, কদৌঙৈদস্নু মহুদগী ওন্ন-তৈননা চৎলোইদবনি, অদুগা মমাগী মকমদস্নু পুক্নীং শেংনা লৈগদবনি, মমা-মপাগী মফমদা মতম পুম্নমক্তা শ্রদ্ধা-ভক্তি, থমগদবনি। লোয়নবী নুপীস্নু মপুরোয়বগী মফমদা অথুম্বা নুংশিবা য়া ঙাঙগদবনি, মতৌ অদুগুম্না মপুরোয়বস্না লোয়নবীগী মফমদা ঙাঙগদবনি। মচিন-মনাউশিংগী মশুংদস্নু য়েক্নবা লৈতনা পুক্নীং শেংনা লৈগদবনি, অদুগা মচন-মচেশিংগী মনুংদস্নু অমনা অমগী মফমদা পুক্নীং নুংঙাইতবা ৬ৌদনা লৈগদবনি। মতৌ অসুম্না ঈমুং মনুংগী মী পুম্নমক পুক্নীং শেংনা অমস্নুং নুংঙাইনা লৈদুনা নীংথিবা-কান্নবা য়া তা-নদুনা অমস্নুং অকবা লমচৎ চত্তুনা লৈগদবনি।"

মরম অসিনা মুপানা ওম্মি হায়দুনা লোয়নবী মুপী-নহাবু ফু-চৈবনচিংবা তৌরোইদবনি। অসুম্না তৌরবদি ঈমুং অদুদা

কদৌঙৈদম্তু মুংঙাই-য়াইফনা অমসুং তপ্না লৈবা ঙম্মোই। ঈমুংগী লক্ষীদি লোয়নবীনি, মানা পুক্রীং রানা অমসুং মুংঙাইতনা লৈরবদি দেবতা পুম্নমকস্তু ঈমুং অহুদগী মায় ওন্থোকথিগনি। মরম অসিনা মমুনা অস্থুম্না মসিগী মরমদা তাক্লি—

যত্র নার্য্যস্তু পূজ্যন্তে রমন্তে তত্র দেবতা।
যত্রৈতাস্তু ন পূজ্যন্তে সর্ব্বাস্তত্রাফলাঃ ক্রিয়াঃ॥
শোচন্তি জাময়ো যত্র বিনশ্যত্যাশু তৎকুলম্।
ন শোচন্তি তু যত্রৈতা বর্দ্ধতে তদ্ধি সর্ব্বদা॥

(মনু অঃ ৩। ৫৬, ৫৭)

"শাগৈ নক্রগা য়ুম অহুদা মুপীশিংবু নীংথি-মুংঙাইনা মান তৌহনা (ঈকাই খুমননা) থম্নবদি দেবতা পুম্নমকস্তু পেন্দুনা ঈমুং অহুদা লৈরিবা মী পুম্নমক্কী মফমদা কুপা (থোজাল) তৌবি। অহুগা মুপীশিংবু নীংথি-মুংঙাইনা মান তৌহনা থমদ্রবদি মথোয়না তৌরিবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম পুম্নমক অরেম্বদা তাই।"

ঈমুং অহুদা মচল-মচেনচিংবা শাগৈগী মুপীশিংনা পুক্রীং নানা, মুংঙাইতনা লৈরবদি য়াম্না থুনমক ঈমুং অহু মাঙই, অহুগা ঈমুং অহুদা মথোয়না পুক্রীং নাদনা, মুংঙাইনা লৈরবদি ঈমুং অহু মতম পুম্নমক্তা য়াম্না চাওখৎনা লৈ।

সন্তুষ্টো ভার্য্যয়া ভর্ত্তা ভর্ত্রা ভার্য্যা তথৈব চ।
যস্মিন্নেব কুলে নিত্যং কল্যাণং তত্রবৈ ধ্রুবম্॥

(মনুঃ ৩। ৬০)

"ঈমুং অহুদা লোয়নবী মুপীদগী মপুরোয়বনা পেন্দুনা লৈরবদি অদুগা মপুরোয়বদগী লোয়নবীচুস্সু পেন্দুনা সুংভাইনা লৈরবদি সুংভাই-য়াইফবা ওইবা অসি শোয়দবনি।"

মরম অসিনা মসি পূম্নমক অসি বিচাব তৌহুনা সুংভাইনা অমসুং তপ্পা (শান্তি ওইনা) লৈননবগীদমক ঈমুং মনুংগী মুপা মুপী-নহানচিংবা পূম্নমক্না খৎন-চৈনবা তৌদনা অমনা অমগী মতেং পাংনহুনা অরা-অনা পূম্নমক খাণ্ডহুনা লৈগদবনি। মতুতদা হিংলিবৈগী মতমদা সুংভাইনা লৈহুনা ধর্ম্মগী থবক পূম্নমক তৌহুনা লৈরগা, শিরবা মতুংদস্সু অফবা গুবম ফংবা ঙমগদবনি। মসিদা নহুনা ঈমুং অদুগী লক্ষ্মী ওইহুনা লৈরিবী মমানা মচাশিংবুস্সু পীকিবৈদগী হৌহুনা নীংথিনা যোক-থাকপিহুনা মখোয়গী লমচৎ যননবা হোৎনগদবনি। পীরিবৈদগী হৌহুনা অঙাংশিংবু মমানা শোয়রবতদা, চাউরবা মতমদস্সু মদুগী মতুং ইন্না চক্ষনা অঙাংশিংনা চাওখৎপা ঙমগদবনি। পীরিবৈদা খঙখি-চৈখিবা পূম্নমক অদু চাউরবা মতমদস্সু অঙাংশিংনা থাদোকপা ঙমদে মদুগী মতুং ইন্না মখোযনা মশাগী অফ-ফত্তু পূম্নমক মতুংদস্সু তৌহুনা লৈ। অঙাং-শিংবু শেন্সা অসি মমা নহুনা অত্তোপ্পা অমহুনা নীংথিনা তৌবা ঙমদে। মরম অসিদগী যূম অসি অঙাংশিংগীদি খ্বায়দগী মকোক ওইবা অহানবা স্কুলনি, অদুগা মখোয়বু তম্বিদুনা লৈরিবা ওঝাদি মমানি। মমানা যূমগী ওইবা স্কুলদা তম্বিরিবা অদুগী মতুং ইথা অঙাংশিংনা মখোযগী তুংগী জীবন শারিবনি। মসিগী মরমদা সেমুয়েল স্মাইলসনা মাগী যাওরবা করেক্টর (Character) কৌবা লাইরিকতা অস্সুম্না ইরি—

Home is the first and most important school of character. It is there that every human being receives his best moral training, or his worst; for it is there that he imbibes those principles of conduct which endure through manhood and cease only with life.

"অঙাংশিংনা মশা মশাগী লমচৎ তম্নবগীদমক য়ূম অসি খ্বায়দগী অহানবা অমস্থং অথোইবা স্কুলনি। মসি মফম অদুনি, মহুদা লৈরগা মী খুদিংমক্না মাগী খ্বায়দগী ফবা মরমচৎ নত্রগা খ্বায়দগী ফত্তবা মরমচৎ তম্বা ফংই। মরমদি মফম অসিদা মানা পুন্সি চুপ্পা লৈগদবা অমস্থং শিরবা মতমতদা থাদোক্কদবা মরমচংকী অথোইবা, মরু ওইবা নিযম পূম্নমকপু পূন্নীংদা লৌহুনা থম্মি।"

মরম অসিনা পীক্লিদৈঙগী মতমদা অঙাংশিংবু তম্বিদূনা লৈরিবী মমাগী মরমদস্থ মানা অস্থম্না ইরি—

"One good mother is worth a hundred school masters. In the home she is "loadstone to all hearts, and loadstar to all eyes."

"অঙাংশিংবু তম্বিদূনা লৈবী অফবা মমা অমনা স্কুলপী ওঝা চামগা চপ মান্নৈ। য়ূমগী মনুংদা অসিগুম্বা অফবা মমা অসি পূম্নমক্কী থম্মোয়বু চিংশিন্নবা য়োংকী চুম্বকনি (য়োংচাবীনি) অমস্থং মিৎয়েং পূম্নমক্কী মায়কৈ তাক্লবা ধ্রুব তারানি (ধ্রুব কৌবা থন্নাম্মিচাক্লা অন্নাং থংবা মায়কৈদা লেঙদনা লৈবা মরমদগী মায়কৈ খঙদবা

মীনা মহ্ য়েংলগা মায়কৈ লেপ্পা ঙম্মি, মতৌ অদুম্না অফবা মমাসিস্থ মায়কৈ খঙদনা চৎলিবা অঙাংনচিংবা পুম্নমকপু লম্বী তাক্লুনা অফবা লমচৎ চৎহল্লী )।"

অঙাংশিংবু য়াম্না পীক্লিংগৈদগী হৌদ্ধনা মমা ওইবীশিংনা অফবা লমচৎ তম্বিগদবনি হায়বা অসিগী মরমদস্থ খূদম অমা পীদুনা অস্থম্না ইরি—

**When a mother once asked a clergyman when she should begin the education of her child, then four years old, he replied—"Madam, if you have not begun already, you have lost those four years. From the first smile that gleams upon an infant's cheek, your opportunity begins."**

"কনাগুম্বী মমা অমনা চহী মরি শুরবা মচাবু পুহনা চর্চ্চতা লৈবা পাদরীগী (পুরোহিতকী) মনাক্তা চৎলগা মাগী মচাগী লাইরিক তম্বা হৌবা করম্বা মুমিত্তা ফৈ হায়না হংই; মহ্ তারগা পাদরীনা অস্থম্না পাউখুম পী— "ইবেম্মা! নহাক্না নচাবু হৌজিক ফাওবা কবিমক্তা তম্বিবা হৌদনা লৈরবদি মাগী চহী মরি অহ্ অরেম্বদা মাঙহল্লে। মরমদি অঙাংগী খজাইদা (মায়থোংদা) অহানবা মোমোন নোকপা হৌবা মতম অদুদগী হৌনা নহাক্না মহাকপু তম্বিবা হৌগদবনি।"

মরম অসিনা মমা ওইবীশিংনা মচাশিংবু অফবা মী অমা ওইহনগে নীংলবদি য়াম্না পীক্লিংগৈদগী হৌনা মখোয়বু অফবা লমচৎশিং তম্বিবা হৌগদবনি; মসিদা করিমক্তা লায়থোক্লোইদবনি।

ঐখোয়গী পুরাণনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রদদি অঙাংশিংনা গর্ভদগী হৌদুনা তম্বা হৌই হায়বা অসি তাক্লি। খুদম ওইনা—অভিমন্যুনা চক্রব্যূহ করম্না থুগায়গদবগে হায়বা অসি গর্ভদা লৈন-লৈন তমখি। অদুগা প্রহ্লাদস্সু মমাগী গর্ভদা লৈন-লৈন নারদ মুনিদগী ভগবানগী মফমদা করম্না ভক্তি তৌগদবগে হায়বা অদু তমখি। মরমদি মানা গর্ভদা লৈরিঙৈগী মতমদা নোংমা নারদ ঋষি লাক্লুনা মাগী মমাবু ভগবানগী অথুপ্পা ব্রা তাক্লুনা ভক্তি তৌ হায়না উপদেশ (পাউতাক) পীখি; মদুবু গর্ভদা লৈন-লৈন তাজহৌবদগী প্রহ্লাদ হিংচাবগী শাগৈদা পোক্লবস্সু ভগবানগী ভক্ত ওইখি। মসি পুম্নমক অসি বিচার তৌদুনা মমা ওইবী-শিংনা য়াম্না চেকশিন্না মচাশিংবু পীক্লিঙৈদগী হৌদুনা শিক্ষা পীগদবনি (তম্বিবা হৌগদবনি)।

অদুগা ঈমুংদা মচা-মমৌ ওইদুনা লৈরিবা মীশিংনস্সু মপা মমা অহল-লমন্নচিংবগী সেবা তৌংথিনা তৌদুনা লৈগদবনি, মখোযবু কদৌঙৈদস্সু লাযথোক্লোইদবনি। মপা মমা ওইবশিংনা মচাগী-দমক করম তৌনা অরা-অনা খাঙদুনা মখোযবু চাটনবা যোক্লগা লাইবিব-লাইশুনচিংবা তমহন্দুনা মী ওইহনখি হাযবা কাউ-রোইদবনি, মতম পুম্নমক্তা মদু নীংশিংদুনা মখোযগী লমন খরদং শিংনলবা হোৎনগদবনি। শাস্ত্রগী মনুংদদি মচা ওইবশিংগী মফমদা মপা-মমানচিংবা অসি লাইদগী হেন্না চাউই হায়না লাউরি, অদুগা মথোয়গী মতীক-মগুণস্সু য়াম্না থাগৎলি—

**স্বস্তি মাত্র উত পিত্রে নো অস্তু ॥** (অথর্ব্ববেদ ১।৩১।৪)

"মচা ওইবা ঐথোয় পুম্নমক্না ঈমা ঈপাগী মফমদা কল্যাণ-কারক সস্তাব ( পুণ্য ওইগদবা অফবা রাখল ) অমসুং নীংথিবা আচরণ ব্যবহার তৌগদবনি। মতুদগী মখোয়না পুক্নীং মুংঙাইনা লৈরগা ঐখোয়গী ঈফমদা আশীর্ব্বাদ পীদুনা লৈবসি ওইসনু।"

**যদা পিপেষ মাতরং পুত্রঃ প্রমুদিতো ধয়ন্ ।**
**এতৎতদগ্নে অনৃণো ভবাম্যহতৌ পিতরৌ ময়া ॥**
( শুক্ল যজুর্বেদ ১৯।১১ )

"মতম অমদা ঐ পাঙ্গল লৈতবা অমসুং করিস্থ তৌবা ঙমদবা অঙাং অমা ওইনা লৈরম্মি ; মতম অদুদা মুংশিবগী শকফম ওইবী ঈমাগী মুংঙাইবগী মশক ওইবা মথাদা হীপ্তুনা য়াম্না মুংঙাইনা অমতগী মশক ওইবা খোম্লাং থক্ল-থক্লা মাবু খোঙনা কাওদুনা লৈরম্মি। হৌজিক ঐ অসি মখোয়না য়োকপি থাকপিদুনা চাউরক্লে, অদুগা পূজা তৌনফম ওইবা ঈমা-ঈপাদি হৌজিক অহল ওই-রক্লদুনা করিস্থ তৌবা ঙমলক্লে। মরম অসিনা মখোয়, ঐনা মরম ওইদুনা অরা-অনা ফংদবা ওইসনু অমসুং মতম পুম্নমক্তা মুংঙাইনা পেন্না লৈবা ওইসনু। মতৌ অসুম্না, হে অগ্নে ( হে পরমাত্মন্ )। ঐ মখোয়গী সেবা তৌজদুনা মখোয়বু পেন্না থম্লগা মখোযনা ঐগী ঈফমদা তৌখিবা অদুগী লম্মন থরদং শিংজবা ঙমজগে।"

মসিনি মচা ওইবা মীশিংগী মপুক্নীংদা লেপকদবা। মতৌ অসুম্না লেপ্তূনা মমা-মপাগী সেবা তৌদুনা লৈরিবা মচা অদুগী কল্যাণ (য়াইফবা) ওইগনি হায়বসিদা করিস্থ চিংনফম লৈরোই। বসুদেবগী মফমদা শ্রীভগবান্নসু অসুম্না হায়রি—

পিতরং মাতরং বিদ্যামন্ত্রদং গুরুমেব চ।
যো ন পুষ্ণাতি পুরুষো যাবজ্জীবঞ্চ সোঽশুচিঃ।
সর্ব্বেষামপি পূজ্যানাং পিতাবন্দ্যো মহান্ গুরু।
পিতুঃ শতগুণা মাতা গর্ভধারণপোষণাৎ॥
মাতা চ পৃথিবীরূপা সর্ব্বেভ্যশ্চ হিতৈষিণী।
নাস্তি মাতুঃ সমো বন্ধুঃ সর্ব্বেষাং জগতীতলে।

(ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ কৃষ্ণজন্ম খণ্ড ৭২। ১০৯-১১১)

"মী অহনা মপা, মমা, লাইরিক তম্বিবা ওঝা অমস্তং মন্ত্র পীবা গুরুগী সেবা তৌদ্রবদি মহাক মপুন্সি চপ্পা পাপ শেংদোকপা ঙমদনা লৈ। পূজা তৌনফম ওইবা পূম্নমক্কী মনুংদা মপাদি খুরুম্নফম ওইবা অথোইবা গুরুনি। অহূগা মমানা মচাবু গর্ভদা থম্বিবা অমস্তং যোকপি-থাকপিবা মরমদগী মপাদগী শবক চামা হেন্না মগুণ চাউই। মমাদি পৃথিবিগুম্না মচাবু যোকপি-থাকপিবা মরমদগী খায়দগী হেন্না মচাগী ফুংভাই-য়াইফ পামবিনি। সংসার অসিদা মমাগা মান্নবা মরূপ অমত্তা লৈতে।"

সর্ব্বার্থসম্ভবো দেহো জনিতঃ পোষিতো যতঃ।
ন তয়োর্যাতি নির্ব্বেশং পিত্রোর্মর্ত্ত্যঃ শতায়ুষা॥
যস্তয়োরাত্মজঃ কল্প আত্মনা চ ধনেন চ।
বৃত্তিং ন দদ্যাত্তং প্রেত্য স্বমাংসং খাদয়ন্তি হি॥

(ভাগবত ১০।৪৫।৫, ৬)

মসিদস্মু ভগবান্না বসুদেবদা অসুম্না হায়রি—"ঈমা অমসুং ঈপাসি মচাগী হকচাং অসিবু পোকহল্লি অহূগা য়োক-থাক্নুনা

চাউখৎহল্লি ; মতুদগী মচাতু ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষগী সাধন তৌবা ঙম্মি। মরম অসিনা চহী চামা ফাওবা হিংদুনা লৈরগা মখোয়গী লম্মন শিংগে হোংনরবসু মচা অদুনা শিংবা ঙমদে। মচা অদুনা তৌবা ঙম্বা ওইনা লৈরগা, মমা-মপাগী সেবাবু হকচাং অমসুং শেল থুমদগী তৌদ্রবদি শিরবা মতুংদা মহাকপু যম-দূতশিংনা মশামক্কী শা (শদোং) চাহল্লি।"

মচাগী মফমদা মমা অসি লাইনচিংবা ওই হায়বসিসু অসুম্না তাক্লি—

**"নাস্তি মাতৃসমং দৈবম্"** (উশনঃ সংহিতা ১।১৫)

"ঈমাগা মান্নবা লাই অমত্তা লৈতে।"

**"নাস্তি মাতুঃ পরো গুরুঃ"** (অত্রি স্মৃতি ১৪৮)

"ঈমাদগী হেনবা অওাপ্পা গুরু লৈতে।"

**"নাস্তি মাতুঃ পরং তীর্থম্"** (পদ্ম পুরাণ ভূমি খঃ ৬৩।১৩)

"ঈমাদগী হেনবা অশেংবা তীর্থ অমা লৈতে।"

মরম অসিনা য়ুম পান্দুনা লৈরিবা মচা-মচৌশিংনা মমা-মপা ওইদুনা লৈরিবা অহল-লম্মনশিংগী সেবা নীংথিনা তৌদুনা লৈবদগী পুক্নীং লৌথোক্লোইদবনি। অরাবা নুংঙাইতবা পুম্নমকপুসু থাঙদুনা মখোয়গী সেবা তৌবসি অথোইবা ধর্ম্মনি অমসুং মসি থায়দগী অথোইবা পুণ্য তানবনি। নুপাগীদমক নুপী অসি ধর্ম্ম-সহচারিণী (নুপাগা লোয়ননা ধর্ম্ম তৌবী) হায়নরিবনি। মরমদি নুপা মতোমত্তা নীংথিনা ধর্ম্ম তৌবা ঙমদে, অদুগা নুপীসু মত্তোমদা ধর্ম্ম তৌবা ঙমদে; অনীনা পুল্লপ পুন্না তৌরবতদা ধর্ম্ম মপুং

ফাগদবনি। মরম অ.সিনা য়ুম্বান্দ্না লৈবা মুপা-মুপীগী মফমদা বেদনা অস্মুম্বা উপদেশ (পাউতাক) পীরি—

**অন্বারভেথামন্বুসংরভেথাম্মেতং লোকং শ্রদ্দধানাঃ সচন্তে।**
**যদ্ বাং পক্কং পরিবিষ্টমগ্নৌ তস্য গুপ্তয়ে দম্পতী**
**সংশ্রয়েথাম্।** (অথর্ব্ব ৬।১২২।৩)

দম্পতী = য়ুম্বান্দুনা লৈরিবা হে মুপা-মুপী অনীমক! অনুআর-ভেথাম্ = নখোয় অনী অমগা অমগা তিন্নদুনা পুকচেল অমত্তা ওইনা অক্ষবা থবক তৌবা হৌ। অনুসংরভেথাম্ = চাওখৎ-নবগীদমক পূক্নীং অমত্তা ওইনা লেপ্তুনা কন্না হোৎনবা হৌ। এতং লোকং = মরমদি গৃহস্থাশ্রমগী মশক ওইবা (য়ুম্বান্দুনা লৈনবগী মশক ওইবা) লোক অসিবু, শ্রদ্দধানাঃ সচন্তে = অমনা অমগী মথক্তা থাজরগা পূক্নীং চঙদুনা লৈবা মীশিংদনা ফংবা ঙম্মি। অগ্নৌ পরিবিষ্টম্ = মতৌ অস্মুম্না মৈগী মন্থংদা থমজিন্দুনা ফংবা হায়বদি মৈবু সাক্ষী থমদুনা লুহোংবদগী ফংবা, যদ্ বাং পক্কং = নখোয় অনীগী মপূং ফানা মুল্লবা মহয় (তৌফম থোকপা থবক) লৈরিবনি; তস্য গুপ্তয়ে সংশ্রয়েথাম্ = মহয় অদুবু (য়ুম্বানবনা তৌবা হৌনবা থবকশিংবু) নীংথিনা ঙাক শেন্নবগীদমক অমনা অমগী মফমদা চঙজদুনা লৈয়ু।

মতৌ অস্মুম্না য়ুম্বানবশিংগী তৌফম থোকপা ধর্ম্মগী থবক-শিংদু তৌনবগীদমক অনীমক্না অশেংবা লমচৎ চৎবদবনি। তুম্বা হীপ্পা, চাবা-থকপা অসিনচিংবা পূম্নমক্তা মতম নাইনবা হোৎনগদবনি। মদু নত্রবদি ব্যবহারগী লম্বী অমস্তুং ধর্ম্মগী লম্বীদা

নীংথিনা চাওখৎনা চৎপা ঙম্মোই। ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌনবগীদমক শাস্ত্রদা থ্বায়দগী মকোক ওইনা অয়ুক ঙন্না হৌগৎলু হায়বা অসি হন্না হন্না তাক্লি।' অয়ুক ঙন্তা হৌদুনা নিত্যকর্ম্ম পূম্নমক তৌরগা মাগী মাগী মথৌদা লৈথা লুপা-লুপা শোয়দনা চাওখৎপা ফংগনি। করম্বা মতমদা য়াহৌদুনা করি তৌবা হৌনৈ হায়বা অসি তাক্লি—

ব্রাহ্মে মুহূর্ত্তে উত্থায় কৃত্বা শৌচং সমাহিতঃ।
স্নানং কুর্য্যাদ্বুধঃ কালে আত্মার্থমকুপোদয়েঃ॥
প্রত্যহং প্রাতরুত্থায় স্নানং সন্ধ্যাং বিধায় চ।
যথাশক্তি জপেদ্বিদ্বান্ স মুক্তো নাত্র সংশয়॥

(বিশ্বামিত্র স্মৃতি ৫, ১৭)

"ব্রাহ্মমুহূর্ত্তদা (অহুক্কী পূং মরি মঙা তাবা মতমদা) হৌগৎলগা মপান থোকপা, খোঙ হাম্বনচিংবা তৌবগা মশাগী কান্ননবগীদমক থ্নিং থোক্লি ঙৈগী মমাঙদা নোংপোক থংবা মায়কৈ থন্না ঙাঙ-লক্লবা মতমদা ঈশ্বরজগদর্শন। মুক্তিং থুদিংগী মতৌ অসুম্না অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা ঈশ্বরজহুনা সধ্যা (ঈশ্বরগী উপাসনা) তৌদুনা মানা ওমজধা মখৈ জপ তৌদুনা লৈবা মী অদু মুক্ত ওই হায়বদা চিংনকম লৈতে।"

ব্রাহ্মে মুহূর্ত্তে নিদ্রাঞ্চ কুরুতে সর্ব্বদা তু যঃ।
অশুচিং তং বিজানীয়াদনর্হঃ সর্ব্বকর্ম্মসু॥
স্নানমূলাঃ ক্রিয়াঃ সর্ব্বাঃ সন্ধ্যোপাসনমেব চ।
তস্মাৎ সর্ব্বপ্রযত্নেন স্নানং কুর্য্যাদতন্দ্রিতঃ॥

**প্রাতরুৎথায় যো দ্বিজঃ প্রাতঃ স্নায়ী সর্ব্বদা ভবেৎ।**
**সর্ব্বপাপবিনির্মুক্তঃ পরং ব্রহ্মাধিগচ্ছতি ॥**

(বাধুলস্মৃতি অঃ ১। ৫, ৯৭, ৯৮)

"বাহ্মমুহূর্ত্তদা হুমিৎ খুদিংগী তূমহুনা লৈরিবা মী অদু অশেংবা মী নত্তে, মহাক ধর্ম্মগী থবক পূম্নমক্তা মতীক চাবা (মী) নত্তে হায়না থওউ। ধর্ম্মগী থবক পূম্নমক অমসুং ঈশ্বরগী উপাসনা ঈরুজবগা তৌগদবনি। মরম অসিনা হোৎনদুনা অতনবা লৈতনা অয়ুক, ওম্না ঈরুজগদবনি। অয়ুক ওম্না হৌগত্তুনা হুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা ঈরুজরিবা মী অদু পাপ পূম্নমক কোত্তুনা পরব্রহ্মবু ফংবা ওস্মি।

ঈরুজবা মতমদা মখাগী মন্ত্র অসি শোল্লগা ঈশিং অদুদা তীর্থ পূম্নমক লাক্লে হায়না ভাবনা তৌগদবনি—

**গঙ্গে চ যমুনেচৈব গোদাবরি সরস্বতি।**
**নর্মদে সিন্ধু কাবেরি জলেঽস্মিন্ সন্নিধিং কুরু ॥**

অয়ুক ওস্তা হৌরগা হকচাং শেংদোক্তুনা য়া থিনবনচিংবা তৌরগা ঈরুজবা অসি সূপ্লা ধর্ম্মগী থবক তৌননবতা নত্তে, মতুদগী হকচাংসু য়াম্না ফনা লৈগনি অদুগা পুক্নীংসু সুমিৎচূপ্পা য়াম্না মকা লামনা লৈগনি, তৌগদবা থবক পূম্নমকসু নীংথিনা তৌবা ওমগনি। মসি মী অমত্তগী নত্তে, ঈমুং-মনুংদা মশা ফনা (নাদ-য়েক্তুনা) লৈরিবা মুপী-নহানচিংবা পূম্নমকসু মতম অসিদা হৌগৎলগা ঈরুজদ্রিঙৈগী মমাংদা ঈমুংগী তৌগদবা থবক পূম্নমক

তৌথোক্লগা ঈরুজত্থনা মশা শেংনা লৈগদবনি। অসিগুম্বা লমচৎ-শিংবু শাস্ত্রদা সদাচার কৌই। মসি স্মৃতিদগী ( লৈশেমচৈদগী ) হৌত্থনা ঋষিশিংদগী চৎনবকপনা কৌক্লিক ফাওবা চৎনদুনা লৈরিবনি। ভারতকী মফম পুম্নমক্তা ধার্ম্মিক ওইবা মীশিংগী য়ুমদা নুপী-নহা খায়দনা অযুক ঙন্না হৌরগা ঈরু-মায়থজদুনা ঈশ্বরগী নাম লৌবা ( শোনবা ) অমসুং পূজা তৌবা অসিনচিংবা উত্থনা লৈরি। অয়াম্বা মীগী য়ুম খুদিংদা তোপ্পা-তোপ্পা মন্দির মচা অমমম থমত্থনা মদুদা পুজানচিংবসু তৌনত্থনা লৈ। সদাচার কদাযবু কৌবগে হায়বা অসি ঔর্ব্ব ঋষিনা সাগর রাজাবু অসুম্না তাকই—

**সাধবঃ ক্ষীণদোষাস্তু সচ্ছব্দঃ সাধুবাচকঃ।**
**তেষামাচরণং যত্তু সদাচারঃ স উচ্যতে ॥**
**ব্রাহ্মেমুহূর্ত্তে চোৎথায় মনসা মতিমান্ নৃপ।**
**প্রবুদ্ধশ্চিন্তয়েদ্ধর্ম্মমর্থঞ্চাপ্যবিরোধিনম্ ॥**
**অপীড়য়া তয়োঃ কামমুভয়োরপি চিন্তয়েৎ ॥**

( বিষ্ণু পুরাণ অংশ ৩ অঃ ১১।৩, ৫, ৬ )

"পাপনচিংবা দোষ লৈতবা ঋষিশিংবু সাধু কৌই, অত্থনা 'সৎ' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থ সাধুনি। সাধুশিং অত্থনা চৎলিবা আচরণ ( লমচৎ ) অদুবু সদাচার কৌই। হে রাজন! সদাচার অসিগী নতুং ইম্না ব্রাহ্মমুহূর্ত্তদা হৌগৎলগা লৌশিং শিংবা, বুদ্ধি তাবা মীনা ধর্ম্ম অমসুং ধর্ম্ম কায়দনা ফংবা য়াবা শেল-৩

মরুমদা বিচার তৌগুনি ; অদুগা ধর্ম্ম অমসুং ধর্ম্ম কায়দনা ফংগদবা শেল থুমদা মাঙবা লৈরোইদবা কামগী ( চাবা থকপনচিংবা বিষয় ভোগকী ) মরুমদসু বিচার তৌদুনা লৈগদবনি।"

মফম অসিদা মী পুম্নমক্না অযুক্কী মতমদা নীংথিনা তৌবা চমগদবা ( ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ) ৱাদা লৌদুনা য়াম্না শমনা ইজরিবনি। মসিদগী যাম্না হেন্দোক্না ধর্ম্ম-শাস্ত্রশিংদা তাক্লিবা ৱাশিং অদুদি কনানসু ভোরৱোই থন্দুনা ইজদ্রে।

সদাচার অসি খ্বায়দগী অথোইবনি। আচার ( লমচৎ ) শেংনা লৈবা মীশিংবু য়াম্না থাগৎনা শাস্ত্রনা হায়রি—

আচারাল্লভতে চায়ুরাচারাল্লভতে সুখম্‌।
আচারাৎ স্বর্গ মোক্ষশ্চ আচারো হন্ত্যলক্ষণম্‌॥
অনাচারোহি পুরুষো লোকে ভবতি নিন্দিতঃ।
দুঃখভাগীশ্চ সততং ব্যাধিতোঽল্পায়ুরেব চ॥

( পদ্ম পুরাণ-স্মৃষ্টি খণ্ড, ৫১-৮ শ্লোক )

"ঋষিশিংনা চৎপা আচারগী ( লমচৎকী ) মতুং ইন্না চৎলিবা লমচৎ, অদুদগী মীনা অশাংবা পুন্সি অমসুং নুংঙাইবা ফংই। লমচৎ অদুদগী স্বর্গ অমসুং মোক্ষসু ফংই। আচার অসি হকচাংদা লৈবা ফত্তবা খুদমশিংবুসু মাঙহল্লি। লমচৎ ফত্তবা মী সংসার অসিদা নিন্দা তৌনফম ওই, অৱাবা ফংই, নাদুনা লৈ অমসুং মাগী পুন্সি তেল্লি।"

মনুস্মৃতিদসু হায়রিবা শ্লোকশিং অসি লাকই, অদুগা অমুমসু হায়রি—

সর্ব্বলক্ষণহীনোঽপি যঃ সদাচারবান্নরঃ।
শ্রদ্দধানোঽ ন সূয়শ্চ শতং বর্ষাণি জীবতি ॥
(মনু ৪।১৫৮)

"হকচাংদা অগবা খুদম অমত্তা লৈতবা মীস্থু অফবা লমচৎ চৎনা ধর্ম্মগী মবমদা থাজনা লৈরবদি অমস্থং অতোপ্পগী দোষ থিদুনা নিন্দা তোদ্রবদি চহী চামা হিংদুনা লৈ।"

অতোপ্পগী নিন্দা তৌদুনা লৈবসি য়াম্না যহে, মদুগী মহয় নরক ফংবনি, অদুগা অতোপ্পগী নিন্দা তৌদুনা লৈরিবা মী অদুস্থু নবক্কগী লাকপনি। মরম অসিনা নরক অমস্থং স্বর্গদগী লাকপা মীশিংগী খেন্নবশু তাক্লুনা শাস্ত্রনা অস্থম্না হায়রি—

কার্পণ্যবৃত্তিঃ স্বজনেষু নিন্দা
কুচৈলতা নীচজনেষু ভক্তিঃ।
অতীবরোষঃ কটুকা চ বাণী
নরস্য চিহ্নং নরকাগতস্য ॥

নবনীতোপমাবাণী করুণাকোমলং মনঃ।
ধর্ম্মবীজপ্রসূতানামেতৎ প্রত্যক্ষলক্ষণম্ ॥
(পদ্ম পুঃ সৃষ্টি খণ্ড ৫১।১৩২, ১৩৩)

"শেল-থুমগী মরমদা য়াম্না লীকপা, মাগী ওইনা লৈরিবা মীশিংগী নিন্দা তৌবা, অমোংপা ফি শেৎনা লৈবা, অপীকপা মীদা ভক্তি তৌদুনা লৈবা, য়াম্না শাউগনবা অমস্থং অয়াকপা ৱা ঙাঙবা পুম্নমক অসি নরক্কগী লাকপা মীগী খুদমনি। অদুগা মাখনগুম্না য়াম্না থোৎপা ৱা ঙাঙবা অমস্থং পুন্নীংস্থু থৌজালনা

থোক্তুনা লৈবা, পুন্নমক অসি ধর্ম্ম ওইবা মরুদগী পোক্লকপা মীশিংগী থাঙ্গৈশেংনা উহনা লৈবা মওংনি।"

মরম অসিনা অফবা লমচৎ চত্তুনা লৈগে হোৎনবা মীশিংনা অতোপ্পশিংগী মফমদা য়াম্না নোল্লুকপগী ব্যবহার তৌগদবনি, মসি থোইদোক-হেন্দোরদি মমা-মপা ওইবা মীশিংগী মফমদা তৌগ-দবনি। মহৈ মশিং হৈরে হায়হনা, মচা ওইবশিংনা মখোযবু লায়থোক্লা তৌরোইদবনি। ঈমা ঈপাগী মগুণ অসি মচাগী মফমদদি য়াম্না চাউই হায়বা অসি শাস্ত্রনা লাউহনা তাক্লি—

সর্ব্বতীর্থময়ী মাতা সর্ব্বদেবময়ঃ পিতা।
মাতরং পিতরং তস্মাৎ সর্ব্বপ্রযত্নেন পূজয়েৎ॥
মাতরং পিতরঞ্চৈব যস্তু কুর্য্যাৎ প্রদক্ষিণম্।
প্রদক্ষিণীকৃতা তেন সপ্তদ্বীপা বসুন্ধরা॥
জানুনী চ করৌ যস্য পিত্রোঃ প্রণমতঃ শিরঃ।
নিপতন্তি পৃথিব্যাঞ্চ সোঽক্ষয়াং লভতে দিবম্॥
পাদারবিন্দ সলিলং যঃ পিত্রোঃ পিবতে সুতঃ।
তস্য পাপংক্ষয়ং যাতি জন্মকোটিশতার্জিতম্॥
(পদ্ম পুরাণ সৃষ্টি খণ্ড ৫১। ১১, ১২, ১৩, ১৫)

"ঈমাসি তীর্থ পুন্নমক্কী মশক্লি অহুগা ঈপাসি লাই পুন্নমক্কী মশক্লি। মরম অসিনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মখোয় অনীগী পূজা তৌহনা লৈগদবনি। মী অমনা মমা-মপাগী প্রদক্ষিণ (য়েংলোইননা কোয়বা) তৌরবদি মহাক্লা দ্বীপ তরেৎনা লিন্দুনা

লৈবি পৃথিবী অসিবু প্রদক্ষিণা তৌরে। মমা-মপাবু খুাম্বদা মী অহুগী খুকউ অনী, খুং অনী অমস্থং কোক লৈবাক্তা তারবদি মহাক অমাঙ অতা লৈতবা স্বর্গবু ফংই। মচা অহুনা মমা মপাগী চরণামৃত থক্লবদি মহাক্কী মপোক কোটি চামদা তৌখিবা পাপ পুম্নমক মাঙই।"

মরম অসিনা মচা ওইবশিংনা নুমিৎ খুদিংগী মমা-মপাগী চরন্দা খুকমহুনা অয়ুক্কী মতমদা মখোয়দগী আশীর্ব্বাদ লৌগদবনি। মসি মী পুম্নমক্তা য়াম্না লাযনা তৌবা ওস্বা নিত্যকর্ম্মনি। অসিগুম্বা নিত্যকর্ম্ম শিং অসি তৌহুনা লৈরবদি মী অহুগী পুক্নীং শেংবা অমস্থং অফবা থবক তৌনীংবা শোযদবনি।

## মহাযজ্ঞ মঙা

যৃম্নানবশিংগী যূমদা নুমিৎ খুদিংগী যুমদা লৈবা মীনা মফম মঙাদা মরাগ লৈজদবা জীব, খববু হাত্তূনা পাপ তৌই। মহু মখোযনা থৌওইনা হাংকে নীংদ্রবস্থু হৌনশা ওইনা থোক্তুনা লৈ। মহুগী মহয় পাপ ফংই। মফম মঙা অহু করম করম্বনো হায়বা মনুনা তাক্লি—

> পঞ্চসূনা গৃহস্থস্য চুল্লী পেষণ্যুপস্করঃ।
> কণ্ডনী চোদকুম্ভশ্চবধ্যতে যাস্তু বাহয়ন্॥
> তাসাংক্রমেণ সর্ব্বাসাং নিষ্কৃত্যর্থং মহর্ষিভিঃ।
> পঞ্চক্লৃপ্তা মহাযজ্ঞাঃ প্রত্যহং গৃহমেধিনাম্॥
>
> (মনু ৩। ৬৮, ৬৯)

"যূম্বানবা মীগী যুমদা জীবশিংবু হাৎনবা মফম মঙাখক লৈ; মহুদি যুঙ্গা, চকী (চাখুম), কোনকেঙফম (রাইশিৎ-রাইতৈ তৌকম) সুম্বন অমস্থং ঈশিং চফু মঙা অসিনি। মঙা অসিবু শিজিন্নবা মতমদা জীব খরা শিবা মরমদগী পাপ ওই। মরম অসিনা মখোয় পুম্নমক অসিদগী ওইগদবা পাপ কোক্লনবগীদমক মহৰ্ষিশিংনা মথং-মনাউ নাইনা লেপ্লূনা মহাযজ্ঞ মঙা যূম্বানবা মীগীদমক মুমিৎ খুদিংগী তৌ হাযনা তাক্লি।"

যজ্ঞ মঙা অসিবু আশ্বালায়ন গৃহ্যসূত্রদা অস্মুনা হায়রি—

**অথাতঃ পঞ্চ যজ্ঞঃ—দেবযজ্ঞো ভূতযজ্ঞঃ**
**পিতৃযজ্ঞো ব্রহ্মযজ্ঞো মনুষ্যযজ্ঞ ইতি।**
**তদ্ যদগ্নৌ জুহোতি স দেবযজ্ঞঃ, যদ্বলিং**
**করোতি স ভূতযজ্ঞঃ, যৎ পিতৃভ্যো দদাতি**
**স পিতৃযজ্ঞঃ, যৎ স্বাধ্যায়মধীতে স ব্রহ্মযজ্ঞঃ,**
**যন্মনুষ্যেভ্যো দদাতি স মনুষ্যযজ্ঞ ইতি**
**তানেতান্ যজ্ঞানহরহঃ কুর্ব্বীত।** (৩।১)

"মসিগী তুংদা মহাযজ্ঞ মঙাবু হায়গে— (১) দেবযজ্ঞ, (২) ভূতযজ্ঞ, (৩) পিতৃযজ্ঞ, (৪) ব্রহ্মযজ্ঞ অমস্থং (৫) মনুষ্যযজ্ঞ মঙা অসি মহাযজ্ঞনি।" মহুগী মনুদা—

(১) দেবতাশিংগীদমক স্বাহা হায়দুনা মৈদা হোম পীবদু দেবযজ্ঞনি। অযূক্কী চাক চাদ্রিঙৈগী মমাংদা তেঙ্গোৎ অমদা থোংলিবা চাক-ঈনশাং পুম্নমক অহুদগী খজিক-খজিক্কং লৌরগা

"হে দেবতা পুম্নমক! নখোয়গীদমক ঐখোয়না ওমজবা চাক-ঈনশাং খজিক্তং কচ্চরি ; নখোয়না মসি চারগা পেনবীয়ু" হায়না পুক্নীংদা সংকল্প তৌরগা যুম্নাগী মৈদা **"সর্ব্বেভ্যো দেবেভ্যঃ স্বাহা"** হায়দুনা কৎথোকদবনি। মসিবু দেবযজ্ঞ কৌই।

মসিদগী জীব হাৎপগী পাপ কোকপদা নত্তনা অতোপ্পা য়াম্না চাউবা মহয়স্থ ফংই হায়বসি গীতাদা শ্রীভগবান্না অস্থুম্না তাক্লি—

**দেবান্ ভাবয়তানেন তে দেবা ভাবয়ন্তু বঃ।**
**পরস্পরং ভাবয়ন্তঃ শ্রেয়ঃ পরমবাপ্স্যথ॥**
**ইষ্টান্ ভোগান্ হি বো দেবা দাস্যন্তে যজ্ঞভাবিতাঃ।**
**তৈর্দত্তানপ্রদায়ৈভ্যো যো ভুংক্তে স্তেন এব সঃ॥**
**যজ্ঞশিষ্টাশিনঃ সন্তো মুচ্যন্তে সর্ব্বকিল্বিষৈঃ।**
**ভুঞ্জতে তে ত্বঘং পাপা যে পচন্ত্যাত্মকারণাৎ॥**

(গীতা অঃ ৩। ১১, ১২, ১৩)

"প্রজাপতি ব্রহ্মানা প্রজাশিংবু অস্থুম্না হায়—যজ্ঞ অসিনা দেবতাশিংবু পেলহল্লু, দেবতাশিং অদুনস্থ নখোয়বু পেলহনগনি। মতৌ অস্থুম্না অমনা অমবু পেলহন্দুনা নখোয়না অথোইবা খুবম ফংগনি। নখোয়না তৌরিবা যজ্ঞ অদুদগী দেবতাশিংনা পেন্দুনা নখোয়দা ভোগ্য ওইবা অপাম্বা পোৎ পীগনি। অদুগা নখোয়না পীরিবা পোৎ অদুবু মী অদুনা মখোয়গী শরুক পীদনা চারবদি মহাক হূরানবা মীনি। মতৌ অস্থুম্না দেবতাশিংগীদমক যজ্ঞ তৌরগা মচুংদা মহুদগী লেমহৌবা অদু চাদুনা লৈবা মীশিং পাপ পুম্নমক্তগী

কোকই। অদুগা মীশিং অদুনা মশা মশাগীদমক চাননবা থোংলবদি পাপী ওইবা মখোয়শিং অহুনা পাপতবু চাদূনা লৈ।"

(২) চান-থক্লবা পুখম তেঙ্গোৎনচিংবদা লাকইবা (হাপ্লিবা) পোৎ পূম্নমক অদুদগী, লা মচেৎ অমদা নক্রগা তেঙ্গোক্ত্রা খরা-খরা লৌরগা তোপ্না শেংনা থমগদবনি। মদুগী মতুংদা চাবা-থকপা লোইরগা চীন-য়া অমস্তুং খূৎ শেংদোক্কুনা শেংনা থম্লিবহ্ লৌরগা অশেংবা অচীকপা মফম অমদা "হে উচেক-ৱায়া, তৌল-কাওনচিংবা পূম্নমক! নখোয়গীদমক ঐনা পীরিবসি চারগা নখোয় পেল্লু" হায়দুনা খরা চাইথোক্লা থম্নগা লাক্কদবনি। মসিবু ভূতবলি নক্রগা ভূতযজ্ঞ কৌই।

(৩) নুমিৎ খূদিংগী ঈরুজবা লোইরবা মতুংদা মায় মখা ওন্দূনা "ঐগী শাগেদা শিখিবা অহল-লম্মন ওইবা পিতরশিংবু ঐনা ওমজবা ঈশিং খূজোক অহুমদং কচ্চরি, মসিনা নখোয় পেনবীয়ু" হায়না মনদা (পূক্নীংদা) সংকল্প তৌরগা খূৎ (খূবাং) অনী তিনশিন্দুনা ঈশিং খূজোক অহুম পীগদবনি। মসিবু নুমিৎ খূদিংগী তৌগদবা পিতৃযজ্ঞ কৌই।

(৪) ঋষিশিংনা ঐখোয়গী কান্নবগীদমক লেংঙুনা থম্লম্বা লাইরিকশিংগী মনুংদগী অপাম্বা গীতা, উপনিষৎনচিংবা লাইরিক লৌরগা মদুবু পাবা অমস্তুং মদুদা ইরিবা ৱাশিংগী মরমদা বিচার তৌদুনা খওননবা হোৎনবা অসি ঋষিশিংবু পেন্নবা তৌবা যজ্ঞনি। মসিবু ব্রহ্মযজ্ঞ হায়না কৌই।

(৫) ভিক্ষা তৌবা লাকপা মীবু ওমজবা চেঙ খুয়া অমা অনীদং ভক্তিগা লোয়ননা নুমিৎ খুদিংগী পীবা নত্রগা অরাপ্পদগী লাকপা মীবু চান-থক্রবা পীহুনা সেবা তৌবা অসি মনুষ্যযজ্ঞনি।

মথক্তা হায়বিবা মগুা অসি নুমিৎ খুদিংগী শোয়দনা তৌগদবনি। মরম অসিনা মগুা অসি যুম্বানবা মীশিংগী নিত্যকর্ম্মনি।

মনুনা মসিগী মরমদা অস্থুম্না হাযরি—

**পঞ্চৈতান্ যো মহাযজ্ঞান্ন হাপয়তি শক্তিতঃ।**
**স গৃহেঽপি বসন্নিত্যং সুনা দোষৈর্ন লিপ্যতে॥**

(মনু ৩।৭১)

"হাযরিবা মহাযজ্ঞ মগুা অসিবু মী অহুনা ওম্বমথৈ থাদোক্তনা তৌহুনা লৈরবদি মহাক য়ুমদা লৈরবসু মথক্তা হায়খিবা সুনা দোষশিং (মফম মগুাদা জীবশিংবু হাৎপগী পাপশিং) ফংদে।"

গীতাদদি ভগবান্না অস্থুম্না হায়রি—

**যজ্ঞশিষ্টামৃতভুজো যান্তি ব্রহ্ম সনাতনম্।**
**নায়ং লোকোঽস্ত্যযজ্ঞস্য কুতোঽন্যঃ কুরুসত্তম॥**

(গীতা ৪।৩১)

"যজ্ঞ তৌবদগী লেমহৌরিবা পোৎশিং অহু অমৃতনি। অমৃত অহুবু চাহুনা লৈবা মীশিংনা সনাতন (মতম পুম্নমক্তা লেঙদ-কায়দনা লৈবা) ব্রহ্মবু ফংবা ঙম্মি। যজ্ঞ তৌদবা মীগীদি লোক অসি ফাওবা লৈতে (হৌজিক হিংলিঙৈগী মতম অসিদা পুক্নীং শেংনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদবা মরমদগী

পুন্সি মহৈ য়ানবা ওমদে), হে বুরশিংগী মচুংদা ৎথোইবা অর্জুন। অসিগুম্বা মীনা শিরবা মতুংদা করম্বা অযবা খুদম ফংবা ওমগনি?"

## করম্মা চাবা হৌনৈ

পুন্নীং শেংনা চা-থরবগীদমক, চাক্রিগী মমাংদা নীংথিনা খোঙ-খুৎ হামদোক্লদবনি; খোঙ হামদোক্লবদি খোংদা পক্তূনা লৈরিবা যক্ত-হাংদি পুম্নমক লৈরোই। মসিদ নত্তনা খোঙ চোংনা চাবগী কাংববু ভীষ্মনা যুধিষ্টিরদা অসুম্না হায়রি—

আর্দ্রপাদস্তু ভুঞ্জীত নার্দ্রপাদস্তু সংবিশেৎ।

আর্দ্রপাদস্তু ভুঞ্জানো বর্ষাণাং জীবতে শতম্।

(অনু: ১০৪।৬১)

"খোঙ চোংনা চা-থক্তদবনি, অদুগা খোঙ চোংনা তুমগে হায়না হীপলোইদবনি। খোঙ হামদোক্লগা খোঙ চোংনা চা-থক্লুনা লৈবা মী চহী চামা ফাওবা পুন্সিহুনা লৈ।"

চাক চাগে হায়না ফম্লবা মতমদা মাংদা থম্লিবা চাক ঈনশাং-নচিংবা পুম্নমক অদুবু, পরমাত্মা ব্রহ্মমক্নি থন্দূনা মদুগী উপাসনা তৌগদবনি, মদুগী (চাক-ঈনশাংনচিংবশিংদুগী) কদৌদৈদসু নিন্দা তৌরোইদবনি। উপনিষৎতসু অসুম্না হায়রি—

"অন্নং ব্রহ্মেতি ব্যজানাৎ" (তৈত্তি: ৩।২)— চিঞাকপু ব্রহ্মমক্নি হায়না খঙউ।

**"অন্নং ব্রহ্মেত্যুপাসস্ব"** ( ছান্দোগ্য ৭।৯।১ )—চিঞ্জাকপু ব্রহ্মনি হায়না উপাসনা তৌ।

**"অন্নং ন নিন্দ্যাৎ"** ( তৈত্তিঃ ৩।৭।১ )—চিঞ্জাকী নিন্দা তৌগনু।

**"সর্ব্বং বৈ তেঽন্নমাপ্নুবন্তি। যেঽন্নং ব্রহ্মোপাসতে ॥"**

( তৈত্তিঃ ২।১ )

"চিঞ্জাকপু ব্রহ্মনি হায়না উপাসনা তৌহূনা লৈবা মীনা মখল মখা অয়াম্বা চিঞ্জাক পুম্নমক ফংই।"

মনুনস্তু অস্নুম্না হায়রি—

**পূজয়েদশনং নিত্যমদ্যাচ্চৈতদকুৎসয়ন্।**
**দৃষ্ট্বা হৃষ্যেৎপ্রসীদেচ্চপ্রতিনন্দেচ্চ সর্ব্বশঃ ॥**

( ২।৫৪ )

"চাগদৌরিবা চাক-ঈনশাংনচিংবগী পূজা তৌগদবনি, মতু হাউত্তবনি, ফত্তবনি অসিনচিংবা হায়হূনা নিন্দা তৌরোইদবনি, মতু উবমক্তদা পুক্নীং নুংঙাইগদবনি, পুক্নীং মকা লামগদবনি, অতুগা অসিগুম্বা চিঞ্জাক অসি মতম পুম্নমক্তা ঐখোযবু ফংহন্দূনা লৈসনু হায়না পুক্নীংদা খুরুমগদবনি।"

মনুগী শ্লোক অসিগী টীকা ইবা মতমদা উল্লুকভট্টনা "আদি-পুরাণ"-দগী শ্লোক অনী লৌহূনা অস্নুম্না ইরি—

**"অন্নং বিষ্ণুঃ স্বয়ং প্রাহ"—**

**প্রাণার্থং মাংসদা ধ্যায়েৎ স মাংসম্পূজয়েৎ সদা।**
**অনিন্দংশ্চৈতদদ্যাত্তু দৃষ্ট্বা হৃষ্যেৎপ্রসীদেচ্চ ॥**

**অন্নং দৃষ্ট্বা প্রণম্যাদৌ প্রাঞ্জলিঃ কথয়েত্ততঃ।**
**অস্মাকং নিত্যমস্ত্বেতদিতি ভক্ত্যা স্তুবন্নমেৎ ॥**

"সাক্ষাৎ বিষ্ণুগী মশক ওইবা চিঞ্জাক্না অস্থুম্না হায়—

মীনা মশাগী থৱায় ঙাক্লবগীদমক মতম পুন্নমক্তা ঐগী (চিঞ্জাকী) ধ্যান তৌগদবনি, অদুগা মতম পুন্নমক্তা ঐগী পূজা তৌগদবনি, ঐগী নিন্দা তৌদনা চাগদবনি, ঐবু উবমক্তদা পুক্নীং মুংঙাইগদবনি অমসুং পুক্নীং মকা লাময়দবনি। চিঞ্জাক ঐবু উবগা অহানবদা খুকময়দবনি, মতুংদা খুৎ লোন্নদুনা অস্থুম্না হায়-গদবনি—অসিগুম্বা চিঞ্জাক অসি মতম পুন্নমক্তা ঐখোয়গী ওইদুনা লৈসনু। মতৌ অস্থুম্না স্তুতি তৌদুনা চিঞ্জাকপু পুক্নীংদা খুকম-গদবনি।"

মস্থুম তৌদুনা চারিবা চিঞ্জাক অদুদগী করি কান্নবগে হায়বা অসি মনুনা অস্থুম্না তাক্লি—

**পূজিতং হ্যশনং নিত্যংবলমূর্জঞ্চ যচ্ছতি।**
**অপূজিতং তু তদ্ভুক্তমুভয়ং নাশয়েদিদম্ ॥**

(২। ৫৫)

"মতৌ অস্থুম্না পূজা তৌদুনা চারিবা চিঞ্জাক অদুনা মী অদুগী পাঙ্গল অমসুং হকচাংগী মঙাল (কান্তি) পী। অদুগা পূজা তৌদনা চারিবা চিঞ্জাক্নদি চারিবা মীগী পাঙ্গল অমসুং হকচাংগী মঙাল পীদে।"

অদুগী তুংদা মথক্তা পঞ্চমহাযজ্ঞদা হায়খিবা ভূতবলিগীদমক লা মচেৎ অমদা চিঞ্জাক অদু শেংনা থৱদং লৌথোক্তুনা থম্নগা

চাগদোরিবা চিঞ্জাক অহুবু, ভগবানগী স্মরণ তৌহুনা মঙোন্দা কৎকদবনি। মতৌ অসুম্না চাত্রবদি চিঞ্জাক অহু অশেংবা নত্তে হায়না তাক্লি—

**অন্নং বিষ্টা জলং মূত্রং যদ্বিষ্ণোরনিবেদিতম্।**

(ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ ব্রহ্মখণ্ড ২৭।৬)

"চা-থকত্রিবৈগী মমাঙদা শ্রীভগবান বিষ্ণুদা কত্রবদি চিঞ্জাক অহু থীগা অমস্তুং ঈশিং অহু যুংগা চপ মান্নে।"

মরম অসিনা অহানবদা চাগদোবিবা চাকনচিংবা অহু ভগবান্দা কৎকদবনি; মতুংদা ঈশিং খরা লৌরগা লৈবাক্তা থাদগনি অহুগা অমুক হন্না ঈশিং লৌদূনা আচমন তৌগনি। অহুগী তুংদা অহানবা অপীকপা (ঈনশাংগা লোয়ননা তিনবা চাক ময়ু তরেৎ নিপালনা শাবা) চখোম মঙা—"**ওঁ প্রাণায় স্বাহা, ওঁ অপানায় স্বাহা, ওঁ ব্যানায় স্বাহা, ওঁ সমানায় স্বাহা, ওঁ উদানায় স্বাহা**" হায়না পূক্লীংদা শোনবা মন্ত্র খুদিংগা লোয়ননা চাগদবনি, তুংদা অমুক হন্না খুত্তা ঈশিং লৌরগা আচমন তৌগদবনি। মসিবু প্রাণ মঙাগী অহুতি কৌই। অহুগী তুংদা রা ঙাঙদনা তূমিন্না চাগদবনি, অমস্তুং চাবা লোইরবা মতুংদসু আচমন তৌরগা হৌগৎকদবনি।

চাবা মতমদা করম্বা মায়কৈ ওন্দূনা চারগা করম্বা মহয় ফংই হায়বা অসিসু ভীম্মনা অসুম্না তাক্লি—

**প্রাঙ্‌মুখো নিত্যমশ্নীয়াদ্বাগ্যতোঽন্নমকুৎসয়ন্॥**

আয়ুষ্যং প্রাঙ্‌মুখো ভুংক্তে যশস্যং দক্ষিণামুখঃ।
ধন্যং পশ্চান্মুখো ভুংক্তে ঋতং ভুংক্তে উদঙ্‌মুখঃ॥
(মহাভারত অনু: ১০৪।৫৬, ৫৭)

"মায় নোংপোক ওন্দূনা তৃমিন্না চাক চাগদবনি, অহাউ হাউভা থিহুনা চারিবা চাক অহুগী নিন্দা তৌবোইদবনি। নোংপোক ওন্দুনা চারবদি পুন্সি শাংই, মখা ওন্দুনা চারবদি মিং চৎলি। নোংচুপ ওন্দূনা চারবদি পুণ্য ফংই (অফবা থবক তৌহুনা লৈ) অমসুং অরাং ওন্দূনা চাববদি সত্য ফংই (অশেংবা রা ঙাঙই)।"

মথক্তা হায়রিবা চাবগী নিয়ম অসি নুমিৎ খুদিংগী শোযদনা তৌগদবা নিত্যকর্ম্মনি। মহাযজ্ঞ মঙাদি অয়ুক্তদা তৌগদবনি অমসুং অশেংবা চিঞ্জাক চাদূনা লৈগদবনি। অশেংবা লুপানা (অশেংবা ললনা) লৈদূনা চারিবা চিঞ্জাক অশেংবনি। অচুম্বা থবক ভৌরগা মহুদগী মতীক চানা ফংলিবা শেল অহু অশেংবনি। নমথাক তৌহুনা অমসুং ফত্তবা উপায় লৌদূনা তানশিনবা শেল অশেংবা নত্তে। মবম অসিনা অসিগুম্বা শেলনা লৈদূনা চারিবা চিঞ্জাক্ত অফবা অমসুং অশেংবা নত্তে। মহু চাদূনা লৈবা মীশিংগী পুক্নীং কদৌঙৈদসু শেংবা ঙম্মোই। মন (পুক্নীং, অসি ঐখোয়গী চারিবা চিঞ্জাক্না শাহুনা লৈবা পোৎ অমনি। মরম অসিনা চারিবা চিঞ্জাকী মতুং ইন্না মনগী মশক ওই। চিঞ্জাক শেংলবদি মন শেংই, চিঞ্জাক শেংদ্রবদি মন শেংদে। মন চিঞ্জাক্না শাই হাযবা অসি উদ্দালক ঋষিনা মচা শ্বেতকেতুবু অস্তুম্না তাকই—

**অন্নমশিতং ত্রেধা বিধীয়তে। তস্য য়ঃ স্থবিষ্ঠো ধাতুঃ, তৎ পুরীষং ভবতি, যো মধ্যমস্তন্মাংসম্, যোঽণিষ্ঠস্তন্মনঃ।**
(ছান্দোগ্য ৬।৫।১)

"চাখিবা চিঞ্জাক অসি অহুম থোক্লা খায়রুই—মহুদি, চাখিবা চিঞ্জাক অতুগী খ্বায়দগী অশৌবা শরুক অহু 'থী' ওই, ময়ায় ওইনা পৌবা শরুক অদুনা তোংশা, শরুনচিংবা ওই অহুগা খ্বায়দগী কূপ্পা শরুক অহু মন ওইহুনা লৈ।"

মরম অসিনা "**অন্নময়ং হি সোম্য মনঃ**" (ছান্দোগ্য ৬।৫।৪) —হে মুংশিবা শ্বেতকেতু! মন অসি চারিবা চিঞ্জাক্না শাবমি।

ফীবম অসিদা চারিবা চিঞ্জাক শেংদ্রবদি মন ফত্তবা শোয়দবনি। অশেংবা চিঞ্জাক চাদূনা মন শেংনা মকা লাম্না লৈরবদি বুদ্ধিসু শোয়দনা ফগনি। মসিবুসু অস্মুম্না তাক্লি—

**আহারশুদ্ধৌ সত্ত্বশুদ্ধিঃ, সত্ত্বশুদ্ধৌ ধ্রুবা স্মৃতিঃ,**
**স্মৃতিলম্ভে সর্ব্বগ্রন্থীনাং বিপ্রমোক্ষঃ** (ছান্দোগ্য ৭।২৬।২)

"চিঞ্জাক শেংলবদি মন শেংগনি, মন শেংলবদি শোয়দনা বুদ্ধি শেংহুনা করি তৌবা হৌনৈ অমসুং হৌনদে হায়বা নীংখিনা খঙগনি, মসিগুম্বা বুদ্ধি লাক্লবদি মহুদগী আত্মাগী অশেংবা মশক খঙহুনা কিশি কিদুনা লৈরিবা পূম্নমক নাম্ফোক্কনি (অনাত্মা ওইবা সংসারগী অশেংবা মওং খঙহুনা মহুদা অপাম্বা থাদোক্লগা পরমাত্মাগী অশেংবা মওংদা লৈবা ঙমগনি)।"

মরম অসিনা অফবা থবক তৌরগা মহুদগী ফংবা অশেংবা শেলনা লৈদূনা অশেংবা চিঞ্জাক্তা চাগদবনি।

## কল্লম্মা হীপ্পা হৌনৈ

ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা কোকপু মখা নক্ৰগা নোংপোক থংবা মায়কৈরোমদা থম্নগা হীপ্পুনা তুমগদবনি; কদৌঙৈদসু হীপ্পা মতমদা কোকপু অৱাং নক্ৰগা নোংচুপ থংবা মায়কৈ-রোমদা থম্মোইদবনি। মসিগী মরমদা শাস্ত্ৰনা অসুম্না তাকলি—

" প্রত্যগুত্তরশিরাশ্চ ন স্বপিতি "

( বৈখানস গৃহ্যসূত্র ৩। ১। ৪ )

নোংচুপ অমসুং অৱাংথংবা মায়কৈরোমদা কোক থমদুনা তুম্মোইদবনি।

ভীষ্মনসু যুধিষ্ঠিরবু অসুম্না হায়—

উদক্শিরা ন স্বপেত তথা প্রত্যক্শিরা ন চ।
প্রাক্শিরাস্তু স্বপেদ্বিদ্বানথবা দক্ষিণাশিরাঃ॥

( মহাভারত অনু: ১০৪ | ৪৮ )

"কোক অৱাং ওন্দুনা তুম্মোইদবনি অদুগা নোংচুপলোমদসু কোক থমদুনা তুম্মোইদবনি। লৌশিং তাবা মীনা নোংপোক-লোমদা নক্ৰগা মখা থংবা মায়কৈরোমদা কোক থমদুনা হীপ্লগা তুমগদবনি।"

মসিগী মরমদি নোংচুপলোমদা কোক থমদুনা তুম্নবদি নোংপোকলোমদা খোঙ তিংথোক্লুনা লৈবা শোয়দবনি। শাস্ত্ৰদা নোংপোক থংবা মায়কৈ অসি দেবতাশিংগীনি হায়না তাক্লি। শুক্ল যজুর্ব্বেদগী শতপথ ব্ৰাহ্মণদা সোমযাগগীদমক প্রাচীন-বংশশালা কদায়দা শাবা হৌনৈ তাকপা মতমদা অসুম্না হায়রি—

প্রাচী হি দেবানাং দিক্ পুরস্তাদ্বৈ দেবাঃ
প্রত্যঞ্চো মনুষ্যানুপাবৃত্তাস্তস্মাত্তেভ্যঃ
প্রাঙ্ তিষ্ঠন্ জুহোতি।
তস্মাদু হ ন প্রতীচীনশিরাঃ শয়ীত।
নেদ্দেবানভিপ্রসার্য্য শয়া ইতি।

(শতপথ ৩ | ১ | ১ | ৬)

" নোংপোক থংবা মাযকৈ অসি দেবতাশিংগীনি ; মমাঙচৈদা দেবতাশিংনা নোংচূপ থংবদা লৈবা মীশিংবু মায়থীবা পীখি, মরম অসিনা মীওইবশিংদগী নোংপোক থংবা মায়কৈদা লৈরগা যজ্ঞদা হোম পীগদবনি। অদুগা মরম অসিদগীদমক নোংচুপ্তা কোক থমদুনা তূম্মোইদবনি (হীপলোইদবনি)। মতৌ অসুম্না তৌদ্রবদি, হায়বদি কোক নোংচুপ ওন্দুনা হীপ্লবদি নত্রগা হল্লবদি দেবতাশিংলোমদা খোঙ তিংথোক্লুনা হায়বদি খোঙ ওনশীন্দুনা তূম্বা তাই (মদুদি দেবতাশিংগী অপমান ওইবা মরম্না ফত্তে)।"

মতৌ অসুম্না দেবতাশিংবু অপমান তৌবা মরমদগী মখোয়না ঐখোয়গী ঈকমদা শাউরবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী হকচাংবু নীংথিনা ফনা থম্বা ঙম্লোই। মরম অসিদগী আয়ুর্ব্বেদগী লাইরিক্তসু অসুম্না ইরি—

প্রাচ্যাংদিশি স্থিতা দেবাস্তৎ পূজার্থঞ্চ তচ্ছিরঃ॥

(সুশ্রুতসংহিতা সূত্রস্থান ১৯ | ৬)

"নোংপোক থংবা মায়কৈদা লৈবা দেবতাশিংগী পূজা তৌননবগীদমক হীগ্না মতমদা কোক নোংপোক ওনগদবনি।"

অদুগা কোক অরাং ওন্দুনা হীপকন্নু অমসুং তুমগনু হায়বা অসিদি বিজ্ঞানগী রানি। ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসি মাগী অরাং থংবা ঙমখৈবু (North Pole বু) খুং মচীনগুম ধুরী (Axis) ওইনা থমদুনা মদুবু মতম পূম্নমক্তা অরাং থংবা মায়কৈতদা লৈবা (থোকপা) ধ্রুব (Polar Star) কোবা থরানমিচাকী মায়কৈদা থম্নগা নুমিৎকী অকোযবদা চত্তুনা উঙদুনা লৈ, মাগী (পৃথিবীগী) অরাং থংবা ধুরী অদু কদো-ঙৈদমক্ত ধ্রুবদগী থজিক্তুং ফাওবা মায় ওন্থোক্তনা মতম পূম্নমক্তা লাইন (লৈয়ি) অমত্তদা লৈ। মসিগী মরমদি মতম পূম্নমক্তা ধ্রুবনা য়াম্না কন্না চিংশিন্দুনা পৃথিবীবু থম্মি, পৃথিবীগী ধুরী অদুবু অতৈ অমবোমদা থক লেঙহন্দে। অদুগা পৃথিবীগী মখাথংবা ঙমখৈগী (South Pole) লাইনদদি (লৈয়িদদি) আকাশদা ধ্রুবগুম্বা থরানমিচাক অমত্তা লৈতে মরম অসিনা মখারোমদা পৃথিবীবু চিংশিন্নবা শক্তি (পাঙ্গল) লৈতে, অদুগা অরাং থংবদা লৈবা ধ্রুবনা মাগী চিংশিন্নবা শক্তি (Attractive Power) অদুদগী পৃথিবীদা লৈবা পোৎ পূম্নমকপু মাঙোল্লোমদা চিংশিন্দুনা থম্মি। ফীবম অসিদা ঐখোয়না কোক অরাং ওন্দূনা তুম্লবদি নুমিদাংদা চাখিবা পোৎ পূম্নমক অদু কোকলোমদা চিংখত্তুনা লৈগনি, মখোয় মখারোমদা নীংথিনা চৎখিবা ঙম্মোই, মদুদগী চাখি থকখিবা পোৎশিং অদু নীংথিনা তুম্বা ঙম্মোই, মথকলোমদা,

মনম নমথিবা কত্তবা লুংশিং লাকনি, পুক লুংশিং কাগনি অদুগা লুংশাম্বর হোনবসু ফুয়না অমসুং ত্বানা হোনগনি। মতৌ অসুম্না পুমিৎ খুদিংগী লৈরবদি হকচাং কংলক্কবা শোয়দবনি। অদুগা কোক মখা মায়কৈ ওন্দূনা তুম্লবদি খোঙনা অরাংলোমদা লৈবা মরমদগী চাখি-থকখিবা পুম্নমক হকচাংগী মথকলোমদগী মখারোমদা চৎপদা শপনবা অমত্তা লৈরোই, মদুদা ধ্রুবগী চিংশিন্নবা শক্তি অদু মতেং পাংদুনা লৈগনি। অদুগা লুংশাম্বর হোনবসু কোমনা খোক্কনি, মদুদগী হকচাং নীংথিনা লৈবা অমসুং হকচাং ফবা ওমগনি। মরম অসিদগী কোক অসি মখাথংবা মায়কৈরোমদা ওন্দূনা তুম্মু, অমসুং হীপ্প হায়রিবনি।

অদুগা মসিগী ওন্ন-তৈননা কনাগুম্বনা মীগী শিরমদাই য়োরকপা মতমদদি মী অদুগী কোক অরাংলোমদা ওলহল-গদবনি। মদুদগী মী অদু লুংঙাইনা শিদুনা অফবা গতি ফংবা ওমগনি। মরমদি ঐখোয়গী হকচাং অসিদা থরায় চৎথোক-খিনবা মরু ওইবা থোঙ মাপল লৈ। হকচাংগী মখা থংবা শরুক্তা মলদ্বার (অমাংথোঙ) অমসুং মূত্রদ্বার (ঈশিংথোঙ) অনী লৈ, মথক থংবা শরুক্কী কোক্তা চীন, নাতোল (অহোবা) অনী, মীৎ অনী অমসুং নাকোঙ অনী পুন্না থোঙ তরেৎ লৈ; মতৌ অসুম্না থোঙ মাপলনি। অদুগা শিখা থম্নরিবা মফম অদুদা ব্রহ্মরন্ধ্র কৌবা থোঙ অমসু লৈ, মদুসু তিনশিল্লবদি থোঙ ভরানি। ভরাশুবা থোঙ অসিদি মরাইবক ফবা যোগীশিংনা শিবা মতমদা চংলি, মসিদা অতোপ্পা মীগী থরায় চৎপা ওমদে।

শিরমদাইদা শিগদৌরিবা মী অতুগী মকোক অরাংলোমদা ওল্লবদি মাগী থরায় অতু ধ্রুবগী চিংশিন্নবা শক্তি অতুনা থরায়বু মথক-লোমদা চিংখল্লুনা কোকলোমদা লাক্লগা কোক্কা লৈবা থোঙ তরেৎকী মন্নুংদা থোঙ অমা লৌদূনা থরায়না মপাল থোকখিগনি। মতুদগী শিরবা মী অতুগী অক্ষবা গতি ফংগনি। মরমদি কোক্তা লৈবা থোঙ অফবা গতিগীনি। অতুগা শিরমদাইদা মী অতুগী কোক মখা মায়কৈ ওল্লবদি, হকচাংগী মথাবোমদা লৈবা মলদ্বার অমসুং মূত্রদ্বার থোঙ অনী'সিনা অরাংলোমদা লৈখিবা মরমদগী মদোমদা ধ্রুবগী চিংশিন্নবা শক্তিনা চিংখিদুনা থরায চৎখিবা থোক্লবদি মী অতু ফত্তবা গতি ফংগনি। মবম অসিনা মসিবু খণ্ডবা মীশিংনা শিরমদাইগী মীবু মাগী মকোক অরাং ওন্নবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। শিবা মতমদা থোঙ তরা অসিগী মন্নুংদা থোঙ অমা লৌরগা থরায় হকচাংদগী চৎখি হায়বা অসি ধর্ম্ম শাস্ত্র অমসুং যোগ শাস্ত্রদা তাক্লি। মরম অসিনা অসিগুম্বা অথূপ্পা রা অসিবু খণ্ডলগা হকচাং কল্লা অমসুং ফনা লৈবিবেগী মতমদা তূম্বা-হীপ্পা অসি কোক মখা মাযকৈ ওনগদবনি নত্রগা নোংপোক ওনগদবনি। শিরমদাই য়ৌরক্লবা মীগীদি মাগী কোক অতু অরাং ওন্দূনা থম্নবা হোৎনবসি মতম অতুদা অমসুং মযম অতুদা লৈবা মী পুম্নমকী মথৌনি।

## শ্রাদ্ধ

নিত্যকর্ম্মগী মরমদা অয়াম্বা মীনা তৌবা ওম্বা ম্না শম্লপ্পা ইখ্রে। হৌজিক নৈমিত্তিক কর্ম্মগী মরমদস্তু অথোইবা হীরম থরদং লৌরগা বিচার তৌসি। নৈমিত্তিক কর্ম্মশিংগী মনুংদা শ্রাদ্ধসি খ্বায়দগী মকোক ওইনা লৈ। মসিগী মরমদা মী অয়াম্বনস্তু খঙদে। মরম অসিনা অহানবদা শ্রাদ্ধ কদাযবু কৌবগে অমস্তুং করি মরমগীদমক তৌরিবনো হায়বা অসিগী মরমদা খঙসি। শ্রাদ্ধ কদায়বু কৌবগে হায়বা শাস্ত্রনা অস্মুম্না তাক্লি—

"শ্রাদ্ধং বা পিতৃযজ্ঞঃ স্যাৎ" (কাত্যায়ন স্মৃতি ১৩।৪)

"পিণ্ডপিতৃযজ্ঞবু শ্রাদ্ধ কৌই।"

প্রেতান্ পিতৄংশ্চ নির্দিশ্য ভোজ্যং যৎপ্রিয়মাত্মনঃ।

শ্রদ্ধয়া দীয়তে যত্র তচ্ছ্রাদ্ধং পরিচক্ষতে ॥

(শ্রাদ্ধকল্পে শাঠ্যায়নি)

"শিগ্রবা অহল-লম্মনশিংগীদমক (শ্রাদ্ধ তৌরিবা মীনা) মশানা পাম্বা চা-নবা পোৎশিংবু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পীবা অদুবু শ্রাদ্ধ কৌই।"

ব্রহ্মপুরাণদদি মসিবু অস্মুম্না তাক্লি—

দেশে কালে পাত্রে চ শ্রদ্ধয়া বিধিনা চ যৎ ॥

পিতৄনুদ্দিশ্য বিপ্রেভ্যোদত্তং শ্রাদ্ধমুদাহৃতম্ ॥

(ব্রহ্ম পুঃ ২০০।১১)

"তীর্থ ওইবা অশেংবা মফমদা অমাবস্যানচিংবা অফবা নুমিত্তা অমস্তুং ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌদুনা লৈবা মতীক চাবা মী য়েংলগা

শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা অমসুং শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না শিগ্রবা অহল-লম্মনশিংগীদমক ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা ওমজবা কৎপবু শ্রাদ্ধ কৌই।"

শব্দগা হায়রবদি—শ্রদ্ধয়া দীয়তে ইতি শ্রাদ্ধম্।

"পুক্রীংদা থাজবগা লোয়ননা ভক্তি ভৌহনা পীববু শ্রাদ্ধ কৌই।" শ্রাদ্ধ অমসুং শ্রদ্ধা মরী য়াম্না লৈনৈ। শ্রদ্ধা লৈতনা পীবদি শ্রাদ্ধ কৌবা য়াদে। মতৌ অসুম্না শ্রাদ্ধদা পীরিবা পোৎ অসিবু পিতরশিংনা শোয়দনা ফংই হায়বসি মনুনা অসুম্না তাক্লি—

যদ্‌ যদ্দদাতি বিধিবৎ সম্যক্‌ শ্রদ্ধাসমন্বিতঃ।
তত্তৎ পিতৃণাং ভবতি পরত্রাহনন্তমক্ষয়ম্॥

(মনু ৩।২৭৫)

"শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পীরিবা পোৎশিং অদু মাওবা লৈতনা অমসুং ওমথে লৈতনা পিতরশিংবু পিতৃলোকনচিংবা মফমদা ফংই।"

হায়রিবা শ্রাদ্ধ অসি মখল মঙা থোক্লা খায়রি—

নিত্যং নৈমিত্তিকং কাম্যং বৃদ্ধিশ্রাদ্ধমথাহপরম্।
পার্বণঞ্চেতি বিজ্ঞেয়ং শ্রাদ্ধং পঞ্চবিধং বুধৈঃ॥

(যমস্মৃতি ৮১)

"নিত্যশ্রাদ্ধ, নৈমিত্তিকশ্রাদ্ধ, কাম্যশ্রাদ্ধ, বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ অমসুং পার্বণশ্রাদ্ধ খেন্নবদগী শ্রাদ্ধ অসি মখল মঙা থোক্লা খায়রি হায়না খংউ।" মঙা অসিগী মমুংদা—

(১) নিত্যশ্রাদ্ধ— নুমিৎ খুদিংগী তৌরিবা শ্রাদ্ধ অদুবু নিত্যশ্রাদ্ধ কৌই। মসিদা চেপ্ত-থোয়দিংনচিংবা অমত্তা য়াওদে অদুগা মন্ত্র শোন্দুনা পিতরশিংবুস্থ কৌদে। সুপ্না স্নান তৌরগা (ঈরুজরগা) মতুংদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা খুবাং অনী তাইশিন্নরগা ঈশিং খুজোক অদুম পিতরশিং পেনবা ওইসনু হায়না পীবদনি। মসিগী মরমদা অহানবদা পঞ্চমহাযজ্ঞ তাকপা মতমদা হায়খ্রে। মসিগী মরমদা মৎস্যপুরাণদা অস্থুম্না হায়রি—

**নিত্যং তাবৎ প্রবক্ষ্যামি অর্ঘাবাহনবর্জিতম্।**
**অদৈবং তদ্বিজানীয়াৎ পার্বণং পর্বসু স্মৃতম্॥**

(মৎস্যপুরাণ ১৬। ৫)

"অর্ঘ (চেপ্ত-থোয়দিং) আবাহনচিংবা অমস্থং দেবতা য়াওদনা তৌবা শ্রাদ্ধ নিত্যনি, অদুগা পর্ব্বশিংদা তৌবা শ্রাদ্ধ পার্বণনি।"

মসিগী ফল (মহয়) মনুনা অস্থুম্না হায়রি—

**যদেব তর্পয়ত্যদ্ভিঃ পিতৄন্ স্নাত্বা দ্বিজোত্তমঃ।**
**তেনৈব কৃৎস্নমাপ্নোতি পিতৃযজ্ঞক্রিয়াফলম্॥**

(৩। ২৮৩)

"দ্বিজাতিগী মী অদুনা ঈরুজরগা ঈশিংনা পিতরশিংগী তর্পণ তৌবা অদুমক্তনা পিণ্ডপিতৃযজ্ঞ কর্ম্মগী ফল ফংই।"

(২) "নৈমিত্তিকশ্রাদ্ধ— একোদ্দিষ্টনচিংবা শ্রাদ্ধ অসি নৈমিত্তিকশ্রাদ্ধনি। শিরবা মতুংদা শিরিবা মী অদুগীদমক তৌরিবা শ্রাদ্ধ অদুবু একোদ্দিষ্টশ্রাদ্ধ কৌই।

(৩) কাম্যশ্রাদ্ধ — কনাগুম্বা মীনা অপাম্বা ফল অমা ফংনীংহ্নুনা মহু ফংনবগীদমক পিতরনচিংবা পেন্ননবা তৌরিবা শ্রাদ্ধ অহুবু কাম্যশ্রাদ্ধ কৌই।

(৪) বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ—কনাগুম্বা মীগী লুহোংলবদা, মচা পোক্লবদা নত্রগা চাওখৎপা ফংলবদা নুংঙাইরহুনা পিতরশিংবুস্থ নুংঙাইহনগে অমস্থং পেলহনগে হায়না তৌবা শ্রাদ্ধবু বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ কৌই।

(৫) পার্বণশ্রাদ্ধ—সংক্রান্তি, অমাবস্যানচিংবা পর্ব্ব লাক্লবদা, মহুগী মুমিত্তা তৌরিবা শ্রাদ্ধ অহুবু পার্বণশ্রাদ্ধ কৌই।

মসিদা কনাগুম্বা মীগী পুক্নীংদা অস্থুম্না চিংনবা য়াই— ঐখোয়না মফম অসিদা পীরিবা অমস্থং ব্রাহ্মণশিংবু চাহল্লিবা পোৎ-চৈশিং অসি মতৌ করম তৌনা শিত্রবা পিতরশিংবু ফংহনবা ঙমগনি? মতৌ অস্থুম্না চিংনবসি স্বাভাবিকনি। মরম অসিনা চিংনরিবা ৱাশিংসিবু লৌরগা পাউখুম পীননবা, শাস্ত্রদা পীরিবা অসিগুম্বা চিংনবশিং অহু লৌখংলি, মহুদি—

কথং কব্যানি দেয়ানি হব্যানি চ জনৈরিহ।
গচ্ছন্তি পিতৃলোকস্থান্ প্রাপকঃ কোঽত্র বর্ত্ততে॥
যদি মর্ত্ত্যো দ্বিজো ভুংক্তে হুয়তে যদি বাহনলে।
শুভাশুভাত্মকৈঃ প্রেতৈর্দত্তস্তদ্ ভুজ্যতে কথম্॥

(মৎস্যপুরাণ ১৯। ১, ২)

"সংসার অসিদা লৈরিবা মীশিংনা পিতরশিংগীদমক করম তৌনা কবা (পিতরশিংগীদমক পীরিবা অমস্থং কৎলিবা পোৎশিংবু

কব্য কৌই ) অমসুং হব্য ( দেবতা অমসুং পিতরশিংগীদমক মৈদা হোম তৌদুনা কৎলিবা পোৎশিংবু হব্য কৌই ) পীগনি ? অদুগা পীরিবা অমসুং কৎলিবা পোৎশিং অদু করম তৌনা পিতরশিংগী মফমদা য়ৌই ? মখোয়বু পিতরশিংগী মফমদা য়ৌহনবা কনানো ? অদুগা পীরিবা পোৎশিং অদুবু মফম অসিদা মী ওইনা লৈরিবা ব্রাহ্মণনচিংবনা চারগা অমসুং মৈদা অদুতি ওইনা শীরগা করম তৌনা মানা মানা তৌখিবা পাপ-পুণ্যগী মতুং ইন্না মখল মখা অয়াম্বা হকচাং ফংদুনা লৈরিবা মীশিংনা ( পিতরশিংনা ) চাবনো ( ফংবনো ) ?

চিংনরিবা ৱাশিং অসিগী পাউখুম শাস্ত্রনা অমুম্না পীরি—

নাম গোত্রং পিতৄণাস্ত প্রাপকং হব্য কব্যয়োঃ ।
শ্রাদ্ধস্য মন্ত্রাঃ শ্রদ্ধা চ উপযোজ্যাতিভক্তিতঃ ।
অগ্নিষ্বাত্তাদয়স্তেষামাধিপত্যে ব্যবস্থিতাঃ ।
নামগোত্রকালদেশা ভবান্তরগতানপি ॥
প্রাণিনঃ প্রীণয়ন্ত্যেতে তদাহারত্বমাগতান্ ।
দেবো যদি পিতা জাতঃ শুভকর্ম্মানুযোগতঃ ।
তস্যান্নমমৃতং ভূত্বা দিব্যত্বেঽপ্যনুগচ্ছতি ।
দৈত্যত্বে ভোগরূপেণ পশুত্বে চ তৃণং ভবেৎ ॥
শ্রাদ্ধান্নং বায়ুরূপেণ সর্পত্বেঽপ্যুপতিষ্ঠতি
পানং ভবতি যক্ষত্বে গৃধ্রত্বেঽপি তথামিষম্ ॥

দনুজত্বে তথা মায়া প্রেতত্বে রুধিরোদকম্ ।
মনুষ্যত্বেঽন্নপানানি নানাভোগরসং ভবেৎ ॥

( মৎস্যপুরাণ : ১৯ । ৪-৯ )

"হব্য অমস্তুং কব্যশিংবু পিতরশিংগী মফমদা য়োহনবা অসি মথোয়গী মিং অমস্তুং গোত্রনি। মরম অসিনা য়াম্না ভক্তি ভৌহনা শ্রাদ্ধগী মন্ত্রশিংবু শিজিন্নগদবনি অমস্তুং শ্রদ্ধা তৌগদবনি (থাজগদবনি)। পিতরশিংনা লৈরিবা মফম অহু ( পিতৃলোক অহু ) অগ্নিষ্বাত্তানচিংবা দেবতাশিংনা ভাক-শেন্দুনা লৈরিবনি। মরম অসিনা অগ্নিষ্বাত্তানচিংবা দেবতাশিংনা পিতরশিংগী চাননবা লাকইবা (পীরক্লিবা) পোৎ পুম্নমক অহুবু অতোপ অতোপ্পা মপোক-শিংদা পোত্তুনা লৈরিবা জীবশিংবু নাম, গোত্র, কাল (মতম) অমস্তুং দেশকী মতুং ইন্না পীবা মরমদগী মথোয়না ( পিতরশিংনা ) মহু চাহনা লৈ অমস্তুং পেল্লী। কনাগুম্বা মী অমগী মপানা, মানা ভৌখিবা অকবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না দেব ( লাই ) ওইহনা লৈরবদি মচা ওইবা মী অহনা পীখিবা পোৎ অহু মপাহুনা অমৃত ওইনা ফংই ; দৈত্যগী ( হিংচাবগী ) মপোক ফংহনা লৈরবদি মহাক্না মহাকী মতীক চাবা ভোগ ওইনা পোৎশিংহুবু ফংই, শা ওইহনা লৈরবদি মহু নাপী-পীংনা ওইনা ফংই, লিল ওইহনা লৈরবদি শ্রাদ্ধদা পীখিবা পোৎশিং অহুবু মুংশিং ওইনা ফংই, যক্ষ ওইহনা লৈরবদি যু-নচিংবা থক্নবা পোৎ ওইনা ফংই, লাগুজা ওইহনা লৈরবদি শাহুম ওইনা ফংই, দানব ওইহনা লৈরবদি মায়া ওইনা ফংই, ভূত-প্রেত ওইহনা লৈরবদি ঈ-নচিংঙ্গা থকপা য়াবা পোৎ ওইনা

ফংই অদুগা মী ওইনা পোক্তুনা লৈরবদি চাক-ঈশিংনচিংবা মখল মখা অয়াম্বা চান-থরবা পোৎ ওইনা মহাক্না ফংই।"

হায়রিবা ব্রাশিং অসি অমুক পদ্মপুরাণ সৃষ্টিখণ্ড অধ্যায় তরা শুবদস্ লাকই। মসি পুম্নমক অসি শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না মফম অসিদা ইগ্রে। অদুবু হৌজিক্কী মতমদা শাস্ত্রনা তাকপা ব্রাশিংবু থাজদবা অমসুং মখোয়না তৌনীংবা থবক্তা তৌদ্রনা অদুগা হায়নীংবা ব্রাদা হায়দুনা লৈবা মী কয়ামরুমদি অসুম্না হায়রি—শিগ্রবা মীশিংগীদমক শ্রাদ্ধ তৌরগা করি কান্নগনি? হিংদুনা লৈরিঙৈগী মতমদা অহল-লম্মন ওইবা মীশিংগী সেবা তৌরিবদু মখোয়গী শ্রাদ্ধনি। শিগ্রবা মতুংদা মখোয়গীদমক পিণ্ডদান তৌবা অমসুং ব্রাহ্মণনচিংববু চাক পীজবা অসিনচিংবা অসিদি অরেম্বনি। মরমদি এখোয়না পীরিবা অমসুং চাহল্লিবা পোৎশিং অদুবু শিগ্রবা পিতরশিংনা ফংই হায়বা অসিদা বৈজ্ঞানিক প্রমাণ অমত্তা লৈতে।

মতৌ অসুম্না হৌজিক্কী মীনা হায়রিবা ব্রাশিং অসিগী যুক্তি-যুক্ত পাউখুম পীনবা হোৎনসি। ঈহান হানবদা চৎনরিবা লোকব্যবহারগী মতুং ইন্না বিচার তৌসি। হিংদুনা লৈরিবা ঈমা-ঈপা অমসুং অহল-লম্মনশিংগী সেবা অসিদি মচা-মশু ওইবা মী পুম্নমক্না শোয়দনা তৌগদবনি, ঙম্বমখৈ মখোয়গী সেবা তৌদুনা লৈৎসি, মচা মশু ওইবা মীশিংগী তৌফম থোকপা থবক্নি। অদুগা মচা-মশু ওইদুনা লৈরিবা মীশিং অদুনা অহল ওইরবা মম্মা মপানচিংবা লাই-গুরুশিংবু লায়থোক্তুনা সেবানচিংবা করিমত্তা

তৌদনা মখোয়বু অল্লাবদা ওইহল্লবদি শিরবা মতুংদা মখোয়গীদমক শ্রদ্ধাগা লোযননা শ্রাদ্ধনচিংবা তৌগনি হায়না থনবা অসিদি অরেম্বনি। হিংলিবৈগী মতমদা মমা মপা ওইবা অহল-লম্মনগী মযমদা শ্রদ্ধা তৌহনা সেবা তৌবিবা মীশিং অহুদি মখোয়না শিগ্রবা মতুংদসু মখোযগী স্মৃতিগীদমক মখোয়গী মিংদা মশল মশ' অয়াম্বা অফবা থবক তৌদুনা লৈ। অঙম্বা মীনা মখোযগী মিংদা ধর্ম্মশালা শাই, স্কুল কলেজনচিংবা লিংখৎলী। অদুগা মমা-মপানচিংবগী মযমদা শ্রদ্ধা ভক্তি লৈরবসু লায়রবা ঙমজদবা মীদি মতৌ অসুম্মা তৌবা ঙমদে। মরম অসিনা লায়রবা ঈনাকখুনবা থায়দনা মী পূম্মমক চহী অমদা অমুক্তং শিগ্রবা অহল-লম্মনশিংবু নীংশিংহনগে হায়বগীদমক ঋষিশিংনা শ্রাদ্ধ তর্পণ তৌ হায়না তাক্রিবনি। থম্মন্দুনা য়েংলবদি শিগ্রবা ঈমা-ঈপা ওইবা অহল-লম্মনশিংনা হিংদুনা লৈবিবৈ মতমদা ঐখোযগীদমক অরা-অনা কযামুক খাঙদুনা লৈবম্মি হাযবা অসি মী খুদিংমক্কা নীংথিনা খঙবা ঙমগনি। মখোয়না ঐখোয়গীদমক তৌরমদবা কবম্মা লৈবগে? ঐখোয়বু পিশক পীগ্নিবৈদগী চাউননবা হোৎনদুনা অমস্তুং মখোয়না চাগদবা পোৎপু পীজদুনা যোক্লগা লাইরিক-লাইশু তমহল্লগা মী ওইননবা হোৎনৈ। মখোয়গী থোজালদগী ঐখোয় হৌজিক মী ওইদুনা লুপা-শংবা থবা তান্নবা অমসুং সমাজগী মনুংদা ফম্মবা মতীক চাবা মী ওইরিবনি। ফীবম অসিদা হৌজিক মখোয়না ঐখোয়বু থাদোক্কূনা চৎখ্রে হায়দুনা ঐখোয়না মখোয়বু কাউথোক্লগদ্রা? মসুম্মা তৌরবদি ঐখোয় মখোয়গী মফমদা কয়াদা তৌবিমল

খঙদবা ওইগনি? মখোয়গী মফমদা তৌবিমল খঙনা লৈবগী মহুত্তা তৌবিমল খঙদনা লৈবা পাম্বা মী যাওরমগদ্রা? মসিগুম্বা মী য়াওবা থোক্লবদি মহাক মিংদা মীনি হায়বদনি, অশেংবমক্তি শানি, শাদগীস্থ তোনবনি হাযবদা করিগন্তা চিংনফম লৈতে। দেশগী সেবা তৌবদা মশাগী নুংঙাইবা পূম্নমক থাদোক্লনা লৈরম্বা নেত্তাশিংগীদমক হৌজিকী মতমদা চহী খুদিংগী লুপা লাথ লাখ চাদিং তৌবগা জয়ন্তী মহোৎসব তৌহনা দেশনা লৈবি। মসিগী মরম সূপ্পা দেশগী সেব' তৌহনা লৈবম্বা নেত্তাশিং অত্নগী মফমদা দেশনা তৌবিমল উৎপনি। মত্তৌ অম্নম্না ঐখোয়না ঐখোযগী ঈমুংদা ঐখোযবু মতম পূম্নমক্কা ঙাক-শেংদুনা লৈবীবম্বা ঈমা-ঈপা অহল-লম্মনশিং অত্নগীদমক চহী খুদিংগী নোংমা শ্রাদ্ধ তর্পণ তৌরগা ব্রাহ্মণনচিংবা মী খরবু চাক-ঈশিং পীজত্নুনা মখোবনা ঐখোযগী ঈফমদা তৌবীখিবা অহুগী তৌবিমল উত্তূনা মখোববু নীংশিংবা অসিদা করি কাযবা লৈ? অত্নক য়ামদি ঐখোয়না মখোযগী মফমদা তৌবিমল খঙদনা লৈবসি চুমদে। মসিদা নত্তনা ঐখোযনা মতম পূম্নমক্তা মসিবুস্থ শোযদনা নীংশিংদুনা লৈগদবনি—মত্নদি ঐখোয়না হৌখিবা অহল-লম্মনশিংবু উশিং-থৌওইদনা লাযনা লৈবগুম্না ঐখোযনা পোকপা ঈচা ইশূশিংনস্থ মত্নংদা শোয়দনা ঐখোযবু উশিং-থৌওইদনা লাযনা তৌগনি; মরমদি মমা-মপা ওইবশিংগী লমচং অমম্নুং সংস্কারনচিংবা পূম্নমক মচা-মশূ ওইবশিংদা লাকপা শোয়দবনি। ফীবম অসিদা মখোয়না ঐখোয়বু হিংলিঙৈগী মতমদস্থ থৌওই-ব্রাওইদনা লৈরবদি মখোয়গী

মফমদা ঐখোয়না শুংঙাইতবা চুমদে, মরমদি ঐখোয়না মখোয়বু অদুগুম্বা লমচৎ চৎলু হায়না ভখিহুনা থম্মি; মদুদা ঐখোয়না করম তৌনা নুংঙাইতনা লৈগনি ?

মসিদি ব্যবহারবু য়েংহুনস্থু শ্রাদ্ধ তৌবা চুম্মি হায়বনি। হৌজিক শাস্ত্রবু য়েংহুনা শ্রাদ্ধ তৌবা চুম্মি হায়বা অসিগী মরমদস্থু থরদং বিচার তৌসি। হৌজিক্কী মতম অসি বিজ্ঞানগী য়ুগনি। বৈদ্যুতিক সিদ্ধান্তগী ( Theory of Electrone গী ) মতুং ইন্না বিদ্যুৎকী ( নোংথাংগী ) কম্পনদগী ( নীক্তুনা ঈথক হৌবদগী ), মদুনা মরম ওইহুনা মফম অমদগী অতোপ্পা অথাপ্পদা লৈবা মফম অমা ফাওবা য়োৎলিনচিংবা য়াওদনা য়াম্না লায়না ঈ পাউ ঁ বা ৬মুরি ; রেডিও তরঙ্গ ঈথক ) মফম অমদগী অথাপ্পা মফম অমদা য়াম্না লায়না চৎলী। মতৌ অদুগুম্না ঐখোয়গী মনদা (পূর্ব্বোংদা) লৈরিবা বিদ্যুৎকী তরঙ্গ অসিস্থু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পিতরশিংবু নীংশিংবা মতমদা মখোয়গী মনাক্তা য়ৌই অমস্থুং মখোয়গা লোয়ননা ঐখোয়গী মন অসি শমনৈ। মদুদগী পিতরশিংনা ঐখোয়গী মনগী ভাবনা ( অনীংবা ) খঙই, অদুগা ঐখোয়না মখোয়গীদমক কচ্চরিবা পোৎ অমস্থুং ব্রাহ্মণনচিংববু চাকল্লিবা অচাপোৎ পুম্নমক অদুদগী নুংঙাইবা ফংহুনা মখোয় পেল্লি। শ্রাদ্ধ-ভর্পনচিংবদা মখোয়গী নাম ( মিং ) গোত্রনচিংবা হায়তুনা পিণ্ডনচিংবা পোৎ কৎপা মরমদগী নাম গোত্রনচিংবগী মতুং ইন্না কৎলিবা পোৎশিং অদুবু বিশ্বেদেব, অগ্নিষাত্তানচিংবা লাইশিংনা

মখোয়গী মনাক্তা য়ৌহল্লি। মৈ অসিসু পিতরশিংগী মনাক্ত পোৎ য়ৌহনবা লাই অমনি।

"অগ্নির্হি দেবানাং মুখম" (শতপথ ব্রাহ্মণ ৩। ৭)

মৈসি দেবতাশিংগী চাননবা চীননি।

"যস্যৈ দেবতায়ৈ হবির্গৃহীতংস্যাৎ, তাং মনসা ধ্যায়েৎ"

(ঐতরেয় ব্রাহ্মণ ৩। ৮। ১)

"কনাগুম্বা দেবতা অমগীদমক মৈদা হবিঃ (হোম তৌনবা পোৎ) পীগে হায়না মন্ত্র লৌখৎলবদা দেবতা অদুবু মনদা ধ্যান তৌদুনা নীংগদবনি।"

মফম অসিদা ধ্যান তৌদুনা নীংউ হায়রিবসি মনগা লোয়ননা দেবতা অদুগা মরী থম্নবা তাক্লিবনি।

"ন ঋতে ত্বামমৃতা মাদয়ন্তে" (ঋগ্‌বেদ ৭।১১।১)

হে অগ্নি! নহাক নত্তনদি দেবতাশিং অসিনা পেন্দে।

"আ অগ্নে। বহ হবিরদ্যাপ দেবান্" (ঋগ্‌ ৭।১১।৫)

হে অগ্নি। ঙসি ঐখোয়না পীরিবা হবিঃ অসিবু দেবতাশিংগী মনাক্তা পুদুনা চৎলু।

যে নিখাতা যে পরোপ্তা যে দগ্ধা যে চোদ্ধিতাঃ।
সর্ব্বাংস্তানগ্ন আবহ পিতৄন্ হবিষে অত্তবে।

(অথর্ব্ব বেদ ১৮। ২। ২৪)

"ঐখোয়গী শিগ্রবা অহল-লম্মনশিং অদুগী হকচাং লৈবাক মক্সুংদা ফুমদুনা থমগ্রবা, ঈশিংদা থাদগ্রবা, মৈদা চাকইনগ্রবা অমসুং উমংদা হুন্দোকগ্রবা অদুগুম্বা পিতরশিংবু; হে অগ্নি!

ঐখোয়না ভৌরিবা শ্রাদ্ধ অসিগী পিণ্ডনচিংবা হবিঃ চাননবা নহাক্না পুদুনা লাকলো।"

মরম অসিনা পিতরশিং অদু করিগুম্বা হকচাং অমা লৌদুনা লৈগ্রবস্তু মখোয়গী মনাক্তা ঐখোয়না কৎলিবা পোৎশিং অসিবু মৈনচিংবা দেবতাশিংনা শোয়দনা মখোয়গী মতীক চাবা পোৎ ওইনা পী। মসিগী খুদমদি—ভারতা লৈবা কনাগুম্বা মী অমগী মচা অমা রূসতা লাইরিক-লাইশু তমদুনা লৈ। মী অদুনা মচাগী মফমদা মাগী মমিং অমসুং লৈকমনচিংবা নীংথিনা ইদুনা ভারতগী লুপা থায়। অদুবু মাগী মচা অদুনা থাগ্রিবা লুপাশিং অদুবু লুপা ওইনা ফংদে। মরমদি রূসতা লুপাসি চৎনদে, মফম অদুদা লুপা করিস্তু কান্নদে। মরম অসিদগী মচা অদুনা লুপা অদুগী মহুত্তা মদুগা মমল চপ মান্নবা রূসতা চৎনবা রুবেলগী শেল ওইনা ফংই। মচা অদুনা অমেরিকাদা লৈরবদি লুপা অদুগী মহুত্তা ডালর অমসুং সেণ্টকী শেল ওইনা ফংই; অদুগা লণ্ডনদা লৈবা থোক্লবদি লুপা অদুগী মহুত্তা পাউণ্ড পেনিগী শেল ওইনা ফংই। মী অদুনা মচাগী মফমদা ভারতগী থাখিবদি লুপাগী শেলনি, অদুবু মচানা লৈরিবা দেশ অদুগী চৎনবা মতুং ইন্না লুপাগী মহুত্তা দেশ অদুগী শেল ওইনা ফংই। মতৌ অদুগুম্না শ্রাদ্ধ অসিদসু নাম গোত্রনচিংবা পুন্নমক হায়দুনা পিতরশিংগীদমক ঐখোয়না পীরিবা অমসুং কৎলিবা পোৎশিং অসি পিতরশিংনা মদুমক ওইনা ফংদে, মখোয়না লৈরিবা জীবন অদুগী মতুং ইন্না পোৎশিং অদুগী মহুত্তা অদুগা চপ মান্নবা মতীক চাবা অতোপ্পা

পোৎ মখোয়না ফংই। অদুগা মদু ফংবদগী মখোয়না য়াম্না পেল্লি।

ঐখোয়না পীরিবা পোৎশিং অদু মখোয়না শোয়দনা ফংই হায়বা অসিগী মরমদা বায়ুপুরাণদসু অসুম্না ইরি—

**যথা গোষ্ঠে প্রণষ্টাংবৈ বৎসোবিন্দেত মাতরম্।**
**তথা তং নয়তে মন্ত্রো জন্তুর্যত্রাবতিষ্ঠতে ॥**
**নাম গোত্রঞ্চ মন্ত্রশ্চ দত্তমন্নং নয়ন্তিতম্।**
**অপি যোনিশতংপ্রাপ্তাংস্তৃপ্তিস্তাননুগচ্ছতি ॥**

( বায়ুপুঃ উপোদ্ঘাত পাদ ৮৩। ১১৯, ১২০ )

"শল মচানা লৌবুক্তা, মাঙহুনা লৈরবী মাগী মমাবু থিহুনা ফংবগুম শ্রাদ্ধগী মতমদা হায়রিবা মন্ত্র, নাম অমসুং গোত্র অহুনা মরম ওইহুনা নীংথিনা পীখিবা অমসুং কৎখিবা পোৎ পূম্নমক অদু শিথ্রবা মীশিং অহুনা লৈবা মফম যৌই। মহুদগী মপোক চামা পোক্নুনা লৈথ্রবসু মখোয়না পেল্লী।"

মতৌ অসুম্না ঐখোয়না শ্রাদ্ধদা পীবা পোৎশিংবু পিতরশিংনা ফংই হায়বা অসিদা'কৱিমত্তা চিংনরোইদবনি। বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংনদি য়াম্না থাজনা হন্না কন্না 'মসিবু তাক্লি—

**স্বধা পিতৃভ্যঃ পৃথিবীষদ্ভ্যঃ।**
**স্বধা পিতৃভ্যোঽন্তরিক্ষষদ্ভ্যঃ।**
**স্বধা পিতৃভ্যো দিবিষদ্ভ্যঃ ॥** (অথর্ব্ববেদ ১৮।৪।৭৮)

"পৃথিবীদা পোক্নুনা লৈরিবা পিতরশিংনা স্বধা হায়হুনা শ্রাদ্ধদা পীরিবা পোৎশিং ফংহুনা পেল্লি, অন্তরিক্ষদা ভূতপ্রেতনচিংবা ওইহুনা লৈরিবা পিতরশিং স্বধা হায়হুনা শ্রাদ্ধদা পীরিবা পোৎশিং

কংহুনা পেল্লি, হ্যলোক্তা দেবতা ওইহুনা লৈরিবা পিতরশিং স্বধা হায়রহুনা শ্রাদ্ধদা পীরিবা পোংশিং ফংহুনা পেল্লি।”

**পিতৃলোকগতশ্চান্নং শ্রাদ্ধে ভুংক্তে স্বধাময়ম্।**
**দেবত্বে যাতনাস্থানে তির্য্যগ্যোনৌ তথৈব চ।**
**মানুষ্যে চ তথাঽপ্নোতি শ্রাদ্ধং দত্তং স্ববান্ধবৈঃ॥**

( বিষ্ণুস্মৃতি ২০।৩৪, ৩৫ ,

“পিতৃলোক্তা চৎপ্রবা পিতরনা শ্রাদ্ধদা পীরিবা স্বধাগী মশক ওইবা চিঞ্জাকপু চায়। দেবভাব যংপ্রবা, অরাবা পীনবা মফম নরকতা তাপ্রবা, অপীকপা তীল-কাংগী *কচাং লৌহুনা লৈপ্রবা অমসুং মী ওইহুনা পোকপ্রবা পিতরনা মাগী শাগৈ নাতৈনা পীবা শ্রাদ্ধবু ফংই।”

লাংবন থাদা লাকপা পিতৃপক্ষগী মবমদস্থ অস্থম্না ইরি—

**কন্যাংগতে সবিতরি দিনানি দশ পঞ্চ চ।**
**পূর্ব্বৈর্বেহ বিধিনা শ্রাদ্ধং তত্র বিধিয়তে॥**
**যান্ যান্ কামানভিধ্যায়ন্ কন্যারাশিগতেরবৌ।**
**শ্রাদ্ধং কুর্ব্বন্তি মনুজাঃ তান্ তান্ কামাল্লভন্তি তে।**
**পিণ্ডমিচ্ছন্তি পিতরঃ কন্যারাশিগতে রবৌ।**
**কন্যাং গতে সবিতরি যান্যহানি তু ষোড়শঃ॥**
**ক্রতুভিস্তানি তুল্যানি দেবো নারায়ণোঽব্রবীৎ।**
**রাজসূয়াশ্বমেধাভ্যাং য ইচ্ছেদ্দুর্লভং ফলম্॥**
**অপ্যম্বুশাকমূলাদ্যৈঃ পিতৄন্ কন্যাগতেঽর্চ্চয়েৎ॥**

( ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ অঃ ২২০।১৪, ৪৪, ৪৬, ৪৭, ৪৮ )

"কন্যা রাশিদা নুমিৎনা য়ৌখ্রবা ( চঙখ্রবা ) মতম ( লাংবন থা শিথরকপা ) নুমিৎ তরামঙানি অহুদা শ্রাদ্ধদা তাকইবা নিয়ম (বিধি) গী মতুং ইন্না পিতরশিংগীদমক শ্রাদ্ধ শোয়দনা তৌগদবনি। মীশিং অহুনা মবুক্না পাম্বা ফল নীংহুনা কন্যা রাশিদা নুমিৎনা লাক্লবদা শ্রাদ্ধ তৌরবদি মখোয়না পাম্বা ফলশিং অহু শোয়দনা ফংই। নুমিৎনা কন্যা রাশিদা লাক্লবদা পিতরশিংনা পিণ্ডদান ফংবা পাম্মি। মরম অসিনা কন্যা রাশিদা নুমিৎনা লাক্লবদা থাশিগী নুমিৎ ১৬ অদু ( করিগুম্বা মতমদা তিথি হেনগত্লুনা থাখায় অমদা নুমিৎ ১৬ শুই ) যজ্ঞশিংগা চপ মান্নে হায়না ভগবান নারায়ণনা তাক্লম্মি, মরমদি থাখায় অসিদা শ্রাদ্ধ তৌহুনা লৈরিবা মী অহুনা রাজসূয় যজ্ঞ অমসুং অশ্বমেধ যজ্ঞদা ওইবা ফল অদু ফংই। মরম অসিদগী কন্যা রাশিদা নুমিৎনা চৎখ্রবদা থাশিগী থাখায় অহুদা য়াম্না তৌবা চমদ্রবসু ইনশাং-নাপী, উহৈ-রাহৈদনা ওই-রবসু পিতরশিংগী শ্রাদ্ধ তৌহুনা পুজা তৌগদবনি।"

লাংবন থাগী থাশিথরকপা থাখায় অসিদা শ্রাদ্ধ তৌনবা অসিগী মরমদসু অস্নুম্না তাক্লি—

হস্তর্ক'গে দিনকরে পিতৃরাজানুশাসনাৎ।
তাবৎ পিতৃপুরী শূন্যা যাবদ্ বৃশ্চিকদর্শনম্॥
বৃশ্চিকে সমতিক্রান্তে পিতরো দৈবতৈঃ সহ।
নিঃশ্বস্য প্রতিগচ্ছন্তি শাপং দত্ত্বা সুদুঃসহম্॥

পার্ব্বণেন বিধানেন শ্রাদ্ধং কার্য্যং তথা দ্বিজৈঃ।
প্রতিসম্বৎসরং কার্য্যং মাতাপিত্রোর্ম্মৃতেঽহনি ॥
(ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ ২২০। ৪৯, ৫৩, ৫৮)

"হস্ত কৌবা নক্ষত্রদা (থৱানমিচাক্তা) সূর্য্যনা (সুমিৎনা) লাক্লবা মতমদা পিতৃলোক্কী শাসক দেবগী আজ্ঞাদগী পিতরশিং বৃশ্চিক রাশিদা নুমিৎ উদ্রিবা (লাক্তিব্রা) ফাওবা পিতৃপুরীবু থাদোক্লুনা চৎথোকই। বৃশ্চিক রাশিদা নুমিৎ চঙলক্লবা মতমদা দেবতাশিংগা লোয়ননা পিতরশিংনা (মখোযগীদমক শ্রাদ্ধ তৌদবা শাগৈ-নাতৈশিংগী মফমদা) য়াম্না কনবা শাপ পীরগা মুংশাম্বর কূইনা হোন্দুনা পিতৃলোক্তা হন্দুনা চৎলি। মরম অসিনা দ্বিজাতিদা পোকপা মীশিংনা লাংবল থাগী শিথরকপা থাখায় অসিদা পার্ব্বণ শ্রাদ্ধগী বিধিগী মতুং ইন্না শ্রাদ্ধ তৌগদবনি, অদুগা মমা-মপা শিগ্রবদি মখোয়গী শিখিবা নুমিৎ অদুদা চহী খুদিংগী শ্রাদ্ধ তৌবা হৌনৈ।"

পিতৃলোক্তগী লাকইবা পিতরশিংনা করি খন্দূনা লাকপগে হায়বা অসিগী মরমদসু অস্মুন্না তাক্লি—

অপিধন্যঃ কুলে জায়াদস্মাকং মতিমান্নরঃ।
অকুর্ব্বন্বিত্তশাঠ্যং যঃ পিণ্ডান্নং নির্বপিষ্যতি ॥
অন্নেন বা যথাশক্ত্যা কালেঽস্মিন্ ভক্তিনম্রধীঃ।
ভোজয়িষ্যতি বিপ্রাগ্র্যাস্তন্মাত্রবিভবো নরঃ ॥

তিলৈঃ সপ্তাষ্টভির্বাপি সমবেতং জলাঞ্জলিম্।
ভক্তি নম্রঃ সমুদ্দিশ্য ভুবস্মাকংপ্রদাস্যতি ॥
( বিষ্ণুপুরাণ অংশ ৩। ১৪। ২২, ২৪, ২৭ )

"শেল-থুম য়াম্না লৈহনা ইনাক খুনবগী মাপল তৌদনা ঐখোয়গীদমক পিণ্ড ওইবা চিঞ্জাক পীগদৌবা, ধন্য ওইবা অমসুং জ্ঞান ভাবা মী ঐখোয়গী শাগৈদা পোক্লিগদরা? নত্রগা লায়ররহনা চাক্কা পীজবা শুম্বা, ভক্তিগা লোয়ননা নোল্লুকপা, অমসুং মানা শুমজবা চাক-ঈনশাং থরা মতম অসিদা অফবা ব্রাহ্মণ থরবু ঐখোয়গী ( পিতরশিংগী ) দমক পীজগদৌবা মী ঐখোয়গী শাগৈদা পোক্লিগদরা? নত্রগা থোয়দিং তরেৎ-নিপালগা লোয়ননা ঈশিং খুজোক অমত্তং ঐখোয়গীনি হায়দুনা ভক্তি অমসুং নোল্লুকপগা লোয়ননা লৈবাক্তা থাদহনা পীবা মী ঐখোয়গী শাগৈদা য়াওরিগদ্রা?"

মতৌ অসুম্না খন্দুনা লাকইবা পিতরশিং অহনা মখোয়না নীংলিবা অহু থুংদ্রবদি শাগৈ-নাতৈ মচা-মশূশিংবু শাপ তৌরম্লগা চৎখি হায়বা অসি পদ্মপুরাণদসু অসুম্না তাক্লি—

অথা বৃশ্চিকমায়াতি নৈরাশ্যং পিতরো গতাঃ।
পুনঃ স্বভবনং যান্তি শাপং দত্বা সুদারুণম্ ॥
পিতৃশাপেন পুত্রস্ত নষ্টং সর্ব্বমিতি স্মৃতম্।
ধনং পুত্রাঃ যশঃ কাম্যমভীষ্টমায়ুরেব চ ॥
পিতৃযজ্ঞাৎ পরো যস্মাদ্ধর্ম্মো নাস্তি কথঞ্চন।
তস্মাৎ সর্ব্বপ্রযত্নেন শক্ত্যা কুর্য্যাদমৎসরঃ ॥
( পদ্মপুরাণ সৃষ্টি খণ্ড ৫২। ২২৮, ২২৯, ৩২২ )

"বৃশ্চিক রাশিদা সুমিৎ লাক্লবদা হিয়াংগৈ থাগী থাশি য়োরমদাইদা পিতরশিং অদুনা মখোয়না নীংদুনা লাকপা অদু থুংদ্রহনা ( মচা-মশূ, শাগৈ-নাতৈশিংবু ) য়াম্না কনবা শাপ তৌ-রম্লগা অমুক হন্না মখোয়গী ময়ুমদা ( পিতৃলোক্তা ) চৎখি। মতৌ অসুম্না পিতরগী শাপতগী মচা-মশূশিং অদুগী শেল-থুম, মচাশিং, মিংচৎ, অপাম্বা পোৎ অমসুং পুন্সিনচিংবা পুম্নমক মাঙই। মচা-মশূ ওইবা মীশিংগীদমক্তি পিতৃযজ্ঞদগী হেন্দোকপা অফবা ধর্ম্ম ( কর্ম্ম ) অমত্তা লৈতে। মরম অসিনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনদুনা ঙমজবগী মতুং ইন্না পূর্ণীংদা অচাকপা ( নুংঙাইতবা-চিংনবা ) লৈতনা পিতৃযজ্ঞ ( শ্রাদ্ধ ) অসিবু শোয়দনা তৌগদবনি।"

পিতৃপক্ষদা চাক-ঈশিং পাজ-পীথক্তে হায়দুনা নিমন্ত্রণ তৌরগা কৌরিবা ব্রাহ্মণনচিংবা পূম্নমক অদুগী মতুং ইন্দুনা পিতরশিংসু লাকই হায়বা অসি মনুনা অসুম্না তাক্লি—

**নিমন্ত্রিতান্ হি পিতর উপতিষ্ঠন্তি তান্ দ্বিজান্।**
**বায়ুবচ্চানুগচ্ছন্তি তথাসীনানুপাসতে॥**

( মনু ৩। ১৮৯ )

"নিমন্ত্রণ তৌদুনা লাকইবা ব্রাহ্মণনচিংবা পুম্নমক অদুগী মনাক্তা পিতরশিংসু লাক্লুনা লৈ, নুংশিৎকুম ঊদনা মখোয়গী মতুং ইল্লি অদুগা মখোয়না ফম্লবদি পিতরশিংসু মখোয়গী মনাক্তা ফম্মি।"

মরম অসিনা মতম অদুদা লাকইবা মীশিং অদুবু য়াম্না সন্মানগা লোয়ননা ফমহনগদবনি অদুগা মখোয়বু চাক পীজবা মতমদা পীজরিবা মীনা অসুম্না পূর্ণীংদা নীংগদবনি—

**পিতা পিতামহশ্চৈব তথৈব প্রপিতামহঃ।**
**মম তৃপ্তিং প্রযান্ত্বদ্য বিপ্রদেহেষু সংস্থিতাঃ ॥**

( বিষ্ণু পুঃ অংশ ৩। ১৫। ৩২ )

"চাক চাদূনা লৈরিবা ব্রাহ্মণশিংগী হকচাংদা চণ্ডহুনা লৈরিবা ঐগী ঈপা, ঈপুবোক, ঈবুধৌনচিংবনা ওসি পেনবিবা ওইসনু।"

পিতৃপক্ষগী শ্রাদ্ধদা চাবিয়ু হায়না নিমন্ত্রণ ( বার্তোন ) ফংবা মী অমস্তুং নিমন্ত্রণ তৌবা ( থৌবু ) মী অনী অসি নিমন্ত্রণগী নুমিৎ অমস্তুং মতুংগী শ্রাদ্ধ নুমিৎ অনী অসিদা নুপী নহাগা লোয়ননা ফমদিন্নরোইদবনি, মহুন্না তৌরবদি মখোয অনীমক্কী পিতরশিং বীর্য্যগী কুণ্ডদা তাই হায়না তাক্লি—

**শ্রাদ্ধেনিযুক্তো ভুক্ত্বা বা ভোজয়িত্বা নিযুজ্য চ।**
**ব্যবায়ী রেতসো গর্ত্তে মজ্জয়ত্যাত্মনঃ পিতৃন্ ॥**

( বিষ্ণু পুঃ অংশ ৩। ১৫। ১১ )

"শ্রাদ্ধদা নিমন্ত্রণ ফংলিবা মী অদুনা নিমন্ত্রণ ফংবা নুমিৎ অদুগী অহিংদা অদুগা শ্রাদ্ধ চাবা লাকপা নুমিৎ অদুগী অহিংদা নুপীগা ফমদিন্নরবদি, মতৌ অমুন্না নিমন্ত্রণ পীরিবা (থৌবু) মী অদুনা নিমন্ত্রণ পীবা নুমিৎ অদুগী অহিংদা অদুগা শ্রাদ্ধ নুমিৎ অদুগী অহিংদা নুপীগা ফমদিন্নরবদি মখোয় অনীমক্কা মখোয়গী পিতরশিংবু বীর্য্য অমস্তুং রজঃ গী কুণ্ডদা তাহল্লি।"

মরম অসিনা মসি মতম পুম্নমক্তা নীংশিংহুনা থমগদবনি, অদুগা থা শিথরকপা নুমিৎ ১৫ নি পিতরশিংগী নুংথিলনি অমস্তুং

শ্রাদ্ধগী চাক-ঈশিং পীজ-পীথকপস্থ নুমিৎ যুংবা মতুং পুং অমা তাবা ফাওবগী মনুংদা পীজগদবনি হায়বা অসিস্থ কাউরোইদবনি।

লাংবন, মেরা থা অনী অসি নোংজুথা লোইরবা মতুংদা লাকপা মরম্বা, মতম অসিদা আকাশ য়াম্না শেংনা লৈ, উফুল-রাইফুল অমত্তা আকাশতা লৈতে। মরম অসিনা মতম অসিদা ঐখোয়গী মনগী বিদ্যুৎকী ঈচেল অসি য়াম্না লায়না চত্তুনা পিতরশিংগী মনগা লোয়ননা তিন্নবা ঙম্মি। মরম অসিদগীস্থ লাংবনগী থাশি থাথায অসিবু পিতৃপক্ষ ওইনা লৌহনা মতম অসিদা পিতরশিংগী পূজা তৌ হায়না শাপ্পনা তাকপনি।

**একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ**— কনাগুম্বা মী অমগী শিবা নুমিত্তগী হৌহনা মাগী সোরাং ( শ্রাদ্ধ ) শোনবা নুমিৎ ফাওবা নঙ্গগা চহী অমা ফাওবা তৌরিবা শ্রাদ্ধবু একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ কৌই। মসি কবি মরমগীদমক তৌরিবনো হায়বা খঙনবগীদমক হৌজিক ঐখোযনা হোৎনসি। ঐখোয়গী হকচাং অসি কারণশরীর (মক ওইবা হকচাং) সূক্ষ্মশরীর ( অকূপ্পা হকচাং ) অমস্থং স্থূলশরীর (অপোবা হকচাং ) খেন্ননা অহুম খোক্না থাবরি। সংসার পুম্নমক্কী প্রকৃতি (Material Cause ) ওইদুনা লৈবী মায়াগী শক্তক অজ্ঞান, কারণ-শরীরনি; অজ্ঞান লৈবিবা মতম অদুক্কী মথৈ জীবনা পোকপা-শিবা নাইনা লৈবা শোয়দবনি; মরম অসিনা মসিবু কারণশরীর কৌরিবনি। মত্বদগী সূক্ষ্মশরীর অসি পোক্লকই; অদুগা সূক্ষ্ম-শরীর অসিদি প্রাণ-অপান্নচিংবা থরায় মঙা, মীৎ-নাকোংনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা খোঙ-খুৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, মন অমস্থং বুদ্ধি

ভত্ত্ব তরাতরেৎ অসি তিল্লগা ওই। অদুগা স্থূলশরীরদি ঈমা-ঈপাগী রজ অমস্তুং বীর্য্য তিন্নহুনা শাবা, চারীবা চিঞ্জাক্লা চাউ-খৎলকপা অমস্তুং শেংনা উবিবা হকচাং অসিনি। জীবনা মানা তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না সূক্ষ্মশরীবৰু পুহুনা চৎলগা মপোক অমদগী মপোক অমা লৌহুনা স্থূলশরীর অসিবু ফংহুনা লৈ; মপোক ফংহুনা লৈবা অসি কারণশরীর অজ্ঞান মাঙখিদ্রিবা ফাওবা চত্তুনা লৈ। প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না মীওইবগী মপোক ফংলগা প্রারব্ধকর্ম্ম অত্ত লোইরবা মতুংদা মীওইবগী হকচাং অসিবু থাদোক্লুনা সূক্ষ্মশরীরগা লোয়নননা জীবনা চৎখিবা অসিবু ঐখোয়না মীগী শিবা হায়না কৌই। শিরবা মতুংদা অপোবা হকচাং (স্থূলশরীর) অমা ফংদ্রিবা ফাওবা জীবনা করিগুম্বা সাংসারিক অরা-নুংঙাই অমত্তা ফংদে, অপোবা হকচাং ফংলবা মতমতদা জীবনা অরা-নুংঙাই ফংই। সূক্ষ্মশরীব পুহুনা অপোবা হকচাং অসি থাদোকপা মতমদা জীবনা মাবু পুহুনা চৎপা গুম্বা আতিবাহিক কৌবা মুংশিংনা শাবা হকচাং অমা ফংই, হকচাং অদু লোরগা জীবসি অতোপ্পা মপোক অমা ফংদ্রিবা ফাওবা কোয়-হুনা লৈ। কোয়হুনা লৈরিবা জীব অদুবু ফত্তবা হকচাং ফংহন্দনবা অমস্তুং মৃতীক চাবা অফবা হকচাং ফংহনগে হায়বগীদমক একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধ তৌনরিবনি। শিরবা মতুংদা হকচাংগী দাহসংস্কার (মোংফমদা পুরগা হকচাংবু মৈদা থাদোকপা) ফাওবদা—(১) শব, (২) পান্থক, (৩) খেচর, (৪) ভূত, অমস্তুং (৫) সাধক কৌবা পিণ্ড মঙা শিগ্রবা মী অদুগীদমক পীযু হায়না শাস্ত্রনা বিধান

তৌই। মসি হকচাংবু শাগৎনবা পৃথিবীনচিংবা ভূত মণ্ডাগী মশক্তি। মদুগী মতুংদা মুমিৎ তরানি, মুমিৎ খুদিংগী পিণ্ড অমমম পীনবা বিধান তৌই। মদুদি (১) অহানবা পিণ্ড—শিরঃ পূরক (কোক শাগৎনবা পিণ্ড), (২) অনীশুবা পিণ্ড—কর্ণাক্ষিনাসিকা পূরক (নাকোং, মীৎ, নাতোন শাগৎনবা পিণ্ড), (৩) অহুমশুবা পিণ্ড—কণ্ঠ-ভুজ-বক্ষ পূরক (ঙকশম পাম্বোম থবাক শাগৎনবা পিণ্ড), (৪) মরিশুবা পিণ্ড—নাভি-লিঙ্গ-গুদা পূরক (খোয়দৌ, মূত্রদ্বার, মলদ্বার শাগৎনবা পিণ্ড), (৫) মঙাশুবা পিণ্ড—জানু-জংঘা-পাদ পূরক (ফৈবোম, খূৎ খোঙ শাগৎনবা পিণ্ড), (৬ তরুকশুবা পিণ্ড—মর্ম পূরক (হকচাংগী অথূপ্পা মফমশিং শাগৎনবা পিণ্ড), (৭) তরেৎশুবা পিণ্ড—নাড়ী পূরক (শিংলীনচিংবা শাগৎনবা পিণ্ড), (৮) নীপালশুবা পিণ্ড—দন্ত পূরক (য়া-নচিংবা শাগৎনবা পিণ্ড), (৯) মাপলশুবা পিণ্ড—বল-বীর্য্য পূরক (পাঙ্গল, বীর্য্যনচিংবা শাগৎনবা পিণ্ড) অমসুং (১০) তরাশুবা পিণ্ড—ক্ষুধা পূরক (অরাম খৌরাং লাক্লবা পিণ্ড), মতৌ অসুম্না পিণ্ড ১০ পীনবা বিধান কৌই। মসিবু দশগাত্র (হকচাংগী কায়াৎ তরা কৌবা) পিণ্ড কৌই। অদুগা মরিনিশুবা নুমিত্তা অস্থিসঞ্চয় তৌবা মতমদা পিণ্ড অমা পীননবা বিধান তৌই। মদু অন্তঃকরণ (মন) গী মশক্তি। মতৌ অসুম্না পুম্নমক পুল্লগা পিণ্ড ১৬ অসি অপৌবা হকচাংগী মহুৎশিন্নবা মশক্তি; মসিবু মলিনা ষোড়শা কৌই। সোরাৎ নুমিত্তা ষোড়শ পিণ্ড শ্রাদ্ধগী বিধান তৌই, মসি সূক্ষ্মশরীরগী মশক্তি, অদুগা মদুগী মতুংদা সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধদা উত্তম ষোড়শ

পিণ্ডগী বিধান তৌই, মসি কারণশরীরগী মশক্নি। মসিদা দশগাত্র-নচিংবা পিণ্ড পীদুনা শ্রাদ্ধ তৌ হায়না বিধান তৌবগী মরমদি শিগ্রবা মী ( জীব ) অদু বায়বীয় শরীর ( হকচাং ) লৌদূনা মতম পূম্নমক্তা ভূত-প্রেত ওইদুনা লৈতবা ওইসনু হায়বগীদমক্নি। মরম অসিনা শ্রাদ্ধ শোনবা মতমদা "প্রেতত্ববিমুক্তিকামঃ" ( প্রেত ওইবদগী নাম্থোকপা পাম্বা ) হায়দুনা মন্ত্র শোল্লি। মদুদগী মহাক ( শিগ্রবা মীগী জীব ) হকচাং মপুং ফানা ফংনবা উপায় ফংবা মরমদগী মানা তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না স্বর্গনচিংবদা চৎলি। মরম অসিনা বেদদসু অস্মুন্না হাযরি—

**যদ্ বো অগ্নিরজহাদেকমঙ্গং পিতৃলোকংগময়ৎ জাতবেদঃ।**
**তদ্বঃ এতৎ পুনরাপ্যায়ামি সাঙ্গাঃস্বর্গে পিতরো মাদয়ধ্বম্॥**

( অথর্ব্ব ১৮।৪।৬৪ )

"হে পিতর। জাতবেদ অগ্নিনা ( পোকপা শিবা নাইবা জীব পূম্নমক্কী পাপ পুণ্যবু খণ্ডবা মৈ কৌবা লাইনা ) নহাকপু পিতৃ-লোক্তা য়ৌহনগে হায়না দেহদাহ তৌবা মতমদা ( মোংফমদা হকচাংবু চাকহনবা মতমদা ) অমমম ওইনা নহাক্কী হকচাংগী কায়াৎ পূম্নমক চাকথোকখ্রে। মরম অসিনা পীরিবা দশগাত্রনচিংবা পিণ্ডশিং অসিনা নহাক্কী হকচাংগী কায়াৎ পূম্নমক অদুবু অমুক হন্না ঐনা মপুং ফাহল্লে। হৌজিক নহাক হকচাংগী কায়াৎ পূম্নমক মপুঙ ফানা স্বর্গদা চৎলগা স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংলুরো।"

**পাত্রানি তে ব্রহ্মণা কল্পয়ামি ॥**

( অথর্ব্ব ১৮।৪।৫২ )

"ব্রহ্ম ওইবা বেদনা তাক্লিবা দশগাত্র পিণ্ডশিং অসিনা মহাক্কী হকচাংগী কায়াৎ পুম্নমকপু ঐনা মপুঙ ফানা শারবা অসিনি।"

**অগ্নিষাত্তা পিতর এহ গচ্ছত সদঃ সদঃসদত্ত সুপ্রণীতয়ঃ।**
**অত্তো হবীংষি প্রযতনি বর্হিষি ॥**

( অথর্ব্ব ১৮।৩।৪৪ )

"শ্রাদ্ধদা কৎলিবা পোৎশিংবু নীংথিনা পুহনা চৎপা ঙস্বা হে অগ্নিষত্তানচিংবা পিতর! মফম অসিদা লাকউ; ঐখোযগী য়ুম খূদিংমক্তা লাকউ, কুশগী মথক্তা হবি:গী মশক ওইনা থম্লিবা পিণ্ডশিং অসিবু নখোয়না চাও।"

মরম অসিনা শিগ্রবা মীশিংগীদমক শ্রাদ্ধ শোনবা অসি লৈহৌরিবা শাগৈ-নাতৈ, মচা-মশূশিংগী অথোইবা ধর্ম্মনি। মসি তৌত্রবদি শিথ্রিবা মীগীসু অফবা গতি ওইবোই, অদুগা লৈহৌবিবা মীশিংসু মখোয়গী শাপতগী শোয়দনা অরাবা ফংহনা লৈগনি।

শিরবা মতুংদা শিরিবা মী অহুগী অন্ত্যেষ্টি সংস্কার তৌরিবা অহসু মাগী অরোইবা ক্রিয়ানি, অরোইবা যজ্ঞনি; মহনা মরম ওইদুনা মহাক পরলোক্তা চৎকদৌরিবনি। মরম অসিনা শুক্ল-যজুর্বেদদা অস্নুম্না হায়রি—

**বায়ুরনিলমমৃতমথেদং ভস্মান্তং শরীরম্ ॥**

**অগ্নে নয় সুপথা রায়ে অস্মান্বিশ্বানি দেব বয়ুনানি বিদ্বান্।**
**যুয়োধ্যস্মজ্জুহুরাণমেনো ভূয়িষ্ঠাং তে নম উক্তিং বিধেম ॥**

( যজুঃ ৪০।১৭, ১৮ )

"শিরমদাই য়োরক্লবা মতমদা মী অদুনা সংকল্প তৌহনা অসুম্না হায়রি—ঐগী থরায় অসি অমৃতগী মশক ওইবা সূত্রাত্মা হিরণ্যগর্ভদা তিনখিবা ওইসনু। অদুগা হকচাং অসি মৈদা হোম ওইনা পীরগা উং ওইপ্রসনু। হে অগ্নে (হে মৈ কৌবা লাই)! ঐগী হকচাং অসিবু নঙোন্দা আহুতি ওইনা পীরবা মতুংদা নহাক্না ঐবু, ঐনা তৌজখিবা কর্ম্মশিংগী মহয়বু ফংনবগীদমক অফবা উত্তরায়ণগী লম্বীদা পুহনা চৎপিয়ু। হে দেব! নহাক্তি ঐনা তৌজখিবা কর্ম্ম অমসুং উপাসনাবু নীংথিনা খঙলিবনি। নহাক্না ঐগী ফত্তবা পাপ পুম্নমকপু লৌথোকপিয়ু। হৌজিক শিরমদাই য়োরক্লবা মতম অসিদা ঐনা নহাক্কী পূজা পাঠনচিংবা তৌজবা ঙমদ্রে; সূপ্না নহাকপু খুরুমজরি।"

মরম অসিদগী শিরিবা মী অহুগী হকচাং মৈদা যজ্ঞ ওইনা পীহনা চাকথোকহল্লি; মহুদগী অগ্নিনা পেন্দুনা জীব অদুবু অফবা লম্বীদা পুদুনা চৎখিনবগীদমক্লি। মসিদা নত্তনা হিংলিঙৈগী মতমদা হকচাং অসিদা পুক্নীং য়াম্না কন্না চঙহনা লৈরম্বা মরমদগী শিরবা মতুংদসু মহু থাদোকপা পামদহনা ফুমদূনা থম্লিবা হকচাং অহুগী মনাক্তা জীব অদু লৈবা পামগনি। মরম অসিদগী মাগী হকচাংদা পুক্নীং খিংজিনবা অদু থাদোক্লবগীদমক হকচাং অদুবু মৈদা থাদোক্লিবনি। মদু নত্তবদি মহাক হকচাং অহুগী মনাক্তা ভূত-প্রেত ওইদুনা লৈবা য়াই। অপীকপা য়া হৌদ্রিবা অঙাংশিংদি মাগী হকচাংদা করিমত্তা পুক্নীং চঙদুনা লৈতে; মরম অসিনা অসিগুম্বা অঙাংশিংনা শিরবদি মথোয়গী হকচাংবু লৈম্লুংদা

কুম্লবিবনি। শিবিবা মী অহুগী জীবাত্মা অহু ভূত-প্রেত ওইহুনা লৈতসনু হায়বগীদমক মাগী শাগৈ-নাতৈ, মচা-মশূনচিংবনা অন্ত্যেষ্টি সংস্কারগী মতমদা মৈদা অস্থুম্না হায়জে—

**যদা শৃতংকৃণবো জাতবেদোঽথেমেনংপ্রহিণুতাৎ পিতৃভ্যঃ।**

( ঋগ্‌বেদ ১০। ১৬। ১ )

"হে জাতবেদ অগ্নি। হকচাং অসিবু নীংথিনা চাকথোক্লবা মতুংদা মাগী আত্মাসিবু নহাক্না পিতরশিংগী মনাক্তা থাবীয়ু।"

**যাস্তে শিবাস্তন্বো জাতবেদস্তাভির্বহেনং সুকৃতামু লোকম্।**

( ঋগ্‌বেদ ১০। ১৬। ৪ )

"হে জাতবেদ অগ্নি। নহাক, নহাক্কী মঙ্গলগী মশক ওইবা মৈরিকশিং অহুনা শিবিবা মী অসিগী আত্মাবু পুণ্য তৌবা মীশিংনা ফংবা লোক অহুদা পুহুনা চৎলু।"

মতাঙ অসিদা মসিস্থ খঙবনা চুম্মি; মহুদি সন্ন্যাসী ওইবা মীশিংগী হকচাং মৈদা থানদে অমসুং মখোয়গী শ্রাদ্ধসু তৌনদে; শাস্ত্রনা অস্থুম্না তৌবসি থিংই। মখোয়গী হকচাংদি ঈশিংদা হুন্দোকনৈ নত্রগা লৈবাক মনুংদা ফুমনৈ; সুপ্পা নুমিৎ তরাহুরুক্নি শুবা নুমিত্তা শিথ্রিবা সন্ন্যাসী অহুগীদমক চাক-ঈশিং পীজ-পীথক তৌই; মসিবু ষোড়শী কৌই। মসিগী মরমদি মী অহুনা সন্ন্যাস লৌবা মতমদা শিখা অমসুং লুগুণ থাদোক্লুনা অহুগা মশামক্তীসু শ্রাদ্ধনচিংবা পুম্নমক তৌহুনা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্ম পুম্নমক থাদোকই। অহুবু সন্ন্যাস লৌবা অমসুং পীবা অসিগী নিয়ম নীংথিনা খঙদবা মরমদগী মী থরনা শিগদোবিবা মী অহুগী অপাম-পামদ খঙদনা

অমস্থং মহাক সন্ন্যাস লৌবদা মতীক চায়-চাদে য়েংদনা শিরম-দাইদা লম্বোইহল্লি। মসিগী অশেংবা মরমদি লৈহৌরিবা শাগৈ-নাতৈগী মীশিংনা শিরিবা মী অদুগীদমক শ্রাদ্ধ তৌববু পামদে; মদুদগী মখোয়না নাম্বোকপা পাম্মি। মসি য়াম্না চুমদবা অমস্থং পাপ ওইবা থবক অমনি। মদুদগী শিরিবা মী অদুনা অফবা গতি ফংবগী মহুত্তা য়াম্না ফত্তবা গতি ফংগনি; অদুগা মতৌ অস্থুম্না লম্বোইহল্লিবা মীশিং অদুস্থ তৌহৈদবা থবক তৌবা মরমদগী ভুমথৈ লৈতবা পাপ শোয়দনা যংগনি। শাস্ত্রদা "আতুর সন্ন্যাস" গী বিধান লৈ। মদুদি খুদোং চাদবা মতমদা মী অদুনা মশামক্না পামহুনা লৌনবা সন্ন্যাসনি, মীনা নমদূনা পাগদবা সন্ন্যাস নত্তে; মীনা মাঙোন্দা নমদূনা সন্ন্যাস পীরবদি মদুগী (সন্ন্যাসগী) ফল ওইবোং, পীরিবা মী অদুদা দোষ য়াম্না লাকনি। বনাগুম্বা মী অমনা মশামক্না পামদুনা খুদোং চাদবা মতমদা নত্রগা শিগদোবা মতম নক্লে খঙলবদা পুরোহিতদা চপ য়ুংনা লেপ-তুনা "সন্ন্যস্তং ময়া" হায়বমক্তদা গুরু যাওদনস্থ মশা মতোমদা সন্ন্যাস লৌদূনা সন্ন্যাসী (লম্বোইবা) ওইবা য়াই। নত্রগা মী অদুনা শিরমদাই যৌরবদা "ঐবু সন্ন্যাস পীয়ু" হায়না মশানা নীংনা অমস্থং পাম্না হায়রম্বা থোক্লবদি মতম অদুদা মাবু লম্বোইহনবদা দোষ করিস্থ লৈতে। মরম অসিনা অসিগুম্বা শাস্ত্রনা তাক্তবা থবকশিং কদোহৈঙেদস্থু তৌরোইদবনি। খুদোং চাদবা মতমদা মশা মতোমদস্থু সন্ন্যাস লৌবা য়াই হায়বা অসিগী খুদমদি বিদুরনি। মহাভারতকী আশ্রমবাসিক পর্ব্বগী মনুংদা ব্রান্নী অসি

লাকই। যুধিষ্ঠিরনচিংবনা উমংদা চংখিহ্না লৈগ্রবা বিদুরবু থিবা মতমদা, যুধিষ্ঠিববু উবমক্তদা বিদুরনা মাগী মথরায় থাদোকই। মতম অদুগী রা লৌদুনা অস্মুম্না ইরি—

ধর্ম্মরাজশ্চ তত্রৈব সঞ্চস্কারয়িষুস্তদা।
দগ্ধ,কামোঽভবদ্ বিদ্বানথ বাগভ্যভাষত॥
ভো ভো রাজন্ন দগ্ধব্যমেতদ্ বিদুরসংজ্ঞকম্।
কলেবর মিহৈবং তে ধর্ম্ম এষ সনাতনঃ॥
লোকাঃ সান্তানিকা নাম ভবিষ্যন্ত্যস্য ভারত।
যতিধর্ম্মমবাপ্তোঽসৌ নৈষ শোচ্যঃ পরন্তপ॥
ইত্যুক্তো ধর্ম্মরাজঃ স বিনিবৃত্য ততঃ পুনঃ॥

(মহাভাঃ আশ্রমঃ অঃ ২৬ : ৩১, ৩২, ৩৩, ৩৪)

"ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা উমং অহুদা বিহ্বগী অন্ত্যেষ্টি সংস্কার তৌনীংহ্না মাগী হকচাং অহুবু মৈদা থাগে তৌরবদা মথক্তগী অস্মুম্না আকাশবাণী তৌখি—হে রাজন। বিহুর কৌবা হকচাং অদুবু নহাক্না মৈদা থাগনু; মতৌ অস্মুম্না তৌবসি (বিদুরগী হকচাং মৈদা থাদবা অসি) নহাকী সনাতন ওইবা ধর্ম্মনি, মরমদি মহাক্না (বিদুরনা) সন্নাস ধর্ম্ম ফংখ্রে (সন্ন্যাসীগী হকচাং মৈদা থাবা হৌনদে); মরম অসিদগী নহাক মাগীদমক করিমত্তা রাগনু, মহাক সান্তানিক কৌবা লোক শোযদনা ফংগনি। মসি তারগা যুধিষ্ঠিরনা মফম অহুদগী হন্দুনা চংখ্রে।"

হায়রিবা অসি অশেংবা ওইনা সন্ন্যাস অমসুং আতুরসন্ন্যাস লৌবা মীশিংগীনি। মণিপুরদা চংনারিবা নম্বোইবা অসিদি বৈষ্ণব

সম্প্রদায়গী মওং ওইবা মরমদগী শিরবা মতুংদা লম্বোইবা নত্রগা লম্বোইবী অহুগী হকচাং মৈদা থাবদা দোষ লৈরোই হায়বা য়াই ; মরমদি বৈষ্ণব সমাজদা মহুম্মা চৎনৈ। অহুগা শোরাৎ শোনবা ন্থমিৎনচিংবদা পাল্লা কোয়হুনা পূং-ঈশৈ শকপা, ঈশ্বরগী নাম শোনবা অসিনচিংবা অসি যাম্মা কৈ, মসি দেশকী চংনবনি। অহুগা লায়ববা মীগীদি মসি য়াম্মা ৱানা থোকই। মহুগীদমক অতোপ্পদগী লুপা-শংবা পূরগা মতুংদা মহু শিংনব হোৎনবদা য়াম্মা ৱানৈ। অশেংবমক্তি পালা কোযহুনা পূং ঈশৈ শকপসি শ্রাদ্ধগা লোযননা করিমত্তা মরী থমদে। ঙমদবা মীনা মহু তৌদবদা করিস্থ দোষ লৈতে। শ্রাদ্ধদি মানা ঙমজবগী মতুং ইন্না তৌননবা শোযদনা হোংনগদবনি। মহুগীদমক শেল যাম্মা পূহুনা তৌবদি চুমদে। পূক্লীং শেংনা ঙমজবা মতুং ইন্না তৌরিবা শ্রাদ্ধ অহুদগী পিত্তব শোযদনা পেনগনি। শ্রাদ্ধ অহুদা নাম শোলহনগে হাযরবস্থ অফবা ব্রাহ্মণ অমবু তৌহনবা অহুতদা যাম্মা মহয় চাউবা ওইগনি। অঙম্বা মীগীদি মাগী শ্রদ্ধাগী মতুং ইন্না তৌনীংবা অমস্থং শোলহন্নীংবা পূম্নমক তৌবা য়াই। মহুদা কবিমত্তা কায়দে। মহুদস্থ শ্রাদ্ধদি শাস্ত্রনা ত্তাকপা বিধানগী মতুং ইন্না শোয়দনা তৌগদবনি। শ্রাদ্ধ তৌবা কিহনা শিগদৌরবা মী অহুনা মশানা অহানবদা হাযদনা অমস্থং পামদনা লম্বোইহনবসিদি কদৌ ঙৈদস্থ তৌরোইদবনি। (গৌজিক্কী মতমদদি শিগদৌরিবা মী অহুনস্থ মশানা ঈপাম-পামদনা লৈহৌরিবা মচা-মশূনা শোরাৎনচিংবা শোনবা ৱাগনি হায়বা ৱাথলদগী লম্বোইনবস্থ অয়াম্বনি )।

ওমজদবা মীনা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা চেঙ থোয়দিং খরা লৌরগা পুরোহিতপু শ্রাদ্ধ তৌহনবা অদুদগীস্তু মহয় য়াম্না ফংগনি।

অতোপ অতোপ্পা জাতিশিংস্তু মখোয়না চৎপা ধর্ম্মগী মতুং ইন্না শিখিবা মীগী কবরদা (মোংফমদা) চক্তুনা মতম চানা থাউমৈ থানবা, অথুম-অহাও পোৎ-চৈ কৎপা লৈবাক্তা ফুম্বা মতমদা ফি-রোন, সনা-লুপানচিংবগা লোয়ননা শিরিবা মীবু ফুম্বা, মাগীদমক দান তৌবা অসিনচিংবা পূম্নমক তৌনৈ। মরম অসিনা এখোয়দনা শ্রাদ্ধ তৌই, অতৈ জাতিদি তৌদে হায়বস্তু য়াদে। অদুগা পিতৃলোক, যমলোকনচিংবা পরলোক লৈতে হায়নস্তু পুক্নীংদা চিংনরোইদবনি। বেদগী মনুংদদি লোকশিং অসিবু লৌদূনা মখল মথা অয়াম্বা বা কয়ামুক তাক্লুনা লৈরি। মদু পূম্নমক অদু ইথয়বদি য়াম্না শাংখিবা তাবনা ইজদ্রে। হৌজিক্কী বৈজ্ঞানিক-শিংস্তু অতোপ অতোপ্পা নক্ষত্রশিংদা এখোযগুম্বা থরাযপানবা লৈ কায়বসি য়াবা হৌরে। মরম অসিনা শ্রাদ্ধ অসি নৈমিত্তিক কর্ম্ম ওইরবস্তু শোয়দনা তৌগদবা কর্ম্ম অমনি। মসি তৌদ্রবদি পাপ শোয়দনা ওইগনি।

## কাম্যকর্ম্ম

করিগুম্বা অফবা অপাম্বা মহয় অমা ফংনীংদুনা শাস্ত্রনা মহয় অদুগী তাকপা কর্ম্ম, বিধানগী (নিয়মগী মতুং ইন্না তৌরবদি কর্ম্ম অদুবু কাম্যকর্ম্ম হায়না কৌই। মীবু মাঙনবা অমস্তুং অরাবা পীনবা থবকশিংদি ফত্তবা মরমদগী কাম্যকর্ম্ম হাযবা য়াদে; মখোয় অদুদি নিষিদ্ধকর্ম্ম (শাস্ত্রনা তৌগনু হায়না থিংবা

থবক ) কৌই। মহ তৌরবদি পাপ য়াম্না ওই, মরম অসিনা মহুগুম্বা ফত্তবা থবক্তি কদৌদৈদস্ন তৌরোইদবনি। কাম্যকর্ম্ম তৌগে হায়রবস্ম অফবা মহয় ফংগদবা অফবা থবক্তা তৌগদবনি।

শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি —

**কামময় এবায়ং পুরুষ ইতি**
**স যথাকামো ভবতি তৎক্রতুর্ভবতি।**
**যৎক্রতুর্ভবতি তৎকর্ম্ম কুরুতে,**
**যৎকর্ম্ম কুরুতে তদভিসম্পদ্যতে ॥**

(বৃহদারণ্যক ৪।৪।৫)

"মসি মীওংবগী মশক্তি, মহাক মানা মীওংবগী মতুং ইন্না মহু ফংগে হায়না লেপ্পী, মানা লেপ্পা অদুগী মতুং ইন্না থবক অদু তৌই, অদুগা থবক অদু তৌবদগী মদুগী মহয় ফংই।"

**অথ খলু ক্রতুময়ঃ পুরুষো যথাক্রতুরস্মিল্লোকে**
**পুরুষো ভবতি তথেতঃ প্রেত্য ভবতি॥**

(ছান্দোগ্য ৩।১৪।১)

"মী অসি সংকল্পগী (বরিগুম্বা থবক অমা তৌগে হায়না লেপ্পগী) মশক্তি; সংসার অসিদা মী অমনা তৌরিবা সংকল্প অদুগী মতুং ইন্না শিরবা মতুংদা মহাক মহু ওইদুনা লৈ। (সংকল্পগী মতুং ইন্না তৌখিবা থবক অদুগী মহয় মহাক্না ফংদুনা লৈ)।"

মরম অসিনা কনাগুম্বনা কাম্যকর্ম্ম তৌনীংলবস্ম হৌজিক্কী মতমদা নত্রগা শিরবা মতুংদা অমবা মহয় ফংবা য়াবা থবক্কমক তৌগদবনি; ফত্তবা থবক্তি কদৌদৈদস্ন তৌরোইদবনি। মসিবু ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরবু অসুম্না তাক্লি—

**নাহকৃতং ভুজ্যতে কর্ম্ম ন কৃতং নশ্যতে ফলম্ ॥**
**শুভকর্ম্মসমাচারঃ শুভমেবাপ্নুতে ফলম্।**
**তথাহশুভসমাচারো হ্যশুভং সমবাপ্নুতে ॥**

( অনুশাসন ৯৬। ১২, ১৩ )

"মী অহুনা কদৌঙৈদস্ত তৌখিদবা থবক্তী মহয় মহাক্না কদৌঙৈদস্থ ফংদে, অহুগা তৌখিবা থবক্তী মহয়দি কদৌঙৈদস্থ মাঙদে। [illegible]ম অসিনা অফবা থবক তৌবা মীনা অফবা মহয়বুদা ফংই, মতৌ অস্থুম্না ফত্তবা থবক তৌবা মীনা ফত্তবা মহযতবু ফংই।"

মরম অসিনা জ্ঞান তাবা মীনা বিচার মুন্না তৌরগা থবক তৌগদবনি। মসিগী মরমদা নিরুক্তকার যাস্কাচার্য্যনা মনুষ্যগী নির্বচন তৌবা মতমদা অস্থুম্না ইরি—

"মত্বা কর্ম্মাণি সীব্যন্তীতি মনুষ্যাঃ" ( নিরুক্ত ৩। ২ )

"রাখল তৌরগা থবক পূম্নমকপু কাযদনা তৌবা মরমদগী মীবু মনুষ্য কৌই।" অহুগা নীতি চুম্না চৎপা মরমদগীস্থু মীবু নর কৌই; মরমদি নরশব্দ "নৃ নয়ে" ধাতুদগী ওইরকই। "যা তুষং সন্ মানুষমিত্যাচক্ষতে" (ঐতরেয় ব্রাহ্মণ ৩। ৩৩) "দোষ লৈতবা লমচৎ চৎপা মরমদগী মীবু মানুষ কৌই।"

মতৌ অস্থুম্না শাস্ত্রনা হায়রিবা অসিগী মতুং ইন্না মী ওইনা লৈবা পাস্বশিংনা মীওইনা লৈনবগীদমক অফ-ফত্ত পূম্নমক নীংথিনা হান্না বিচার তৌরগা অমস্তুং অফবা মহয় ওইবা তৌবা ঙমগদব' থবকনি হায়না খঙলবা মতুংদা থবক অহু তৌগদবনি নত্রবদি মী ওইহুনা লৈবা ঙম্লোই।

## কর্ম্মগী মহয় করম্না ফংই

তাইবঙপানবা অসিদা লৈরিবা থরায় পানবা জীব পুম্নমক অসি মখোয় মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না পোকপা শিবা নাইরগা অরা-নুংঙাই ফংহুনা লৈবা ঙাক্তনি। অহানবদা কর্ম্ম তৌদনা মহুগী মহয় ফংনবা কদৌঙৈদস্থ পোকপা য়াদে। মরম অসিনা পরাশরনা অস্থম্না হায়রি—

**নাহবোজ্জায়তে কিঞ্চিন্নাহকৃত্বা সুখমেধতে।**

**সুকৃতৈর্বিন্দতে সৌখ্যং প্রাপ্য দেহক্ষয়ং নরঃ॥**

(মহাভারত শান্তিঃ ২৯০। ২২)

"মক্ন লৈতনা করিগুম্বা পোং অমত্তা পোক্তে, কর্ম্ম তৌদনা কনা অমত্তা নুংঙাইবা ফংদে ; মরম অসিনা মীনা হকচাং থাদোক্লবা (শিরবা) মতুংদা, তৌখিবা অফবা কর্ম্মদগী স্বর্গনচিংবগী নুং-ঙাইবা ফংই।"

স্বর্গনচিংবদা ফংলিবা নুংঙাইবা অহুস্থ হকচাং য়াওদনা ফংবা য়াদে। কর্ম্মগী মতুং ইন্না ফংলিবা মফম মফম অহুদা লৈবা য়াবা হকচাং অমা ফংলগা জীবনা অরা-নুংঙাইনচিংবা খঙবা ঙম্মি। মসিবুস্থ অস্থম্না তাক্লি—

**যদ্ যচ্ছরীরেণ করোতি কর্ম্ম**

**শরীরযুক্তঃ সমুপাশ্নুতে তৎ।**

**শরীরমেবায়তনং সুখস্য**

**দুঃখস্য চাপ্যায়তনং শরীরম্**

(মহাভাঃ শান্তিঃ ২০১। ২১)

"হকচাং লৌদূনা জীবনা তৌরিবা থবক অদুগী মহয় অদু হকচাং লৌদূনা লৈরবত্দা ফংবা ওম্মি ; মরমদি হকচাং অসি নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা মহয় ফংনবা মকমনি।

মতৌ অসুম্না জীবনা ওমখৈ লৈত্তবা মতমদগী হৌদুনা মখল মখা অয়াম্বা হকচাং লৌরগা অৱা-নুংঙাই ফংদুনা লৈরক্লিবনি অদুগা মসি মতুংদসু মোক্ষ ফংদ্রিবা ফাওবা চত্তুনা লৈগনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি অবিদ্যানি—হায়বদি জীবনা মশাগী অজ্ঞান ( অশেংবা মশক খঙদনা ) লৈবদগী সংসারগী অৱা-নুংঙাই ফংদুনা লাখ ৮৪ গী যোনিদা ( অতোপ অতোপ্পা হকচাংশিংগী জাতিদা ) কোযদুনা লৈরিবনি। মসিবু যোগসূত্রকারনসু অসুম্না হায়রি—

**ক্লেশমূলঃ কর্ম্মাশয়ো দৃষ্টাদৃষ্ট জন্মবেদণীয়ঃ ॥**

( যোগদর্শন ২। ১১ )

"পাপ অমসুং পুণ্যগী মশক ওইবা কর্ম্মাশয়সি ( অন্তঃকরণদা সস্কার ওইনা লৈবা পাপ-পুণ্য কর্ম্মসি ) ক্লেশগী ( অৱাবগী মশক ওইবা ) অবিদ্যা অস্মিতা ( ঐ ঐ হায়না নাপল তৌদুনা লৈবা ) অসিনচিংবনা মরূ ওইদুনা লৈরিবনি। অদুগা পাপ অমসুং পুণ্য অদুগী মহয়দি মপোক অসিদা নত্রগা লাক্কদবা অতোপ্পা মপোক্তা শোয়দনা ফংদুনা লৈগনি।"

মহয় অদু করিনো হায়বা অসিসু তশেংনা অসুম্না তাক্লি—

**সতি মূলে তদ্বিপাকো জাত্যায়ুর্ভোগঃ ॥**

( যোগদর্শন ২। ১৩ )

"পাপ অমসুং পুণ্যগী মশক ওইবা কর্ম্মাশয়গী মরু অবিদ্যা লৈব্রিবা মতম অদুকী মখে পাপ অমসুং পুণ্য অদুগী ফল ( মহয় ) ওইনা জীবনা জাতি ( মপোক ), আয়ু ( পুন্সি ) অমসুং ভোগ ( অৱা-নুংঙাই ) ফংহনা লৈ।"

মসিদা ঐখোয়না তৌবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না মপোক করম্না ফংই হায়বা অসিগী মরমদা হৌজিক খরদং খঙনবা হোৎনসি। ঐখোয়না তৌবা কর্ম্ম অসি চাউরাক্না সঞ্চিত, বর্ত্তমান অমসুং প্রারব্ধ হায়না মখল অহুম থোক্না খায়রি। মসিবু মথং-মনাউ নাইনা দেবী ভাগবতকী মনুংদা বেদব্যাসনা রাজা জনমেজয়বু অসুম্না তাক্লি—

অনেকজন্মসঞ্জাতং প্রাক্তনং সঞ্চিতং স্মৃতম্ ।
শুভংবাপ্যশুভং ভূপ সঞ্চিতং বহুকালিকম্।
অবশ্যমেব ভোক্তব্যং সুকৃতং দুষ্কৃতং তথা ॥
জন্মজন্মনি দৈবানাং সঞ্চিতানাঞ্চ কর্ম্মণাম্ ।
নিঃশেষস্তু ক্ষয়ো নাহভূৎকল্পকোটিশতৈরপি ॥

( স্কন্ধঃ ৬। ১০। ৯, ১০, ১১)

"অহানবা মপোক কয়ামুক্তা তৌখিবা অমসুং হৌজিক ফাওবা মদুগী ফল ফংদ্রিবা কর্ম্মশিংবু সঞ্চিত কৌই। হে রাজন! অফ-ফত্তা সঞ্চিত কর্ম্ম পুম্নমক মতম য়াম্না কুইনদগী লৈবা য়াই। অফ-ফত্তা মখোয়শিং অদুগী ফল মতম লাক্লবদা শোয়দনা ফংগদবনি। মপোক মপোক খুদিংদা ভাগ্যগী মতুং ইন্না তৌখিবা কর্ম্ম অমসুং সঞ্চিত কর্ম্ম ব্রহ্মাগী কোটি কোটি কল্পদসু পুম্নাও মাংদে।"

ক্রিয়মানঞ্চ যৎকর্ম্ম বর্ত্তমানং তদুচ্যতে।
দেহং প্রাপ্য শুভং বাপি হ্যশুভং বা সমাচরেৎ॥
সঞ্চিতানাং পুনর্মধ্যাৎ সমাহৃত্য কিয়ান্ কিল।
দেহারম্ভে চ সময়ে কালঃ প্রেরয়তীব তৎ॥
প্রারব্ধং কর্ম্ম বিজ্ঞেয়ং ভোগাত্তস্য ক্ষয় স্মৃতঃ।
প্রাণিভিঃ খলু ভোক্তব্যং প্রারব্ধং নাত্র সংশয়ঃ॥
(স্কন্ধ ৬। ১০। ১২, ১৩, ১৪)

"পোক্লুনা হকচাং ফংলগা, মতম অদুদা তৌদুনা লৈরিবা পাপ অমসুং পুণ্য কর্ম্মবু বর্ত্তমান কর্ম্ম কৌই। অদুগা সঞ্চিত কর্ম্মশিংগী মনুংদা কর্ম্ম খরবু কালনা ঈনশিন্দূনা অনৌবা হকচাং শাগৎ-হল্লবদি হকচাং শাগৎলিবা কর্ম্মশিং অদুবু প্রারব্ধ কৌই। মদুগী ফলদি খরায়পানবশিংনা মতম অদুদা শোয়দনা চাদূনা লৈগদবনি, অদুগা প্রারব্ধ কর্ম্ম অদুদি মদুগী মহয় চাবা লোইরবতদা মাঙই (প্রারব্ধ লোইবমক্তদা মী অদু শি)।"

মসিদা সঞ্চিত কর্ম্মশি'দগী কর্ম্ম খরা প্রারব্ধ কর্ম্ম ওইদুনা হকচাং শাগংলি অমসুং লেমগৌবা অতোপ্পশিংদি সঞ্চিত কর্ম্ম ওইদুনা অদুমক লৈহৌই তাক্লি। অদুবু করম্বা কর্ম্মশিং প্রারব্ধ কর্ম্ম ওইখি অদুগা করম্বা কর্ম্মশিং সঞ্চিত কর্ম্ম ওইদুনা লৈহৌই হায়বসিদি তাক্তে। মরম অসিদগী মসিবু নীংথিনা খঙনবগীদমক অহানবদা ঐখোয়না দৃষ্টান্ত অমা লৌশি—:হৌজিক্কী মতমদা লৈবাক্কী শাসন নীংথিনা ভৌনবগীদমক সরকারগী অতোপ অতোপ্পা

বিভাগকী কার্য্যালয় ( Office ) য়াম্না লৈ। সরকারনা অনৌবা কার্য্যালয় অমা হৌগে হায়দুনা, মদুদা থবক তৌননবা মতীক চাবা মী থিননবগীদমক সমাচার পত্রনচিংবদা বিজ্ঞাপন ( Advertisement ) ফোঙদোকহল্লি। মদু উরগা মী কযা কযানা মশা মশাবু মতীক চাবনী খন্দূনা থবকশিং অদু ফংননবগীদমক প্রমাণপত্র পীদুনা দরখাস্ত ( Application ) থাই। মদুগী মতুংদা নোংমা মখোয় মতীক চাবরা নত্রগা চাদবরা যেংননবগীদমক অচৌবা অফিসর অমনা মখোয়গী সাক্ষাৎকার ( Interview ) লৌই। মদু লৌরবা মতুংদা কার্য্যালয়দা চঙবদা মতীক চাবা মী খরবু অফিসর অদুনা লৌই ; অদুগা মানা লৌদবা অতোপ্পা মীশিং অদুদি কার্য্যালয় অদুদা চঙদুনা থবক তৌবা য়াদনা অরেপ্পদা লৈহৌই ; অদুগা লৌখ্রবা মীশিং অদুনা পূম্নমক তিন্নরগা অনৌবা কার্য্যালয় অদু হৌগংলি। দৃষ্টান্ত অসিগী মতৌগুম্না হৌজিক লৈরিবা হকচাং অসিগী প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইখিদুনা শিরমদাই য়ৌরক্লবদা জীব অদুগী অতোপ্পা মপোক ফংনবগীদমক অন্তঃকরণদা লৈরিবা সঞ্চিত কর্ম্ম-শিংগী মকমদা লৈরিবা হকচাং অসিগী শিবগী মশক ওইবা বিজ্ঞাপন ফোঙদোকই। বিজ্ঞাপন অসি উরগা হকচাং অসিগী শিরমদাইগী মতম ওইবা কালনা ঈনশীন্দুনা সঞ্চিত কর্ম্ম পূম্নমক জীব অদুগী লাকদোরিবা মপোক অদুগী প্রারব্ধ কর্ম্ম ওইনীংদুনা মশা মশাগী মহয় পীনবগীদমক হৌগংলি। মদুগী মতুংদা মখোয় পূম্নমক অদুদগী অকনবা অখোইবা অমম্বুং অমত্তা ওইনা লৈরগা থবক তৌবা ভম্বা পাপ-পুণ্য কয়ামুক লৌরগা জীব অদুগী

ফংগদোরিবা হকচাং অদুগী প্রারব্ধ ওইনবা পরমাত্মানা শিন্‌লী। অরেম্বা কর্ম্মশিং অদুদি হান্নগী মতৌগুম্না অন্তঃকরণদা সঞ্চিত কর্ম্ম ওইদুনা লৈহৌই। লৌরিবা কর্ম্মশিং অদুস্থু পাপ অমসুং পুণ্য অনী য়াম্নদুনা লৌবা মরমদগী মখোয়গী মনুংদা অকনবা অযবা পুণ্য য়াম্লবদি অযবা প্রারব্ধ ওইদুনা মখোয়না লাইনচিংবগী অযবা হকচাং শাগৎলি, অদুগা অকনবা ফত্তবা পাপ যাম্লবদি ফত্তবা প্রারব্ধ ওইদুনা মখোয়না নরক যংবা য়াবা নত্রগা অপীকপা তীল-কাং, শা-ভানচিংবগী যত্তবা হকচাং শাগৎলী। অদুগা পাপ অমসুং পুণ্য অনীমক অচৌ-অপীক অদুক হান্না খেন্নদ্রবদি মীওইবগী প্রারব্ধ ওইদুনা মখোয়না মীগী হকচাং শাগৎলী। মরম অসিদগী মদুগী মতুং ইন্না মতম মতমদা জীবনা অরা-নুংঙাই ফংদুনা লৈ। মসিগী মরমদস্থু যুধিষ্ঠিরনা হংলবদা ভগবান বাস্থদেবনা বৃদ্ধ গৌতম স্মৃতিদা দৃষ্টান্তগা লোয়ননা অস্নম্না তাক্লি—

"হে পাণ্ডব। অশাবা ঈশিংদা অঙৈংবা ঈশিং য়াম্না য়ানশিল লবদি অশাবা ঈশিং অদু ঙৈংঙি, অদুগা অঙৈংবা ঈশিংদা অশাবা ঈশিং য়াম্না য়ানশিল্লবদি ঈশিং অদু শাই। মতৌ অদুগুম্না পুণ্য খজিক্কং তৌরগা নত্রগা (প্রারব্ধগীদমক লৌরগা) পাপ য়াম্না তৌরবদি নত্রগা লৌরবদি মখোয় অনী তিনশিন্নবদগী পুণ্যগী মহয় নীংথিনা যংবা ঙমদে; পাপকী মহয়দা ফংবগুম তৌই; অদুগা পাপ খজিক্কং তৌরগা নত্রগা লৌরগা পুণ্য য়াম্না তৌরবদি নত্রগা লৌরবদি মখোয় অনী তিনশিন্নবদগী পুণ্যগী মহয় ঙাক্তা ফংবগুম তৌই, পাপকী মহয়দি ফংদবগুম তৌই। পাপ অমসুং

পুণ্য চপ মান্নবগুম তৌরবদি মদুগী মতুংইন্না মহয়সু মতম মতমদা অরা-নুংঙাই ফংদুনা লৈ। হে যুধিষ্ঠির। হৌজিক হিংদুনা লৈরি-বৈসিদা কনাগুম্বনা পাপ তৌরগা মতুংদা মদু থুপ্পুনা থম্নবদি মদুগী ককবা মহয যাম্না চাওখৎলি, অদুগা পাপ তৌবগী অরাবা ফোঙদোক্লুনা মীওোন্দা হায়দোক্লবদি পাপকী মহয় অদু রাৎথ-রকই। মসিগী ওন্ন-কৈননা পুণ্য তৌরগা মদু মীওোন্দা ফোঙ-দোক্লবদি মদুগী মহয় যাম্না রাৎথনা ফংই, অদুগা থুপ্পুনা থম্নবদি মদুগী মহয় যাম্না হেনগৎলি। মরম অসিনা পাপ তৌরবদি মদু ফোংদোক্লুনা অতোপ্পা মীবু খঙহনবা হোৎনগদবনি অদুগা পুণ্য তৌরবদি মদুবু অতোপ্পা মীনা খঙদনবা হোৎনগদবনি।"

মসিবু শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হায়রি—

**খ্যাপনেন তু তাপেন প্রায়ঃ পাপং প্রণশ্যতি।**
**তথা কৃতস্ত রাজেন্দ্র! ধর্ম্মো নশ্যতি ভারত।**
**গৃহ্যতো তাবুভৌ সম্যক্ বৃদ্ধিং য়াতো ন শংশয়ঃ।**

( বৃদ্ধগৌতম স্মৃতি অঃ ২। ৩৮-৩৯ )

মসিদা কনাগুম্বনা হায়বা য়াই— প্রারব্ধগী ( ভাগ্যগী ) মতুং ইন্না অরা-নুংঙাই ফংবসিদি শোয়দবনি ; মদুবু কনা অমত্তনা ককথৎপা ঙমদে। ফীবম অসিদা ঐখোয়না নোমদুনা ( পুরুষার্থ তৌদুনা ) থবক তৌবা অসি করি কান্নগনি ? ভাগ্যদা লৈরবদি ফংগদৌবা অদু নোমদ্রবসু, শোয়দনা ফংগনি, ভাগ্যদা লৈত্রবদি করিমত্তা ফংবা ঙম্মোই। মরম অসিনা নোম্বসি অরেম্বনি।

মসিগী পাউখুমদা হায়গদবদি অসিনি— ঐখোয়না অহানবদা খঙগ্রে, মতুদি ঐখোয়না নোমদূনা কর্ম্ম তৌরগা মতুগী ফল চাদনা থমলিবহ্ সঞ্চিত কর্ম্মনি ; অদুগা সঞ্চিত কর্ম্মদু মতুংদা প্রারব্ধ ওইরকই। অমরোমদা হায়রগা সঞ্চিত কর্ম্ম মকনি অদুগা প্রারব্ধ মতুগী ফলনি. (মহয়নি) ; মক্ক লৈত্রবদি মহয় ওইবা য়াদে। ফৌ মক্ক হুন্দ্রবদি ঐখোয়না লৌবুক্তগী মহয় ওইনা অনৌবা ফৌ ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা মহয়দগী মকনা অথোইবনি হায়বা অসি ঐখোয়না নীংথিনা লেপ্পা ঙম্মি। যুধিষ্ঠিরনা প্রারব্ধ (ভাগ্য) অমসুং পুরুষার্থ (থবক নোম্বা) অনী অসিগী মনুংদা করম্বনা অথোইবনো হায়না হংবা মতমদা ভীষ্মনা বসিষ্ঠ অমসুং ব্রহ্মাগী সংবাদ ওইনা অস্নম্না তাকই—

নাহবীজং জায়তে কিঞ্চিন্ন বীজেন বিনা ফলম্ ।
বীজাদ্বীজং প্রভবতি বীজাদেব ফলং স্মৃতম্ ।
যাদৃশং বপতে বীজং ক্ষেত্রমাসাদ্য কর্ষকঃ ।
সুকৃতে দুষ্কৃতে বাপি তাদৃশং লভতে ফলম্ ॥
কৃতী সর্ব্বত্র লভতে প্রতিষ্ঠাং ভাগ্যসংযুতাম্ ।
অকৃতী লভতে ভ্রষ্টঃ ক্ষতে ক্ষারাবসেচনম্ ॥

(মহাভাঃ অনুঃ ৬। ৫, ৬, ১১)

"মক্ক হুন্দনা করিগুম্বা পাম্বী অমত্তা হৌদে, মক্ক লৈতনা মহয়-মরোংসু ওইদে। মক্কদগী মক্ক পোকই অদুগা মক্কদগী মহয়-মরোংসু ফংই। লৌউবা মীনা লৌবুক্তা হুল্লিবা মক্ক অদুগী মতুং ইন্না মদুগী মহয়-মরোং ফংই ; মতৌ অদুগুম্না মীনা অফবা তৌরগা

অকবা মহয় ফংই, ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা মহয় ফংই। য়াম্না কম্না নোম্বা মীনা মফম পুন্নমক্তা ভাগ্যনা মতেং পাংতুনা চাওখৎপা ফংই, অদুগা নোমদবা মীদি হকচাংগী অশোকপা মফমদা থুম থাদবগুম্না মাগী ভাগ্যনা ফংবা অদুবুসু মাঙহল্লি।"

মরম অসিনা ভাগাদবু অচৌবনি খন্দূনা কম্না নোমনীংদবা মীবু লৌদূনসু অসুম্না হায়রি—

**অকৃত্বা মানুষং কর্ম্ম যো দৈবমনুবর্ত্ততে ।**
**বৃথা শ্রাম্যতি সম্প্রাপ্য পতিংক্লীবমিবাঙ্গনা ॥**

(অনু: ৬।২০)

"মী অদুনা মীওইবনা তৌবা হৌনবা থবক অদুবু কম্না নোমদূনা তৌদ্রগা ভাগ্যগী মতুং ইন্দুনা চত্তূনা লৈরবদি মহাক নপুংসক ওইবা মপুরোয়বা ফংতুনা লৈবা নুপীগী মতৌগুম্না অরেম্বদা রাতুনতা লৈগনি।"

মৎস্যপুরাণগী মনুংদসু মনুনা দৈব (ভাগ্য) অমসুং পুরুষার্থ (থবক নোম্বা) অনীসিদা করম্বনা অথোইবনো হংলবদা মৎস্য ভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

**স্বমেব কর্ম্ম দৈবাখ্যং বিদ্ধি দেহান্তরার্জ্জিতম্ ।**
**তস্মাৎ পৌরুষমেবেহ শ্রেষ্ঠমাহুর্মনীষিণঃ ॥**
**প্রতিকূলন্তথা দৈবং পৌরুষেণ বিহন্যতে ।**
**মঙ্গলাচারযুক্তানাং নিত্যমুৎথানশালিনাম ॥**
**নালসাঃ প্রাপ্নুবন্ত্যর্থান্ ন চ দৈবপরায়ণাঃ ।**
**তস্মাৎ সর্ব্বপ্রযত্নেন আচরেদ্ধর্ম্মমুত্তমম্ ॥**

(মৎস্যপুরাণ অ: ২২০।২, ৩, ১১)

"অহানবগী মপোক্তা মশামক্না তৌখিবা কর্ম্মগী মমিং মপোক অসিদা ভাগ্য কৌই হায়না খঙউ। মবম অসিনা জ্ঞান তাবা মীশিংনা ভাগ্যদগী নোম্বা কনবসিনা অথোইবনি হায়। অফবা থবক তৌদুনা লৈবা অমস্তুং মতম পূম্নমক্তা চাওখৎনবা হোৎনরিবা মীশিংনা মখোয়গী মতুং ইন্না চঙবা যগুবা ভাগ্যবু য়াম্না কঃ নোম্নগা অরেম্বদা তাহল্লি। অতনবা অমস্তুং ভাগ্যদা থাজদুনা লৈবা মীশিংদি কদৌৈদস্ত চাওখৎপা অমস্তুং লল-থুম ফংবা ঙমদে। মরম অসিনা মখল মখা য়াম্না হোৎনদুনা অফবা ধর্ম্ম (কর্ম্ম) তৌদুনা লৈগদবনি।"

মসিগী মরমদি অসিনি—ভাগ্য অসি, অশোনবা, ময়ায় ওইনা কনবা অমস্তুং য়াম্না কনবা অস্তুম্না খেন্নবদগী মখল অহুম থোক্না থায়রি। অশোনবা ভাগ্যবুদি য়াম্না লায়না থরা নোম্নগা মীনা মাঙহনবা ঙম্মি, ময়ায় ওইনা কনবা ভাগ্যবুস্ যাম্না কন্না নোম্নগা মাঙহনবা ঙম্মি, অদুগা য়াম্না কনবা ভাগ্য ওইরবদি মদুবু দেবতাগী কৃপা নত্তনা হৌজিক ঐখোয়না তৌরিবা পুরুষার্থ (কন্না নোম্বা) অসিনা মাঙহনবা ঙমদে; মতুদি ঐখোয়না শোয়দনা ফংবা তাই। মদুবু ঐখোয়না করিগুম্বা উপায় অমা তৌদুনা মাঙহনবা ঙমদে। মসিগুম্বা য়াম্না কনবা ভাগ্যবু লৌরগা ঐখোয়না নোম্নিবসি অরেম্বদা তারবস্ অশোনবা অমস্তুং ময়ায় ওইনা কনবা ভাগ্যগী মরমদদি অস্তুম্না হায়বা য়াদে। মহু নত্রবদি মীনা থরা নাবা নত্রগা থরা কন্না নাবা মতমদস্ মহু ভাগ্যদগী ওইবা মরম্না মহুগীদমক হীদাক তৌবনচিংবা পূম্নমক অরেম্বদা তাগনি। মরম অসিনা পুরুষার্থ

শোয়দনা তৌহৃনা লৈগদবনি। অফবা তৌরিবা পুরুষার্থ অহু তৌজিক মহয় য়ানবা হেমক্রবদি মতুংদা চল্লিক কর্ম্ম ওইহৃনা শোয়দনা লৈগনি, মহু অরেম্বদা বদৌহৈদম্মু মাঙেতোই। মসিবুম্মু মৎস্য ভগবান্না রাজা মনুবু অস্মুন্না হায়রি—

যেষাং পূর্ব্বকৃতং কর্ম্ম সাত্ত্বিকং মনুজোত্তম।
পৌরুষেণ বিনা তেষাং কেষাঞ্চিদ্দৃশ্যতে ফলম্॥
তস্মাৎ সদৈব কর্ত্তব্যং সধর্ম্মং পৌরুষং নরৈঃ।
বিপত্তাবপি যস্তেহ পরলোকে ধ্রুবং ফলম্॥

(মৎস্যপুরাণ ২২০।৪, ১০)

"হে রাজন! কনা কনাগুম্বা মীগী অহানবা মপোক্তা তৌখিবা অফবা কর্ম্মগী মহয় মপোক অসিদা পুরষার্থ তৌদনা যংবম্মু উই; অদুবু মী পুম্নমক্তদি মতুম্না ওইদে। মরম অসিনা মী পুম্নমক মতম পুম্নমক্তা ধর্ম্ম কায়দনা য়াম্না কন্না নোমদুনা লৈগদবনি। মপোক অসিদা মখোয়না মতুগী ফল ফংদদুনা খরা য়ানা লৈরবম্মু পরলোক্তা (অতোপ্পা মপোক্তা) মহু শোয়দনা যংগনি।"

ঐখোয়না পুন্সি অসিদা পুরষার্থ ৎইনা তৌরিবা অফ-ফত্তা থবক্তশিংদগী প্রারব্ধ ওইনা ফংলিবা ভাগ্য অসি মাগুবা অমস্তুং হেনগৎপা য়াই হায়বা অসিগী মরমদা মথক্তা ইপ্রবা "ক্লেশমূলঃ কর্ম্মাশয়ো দৃষ্টাদৃষ্টবেদনীয়ঃ" যোগসূত্র অসিগী ব্যাখ্যান তৌবা মতমদা ভাষ্যকার বেদব্যাসনম্মু উদাহরণ (খূদম) কয়ামুক পীহৃনা অম্মুম্না তাক্লি—

"ঈশ্বরদেবতামহর্ষি মহানুভাবানামারাধনাদ্বা যঃ পরিনিষ্পন্নঃ স সদ্যঃ পরিপচ্যতে পুণ্যকর্ম্মাশয় ইতি।
যথা নন্দীশ্বরঃ কুমারোমনুষ্যপরিণামং হিত্বা দেবত্বেন পরিণতঃ। (যোগভাষ্য ২। ১২)

"মপোক অসিদা ঈশ্বর, দেবতা, মহর্ষিনচিংবা মহানুভাবশিংগী আরাধনা নাংথিনা তৌবদগী ওইবা পুণ্যকর্ম্মগী ·মহয় অহ্ খুদক অহুমক্তদা ফংই ; মহুদা প্রারব্ধ কর্ম্ম করিস্ু তৌবা ঙমদে। মহুদি শিলাদ কৌবা মুণিগী মচা নন্দীশ্বর চহী ৮ শুবা মতমদা প্রারব্ধগী মতুং ইন্না শিগদৌরম্মি ; অহুবু মশাক্না মহাদেবগী আরাধনা য়াম্না কন্না তৌবা মরমদগী মৃত্যু ফংবা অহ্ থাদোক্লুনা মীওইবগী হকচাং অহুমক লৌনা লৌনা দেবভাবপু ফংথি ( লাই ওইখি ) অহুগা য়াম্না কুইনা হিংল্লুনা লৈখি। ( য়ারী অসি শিবপুরাণগী সনৎকুমার সংহিতা অধ্যায ৪৫ শুবদা লাকই )।"

মরম অসিনা বসিষ্ঠগী মফমদা ব্রহ্মানস্ু অস্লম্না হায়রি—

দেবানাং শরণং পুণ্যং সর্ব্বং পুণ্যৈরবাপ্যতে।
পুণ্যশীলং নরং প্রাপ্য কিং দৈবং প্রকরিষ্যতি॥
(মহাভাঃ অনুঃ ৬। ২৯)

"দেবতাশিংগী মফমদা চঙজহুনা লৈবা অসি মহাপুণ্যগী মশক্তি, মীনা পুণ্যশিং অহ্দগী পুন্নমক ফংবা ঙম্মি। পুণ্য য়াম্না তৌহুনা লৈরিবা মী অহগী মফমদা মাগী দৈব্য ( ভাগ্য ) অহ্ করি তৌবা ঙমগনি।"

অফবা ভাগ্যবু মাঙহনবা ওম্না ফত্তবা কর্ম্মগী মরমদস্থ অস্নম্না হায়রি—

**"বিশ্বাসোপগতেষু বা মহানুভাবেষু বা তপস্বিষু কৃতঃ পুনঃ পুনরপকারঃ স চাপি পাপকর্ম্মাশয়ঃ সদ্য এবপরিপচ্যতে। তথা— নহুষোহপি দেবানামিন্দ্রঃ স্বকং পরিণামং হিত্বা তির্য্যক্ত্বেন পরিণত ইতি"** (যোগ ভাষ্য ২।১২)

"বিশ্বাস ( থাজবা ) তৌহনা লৈবা মীগী মফমদা বিশ্বাসঘাত তৌবদগী ( থাজববু মাঙহনবদগী ), নত্রগা মহানুভাব ওইবা তপস্বীশিংগী হন্না হন্না ফত্তবা তৌবদগী ওইবা পাপ অদু খূদক অদুদা মহয় পীহনা প্রারব্ধ কর্ম্মগী অফবা মহয়বু মাঙহল্লী। মহুদি— মীওইবগী হকচাং লৌহনা লৈবা রাজা নহুষ অফবা ভাগ্যদগী দেবতাশিংগী রাজা ইন্দ্র ওইখি; অদুবু দোলায় পুহনা চৎলিবা ঋষিশিংবু খোঙনা কাওকবদগী মহুগী পাপ ওইনা অগস্ত্যগী শাপতগী মহাক খূদক অদুমক্তদা অতোপ্পা মপোক অমা ফংত্রবস্থ মীওইবগী হকচাং অদু থাদোক্লনা লিল ওইনা উমংদা লৈখি।" ( বারী অসি মহাভারতকী অনুশাসন পর্ব্বগী অধ্যায় ১০০ শুবদা লাকই )।

মরম-অসিনা ব্রহ্মাস্থ অস্নম্না হায়রি—

**যথা তৈলক্ষয়াৎ দীপঃ প্রহ্রাসমুপগচ্ছতি।**
**তথা কর্ম্মক্ষয়াদ্দৈবং প্রহ্রাসমুপগচ্ছতি॥**

(মহাভাঃ অনুঃ ৬। ৪৪)

"থাউ লৈতবদগী থাউমৈ মূৎপগী মতৌগুম্না ভাগ্য অসিস্থু মাগী মতেং পাংননবা পুরুষার্থ লৈত্রবদি মূৎলী।"

মসিদা নক্সনা, প্রাবব্ধ কর্ম্মগী মহয়দি মপোক ফংবা, পুন্সি অমস্থুং অরা-নুংঙাইনি হায়বা অহানবদা তাকপ্রে; কনাগুম্বা মী অমা প্রারব্ধগী মতুংইন্না ঈনাকখুনবা অচৌবা শাগৈ অমদা পোক্লবস্থু মতুদগী পুন্সি শাংনা অমস্থুং অরাবা ফংদনা নুংঙাইনবা লৈ হায়বা যাদে। মহাক লাযরবা ঈমুং অমদা পোকপা মী অমদগী য়াম্না হেন্না রানা লৈবস্থ যাই। অরা-নুংঙাই অসি মপাল্থোংগী রা নত্তে, পুক্নীংগী রানি। নুমিৎ খুদিংগী কন্না নোমদ্না পৈশা শর তাল্লগা মতুনা চানবা পোৎচৈ খবা লৈরগা চাদূনা লৈবা মী পুরীং য়াম্না নুংঙাইনা লৈ, অদুগা লাখপতি ওইদুনা লৈবা মী পৈশা রাক্রবস্থ চানীংবা অমত্তা চাবা ঙমদতুনা, কবিগুম্বা চাবা থোক্রবস্থ মতু তুম্বা ঙমদতুনা ওথোক্লগা যাম্না রানা লৈ। অমরোমদা হায়রগা অয়াম্বা ঈনাকখুনবা মী লাযববশিংদগী য়াম্না হেন্না রানা লৈ মরম অসিনা ঈনাকখুনবা মী নুংঙাই অমস্থুং লাযববা মী রানা লৈ হায়বা য়াদে। মরমদি ব্যবহারদা লায়ববা মীদগী ঈনাক-খুনবা মীনা পুক্নীংদা য়াম্না হেন্না রানা লৈ। মরম অসিনা প্রারব্ধ কর্ম্ম কদোইঙদস্থু মীনা নোমলিবহুবু থিংদে, মরমদি নোম্নবু থিংবা অদু প্রারব্ধ কর্ম্মগী বিষয় (হীরম) নত্তে, মাগী বিষয়দি অরা-নুংঙাইনচিংবা পীবতনি। নোম্নদি ঐখোয়গী ঈখা পোন্দুনা লৈরিবনি; ঐখোয়না ভৌনীংবা খবক পুম্নমক তৌবা য়াই, অদুগা তৌরিবা খবকশিং অদুগী মহয়দি ঐখোয়গী ঈখা পোন্দুনা লৈত্তে,

মায়মদি ঐরোলমনা নীংনা মতুং ইম্না মহয় ফংনীংলগা ফংবা, ফংনীংদ্রগা তোকপা য়াদে । মৰম অসিনা ভগবান্না গীতাদা হায়রি—

"কর্ম্মণ্যেবাধিকারস্তে মা ফলেষু কদাচন।"

(গীতা ২। ৪৭)

মরম অসিদগী ভাগ্যগী মতুং ইম্না লৈগে হায়বা করিগুম্বা মতম্মদস্থ খল্লোয়দরমি, মতম পুম্নমক্তা অফবা থবক তৌনবা কম্না হোৎনগদবনি। মসিগী মরমদা শাস্ত্রনস্থ অস্থম্না তাক্লি—

অর্থো বা মিত্রবর্গোবা ঐশ্বর্য্যংবা কুলান্বিতম্।
শ্রীশ্চাপি দুর্লভা ভোক্তুং তথৈবাকৃতকর্ম্মভিঃ॥
যথাগ্নিঃ পবনোদ্ধূতঃসুসূক্ষ্মোঽপি মহান্ভবেৎ।
তথা কর্ম্মসমায়ুক্তং দৈবং সাধু বিবর্দ্ধতে॥

(মহাভাঃ অনুঃ ৬। ১৫, ৪৩)

"ভাগ্যনা ফংবা লল-থুম, মৰূপ-মপাং, মতীক-মগুণ, অফবা শাগৈ-নাতৈ অমস্থং ফংঙমদবা নীংথিবা পোৎচৈ পুম্নমক লৈরবস্থ অতনবা মৌমদবা মীনা কদৌঙৈদস্থ মখোয়বু নীংথিনা শীজিন্নবা অমস্থং ভোগ তৌবা ঙম্মোই। মুংশিৎনা হুম্বদগী অপীকপা মৈরীক্লা কয়া চাকখৎলকপগী মতৌগুম ভাগ্যসি অচম্বা ওইরবস্থ পুরুষার্থ তৌবদগী য়াম্না চাওখৎলকই।"

মতৌ অস্থম্না থরায় পানবশিংনা অহানবদা মানা মান্না তৌখিবা অমস্থং লৌকিক ফাওবা মহয় সংক্রিবা সঞ্চিত কর্ম্ম শিংদগী প্রারব্ধ কর্ম্ম ওইরক্লুনা মহুগী মহয় চানবা মথল-লৈক্লি

অয়াম্বা হকচাং ফংহনা সংসার অসিদা হায়ঙমদবা মতমদগী কোয়হনা লৈরক্লিবনি অহুগা মতুংদস্ত মোক্ষ ফংদ্রিবা ফাওবা কোয়হনা লৈগদবনি হায়বা অসি শাস্ত্রগী লেংদ্রবা সিদ্ধান্তনি।

## নিষ্কাম কর্ম্ম

কর্ম্মগী মরমদা খঙবা য়াবা অথোই-অথোইবা ব্রা খব্রা লৌদূনা ঐখোয়না অহানবদা বিচার তৌগে। হৌজিক নিষ্কাম কর্ম্ম করিনো অমস্তুং মহুদগী করি কান্নবা ফংগদগে হায়বসিগী মরমদা বিচার তৌসি। নিষ্কাম কর্ম্ম হায়বা অসিগী অচম্বা অর্থদি—নীংদনা অমস্তুং পামদনা তৌবা থবক্নি। অহুবু মসিদি ওই-থোক্তবগুম থোকই; মরমদি পুক্নীংনা অহানবদা থবক অহু তৌগে নীংদনা কনা অমস্তনা থবক তৌদে; অহুগা তৌগে নীংলবস্থু থবক অহুবু পামদ্রবদি মীনা মহুবুস্থ তৌদে।

মরম অসিনা মনুনস্থ অস্থুম্না হায়রি—

**অকামস্য ক্রিয়া কাচিদ্দৃশ্যতে নেহ কর্হিচিৎ।**
**যদ্ যদ্ধি কুরুতে কিঞ্চিত্তত্তৎকামস্য চেষ্টিতম্॥**

(২।৪)

"সংসার অসিদা করিগুম্বা মফম অমদস্থ তৌগে নীংবা লৈত্তবা কনাগুম্বা মী অমগী থবক অমত্তা উবা ফংদে। মরম অসিনা তৌরি-তৌরিবা থবক পুম্নমক অসি নীংহনা তৌবা ওাক্তনি।"

মরম অসিদগী নিষ্কাম কর্ম্ম করিনো হায়বা খঙনবগীদমক ৱাহৈ অসিদা লাকইবা কর্ম্মগী অর্থ অহানবদা খঙবনা চুন্নি। বেদ, স্মৃতি পুরাণনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্র পুম্নমক্তা মহু তৌরগা পুণ্য ফংগনি হায়না তাক্লিবা থবক অমসুং নুমিৎ খুদিংগী ব্যবহারদা মীনা তৌরিবা পাপ য়াওদবা থবকশিং অহুবু মফম অসিদা কর্ম্মগী অর্থ ওইনা লৌগদবনি। মহু তৌরগা পাপ পোকপা থবকশিং অহুবুদি মফম অসিদা কর্ম্মগী অর্থ ওইনা লৌরোইদবনি। মখোয়শিং অহুদি তৌরোইদবা থবক্কি; মখোয় অহুবু নিষিদ্ধ কর্ম্ম কৌই। অহুগা নিষ্কামগী অর্থ, তৌগে নীংদনা কর্ম্ম তৌ হায়বসু নত্তে। মথক্তা হায়খ্রিবা পুণ্য ওইবা কর্ম্মশিং অহু তৌবদগী ফংগদবা মহয়শিং অহুবু ফংবা পামদনা কর্ম্মশিং অহুবু তৌনিংনা তৌ হায়বনি। মসিগী খুদম ওইনা বেদনা তাকপা কর্ম্ম অমা লৌসি—"দর্শপূর্ণমাসাভ্যাং স্বর্গকামো যজেত" স্বর্গগী মশক ওইবা পুণ্যগী মহয় ফংনীংবা মীনা দর্শ অমসুং পূর্ণমাস কৌবা যাগ অনী তৌ (থাশি নুমিত্তা তৌগদবা যাগবু দর্শ কৌই; অহুগা থাবুং ফাবা (পূর্ণিমা) নুমিত্তা তৌগদবা যাগবু পূর্ণমাস কৌই)। মসিদা স্বর্গগী মশক ওইবা পুণ্য ফলবু পামদবা দর্শ অমসুং পূর্ণমাস যাগ অনী অসিবু তৌনীংনা তৌরবদি মখোয় অনী অসি নিষ্কাম কর্ম্ম ওইগনি, অহুগা স্বর্গ ওইবা ফল ফংনীংহনা তৌরবদি সকাম কর্ম্ম ওইগনি। সকাম কর্ম্ম অমসুং নিষ্কাম কর্ম্ম অনীগী মওংদা করিমত্তা খেন্নদে। মসিবু অমরোমদা হায়রগা পুণ্য ওইবা থবক পুম্নমক্কী,পুণ্য ওইবা ফলশিং অহু মশানা

কংবা পামদনা কৰ্ম্মশিং অহৌবু তৌনীংনা তৌবা অসি, নিষ্কাম কৰ্ম্মগী মওংনি। মসিবু ঈশ্বৰদা কল্ কৎথোকলগা তৌবা থবক হায়নৈ কৌনৈ। মৰম অসিনা গীতাদা ভগবান্না অস্নুম্না তাক্লি—

**যৎ করোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।**
**যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎ কুরুষ্ব মদর্পণম্ ॥**

(৯।২৭)

"হে কৌন্তেয়। (হে কুন্তীগী মচা অৰ্জ্জুন!) নহাক্না তৌরিবা থবক পুম্নমক, চারিবা পোৎ পুম্নমক, অগ্নিহোত্ৰনচিংবা তৌরিবা নিত্য নৈমিত্তিক কৰ্ম্ম পুম্নমক, পীরিবা দান পুম্নমক, অদুগা তপনচিংবা তৌরিবা ব্ৰত পুম্নমক অহু ঐঙোন্দা (ভগবান্দা) কৎথোকউ।"

মতৌ অস্নুম্না কৎপা আসদগী কাৰ কান্নগদগে হায়বা আমস্ন ভগবান্না অস্নুম্না তাক্লি—

**শুভাশুভ ফলৈরেবং মোক্ষ্যসে কৰ্ম্মবন্ধনৈঃ।**
**সন্ন্যাস যোগযুক্তাত্মা বিমুক্তো মামুপৈষ্যসি॥**

(৯।২৮)

"মতৌ অস্নুম্না থবক পুম্নমক ঐঙোন্দা (ভগবান্দা) কৎথোকলবদি নহাক্না তৌরিবা অফ-ফত্ত মহৈ লৈবা অমসুং সংসারদা, পুন্দুনা লৈনবগী মশক ওইবা কৰ্ম্মশিংদগী নহাক নাম্থোকপা ঙমগনি; অদুগা তৌরিবা পুম্নমক ভগবান ঐঙোন্দা কৎথোকপা ওইনা নিষ্কাম কৰ্ম্ম যোগদগী পুক্নীং শেংদুনা নহাক কৰ্ম্ম বন্ধনদগী (কৰ্ম্মনা পুন্দুনা লৈরিবা অসিদগী নাম্থোক্লগা ঐবু (ভগবানবু) ফংগনি।"

ব্রাক্ষম অসিদা ভগবান্না "মামুপৈষ্যসি" ( নহাক ঐবু ফংগনি ) হায়রিবা অসিগী অথুপ্পা ব্রা করিনো ? ভগবান্দি অর্জ্জুনগী মরূপ ওইহূনা, মাগী দোলায় থৌদূনা লৈবা মরমদগী অর্জ্জুন্না মাবু ( ভগবানবু ) ফংদূনা লৈ ; অহূবু অর্জ্জুন্না মাবু ফংদবগুম্না—"নহাক ঐবু ফংগনি" হায়না ভগবান্না হায়রি। মসিগী অথুপ্পা ব্রাদি অসিনি—অর্জ্জুন্না পূক্নীংদা হৌজিক ফাওবা "ঐগী অশেংবা শক ভগবানমক্নি, তোপ্পা উরিবসিদি অন্তঃকরণ ওইবা উপাধিনা তৌবনি" হায়বা নীংথিনা খণ্ডি্র। মানা খণ্ডি্রবা অহূগী মরমদি মাগী পূক্নীং শেংদবদগীনি। নিষ্কাম কর্ম্ম তৌদুনা পূক্নীং শেংল-বতদা "ঐগী অশেংবা শক ভগবানমক্নি" হায়বা খণ্ডুনা ভগবান্দা তিনবা ঙমগনি হায়বা ব্রা ভগবান্না অর্জ্জুন্দা তাকপনি। মরম আসদগী ভগবান্না তুংদা অর্জ্জুনবু তাক্লনি —

**ক্ষেত্রজ্ঞং চাপি মাং বিধি সর্ব্বক্ষেত্রেষু ভারত ৷**

( গীতা ১৩ । ২ )

"হে ভরতবংশদা পোকপা অর্জ্জুন! থব্রায় পানবা পুম্নমক্কী হকচাংশিংদা লৈরিবা জীবাত্মাসিবু নহাক্না ঐমক্নি ( ভগবানমক্নি ) হায়না খঙউ।"

**মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূতঃ সনাতনঃ ॥**

( গীতা ১৫ । ৭ )

"থব্রায়পানবশিংগী হকচাং অসিদা থব্রায় পান্দুনা লৈরিবা আত্মাসি সনাতন ওইবা ( মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা ) ঐগী ( ভগবানগী ) শরুক অমনি ( মসি ভগবান ওইবা ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে )।"

যুমশিংগী মনুংদা চঙহ্না লৈরিবা আকাশ তোপ্পা তোপ্পা যুমশিং ওইবা উপাধিনা ( করিগুম্বা পোং অমনা মাগা লোয়ননা মরী লৈনবগুম তৌবা অতোপ্পা পোং অমদা মাগী মতীক মগুণ উহনবা ঙম্লবদি মাবু উপাধি কৌই ) উরবস্তু অশেংবমক্তি শীনবা থুংনা লৈরিবা অমস্তুং অমত্তা ওইবা আকাশদগী অতোপ্পা অমা নত্তে, সুপ্পা আকাশবু খাযদোক্লুনা থম্লিবা যুমশিং ওইবা উপাধি-শিংদগী তোপ্পা উবতনি, মতৌ অস্তুম্না জীব পুম্নমক অসিস্তু মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা ভগবান্দগী অতোপ্পা নত্তে, সুপ্পা অন্তঃকরণ ওইবা উপাধিশিংনা মরম ওইহ্না ভগবান্দগী তোপ্পা উবনি, অহ্নগা অন্তঃকরণগী মতীক মগুণ লৌরগা অৱা-নুংঙাই খঙহ্না লৈবনি, অশেংবদি ভগবানমক্তি।

মতৌ অস্তুম্না ভগবান্না অর্জ্জুনবু হাযরিবা ৱা অসিদগী ঐখোয়না মসিবুস্তু খঙবা ঙমলে, মত্তুদি— ঐখোয়না পূক্নীং শেংদোক্লুনা ভগবানবু ঐখোয়মক্তি হায়না খঙদ্রিফাওবা মাযানা মরম ওইক্লনা অবতারনচিংবা লৌদূনা লৈরিবা ভগবানগী নীংথিবা মশক মতৌ অহ্ন থাঙ্গৈশেংনা ঈনাক্তা উবা ফংলবস্তু ভগবানবু ঐখোয়না ফংবা ঙমদে। ভগবানগী অহ্নগুম্বা মশক মতৌ অহ্ন ঈনাক্তা উরগা ভগবানবু ফংবা ঙম্লবদি অর্জ্জুনগী মফমদা ভগবান্না "কর্ম্ম পুম্নমক ঐঙোন্দা কংথোক্লগা পূক্নীং শেংনবা হোংনৌ, পূক্নীং শেংলবদি নহাক ঐবু ফংবা ঙমগনি" হায়বা ৱা অসি হায়রম্লোইদবনি।

অসিদা কনা কনাগুম্বনা অস্তুম্না অমুক হায়বা য়াই—কর্ম্মগী মহয় পামদনা তৌনীংবা কর্ম্ম পুম্নমকপু তৌহ্না লৈরবস্তু অপাম্বা

পূম্নমকপু থাদোক্লনা কর্ম্ম তৌবা য়াই হায়বসি চুমদে। মরমদি মহুদস্থু জীবনা ভগবানবু ফংবগী মশক ওইবা মোক্ষ অহু পাম্মি। মোক্ষ অহু পামদ্রবদি কর্ম্মগী মহয় পামদনা তৌনাংবা কর্ম্ম তৌবা য়ারোই।

মসিদা পীগদবা পাউথুমদি অসিনি—চুম্মি, মোক্ষ পামদ্রবদি কর্ম্মগী মহয় ( ফল ) পামদনা তৌনাংবা কর্ম্ম তৌবা য়ারোই। অদুবু মোক্ষ পাম্বা অসিবু শাস্ত্রনা অপাম্বনি হায়না লৌদে, কর্ম্মগী ফল পাম্বতবু অপাম্বনি হায়না লৌই। মসিগী মরমস্থু অসিনি—মোক্ষ অসি ফল ( মহয় ) নত্তে, মহুদি অহানবদগী মশামক সিন্ধ ওইহুনা লৈবা আত্মাগী মশকমক্রি। ফলনা ( মহয়না ) অহানবদদি লৈতবা অদুগা মতুংদা করিগুম্বা থবক অমা তৌহনা ফংবা ম্যাবা পোংনি; হায়বদি কর্ম্ম তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা পোক্লিবা অহুগা কর্ম্ম অহু তৌরবা মতুংদা কর্ম্ম অহুনা মরম ওইহুনা পোক্লগা ফংবা য়াবা পোৎপু ফল ( মহয় ) কৌই।

মরম অসিনা ফল অনিত্যনি হায়বদি পোকপা-শিবা নাই-হুনা মতম খরা লৈরগা মাঙগদবা পোৎনি। অদুগা আত্মাগী অশেংবা মশক ওইবা মোক্ষদি নিত্যনি। ফংদ্রিঙৈগী মমাঙদস্থু মোক্ষ অসি লৈরম্মি ফংলবা মতুংদস্থু মহু মতম পূম্নমক্তা লৈগনি; পোকপা-শিবা নাইবা পোৎ নত্তে। থাঙ্গশেংনা বিচার তৌরবদি মোক্ষ অসি ঈশাগী মশক ওইবা মরমদগী অহানবদা ফংলমদে হায়বস্থু য়াদে; মহুদি মতম পূম্নমক্তা ঐখোয়না ফংহুনা লৈরিবনি; অদুবু অহানবদা ঐখোয়না ঈশাগী অশেংবা ঈশকপু অজ্ঞানা মরম

ওইদুনা খণ্ডনবদগী মহু ফংদবগুম তৌদুনা লৈ, ঈশাগী অশেংবা ঈশকী জ্ঞান ফংদুনা অজ্ঞান মাঙখিবা মরমদগী মহু তুংদা ফংবগুম তৌই। মহুদগী মীনা মোক্ষবু ফলনি হায়নবতনি, অশেংবমক্তি মোক্ষ ফল নত্তে. ফলদি আভাসনি (ফল নত্রবসু ফলগুম্না উবনি)। মীনা কাউদুনা ভকশমদা লৈরিবা লীকপু লৈতবগুম নীংদুনা অতোপ্পা মফমশিংদা কোয়থি থিরগা মতুংদা ভমশমদা খুৎ থম্বা মতমদা মহু ফংবগুম তৌদুনা ফংলে হায়নৈ। অশেংবমক্তি মহু হান্নদগী হৌনা ফংদুনা লৈ, হান্না ফংলমদে হায়বা নত্তে, অদুবু কাউবদগী ফংদবগুম তৌদুনা মহু মীনা ফংবা পাম্মি, পাম্বদগী থিবদা ভকশমদা ফংবা মতমদা ফংলে হায়নবদনি। মসিদা অফংবা পোৎপু ফংবা পাম্বা অসি অশেংবা অপাম্বা নত্তে, মসিবু অপাম্বা আভাস (অপাম্বা নত্রবসু পাম্বগুম উবা) কৌই; ফংদবা পোৎপু পাম্বদি অশেংবা অপাম্বনি। অদুগা অফংবা পোৎপু ফংবা অসিসু অশেংবা ফংবা নত্তে, মসিবুসু ফংবা আভাস (অফংবা পোৎপু ফংদবগুম তৌদুনা ফংবা) কৌই, ফংদবা পোৎপু ফংবদি অশেংবা ফংবনি। মতৌ অদুম্না আত্মাগী অশেংবা মশক মোক্ষ ফংবা পাম্বদু হান্ননা ফংদুনা লৈবা মরমদগী, ফংবা আভাস অমসুং পাম্বা আভাসনি, অশেংবা ফংবা অমসুং পাম্বা নত্তে। মরম অসিনা মোক্ষ পামদুনা কর্ম্মগী মহয় পামদনা তৌনীংবা কর্ম্ম তৌবদা কায়বা লৈতে। মরম অসিদগী ব্যবহারদা জীবশিংগী মনুংদা চৎনবা অশেংবা অপাম্বা (কাম) করিনো হায়বা তাকুবগীদমক শ্রীবিদ্যারণ্য মুনিনা পঞ্চদশীগী চিত্রদীপ

প্রকরণদা অস্মুম্না ইরি—

**অহংকারচিদাত্মানা বেকী কৃত্যাঽবিবেকতঃ।**
**ইদং মে স্যাদিদং মে স্যাদিতীচ্ছাঃ কামশব্দিতাঃ॥**
(৬। ২৬১)

"অশেংবা চিদাত্মা (অশেংবা জ্ঞানগী মশক ওইবা আত্মা) অমসুং অহংকার (ঐ, ঐ হায়না চাউথোক্পা লৈবা অচেতন অন্তঃকরণ) অনী অসি অমনা অমদগী য়াম্না খেন্নে; অদুবু অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা মখোয় অনী অসি অমত্তা ওইনা লৈবগুম ৎৌবগা "পোৎ অসি ঐগী ওইসনু, পোৎ অসি ঐগী ওইসনু" হায়না নীংবা অসি কাম (অপাম্বা) হায়রিবগী অর্থনি।

মরম অসিদগী প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না হিংদুনা লৈরিবা জীবনমুক্ত জ্ঞানীশিংগী পুক্নীংদা করিগুম্বা পোৎ অমা পামদুনা থবক ৎৌবা, অতোপ্পা মীশিংগী কান্নবা তৌনীংদুনা উপদেশ পীবনচিংবা থবক তৌবা মসি পুম্নমক অসি নিষ্কাম কর্ম্মগী মমুং চনবনি হায়বা অসিস্তু অস্মুম্না ফাক্লি—

**অপ্রবেশ্য চিদাত্মানং পৃথক পশ্যন্নহংকৃতিম্।**
**ইচ্ছন্তু কোটিবস্তুনি ন বাধো গ্রন্থিভেদতঃ॥** (৬/২৬২)

"অহংকারগী (অন্তঃকরণগী) মমুংদা চিদাত্মাবু তিলহন্দনা অতোপ্পনি হায়না শেংনা খঙলগা আত্মাদগী তোপ্পা অহংকারবু যেংলিবা জ্ঞানী অদুনা পোৎ কোটি কোটিবু নীংদুনা মদুগীদমক ৎৌদুনা লৈরবস্তু মদুদা জ্ঞানী অদুগী করিস্তু কায়বা লৈতে।

মরমদি মহাক্কী চিজ্জড়গ্রন্থি অত্থ ( চেতন অমস্থুং অচেতন অন্তঃ-করণ অনীমক্কী, অমত্তা ওইনা কিশি কিন্থনা লৈরম্বত্থ ) নাম্লোকপ্রে।"

মতৌ অস্থম্না মোক্ষ অসি ফল নস্তবদগী মত্থ পামত্থনা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবদা করিস্ত কায়বা লৈতে।

শ্রুতিনস্থ অস্থম্না হায়রি—

"তমেতং বেদানুবচনেন ব্রাহ্মণা বিবিদিষন্তি
যজ্ঞেন দানেন তপসাঽনাশকেন ॥"

( বৃহদারণ্য ৪।৪।২২ )

"মোক্ষ ফংনীংবা মীশিংনা বেদ তমত্থনা, নিষ্কাম যাগনচিংবা কর্ম্ম তৌত্থনা, দান পীত্থনা অমস্থুং উপবাস ব্রত ( চরা হেনবা ) নচিংবা তপ তৌত্থনা পরমাত্মাদগী খেন্নবা লৈতবা আত্মা অসিবু খঙনীংই।

হৌজিক নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবদগী করম তৌনা মোক্ষ ফংবা য়াবগে হায়বা অসিগী মরমদস্থ খরদং খঙনবা হোৎনসি। ঐখোয়গী অন্তঃকরণ ( মন ) অসিদা বিক্ষেপ অমস্থুং মল কৌবা দোষ অনীখক লৈ। দোষ অনী অসিনা যাম্না কন্না থিংত্থনা থম্বা মরমদগী ঐখোযনা অশেংবা আত্মাগী জ্ঞান ত্রোবা ( খঙবা ) ঙমদ্রিবনি। দোষ অনী অসিবু মনদগী লৌথোকপা ঙমলবদি ঐখোয়না আত্মজ্ঞান ফংবদা থীল্লোয়দবনি। বিক্ষেপকী অর্থদি চঞ্চলতানি ( নীঙ্কনা লেঙত্থনা লৈবনি )। ঐখোয়গী মন অসি হৌনশা ওইনা ঙহাক্তা তুমিন্না লৈতে, মখল-মখা অয়াম্বা সংসারগী পোৎ-চৈশিংদা অমস্থুং বিষয় ভোগশিংদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈ।

মতৌ অসুম্না কোযচং চৎলিবা অদু বিক্ষেপ দোষ লৈবদগীনি। বিক্ষেপ দোষ লৈত্রবদি মন অসি শোযদনা তুমিন্না লৈগনি। হায়রিবা বিক্ষেপ দোষ অসিবু মনদগী লৌথোক্নবা উপায়শিংদি ঈশ্বরপ্রনিধান ( ঈশ্বরবু নীংবা ) ঈশ্বরগী ভক্তি পূজানচিংবা তৌবা, আত্মাগী অশেংবা মশক্কী মরমদা মনন ( বিচার ) তৌবা, নিদি-ধ্যাসনগী ( সমাধিগী ) অভ্যাস তৌবা অসিনচিংবনি।

উপায পুম্নমক অসিগী মরমদা "ভক্তিগী লম্বী" অমসুং "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক অনীগী মনুংদা শুগায়না ইখ্রে। মরম অসিনা মতাং অসিদা মখোয়শিং অদুবু অমুক হন্না ইদ্রে। মক্ষম অসিদদি মল দোযবু মনদগী লৌথোক্নবা উপায়গী মরমদা বিচার তৌসি অমোংপবু মলদোয কৌই। অমোংপা যিদা করিগুম্বা ফজবা মচু অমা শঙবা মতমদা মচু অদু অমোংপা ফি অদুদা নীংথিনা লাকপা ( চুবা ) ঙমদে, য়াম্না শেংবা অঙৌবা ফিদা মচু অদু শঙলবদি মদু ফি অদুদা নীংথিনা লাকই ( চুই )। মতৌ অদুগুম্না অমোংপা মনদা অশেংবা আত্মজ্ঞান নীংথিনা লাকপা ঙমদে, তাবা-খোংপদগী খরদং লাবপা অদুসু থাজবা পোকপা ওইথোক্রবনি, খনবনচিংবা মখল-মখা অযাম্বা রাখল য়াম্না লাক-পদগী অরেম্বদা মাঙখি। মনদা লৈবা অমোংপা অদু লৌথোক্লুনা অঙৌবা ফিগী মতৌগুম্না মন শেংলবদি মদুদা আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা মচু শঙবা মতমদা মচু অদুনা মনদা নীংথিনা লৈরগা সংসারগী অরা-অনা ফংদুনা লৈরিবা জীব অসিবু মাগী অশেংবা মশক খঙহল্লি। মদুদগী জীব অসি অরা-অনা, পোকপা-শিবা থাদোক্লুনা

প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবমক্তদা পরমাত্মাদা তিল্লি, অদুগা প্রারব্ধ লোইদ্রি ফাওবদি জীবনমুক্ত ওইদুনা লৈ। মতৌ অসুম্না জীবগী পরমাত্মাদা তিনবসি পরমাত্মা ফংবনি, মসিবু মোক্ষ হায়নন্ত কৌই। মরম অসিনা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু নিষ্কাম কর্ম্ম তৌদুনা মনগী অমোংপা অদু কোকহল্লু অমস্তং চামথোকউ হাযনা তাক্লিবনি। অদুগা মনবু চামথোক্লগা করি তৌবা হৌনৈ হায়বা অসিস্তু ভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

**চেতসা সর্ব্বকর্ম্মাণি ময়ি সন্ন্যস্য মৎপরঃ।**
**বুদ্ধিযোগমুপাশ্রিত্য মচ্চিত্তঃ সততং ভব॥**
**মচ্চিত্তঃ সর্ব্বদুর্গাণি মৎপ্রসাদাত্তরিষ্যসি।**

(গীতা ১৮। ৫৭, ৫৮)

"পুক্নীং চপ যুংনা লেপ্তুনা থবক পুন্নমকপু (ব্যবহারদা চৎনরিবা থবক পুন্নমক্কী মহযবু অমস্তং স্বর্গনচিংবা ফংনবা তৌরিবা শাস্ত্রনা তাকপা থবক পুন্নমক্কী মহয়বু) ভগবান ওইবা ঐঙোন্দা থাদোক্লগা (কৎথোক্লগা) ভগবান নক্তবা অতোপ্পা অমা লৈত্রে হাযবা লেপ্লগা বুদ্ধি যোগ তৌদুনা (জ্ঞানগী লম্বীদা চত্তুনা) নহাক্কী পুক্নী অদু ঐঙোন্দা (ভগবান্দা) মতম পুন্নমক্তা থম্মু (অন্তঃকরণ উপাধিনা মরম ওইদুনা ঐ ভগবান্দগী তোপ্পা উরিবনি, উপাধি অসি লৈত্রবদি ঐগী ঈশক ভগবানগী শকমক্কী হায়না মতম পুন্নমক্তা লেপ্তুনা লৈয়ু)। মতৌ অসুম্না ঐঙোন্দা (ভগবান্দা) পুক্নীং লেপ্তুনা লৈবা মরমদগী ঐগী (ভগবানগী) কৃপাদগী নহাক

সংসারগী অৱাবা পুম্নমক্তগী লাম্হোকপা ঙমগনি (পোকপা-শিবা নাইবা সংসারদগী লাম্হোক্তুনা ভগবান্দা তিনবা ঙমগনি)।"

মতৌ অসুম্না ভগবান্না তাক্লিবা নিষ্কাম কর্ম্ম অসি তৌবদগী শেংদোকদৌরিবা মনগী অমোৎপা অদু করম্বা পোৎনো অমসুং মদু সকাম কর্ম্মদগী করি মৰম্না চামথোকপা, শেংদোকপা য়ারোইদৌরিবনো হায়বসিগী মরমদসু বিচার তৌসি। ঐখোয়গী মন অসি রজোগুণ অমসুং তমোগুণ খজিক্তং য়ান্দুনা লৈবা, তরু-তরুবা সত্বগুণনা শাবা য়াম্না কূপ্পা পোৎ অমনি। মন অসিদা ঐখোয়গী হৌখিবা মপোক কয়ামুক্তা তৌখিবা অমসুং হৌজিক ফাওবা মদুগী মহৱ চাদ্রিবা অদুগা সঞ্চিত কর্ম্মগী মশক ওইনা লৈবা পাপশিংবু মনগী অমোৎপা (মল) দোষ কৌই; মসিবু মনদা লৈবা পাপকী সংস্কার হায়নসু কৌই। পাপকী সংস্কার য়াম্না লৈবা মনদি য়াম্না মোৎলি, অমোৎপা মনদা পরমাত্মাগী মঙাল নীংথিনা তাবা ঙমদবদগী মন অদুনা পরমাত্মাবু খঙবা ঙমদে, অদুগা পাপকী সংস্কার য়াম্না লৈত্তবা মন তরু-তরুনা শেংনা লৈবা মরমদগী মদুদা পরমাত্মাগী তারিবা মঙাল অদু নীংথিনা খঙদুনা মন অদুগী মতেংদগী জীবাত্মা অসি মতম পুম্নমক্কী ওইনা মাগী অশেংবা মশক ওইবা পরমাত্মাদা তিল্লি। মতৌ অসুম্না জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মাগী অমত্তা ওইবা মশক অদুবু মোক্ষ কৌই; মদুদগী অতোপ্পা পোৎ (পুনবদগী নাম্হোকপা ওইবা থবক) মোক্ষ নত্তে। পাপ লৈত্তবা অশেংবা মনদা জীবগী অশেংবা মশক পরমাত্মাবু উবা ফংই হায়বা গরুড় পুরাণদা অসুম্না তাক্লি—

**জ্ঞানমুৎপদ্যতে পুংসাং ক্ষয়াৎ পাপস্য কর্ম্মণঃ।**
**যথাঽঽদর্শতলপ্রখ্যে পশ্যত্যাত্মানমাত্মনি ॥**
(গরুড় পুঃ ১।২৩৭।৬)

"পাপকর্ম্ম মাঙলবা তুংদা মীগী পুক্নীংদা আত্মজ্ঞান পোক্লকই। অদুগা মতম অদুদা অশেংবা মিংশেলদা য়েংবদা মি শেংনা উবগুম্না অশেংবা মনদা আত্মাগী অশেংবা মশক অদু উই।"

মরম অসিনা খ্বায়দগী অহানবদা ঐখোয়না মন শেংনবা শোয়দনা হোৎনগদবনি; হোৎনবসিদা মতেং পাংবা ঙম্বা উপায় কয়ামুক্তি অহানবদা ইথ্রে; অথোইবা উপায়দি নিষ্কাম কর্ম্মনি। অমোৎপা ফিবু সাবুন্না শূদুনা অমোৎপা চামথোক্লগা অশেংবা ফি ওইহনবগুম্না অমোৎপা মনবু শূদোক্লুনা চামথোক্লগা শেংদোকনবা সাবুনদি নিষ্কাম কর্ম্মনি; অদুগা মনদা লৈরিবা অমোৎপা অদুদি পাপ নত্তনা অতোপ্পা অমা নত্তে। পাপ অদু লৌথোক্লবা উপায় নিষ্কাম কর্ম্মসি সাবুনগী মশক ওই হায়বা অসি শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি—

**"ধর্ম্মেণ পাপমপনুদতি"** (তৈঃ আরণ্যক ১০।৬৩।৭)
"পুণ্য ওইবা কর্ম্ম তৌবদগী পাপ কোকই।"

মফম অসিদা শ্রুতিনা তাক্লিবা পুণ্য কর্ম্ম অসিবু নিষ্কাম কর্ম্মনি খঙগদবনি। মরমদি নিষ্কাম ভাবনা (রাথল) তৌদুনা পুণ্য ওইবা অকবা কর্ম্ম তৌরবতদা মীনা হান্না তৌখিবা পাপশিংবু মাঙহনবা ঙমগনি; সকাম ভাবনা তৌদুনা (মহয় ফংনবা নীংদুনা) পুণ্য ওইবা অকবা কর্ম্ম তৌরবদি মহুদগী মীনা হান্না তৌখিবা পাপ কর্ম্মশিংবু

মাঙহনবা ঙম্মোই। মসিগী মরমদি অসিনি—সকাম কৰ্ম্ম পুণ্য ওইবা থবক ওইরবসু ফল ফংনবা তৌবা মরমদগী ফল অদু পীরগা অতোপ্পা অমা তৌবা ঙমদে। অদুগা নিষ্কাম কৰ্ম্মদি ফল ফংনবা তৌদবা মরমদগী, মদুদগী ফংগদবা ফলগী মহূত্তা হান্না তৌখিবা পাপশিংবু মাঙহল্লি। সকাম অমসুং নিষ্কাম কৰ্ম্ম মশক্তা করিমত্তা খেন্নদনা অমত্তা ওইরবসু মদু তৌরিবা মীগী ভাবনা খেন্নবদগী তোপ্পা তোপ্পা ফল মখোয়দগী ওইরিবনি। মসিদা ভাবনা অসি মরু ওইনা থবক তৌই। থবক অমত্তা ওইবসু ভাবনা খেন্নবদগী ফল খেন্নে হায়বা অসি নীংথিনা থঙননবগী খূদমদি অসিনি—নহা ওইরিবা নুপা-নুপীশিংনা চকচাংবু তরু-তরুনা থম্নবগীদমক মনম নুংশিবা সাবুন নোইদুনা ঈরুজে, শমদা মনম নুংশিবা থাউ তৈ অমসুং মায়নচিংববুসু খরা ঙৌনা উননবা পাউডর থাই অদুগা অফবা ফজবা ফিনচিংবা শেৎলগা মিংশেল যেংদুনা হরাওই। মদুদা মখোযগী পুক্নীংদা—"ঐ যাম্না ফজে, ঐবু উরগা মীনা থাগৎসনু অমসুং পামসনু" হায়বা রাখল অসি লৈ। মদুদগী মখোয়গী ভাবনা অদুগী মতুং ইন্না মখোয়না ফংবা ফল অদুদি মী পুম্নমক্না থঙন-রিবনি, মদুদা অমুক থোইনা করিসু হায়ফম লৈতে। অদুগা কনা কনাগুম্বা লৌশিং তাবা অমসুং মশাগী কান্নবা তৌনীংবা নুপা-নুপীনা চকচাং অসিবু দেবমন্দিরনি (লাইশঙনি) থন্দূনা মদু মোত্তনবা মনম নুংশিবা সাবুন্নচিংবা নোইদুনা নীংথিনা ঈরু-মায়থজরবতি অমসুং মন্দিরবু নীংথিনা লৈতেংনবা থন্দূনা অফবা ফজবা ফিনচিংবা শেৎলবদি অমসুং মদুগী মনুংদা লাক্তুনা থম্নিবা

লাইবু পেন্নবা অফবা চিঞ্জাক চাদূনা লৈরবদি মখোয়গী ভাবনা অদুগী মতুং ইন্না শোয়দনা অফবা থুবম ফংগনি হায়বা অসিদা করিমত্তা চিংনফম লৈতে। মথক্তা হায়রিবা ঈরুজবনচিংবা থবকশিং অসি অমত্তা ওইরবসু থবকশিং অদুবু তৌরিবা মীশিংগী ভাবনা খেন্নবদগী ফল কয়া খেন্নে হাথবা অসি ঐখোযনা নীংথিনা খঙবা ঙমগে। হকচাং অসি মন্দির (লাইশঙ) অমনি অমসুং মসিদা কল্যাণগী মশক ওইবা শিব (মহাদেব) মতম পুম্নমক্তা লৈ হায়বা অসিগী মরমদা মৈত্রেয়্যুপনিষৎকী অনীশুবা অধ্যায়দা অসুম্না তাক্লি—নোংমা মৈত্রেয়ী ঋষিনা কৈলাসতা চত্তূনা শ্রীমহাদেবগী মফমদা অসুম্না হংই—হে ভগবন! কৃপা তৌবিদুনা ঐঙোন্দা পরমতত্বগী রহস্য তাকপীযু। মদু তারগা মহাদেবনা অসুম্না হায়—

**দেহো দেবালয়ঃ প্রোক্তঃ স জীবঃ কেবলঃ শিবঃ।**
**ত্যজেদজ্ঞাননির্মাল্যং সোঽহংভাবেণ পূজয়েৎ ॥ ১॥**

"হে মৈত্রেয়! নহাক, হকচাং অসিবু দেবমন্দিরনি খঙউ, অদুগা জীববু সুপ্না অদ্বিতীয় (অনীশুবা লৈতবা) শিবগী মশক ওইবা পরমাত্মানি হায়না খঙউ। জীবগী মশক ওইবা পরমাত্মাদা হান্ননা কত্তূনা থম্লিবা অজ্ঞানগী মশক ওইবা নির্মল্য অদুবু লৌথোক্লগা মদুগী মতুংতা "সোঽহম্" (ঐ ঈশামক পরমাত্মামক্লি) হায়বা ভাবনা অসি তৌদুনা পূজা তৌ" মরমদি—

**অভেদদর্শনং জ্ঞানং ধ্যানং নির্ব্বিষয়ং মনঃ।**
**স্নানং মনোমলত্যাগঃ শৌচমিন্দ্রিয়নিগ্রহঃ ॥ ২॥**

"আত্মতত্ত্বগী উপাসনাদা অভেদদর্শন ( জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মাদা খেন্নবা লৈতনা অমত্তা ওইনা খঙবসি ) জ্ঞাননি, মনবু সংসারগী পোৎশিংগী ব্রাখল লৈতনা থম্বা ধ্যাননি, মনদগী অযোৎপগী মশক ওইবা পাপ লৌথোকপসি স্নাননি। ঈরজবনি ); অদুগা হকচাং শেংদোকপদি ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দূনা থম্বনি।"

মসিদগী করি কান্নগনি হায়বা অসিগী মরমদা শিবনা অসুম্না তাকই—

**ইত্যেবমাচরেদ্ধীমান্ স এবং মুক্তিমাপ্নুয়াৎ ॥ ৩॥**

"মতৌ অসুম্না আচরণ তৌদুনা লৈবা মী অদু শোয়দনা মুক্তি ফংগনি।"

মরম অসিনা সকাম অমসুং নিষ্কাম কর্ম্ম মশক মওংদা অমত্তা ওইরবসু ভাবনা খেন্নবদগী মদুগী ফল খেন্নে ; ফল খেন্নবা মরমদগী নিষ্কাম ভাব লৌদূনা তৌবা কর্ম্ম মনদা লৈবা পাপশিংবু মাঙহনবা ঙম্মি। অদুবু মসিদা কনাগুম্বনা অসুম্না হায়বা য়াই—নিষ্কাম কর্ম্মদগী মনদা লৈবা হান্না তৌখিবা পাপ করম তৌনা লৌথোকপা ঙমগনি ? মরমদি - "অবশ্যমেব ভোক্তব্যং কৃতং কর্ম্ম শুভাশুভম্" অহানবদা তৌখিবা অফ-ফত্ত কর্ম্ম পুম্নমক্কী ফল শোয়দনা চাগদবনি হায়বা শাস্ত্রগী সিদ্ধান্তনি। চুম্মি, সিদ্ধান্ত অসি লৈ। অদুবু মসি সাধারণ ওইনা তাকপা সিদ্ধান্তনি, মসিগুম্বা সাধারণ সিদ্ধান্ত অসি করি করিগুম্বা মফমদা বিশেষ ওইবা শস্ত্রদগী ককপা য়াই ; নত্রবদি করিগুম্বা পাপ অমা তৌরবা মতুংদা পাপ অদু কোন্নবা শাস্ত্রদা প্রায়শ্চিত কর্ম্ম তৌ হায়না তাকপা অরেম্বা

তাগনি। মরম অসিদগী প্রায়শ্চিত কর্ম্মগী মতৌগুম্মা নিষ্কাম কর্ম্ম অসিসু পাপশিংবু মাঙহল্লগা মনবু শেংদোকহনগনি। "অবশ্যমেব ভোক্তব্যং" হায়বা শাস্ত্রদীদি তৌখিবা পাপশিং অদুগী প্রায়শ্চিত কর্ম্ম তৌহৌদ্রবদি নল্লগা ঈশ্বরার্পণগী ভাবনা তৌহনা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌদ্রবদি মহয় শোয়দনা ফংগনি তাকপনি। মরম অসিনা মসিদা করিসু অকায়বা লৈতে। গীতাগী মনুংদদি শ্রীভগবান্না নিষ্কাম কর্ম্ম অসিবু থাগত্তুনা অসুম্না হায়রি—

**নেহাভিক্রমনাশোহস্তি প্রত্যবায়ো ন বিদ্যতে**

**স্বল্পমপ্যস্য ধর্ম্মস্য ত্রায়তে মহতো ভয়াৎ॥** (গীতা ২।৪০)

"নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবা অসিদা মহুদগী ওইরকপা ফল (মহয়) অদু কদৌহৈদসু লেমনা মাংদে (মরমদি কর্ম্ম অদু তৌনা তৌনা মহুগী মতীক চাবা ফল ওইনা মতম অদুদা মনদা লৈবা পাপ মাঙবা হৌই), অদুগা নিষ্কাম কর্ম্ম অদু তৌবা মতমদা শোয়-ভাম্বা থরা থোক্লবসু মহুদগী করিগুম্বা দোষ অমত্তা লাক্লোই (মরমদি তৌরিবা কর্ম্ম অদু ঈশ্বরদা কৎথোকপা মরমদগী মী অদুনা ভমজবা মথৈ তৌরিবা অদুদগী ঈশ্বরনা য়াম্না পেনবি, অদুগা সকাম ওইনা তৌরিবা কর্ম্মদি শাস্ত্রনা মদু তৌনবা তাক্লিবা নিয়মগী মতুং ইন্না শোয়দনা তৌগদবনি, মহুম্না তৌবদা থরা শোয়-ভাম্বা থোক্লবদি দোষ লাকপা মরমদগী মহুদগী ফংনীংবা ফল ফংলোই, অদুগা ফংনীংদবা ফল ফংবসু য়াই)। মরম অসিদগী নিষ্কাম কর্ম্ম ওইবা ধর্ম্ম অসিবু ভমজবগী মতুং ইন্না খজিক্কং ফাওবা তৌরবসু মদুনা তৌরিবা মী অদুগী পাপ লৌথোক্লুনা পোকপা-শিবা নাইবা সংসারদগী য়াম্না কিনা লৈরিবদুবু কোকথোকহল্লি।"

নীংথিনা বিচার তৌহুনা য়েংলবদি সকাম কর্ম্ম তৌবা অসি সুকচুম চুমদে; মরমদি ঐখোয়না তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক অসিগী মহয় ফংনীংবগী মতুং ইন্না ফংবা য়াদে। অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়না মসিবু নীংথিনা অনুভব তৌহুনা খঙলিবনি। মসিগী মরমদি, মহয় ফংবসি ঐখোয়গী নীংবগী মথা পোন্দে, সর্ব্বজ্ঞ (পুম্নমকপু খঙবা ওম্বা) পরমাত্মাগী মথা পোন্দুনা লৈ। মী অহুনা তৌরিবা থবক অদুগী মতীক চাবা মহয় করিনো অমস্তুং মহুগী মহয় করম্বা মতমদা ফংবা য়াগদগে হায়বা মানা লোইনা খঙহনা লৈরিবনি; অদুগা মহুগী মতুং ইন্না মানা মী অদুবু মহয় পীবিরিবনি। মসিবু তাক্নুনা ভগবান মশামক্তম্ম গীতাদা অস্নুম্না হায়রি—

**কর্ম্মণ্যেবাধিকারস্তে মা ফলেষু কদাচন।**
**মা কর্ম্মফলহেতুর্ভূর্মা তে সঙ্গোহস্ত্বকর্ম্মণি॥**

(গীতা ২।৪৭)

"হে অর্জ্জুন! কর্ম্ম তৌবদা নহাক্কী অধিকার লৈ (শাস্ত্রনা তাকপা থবক্রচিংবা শোযদনা ত্রোফম থোকই খন্দুনা নহাক্না তৌগদবনি), অদুগা কর্ম্মশিং অদুগী মহয়শিংদদি নহাক্কী অধিকার লৈতে (তৌরিবা থবকশিংদুগী মহয় নহাক্না শোয়দনা ফংগনি হায়বসিদি নীংলোইদবনি, মরমদি মখোয়শিং অদুগী মহয় নহাক্না ফংনীংবা ফংবা য়ারোই)। মরম অসিদগী নহাক, কর্ম্মগী মহয় ফংনবা মরম ওইগনু (মহয় ফংনীংদুনা কর্ম্ম তৌগনু), অদুগা (মহয় ফংদ্রবদি করি কান্নগনি খন্দুনা) কর্ম্ম তৌদবদা নহাক্কী পুক্নীংস্নু চঙগনু (মহয়গীদমক মীনা কর্ম্ম তৌনরিবনি, মহয় ফংনীংদ্রবদি

করি মরমগীদমক কর্ম্ম তৌগনি হায়না লায়থোকপস্ম তৌগস্ম; মরমদি তৌরিবা কর্ম্ম অদুগী মহয় ঈশ্বরনা শোয়দনা পীবিদুনা নহারা ফংগনি )।"

কর্ম্মগী মহৈ ফংবা অসিগী মরমদা বেদান্ত দর্শনদা য়াম্না নীংথিনা বিচার তৌরি—মীওইবনা তৌরিবা কর্ম্মশিং অসিগী অফ ফত্ত মহয়শিং অসি তৌরিবা মী অদুবু কর্ম্ম মশামন্না পীবরা, নত্রগা ঈশ্বরনা পীবরা হায়না চিংনরবদা অস্মুম্না তাক্লি—

**"ফলমত উপপত্তেঃ"** ( বেঃ দঃ ৩। ২। ৩৮ )

ফলম্ = মীনা তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক্কী অফ-ফত্ত মহয পুম্নমকপু মী অদুনা, অতঃ = পরমাত্মা ঈশ্বরদগী ফংই, মরমদি উপপত্তেঃ = কর্ম্মগী মহয় ঈশ্বরনা পী হায়বসি যুক্তিদগী সিদ্ধ ওই।

পরমাত্মা ঈশ্বর জীব পুম্নমক্কী মপুনি, মহাক সংসার পুম্নমকপু শেম্বি-শাবিদুনা অমস্যুং য়োকপি-থাকপিদুনা লৈরিবনি। করম্বা মীনা করম্বা কর্ম্ম তৌই, কর্ম্ম অদুগী মতীক চাবা মহয় করিনো, করম্বা মতমদা অমস্যুং করম্বা মফমদা মী অদুবু কর্ম্ম অদুগী মহয় পীগদগে অসিনচিংবসি মানা লোইনা খঙদুনা লৈ ; অদুগা মদুগী মতুং ইন্না মানা মী অদুবু কর্ম্মগী মহয় পী। কর্ম্মদি তৌরিবা মতম অদুমক্তদা মাঙই, তৌদ্রিবৈগী মমাঙদা অমস্যুং তৌরবা মতুংদা কর্ম্ম লৈতে। মরম অসিনা মীনা মদুগী মহয় ফংবা মতমদা কর্ম্ম মশামক লৈতে হায়বা মী পুম্নমক্না খঙনরিবনি। ফীবম অসিদা মাঙখ্রবা অমস্যুং লৈত্রবা কর্ম্ম অদুনা মীবু তুংদা মহয় পী হায়বসি ওইথোক্তবনি। মসিদা কর্ম্ম মাঙখ্রবস্মু মদুদগী

পোকপা পাপ পুণ্য সংস্কার ওইনা মনদা লৈহৌই ; মহুদগী মীনা তুংদা মহয় ফংবা য়াই হায়বস্থু চুমদে—মরমদি সংস্কার ওইনা লৈহৌরিবা পাপ পুণ্য অদুস্থু মশামক অচেতন ( Unconscious ) ওইবা পোৎ অমনি। মরম অসিনা মশা মতোমদা মতম চানা মীবু মহয পীবা ঙম্মোই। ঈশ্বরদি চেতন ওইবা অমস্থুং পুম্নমক খঙবা মরমদগী মীবু তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না মহুগী মতীক চাবা মহয় তুংদা পীবা ঙমগনি। মসিদা নত্তনা—

"শ্রুতত্বাচ্চ" ( বেদান্ত দঃ ৩।২।৩৯ )

শ্রুতিনস্থু তাক্লি—"স বা এষ মহানজ আত্মান্নাদো বস্তুদানঃ"

( বৃঃ উঃ ৪।৪।২৪ )

জীবাত্মা অসিদগী খেন্নদবা, পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা অমস্থুং পোকপা-শিবা নাইদনা লেঙদনা লৈবা পরমাত্মা অদুনা থরায পানবা পুঃমকপু চেঙ চাক অমস্তুং লল-থুম পীরিবনি।

মতৌ অস্তুম্না এখোযনা ঈনীং তৌনা কর্ম্মগী মহয় ফংবা ঙমদে হাযবা খঙন-খঙনমক খজিক্তুং তৌরগা অচৌ-অচৌবা মহয় পামহুনা লৈনবিবসি পঙহুনা তৌরিবরা নত্রগা শিংহুনা তৌরিবরা হাযবা বিচার তৌহুনা য়েংবনা চুম্মি। অহানবদা খরা মুংঙাইহুনা লৈরিঙৈ মতমদদি ভগবানবু কাউথোক্তুনা লৈরগা মীনা ময়ুমদা অকনবা অনা-অয়েক য়াওরবা নত্রগা মশামক্তা অচৌবা অরাবা অমা তারবা মতমদা মন্দিরদা চৎলগা পুজারীবু লুপা অমা পীহুন ভগবান্দা ক্ষীর কৎলু হায় ; অদুগা মহু কৎলগা ঈমুংগী অনা-অয়েক

অমস্তুং মশাগী অৱাবা অদু কোক্লনবা ভগবান্দা হায়ৰ্জে। মদুদা ভগবান্না মানা নীংলিবহু থুংহন্দ্রবদি ঈশ্বর লৈতে, ঈশ্বরদা থাজবা য়াদে, ঈশ্বরবু নীংবা অমস্তুং মঙোন্দা চণ্ডজবা অরেম্বনি— অসিনচিংবা কায়। অদুবু মী অদুনা মানা পামলিবা মহয় অদুগীদমক মতীক চানা ঈশ্বরগী আরাধনা তৌখিবরা, পোৎ-চৈ কৎখিবরা নত্রগা কৎখিদবরা অদুগা মদু কৎপনচিংবা মতমদা মানা ভগবানগী মফমদা করম্বা শ্রদ্ধা তৌখি হায়বসিদি কদৌডেদস্ু করিমত্তা থন্দে মানা লুপা অমগী ক্ষীর কৎলগা ভগবান্দগী ফংঙমদবা মহয় ফংবা পাম্নি। ভগবান্দি মদু পুম্নমকপু নীংথিনা খঙলিবনি, ভগবানবু শ্রদ্ধা খজিক্তুং ফাওবা য়াওদনা পীরগা মদুগী মহুত্তা ভগবান্না মাবু করমতৌনা ফংঙমদবা মহয পীগনি। মবম অসিনা অসিগুম্বা মীশিংবু য়েংলগা ভগবান্দি নোক্তুনা লৈরিবনি। মীশিংগী ব্যবহাবদা য়েংলবস্তু মসি নীংথিনা খঙবা ঙমগনি। নহাক শেল-থুম য়াম্না লৈবা ঈনাক খুনবা মী অমনি। নোংমা কনাগুম্বা খঙন-চান্নদবা মী অমা লাক্তুনা বিস্কুট পেকেট অমা নহাক্কী নমাঙদা থমদুনা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুকম্লগা লুপা লীশীং অমা পীযু হায়না নিরবদি, নহাক মঙোন্দা নিরিবা লুপা লীশীং অদু পীগদবা? নত্তে, পীবদি লায়রদূনা নহাক্না মহাকপু য়ুমদগী থুনমক তান্থোক্লবা হোৎনগনি। মতৌ অম্না অৱাবা তারবা মত্তমত্তদা পরমাত্মাবু নীংশিংবা কৌনীংবা অমস্তুং খজিক্তুং পীরগা মীঙোন্দগী য়াম্না লৌনীংবা মী অদুদা পরমাত্মানা, মানা (মী অদুনা) ফংনীংলিবা মহয় অদু পীগদরা?

মসিদগী ওন্ন-তৈননা অমরোমদা — কনাগুম্বা মী অমা নহাক্কী নফমদা করিগুম্বা অমত্তা নিবা তৌদনা মুমিৎ খুদিংগী লাক্কুনা। য়াম্না শ্রদ্ধাগা লোয়ননা নংগী সেবা তৌরগা মশাগী নুংঙাইবগুম তৌনা লৈ অদুগা মুমিৎ খুদিংগী মতম চানা লাক্কুনা নহাক্কী সেবা তৌরগা ময়ুমদা হললি। মতম খরা কুইরবা তুংদা মী অদু নোংমা নহাক্কী ননাক্তা লাক্ত্রবদি, নহাক্কী পূক্নীংদা মহাক ঙসি করি ময়মদগী লাক্ত্রিবনো হাযবা শোযদনা খনগনি। অদুগা মতুংগী মুমিত্তসু মহাক লাক্ত্রবদা নহাক্না মহাকপু করম্বা অরাবদা তাগ্রবনো হায়দুনা থিগনি। মদুদগী মাগী অরাবা অদু নহাক্না খঙদুনা, মদু কোক-হন্নবগীদমক লুপা লীশীং লীশীং চাদিং তৌরবসু নহাক্কী পুক্নীংদা করিমত্তা নুংঙাইতবা তৌরোই মদু তৌনিংনা তৌগনি, অমসুং মী অদুগী অরাবা অদু ঙম্বমখৈ থুনা কোক্রবা পুক্নীং চঙনা হোৎনগনি; অদুগা মদু তৌদ্রবদি নহাক্না নশামকপু কৃতঘ্ননি (তৌবিমল খঙদবনি) নীংগনি।

মতৌ অসুম্না পরমাত্মাগী নুংঙাইনবা হোৎনদুনা লৈবা, মাগীনি হায়বা শুকপাম পামদবা অমসুং মানা তৌরিবা পুম্নমক পরমাত্মাদা পুম্নকৎ কৎথোক্কুনা লৈবা মী অদুবুদি মানা অরাবদা তারবা মতমদা পরমাত্মানা শোয়দনা অরাবা অদুদগী ঙাকপীগনি অদুগা মী অদুনা তৌরিবা সেবা অদুগী মহয়সু য়াম্না পীগনি।

অদুগা নহাক্না কনাগুম্বা মী অমবু থা খুদিংগী মতীক চাবা তলব পীদুনা নহাক্কী সেবা তৌনবা থম্লবদি মানা তৌরিবা সেবা অদুগী মহুত্তা তলব পীবা মরম্না মাগী করিগুম্বা অরাবা তাবা মতমদা

নহাক্না মাবু শোয়দনা লায়থোক্নুনা লৈগনি। মতৌ অসুম্না সকাম কর্ম্ম তৌবা মী অদুবু পরমাত্মানা মানা তৌরিবা কর্ম্ম অদুগী মতুংইন্না মতীক চাবা মহয় পীদুনা লৈবা মরমদগী মাবু শোয়দনা লায়থোক্কনি। পরমাত্মাদবু মাগীনি হায়না লেপ্পুনা লৈরিবা অমসুং মানা তৌরিবা কর্ম্ম পূম্নমকপু পরমাত্মাদা কখোক্নুনা লৈবা মী অদুবুদি পরমাত্মানা শোয়দনা ঙাকপি-শেনবিদুনা লৈ হায়বা অসিগী মরমদা ভগবান মশামক্না অসুম্না তাক্লি—

**অনন্যাশ্চিন্তয়ন্তো মাং যে জনাঃ পর্য্যুপাসতে।**
**তেষাং নিত্যাভিযুক্তানাং যোগক্ষেমং বহাম্যহম্॥**

(গীতা ৯।২২)

"মীশিং অদুনা ঐবু (ভগবানবু) নত্তনা অতোপ্পা অমদা চঙজদনা ঐতবু নীংজদুনা লৈরগা ঐগী সেবা নীংথিনা তৌদুনা লৈ; মতৌ অসুম্না ঐঙোন্দা মতম পূম্নমক্তা পূরীং থিংজিন্দূনা লৈবা মখোয়শিং অদুগী যোগক্ষেম ঐনা পুদুনা লৈ। (ফংদ্রিবা পোৎপু ফংহনবা যোগনি, অদুগা ফংলবা পোৎপু ঙাক্নুনা থম্বা ক্ষেমনি; মরম অসিনা ভগবান্না মাগী ভক্তশিংবু ফংদ্রিবা পোৎপু ফংহল্লি অদুগা মখোয়না ফংলবা পোৎপু ঙাক্নুনা লৈ)।"

মরম অসিদগী ঐখোযনা সকাম ভাব থাদোক্নুনা নিষ্কাম ভাব লৌরগা কর্ম্ম তৌবসি ওইজবনি খঙদুনা মতম পূম্নমক্তা তৌরিবা থবক পূম্নমকপু ভগবান্দা কখোক্কদবনি। মদুদগী ঐখোয়গী মন অসি থুনমক য়াম্না শেংগনি, অদুগা অশেংবা মন অদুদা ঐখোয়না পরমাত্মাগী অশেংবা মশকপু নীংথিনা উবা অমসুং খঙবা ঙমগদবনি।

অদুগা ভগবান নত্তনা অতোপ্পা অমদা চঙদবা অমসুং ভগবানতবু মাগীনি হায়না চপ যু'না লেপ্তূনা অমসুং নীংহুনা মঙোন্দা (ভগবান্দা) পুম্নমক কখোক্লগা চঙজরিবা জীব অদুবু ভগবান্না ঙাকপি হায়বা অসিদি গজেন্দ্রমোক্ষগী ৱারীদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মি। ৱারী অসি শ্রীমদ্ভাগবতকী নীপালশুবা স্কন্ধদা লাকই। ত্রিকুট কৌবা য়াম্না ৱাং-চাউবা চীং অমদা লৈবা অচৌবা পাং অমগী মনুংদা গজেন্দ্র (অখোইবা শামু) অমা মাগী কাঙবু শামু লাবা অমোম্নচিংবগা লোয়ননা থম্বাল-থম্বৌনচিংবা চাদূনা মুংঙাইনা শান্নহুনা লৈরিবৈঙে মতমদা গ্রাহ (ঙা-কোরিয়ান) অমনা মাগী খুমাংগী মখোঙ অমবু মচীন্দা উমশিন্দূনা যাম্না কন্না চিংথবা হৌরে। গ্রাহ অদুদগী নাম্থোক্লবগীদমক গজেন্দ্র অদুনা মখল-মখা অয়াম্বা উপায় তৌদুনা হোৎনৈ; মখোয় অনী অদু চিংথোক-চিংশিন তৌনহুনা অমনা অমবু হাৎনবগীদমক লাল য়াম্না কন্না তৌনহুনা লৈ। মতৌ অসুম্না অমনা অমবু ঙম্নবগীদমক মখোয় অনীনা লাল শোক্লহুনা লৈরকপা অসি চহী লীশীং অমা হৌখ্রে (সমাঃ সহস্রং ব্যগমন্—ভাগঃ ৮। ২। ২৯)। মতম অসিদা শামু অদুনা মানা ঙমগনি হায়বা উৎদ্রদুনা অমসুং মাগা লোয়ননা লৈরিবা কাঙবু অদুগী শামু লাবা অমোম্নচিংবা পুম্নমক অদুনসু মাগী মতেং পাংবা ঙমদবা অদুবুসু খঙদুনা অমসুং ভগবান নত্তনা মসিদগী নাম্থোক-হনবা ঙম্বা কনা অমত্তা লৈতে হায়বসি মপুক্নীংদা চপ যুংনা লেপ্তূনা পুম্নমকপু থাদোক্লগা ভগবান্দা চঙজহনা মাবু (ভগবানবু) কৌবা হৌই অমসুং মনাতোম্না থম্বাল অমা হেক্লগা মহু থাঙ্গত্ত না

ভগবান্দা কংলি। মহ উবমক্কদা ভগবানস্ থীনবা তৌদনা গরুড়গী মথক্তা তোংহুনা শামু অহুগী মনাক্তা লাকপা হৌই, অহুগা মাগী (শামুগী) মনাক্তা য়ৌদ্রিবৈ মমাঙদা ভগবান্না লম্বীদগী সুদর্শন চক্র পাখিহুনা গ্রাহ (ঙা কোরিয়ান) অহুবু মতূপ মতূপ ককথত্তুনা হাত্তোকই; মহুগী মতুংদা ভগবান্না লাক্লগা শামু অহুবু মাগী অশেংবা মশক দর্শন পীহুনা মোক্ষ পীখি।

মত্তৌ অস্মুম্না হায়রিবা ৱান্নী অসিদি মপাম্বোংগীনি, খুদমগী-দমক হায়বনি; কদৌবৈঙদস্ত শামু অমনা ঙা কোরিয়ানগা লোয়ননা চহী লীশীং অমা চপ্না লাল তৌহুনা লৈবা ঙম্মোই। মরম অসিনা ৱান্নী অসিগী অথুপ্পা ৱাদি আধ্যাত্মিকনি (জীবা হ্লাগা মরী লৈনবনি)। মসিবু মথং মনাও নাইনা অস্মুম্না খঙসি; মসিদা গজেন্দ্রগী অথুপ্পা অর্থদি অসিনি—"গচ্ছতীতি গঃ"—চত্তূনা লৈববু "গ" কৌই; "জায়তে ইতি জঃ"—পোক্কুনা লৈববু 'জ" কৌই; "গশ্চাসৌ জশ্চেতি গজঃ"—শিহুনা চৎপ্রগা পোক্কুনা লৈবা জীব অসি গজগী অর্থনি। অহুগা ইন্দ্রগী অর্থদি অথোইবনি। মরম অসিনা গজেন্দ্রগী অর্থ—জীবশিংগী মমুংদা মীওইনা পোক্কুনা লৈবা অথোইবা জীবনি। মরমদি মীওইনা পোক্কুনা লৈবা জীব অসি মোক্ষ কংবা ঙম্মি; মসিদগী শাস্ত্রনা "দুর্লভং মানুষজন্ম" হায়রিবনি। লানঙমদবা য়াম্না ৱাং-চাউবা ত্রিকূট চীংগী অর্থদি—অহুম তিন্নহুনা লৈবা কাঙবুনি, মথোয় অহুদি—সত্ত্বগুণ, রজোগুণ অমসুং তমোগুণ অহুম অসি তিন্নহুনা লৈবা ঈশ্বরীয় মায়ানি; মসি সংসার পুম্নমক্কী উপাদান কারণ (Material cause) ওইহুনা লৈরিবনি ("মায়ান্তু

প্রকৃতিং বিদ্যান্মায়িনন্তু মহেশ্বরম্" শ্বেতাশ্বতর ৪।১০—মায়াবু সংসারগী উপাদান কারণনি খঙউ অদুগা পরমাত্মাবু মায়াবীনি খঙউ)। মতৌ অসুম্না ত্রিকুট ওইবা মায়াসিদা লৈরিবা পাংতি সংসার সমুদ্রনি। সমুদ্র অসিদা লৈবা গ্রাহদি (ঙা কোরিয়ান্দি) অজ্ঞাননি (জীবনা মশাগী মশেংবা মশক খঙদবসি অজ্ঞাননি)। ঙা কোরিয়ানগী মচৌন্দা তাদুনা লৈবা জীব য়াম্না ৱানা লৈ, মতৌ অদুগুম্না অজ্ঞানগী মচৌন্দা তাদুনা লৈবা জীবসু পোকপা শিবা নাইদুনা য়াম্না ৱানা লৈ। মরম অসিনা আদ্যশংকরাচার্য্যজীনসু অসুম্না হায়রি—

**মহামোহগ্রাহগ্রসনগলিতাত্মাবগমনো**
**ধিয়ো নানাবস্থাঃ স্বয়মভিনয়ংস্তদ্‌গুণতয়া।**
**অপারে সংসারে বিষয়বিষপূরে জলনিধৌ**
**নিমজ্জ্যোন্মজ্জ্যায়ং ভ্রমতি কুমতিঃ কুৎসিতগতিঃ॥**

(বিবেক চূড়ামণি—১৪৩)

"মহামোহগী (অজ্ঞানগী মশক ওইবা গ্রাহনা (ঙা কোরিয়াম্না) য়োন্ত্নুনা লৈবা মরমদগী মশাগী মশক খঙদনা লৈরিবা জীবাত্মাসি মাগী উপাধি ওইবা বুদ্ধি (অন্তঃকরণ) গী গুণশিংবু মশাগীনি লৌদুনা বুদ্ধিগী মথল-মখা অয়াম্বা ফীবমশিংবু লৌরগা মদুগী মতুং ইন্না অভিনয় তৌদুনা (নাটক শান্নদুনা) লৈ। মতৌ অসুম্না ফত্তবা লৌশিং লৌদুনা অমসুং ফত্তবা লম্বী চত্তুনা লৈবা জীব, বিষয়গী মশক ওইবা হূনা থন্দুনা লৈরবা অমসুং লানঙমদ্রবা সংসার সমুদ্র অসিদা অমুক নূপ অমুক ফাওগৎ তৌদুনা

( লুপথোক-লুপশিন ঙৌদুনা ) য়াম্না রানা কোয়চং চঙ্দুনা লৈ ( মথল-মথা অয়াম্বা অয-ফত্তা মপোক ফংদুনা হকচাং লৌরগা লৈ )।

মতৌ অস্তুম্না জীব অসি মশীং লাকঙমদবা মতমদগী হৌদুনা চহী লীশীং লীশীং গ্রাহগী মশক ওইবা অজ্ঞান অসিদগী নাঙ্থোকপা ফংগে হায়বগীদমক য়াম্না কন্না হোৎনদুনা লৈ, অদুবু নাঙ্থোকপদি ঙমদে। অস্তুম্না লৈরক্লুনা মথল-মথা অয়াম্বা মপোক লৌরবগী তুংদা মানা অহানবদা তৌথিবা পুণ্যকর্ম্মগী মতুং ইন্না মীওইবগী অফবা মপোক অসি ফংলবা মতমদা মাগী শাগৈ নাতৈ নুপী-নহা পূম্নমকপু অজ্ঞানদগী নাঙ্থোরবা হোৎনব। অসিদা মতেং পাংবা ঙমদবা অদু উরগা শামুনা অতোপ্পগী রাখল পূম্নমক থাদোক্লুনা শ্রীভগবানতবু নীংশিংলগা মনাতোন হাইগক্লুনা থম্বাল কৎপগী মতৌগুম ভগবান নক্তনা মাগী মতেং পাংবিনবা কনা অমত্তা লৈতে হায়বা নীংথিনা খঙদুনা মঙোন্দা চঙজরগা মানা তৌরিবা থবক পূম্নমক ভগবান্দা কৎথোক্লগা মাবু কৌদুনা অমস্তুং নীংশিংদুনা লৈ। মতৌ অস্তুম্না লৈবা অদুদগী মাগী মন অদু শেংদোকখিদুনা ভগবানবু ফংবা য়াররক্লবা মতমদা ভগবান্না মাবু ঙাক্কে হায়বগীদমক অহানবদা মাগী ( মী অদুগী ) মনাক্তা সুদর্শন চক্র থারকই। মফম অসিদা সুদর্শনগী অর্থদি—"সু = সম্যক দৃশ্যতে = জ্ঞায়তে স্বস্বরূপং যেনেতি সুদর্শনম্"—"মদুনা মরম ওইদুনা মশাগী মশক নীংথিনা খঙবা ঙম্বা জ্ঞাননি।" অসিগুম্বা জ্ঞানগী মশক ওইবা সুদর্শন চক্র অসিনা মী অদুবু অরাবা পীদুনা লৈরম্বা গ্রাহগী মশক ওইবা অজ্ঞান অদুবু খুদক অদুমক্তদা মাঙহল্লি। অজ্ঞান অদু মাঙখিবমক্তদা

জীব অহুনা মাগী অশেংবা মশক ভগবানবু ফংহুনা মতম পূম্নমক্কী-দমক সংসারগী অরা-অনা থাদোক্লগা ভগবান্দা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই। মসিনি নিষ্কামকর্ম্ম তৌবগী কান্নবা। অহুবু মীওইবনা পঙহুনা সকাম কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মরমদগী অজ্ঞান মাঙহনবা ঙমদহুনা সংসারগী অরা-অনা পূম্নমক ফংহুনা লৈরিবনি। সকাম কর্ম্ম তৌবদগী তৌরিবা মী অহুনা কদৌঙৈদস্থ মানা নীংবা ফল নীংথিনা ফংবা ঙমদে হায়বা অসিগী মরমদা নারদনা শুকদেববু উপদেশ পীহুনা মহাভারত শান্তি পর্ব্বগী মনুংদা অস্থুম্না তাক্লি—হে শুকদেব। জীবনা সকাম ভাব লৌদূনা তৌরিবা কর্ম্মশিং অহুগী ফল অতোপ্পগী (ঈশ্বরগী) মখা পোন্দ্রবদি মানা (জীবনা) ফংনীংবা ফল শোয়দনা ফংগদবনি। অহুবু মানা কদৌঙৈদস্থ নীংবা মতুং ইন্না মহু ফংবা ঙমদে। মবমদি য়াম্না লৌশিং শিংবা অমস্থং য়াম্না কন্না নোম্বা মীশিংস্থ যংনীংবা ফল ফংদহুনা মহয় য়ান্দবা উই। অহুগা মসিগী ওন্নতৈননা অপঙবা অমস্থং থবক কন্না নোমদবা মীশিংগী মফমদা শেল-গুম্নচিংবা সংসাবগী নুংঙাই-য়াইফবা পূম্নমক উই। মসিগী মরুদি ঈশ্বরনা মখোয়বু মখোয়না হান্না তৌখিবা কর্ম্মগী মহয় পীবনি। হৌড়িক তৌরিবা অমস্থং ফংদ্রিবা কর্ম্মশিং অহুগী মহয়দি তুংদা ঈশ্বরনা পীগদবনি (সকাম কর্ম্মদগী অতোপ্পা সকাম কর্ম্মগী মহয় মাঙবা য়াদে হায়বসি অহানবদা হায়ব্রে)। মরম অসিদগী—

**দেবানিষ্ট্বা তপস্তপ্ত্বা কৃপণৈঃ পুত্রগৃদ্ধিভিঃ।**
**দশমাসান্ পরিধৃতা জায়ন্তে কুলপাংসনাঃ॥**

অপরে ধনধান্যানি ভোগাংশ্চ পিতৃসঞ্চিতান্।
বিপুলানভিজায়ন্তে লব্ধাস্তৈরেব মাঙ্গলৈঃ॥
( মহাভাঃ শান্তিঃ ৩৩১। ১৮, ১৯ )

"মচা লৈতদুনা য়াম্না তোম্না লৈবা মী খরনা মচা কংগে হায়বগীদমক লাই কম্না নীংই, যজ্ঞ তৌই, তপ তৌই অমস্তুং মচা কংলবদি মখোয়না লাইদা মমল য়াম্বা পোৎ কৎকনি লেপ্পী। মতুংদা মচা কংনবগী খুদম ওইরক্কুনা মমাশিংনা থা তরা নাউপুরগা মচাশিং পোকই। অদুবু মচাশিং অদু চাউরক্কুনা চহী মপুং ফারক্লবা মতমদা মপা-মমাশিংবু মতম পুন্নমক্তা অরা-অনা পীবা অমস্তুং শাগৈ-নাতৈশিংবু যত্তবা মিংচৎ পীবা ওইরকই। অদুগা কনা কনাগুম্বশিংগীদি মনাইবক ফবা মচা পোকই। মখোয়না পোকপদগী তৌদুনা শিবা ফাওবা অরাবা লৈতনা মপা-মমানা তানশিল্লম্বা শেল থুম য়ামা কংদুনা সাংসারিক ( তাইবংগী ) নুং-ঙাইবা পুম্নমক ফংদুনা লৈ।"

মসিগী মরমদি, জীব অসি ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী হৌদুনা মথল-মথা অয়াম্বা হকচাং লৌরগা পোকপা শিবা নাইদুনা লৈরক্লিবনি অদুগা হকচাংশিং অদুদা তৌখিবা অমস্তুং হৌজিক ফাওবা মহয় চাদ্রিবা কম্মশিং অদুগী মহয় খরা ওইনা হৌজিকী হকচাং অসি ফংলিবনি। অদুগা ফংলিবা হকচাং অসিগী গর্ভবাসদগী ( পুক্তা লৈবদগী ) হৌদুনা শিবা ফাওবগী মনুংদা মওং তরুক লৈ। মওং তরুক অসিবু বাৎস্যায়ন ঋষিনা অস্মুম্না তাকই—

"জায়তে, অস্তি, বর্দ্ধতে, বিপরিণমতে, অপক্ষীয়তে, বিনশ্যতীতি যড্‌ভাববিকারাঃ" (নিরুক্ত)—"পোকপা, লৈবা, চাউরকপা, মশক ওনবা, শোস্থরকপা অমসুং মাংবা, মওং তরুক অসি পোকপা শিবা নাইবা পোৎ পূম্নমক্কীনি।" মরম অসিনা হায়বিবা মওং তরুক অসি হকচাংগী ওইববসু অজ্ঞানদগী আত্মাদা আরোপ তৌদুনা (আত্মাগীনি হায়না খংদুনা) মীনা লৈ। মতুদগী থরাযপানবশিংনা অরা-নুংঙাইনচিংবা যাইবোক (দ্বন্দ্ব) ফংদুনা লৈরিবনি। অদুগা আত্মাগী অশেংবা মশক ব্রহ্ম অদুদি হায়রিবা পূম্নমক অসিদগী অতোপ্পা ওইনা লৈরিবনি। মরম অসিদগী নারদনা শুকদেববু মমৈথংদা অসুম্না হায়—

ত্যজ ধর্ম্মমধর্ম্মঞ্চ উভে সত্যানৃতে ত্যজ।
উভে সত্যানৃতে ত্যক্ত্বা যেন ত্যজসি তং ত্যজ।

(মহাভাঃ শান্তি ৩৩১। ৪৪)

"পাপ-পুণ্যবু থাদোকউ, অচুম-অরানসু থাদোকউ হায়বদি তৌরিবা পূম্নমক ঈশ্বরদা কথোক্লুনা করিগুম্বা অমত্তা পামগনু; অদুগা অচুম-অরানবু থাদোক্লগা মতুনা মরম ওইদুনা নহাক্না থাদোক্লিবা অদুবুসু থাদোকউ হাযবদি এৈনা পূম্নমক থাদোক্লে হায়না নাপল তৌরিবা অহংকার অদুবুসু থাদোকউ।"

মত্তৌ অসুম্না "এৈনা পূম্নমক থাদোক্লে" অসিনচিংবগী নাপল তৌদনা ঈশ্বরদা তৌরিবা থবক পূম্নমক্কী অফ-ফত্তা মহয় পূম্নমকপু কথোকপা অসি নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবা কৌই। মরমদি কনাগুম্বা জীব অমত্তা হিংলিঙৈগী মতমদা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদনা

লৈবা ভমদে, করিগুম্বা অমা শোয়দনা তৌত্নুনা লৈ। তৌত্নুনা লৈবা মতম অদুদা তৌরিবা কর্ম্ম অদুগী মহয় ঈশ্বরদা কথোক্লবদি অমম্বুং কথোকপগী নাপল তৌদ্রবদি মী অদুদা কর্ম্ম অদুগী অফ-ফত্তা করিগুম্বা মহয় অমত্তা লাক্লোই। মসিবু বেদনস্থু তাক্লি—

**কুর্ব্বন্নেবেহ কর্ম্মাণি জিজীবিষেচ্ছতং সমাঃ।**

**এবং ত্বয়ি নান্যথেতোঽস্তি ন কর্ম্ম লিপ্যতে নরে ॥**

(শুক্ল যজুঃ ৪০। ২)

"শাস্ত্রনা তৌগন্নু হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু থাদোক্লগা চৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু তৌত্নুনা চহী চামা হিংদুনা লৈনবা নীংউ। মতৌ অসুম্না কর্ম্ম তৌদুনা লৈবা নখোযগা লোযননা কর্ম্ম অদু শম্নদনবা উপাংদি মদুগী মহয় পাম্বা থাদোকপা নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে।" মসিবু গীতাদস্থু ভগবান্না অসুম্না তাক্লি—

**ব্রহ্মণ্যাধায় কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা করোতি যঃ**

**লিপ্যতে ন স পাপেন পদ্মপত্রমিবাম্ভসা ॥**

**কায়েন মনসা বুদ্ধ্যা কেবলৈরিন্দ্রিয়ৈরপি।**

**যোগিনঃ কর্ম্ম কুর্ব্বন্তি সঙ্গং ত্যক্ত্বাঽঽত্মশুদ্ধয়ে ॥**

(গীতা ৫। ১০, ১১)

"পরমাত্মাদা তৌরিবা কর্ম্ম (থবক) পুম্নমক কথোক্লগা মদুগী মহয় পাম্বা থাদোক্লুনা মী অদুনা কর্ম্ম তৌদুনা লৈরবদি থম্বাল মনাদা ঈশিং থাদবদা (চাইবদা) মদু পক্কবগুম্না মতৌন্দা (মীঅদুদা) পাপ অমত্তা পক্তে। মরম অসিনা কর্ম্মযোগীশিংনা। কর্ম্মগী লম্বীদা

চহুনা পরমাত্মাবু ফংগে হায়না হোৎনরিবা মীশিংনা) মন
শেংনবগীদমক কর্ম্মগী মহয় পাম্বা থাদোক্লগা সুপ্পা হকচাংনা, মননা,
বুদ্ধিনা অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা কর্ম্ম তৌউনা লৈ।"

মতৌ অসুম্না কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মরমদগী মন শেংদোক-
খিহুনা মতুদা আত্মজ্ঞান ফংনবা মতৌক (মঙাল) লাক্নি। মতৌক
অহু লাক্লবদি সংসারগী মরু ওইনা লৈরিবা অজ্ঞান অসি আত্মাগী
অশেংবা জ্ঞান ফংবদগী শোয়দনা মাংখিগনি। মরু (কারণ)
মাংখ্রবদি অমুক কন্না পোকপা শিবা নাইবা তাইবংপান অসিদা
লাক্রবোই। ভারতীয় দর্শন শাস্ত্রশিংবু লেংবা ঋষিশিংনা মাগী মাগী
সিদ্ধান্তগী মতুং ইন্না প্রক্রিয়া ইবা মতমদা মত খেন্নরবসু তত্ত্বজ্ঞানদগী
মোক্ষ অমসুং অজ্ঞানদগী সংসারগী অরা-অনা ফংই হায়বা মত
অমত্তা ওইনা লাউরিবনি। ন্যায়দর্শনকার গৌতম মহর্ষিনা মোক্ষ
করম্না ফংবগে হায়বা অসিগী মরমদা অসুম্না তাক্লি—

"দুঃখ-জন্ম-প্রবৃত্তি-দোষ-মিথ্যাজ্ঞানানামুত্তরোত্তরাপায়ে
তদনন্তরাপায়াদপবর্গঃ" (ন্যাঃ দঃ ১।১।২)

"দুঃখ, জন্ম, প্রবৃত্তি, দোষ অমসুং মিথ্যাজ্ঞান মখাসিগী মনুংদা
মতুং মথুংগী মাংলবদা মমাং মমাংগীস্ত মাংবদগী মোক্ষ ওই
হায়বাদ তত্ত্বজ্ঞানদগী মিথ্যাজ্ঞান (আত্মা নত্তবা হকচাংনচিংবদা
আত্মানি খল্লবনচিংবা ওয় তৌনবা জ্ঞান) মাংই, মিথ্যাজ্ঞান মাং-
বদগী দোষ (অনাত্মা ওইবা পোৎশিংদা অপাম্বা মিৎৌবনচিংবা)
মাংই; দোষ মাংবদগী প্রবৃত্তি (অপাম্বা, মিৎৌবনচিংবা লৈবদগী
অফ-ফত্ত থবকশিং তৌবদা চঙবা) মাংই; প্রবৃত্তি মাংবদগী জন্ম

( প্রবৃত্তি তৌবদগী কংবা পাপ পুণ্যগী মহয ওইবা মপোক ) মাঙই অমসুং জন্ম মাঙবদগী দুঃখ ( মপোক কংবদগী কংগদবা অৱা-অনা ) মাঙই অদুগা দুঃখ মাঙবদগী মোক্ষ ওই।"

মসিগী ভাষ্য ইবা মতমদা বাৎস্যায়ন মুনিনা সংসার কদায়রু কৌবগে হায়বা অসিসু অমুক তাকই—

**"ত ইমে মিথ্যাজ্ঞানাদয়ো দুঃখান্তাঃ ধর্ম্মা অবিচ্ছেদেন প্রবর্ত্তমানাঃ সংসার ইতি।"**

"মথক্তা হায়রিবা মিথ্যাজ্ঞানদগী দুঃখ ফাওবগী ধর্ম্মশিং অসিনা অতৎপা লৈতনা চক্লনা লৈবসি সংসাবনি।"

হায়রিবা রা অসিবু কপিল ঋষিনসু সাংখ্যদর্শনদা অসুম্না তাক্লি— "জ্ঞানান্মুক্তিঃ" ( সাং দঃ ৩। ২৩ )

"সংসারগী মরূ ওইদুনা লৈরিবা প্রকৃতি ( মাযা ) অসিদগী পুরুষ ( আত্মা। মতম অহুমক্তা শমনদে হাযবা নীংথিনা খণ্ডবদগী মুক্তি ওই।"

**"বন্ধো বিপর্য্যয়াৎ"** ( সাং দঃ ৩। ২৪ )

"মসিগী ওন্ন-তৈননা প্রকৃতিগা লোয়ননা আত্মা শমন্নদুনা লৈ হায়না খঙলবদি বন্ধ ওই।"

মতৌ অসুম্না হাযরিবা পূম্নমক অসিদগী ঐখোয়না ফংলিবা অৱাবশিংগী মরু অজ্ঞাননি হায়বা নীংথিনা খণ্ডবা ওম্মি। পাতাঞ্জল যোগ দর্শনদসু অৱাবগী মরু ওইবা মরমদগী অবিদ্যানচিংবা মভাবু অৱাবগী মশক ওইনা হায়রি—

**"অবিদ্যাঽস্মিতারাগদ্বেষাঽভিনিবেশাঃ ক্লেশাঃ"** ( ২। ৩ )

"অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) অস্মিতা ( অহংকার ), রাগ, দ্বেষ অমসুং অভিনিবেশ ( হকচাংদা পূক্নীং যাম্না চঙবদগী শিগনি হায়না কিবা ) মসিং অসি ক্লেশগী ( অৱাবগী ) মশক্নি হায়বদি মসিং অসিদগী অৱাবা পোকই।

মসিং অসিগী মনুংদা অবিদ্যা অসি লেমহৌরিবা অস্মিতা-নচিংবা মবিগী মরুনি। মসিং অসিগী, যোগদর্শনদা মথং-মনাউ নাইনা অসুম্না মশক তাক্লি—

"অনিত্যাশুচিদুঃখানাত্মসু নিত্যশুচিসুখাত্মখ্যাতিরবিদ্যা"

( ২। ৫ )

"পৃথিবীনচিংবা অনিত্য ( মাঙগদবা ) পোৎশিংবু নিত্যনি ( মাঙলোইদবদি ) খল্লবা, হকচাংনচিংবা অশুচি ওইবা ( শেংদবা ) পোৎশিংবু অশেংবনি খল্লবা, অৱাবগী মশক সংসারগী বিষয়ভোগ-শিংবু নুংঙাইবনি খল্লবা, অদুগা অনাত্মা (আত্মা নত্তবা) হকচাংনচিংববু আত্মানি খল্লবা মসি পুম্নমকসি অবিদ্যানি ( ওন্ন-তৈননা খল্লবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননি )।"

বিষয়ভোগশিংদগী ফংবা নুংঙাইবসি অশেংবমক্তি অৱাবগী মশক্নি হায়বা অসি ভগবাননসু অসুম্না তাক্লি—

বিষয়েন্দ্রিয়সংযোগাদ্যত্তদগ্রেঽমৃতোপমম্

পরিণামে বিষমিব তৎ সুখং রাজসং স্মৃতম্ ॥

( গীতা ১৮। ৩৮ )

"বিষয় অমসুং ইন্দ্রিয়গী শম্নবদগী পোকপা নুংঙাইবা অদু অহানবদা অমৃতগী মতোঙ্গুম ওইরবসু তুংদা মদুগী ফল তুগী

মতৌগুম ওইরবদি নুংঙাইবা অহু রজোগুণদগী ওইরকপা মরমদগী অৱাবগী মশক্নি।"

"দৃগ্‌দর্শনশক্ত্যোরেকাত্মতেবাস্মিতা" (২।৬)

"দৃক্‌শক্তি (য়েক্নবা শক্তি) গী মশক ওইবা আত্মা অমসুং দর্শনশক্তি (যেংগদবা শক্তি) বুদ্ধিগী মশক ওইবা অন্তঃকরণ অনীসি অজ্ঞানগা অমত্তা ওইবগুম তৌদুনা "অহম্" (ঐ, হায়না নাপল তৌবা অসি অস্মিতানি।"

"সুখানুশয়ী রাগঃ" (২।৭)

"নুংঙাইবা ফংলবা তুংদা নুংঙাইবা অদু পাবা পোৎ অদুবু অমুক হন্না ফংনিংদুনা পুক্নী দা নীংদুনা লৈবসি রাগনি।"

"দুঃখানুশয়ী দ্বেষঃ (২।৮)

"অৱাবা ফংলবা তুংদা মদু পাবা পোৎ অমসুং মীশিংদা শাউদুনা লৈবসি দ্বেষনি।"

"স্বরসবাহী বিদুষোঽপি তথা রূঢ়োঽভিনিবেশঃ" (২।৯)

"অহানবগী মপোকশিংদা অনুভব তৌদুনা খঙখিবা শিবদগী কিবা অসি জীব পুম্নমক্তা ফাওরিবনি; মসি লাইরিক-লাইশঙ নীংথিনা খঙবা হৈবা জ্ঞান লৈবা মীশিংগীসু লৈ। অসিগুম্বা শিবদগী কিবা অসি অভিনিবেশনি।"

মতৌ অসুম্না কায়রিবা অৱাবশিং অসিবু মতম পুম্নমক্কীদমক বোকহনবা পাম্বা মীশিংনা অন্তঃকরণ শেংদোক্নুনা মশাগী অশেংবা মশক খঙনবা হোৎনবা নত্তনা মদুগীদমক অতোপ্পা উপায় লৈতে। অন্তঃকরণ নীংথিনা শেংদ্রবদি মদুদা মশাগী অশেংবা মশক খঙনবা

জ্ঞান পোকনি হায়বা অসিস্ত ওইখোক্তবনি। মরম অসিদগী খ্বায়দগী অহানবদা অন্তঃকরণ শেংনবা উপায় নিষ্কাম কর্ম্ম শোয়দনা ভৌকম খোকই; অদুগা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবগা লোয়ননা ঙমজবা মখোে ঈশ্বরগী উপাসনাস্ত ভৌহুনা লৈগদবনি। মরমদি মদুনা মতেং পাংহুনা নিষ্কাম কর্ম্মনা য়াম্না থুনা অন্তঃকরণবু শেংদোকপা ঙম্মি। মসি তৌনবা হোৎনবদা ঙসি ঙসি, হয়েং হয়েং তৌহুনা লৈবা চুমদে। ঐখোয়গী কোকথক্তা মৃত্যু (অশিবা) না পোকপদগী হৌনা জগোই শাদুনা লৈরিবনি; মহাক ঐখোয়বু পুহুনা চৎকদবগী-দমক খুদোং চাবা মতম য়েংলিবনি; মতম হেক ফংবমক্তদা মহাক্না ঐখোয়বু পুহুনা চৎখিগদবনি। মরম অসিনা ঐখোয়না করম্বা মতমদা শিগদগে হায়বসি কনা অমত্তা খঙদে। মসিগী মরমদা মহাভারতকী শান্তিপর্ব্বদা ৱারী অমা লাকই—

যুধিষ্ঠিরনা ভীষ্মদা অহম্না হায়—হে পিতামহ! থৱায়পানবা পুম্নমকপু মাঙহন্দুনা লৈরিবা মৃত্যু অসি মতম পুম্নমক্তা ঐখোয়গী ইনাক্তা লৈরি; অদুগা পুন্সি অসিস্ত নোংম-নোংমগী অস্সুম অস্সুম ভেনশিল্লক্রি; ঙসি নত্রগা হয়েং শিগনি হায়বা অসি কনা অমত্তা খঙদে। ফীবম অসিদা মীওইবনা করি তৌদুনা লৈরগা মশাগী কল্যাণ ওইবা ঙমগনি? ৱাহং অসি তারগা ভীষ্মনা পাউখুম ওইনা ব্রাহ্মণ মপা-মচাগী ৱারী অমা লীরকই—

মমাঙউৈদা বেদপাঠী ব্রাহ্মণ অমা বেদনা ভাকপা সকাম কর্ম্ম-শিংবু তৌহুনা স্বর্গনচিংবা ফল ফংনবা অহিং নুংথিল নাইদনা হোৎনদুনা লৈরম্মি; মচু নত্তবা করিগুম্বা অমত্তা তৌরমদে। অদুবু

মরায়বক ফবা মরমদগী তত্ত্ববু নীংথিনা খঙবা, মেধাবী কোবা মচানুপা অমা লৈরম্মি। মানা মপাগী মতৌ অদু উরগা নোংমা অস্ন্মা হায়—হে পিতাজী! নহাক্না তৌরিবা কর্ম্মশিং অসিদি সকাম ওইবা মরমদগী পরমাত্মাবু ফংনবা উপায় নত্তে, সুপ্না সংসারগী স্বর্গনচিংবদা খরা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক্তি। পুন্সি অসিদি নোংমা নোংমগী তেনশিল্লকই। মরম অসিনা আত্মকল্যাণগীদমক হৌজিক্তগী হৌনা হোৎনদুনা উপায় তৌদুনা লৈবা চুম্মি; নত্রবদি অরেম্বদা পুন্সি অসি মাঙখিদুনা তৌগদবা অথোইবা নথৌ অদু তৌবা ঙম্মোই। মরম অসিনা—

**শ্বঃ কার্য্যমদ্য কুর্ব্বীত পূর্ব্বাহ্ণে চাহপরাহ্নিকম্।**
**ন হি প্রতীক্ষতে মৃত্যুঃ কৃতমস্য ন বা কৃতম্॥**
**কো হি জানাতি কস্যাদ্য মৃত্যুকালো ভবিষ্যতি।**
**যুবৈব ধর্ম্মশীলঃ স্যাদনিত্যং খলু জীবিতম্॥**

(শান্তি ২৭৭।১৫, ১৬)

"হয়েং তৌগদবা থবক অদু ঙসিমক তৌথোকপনা চুম্মি, অদুগা নুমিৎয়ুংবা মতুংদা তৌগে খল্লিবা থবক অদুবুস্তু নুমিৎ য়ুংদ্রিবৈঙগী মমাঙদা তৌথোক্লবা হোৎনগদবনি। মী অহুনা মাগী মথৌ তৌরবরা নত্রগা তৌদ্রিবরা হায়বা মৃত্যুনা (অশিবনা) কদৌবৈঙদস্তু য়েংদে। কনাগুম্বা মী অমগী শিবগী মতম ঙসিমক ওইগনি নত্রগা হয়েং ওইগনি হায়বা অসি কনানা খঙবা ঙমগনি? মরম অসিনা মতম লৈরিবৈঙসিদা পাখঙ ওইবদগী হৌদুনা মোক্ষ ফংনবা লম্বীগী মতেং ওইবা অফবা আচরণ তৌদুনা লৈবা চুম্মি;

মরমদি ঐখোয়গী জীবন ( পুন্সি ) অসি মথোং খগুদে ( অরেপ্পা লৈতে ) ; হৌজিকমক মাগুবস্তু য়াই।"

**অমৃতং চৈব মৃত্যুশ্চ দ্বয়ং দেহে ব্যবস্থিতম্।**
**মৃত্যুরাপদ্যতে মোহাৎ সত্যেনৈবামৃতং জয়েৎ॥**
( ২৭৭। ২৯ )

"হে পিতাজী! হকচাং অসিদা মৃত্যু অমসুং অমৃত অনীমক লৈরিবনি। সংসারগী পোৎশিংদা মিহৌত্নুনা মত্নুনা শুক্কত্নুনা লৈবা মীশিংগী মকমদা মৃত্যু লাকই ( সংসার অসিদা হন্না হন্না পোক্লুনা মৃত্যু ফংত্নুনা জীবশিংনা অরাবা ফংঙি )। অদুগা পরমাত্মাবু ফংনবা সত্যধর্ম্ম তৌত্নুনা লৈবদগী মীনা মৃত্যু অসিবু খিংবা ঙমগদবনি ( শিরবা মতুংদা অমুক হন্না পোক্লোই )।"

মতৌ অসুম্না মচানা হায়বা য়াশিং অসিবু তাবগা ব্রাহ্মণ অদুগী পুক্নীংদসু সকাম কর্ম্ম তৌবা অসিদগী মন শেংদোক্লুনা পরমাত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌরগা মোক্ষ ফংবা য়াররোই খগুত্নুনা কর্ম্মগী ফল ফংবগী রাখল পুম্নমক থাদোক্লুনা পরমাত্মাদা কখোক্লগা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌত্নুনা লৈবদগী মপা মচা অনীমক ফংঙমদ্রবা মোক্ষ ফংখি অমসুং মথোয়গী পুন্সি অত্নু মহয় য়ানখি। রারী অসিদা মীওইবনা মশাগী পুন্সি মহয় য়ালহনগে লেপ্লবদি চহী মথোল-কারকপদগী হৌত্নুনা ঈশ্বরার্পণ বুদ্ধি তৌরগা মথৌ পুম্নমক পাগুথোক্কদবনি হায়বা অসি ভীষ্মনা য়ুধিষ্ঠিরবু তাকই। অদুগা মসিবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনসু অসুম্না তাক্লি—

**ভোগৈশ্বর্য্যপ্রসক্তানাং তয়াঽপহৃতচেতসাম্।**
**ব্যবসায়াত্মিকা বুদ্ধিঃ সমাধৌ ন বিধীয়তে॥**

কর্ম্মজং বুদ্ধিযুক্তা হি ফলং ত্যক্ত্বা মনীষিণঃ ।
জন্মবন্ধবিনির্মুক্তাঃ পদং গচ্ছন্ত্যনাময়ম্ ॥
(গীতা ২।৪৪,৫১)

"স্বর্গনচিংবা মহয় ফংগনি তাক্লিবা বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংগী রাহৈশিংনা পূক্রীং হূহনা লৈগ্রবা অমসুং সাংসারিক ভোগ, ঐশ্বর্য্য-নচিংবদা পূক্রীং চঙহনা লৈরিবা মীশিংগী বুক্কি কদৌহৈদস্মু পরমাত্মাগী মরমদা লেপ্পা ঙমদে। অহুগা কর্ম্মদগী ওইগদবা ফলবু থাদোক্লগা সৃপ্পা ঈশ্বরদা কৎথোক্লনা মাগী পেল্লবা পূক্রীং লেপ্লনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মরমদগী মন (পূক্রীং) শেংলক্লনা জ্ঞান তাবা মীশিংনা পোকপগী মশক ওইনা পুন্দূনা থম্লিবা সংসার অসিদগী লাম্থোক্লনা অৱা-অনা লৈত্রবা পরমাত্মাগী মশক ওইবা খুবম ফংই।

মরম অসিদগী মশাগী ওইজবা পাম্বা মী পূম্নমক্না সকাম কর্ম্ম তৌবা থাদোক্লগা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌহুনা লৈনবা মতম পূম্নমক্না হোৎনগদবনি। মতুতদা সংসারগী অৱাবদগী লাম্থোকপা ঙমহুনা পরমকল্যাণ ফংগনি অহুগা পূক্রীংদস্মু—"নাস্তি রাগসমং দুঃখং নাস্তি ত্যাগসমং সুখম্" হায়বা শাস্ত্রগী উপদেশ অসিবু কাউরোইদবনি।

ওঁ

# ম্যারোইশ্লোক

## ( উপসংহার )

লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙপানবা পূম্নমক অসি কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা চৎলিবনি হায়বসি থাঙ্গৈশেংনমক ঐখোয়না ব্যবহারদা তৌরিবা থবক পূম্নমক অসিদগী নীংথিনা খঙবা ঙম্লিবনি। করিগুম্বা থবক অমা তৌদনা কনাসু তাইবঙ অসিদা লৈবা ঙমদে ; তৌরিবা থবকশিং অদুনা তাইবঙ অসি চত্নুনা লৈরিবনি। মরম অসিদগী অর্জ্জুন্না কর্ম্ম কদায়বু কৌবগে হংখদা শ্রীভগবান্না অস্নুম্না তাকই—

**ভূতভাবোদ্ভবকরো বিসর্গঃ কর্ম্মসংজ্ঞিতঃ ।**

( গীতা ৮। ৩)

"অচৎ চত্ত থরায় পানবা পূম্নমক্কী পোকপা অমসুং চাওখৎপা অনী অসিবু তৌবা হায়বদি অনী অসিগী মরম ওইবা কথোকপবু কর্ম্ম কৌই ( দেবতানচিংবা পূম্নমক্কী পেন্নবা মখোয়দা কত্নুনা তৌবা যজ্ঞ-দান-হোমনচিংবা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা থবকশিংবু কর্ম্ম কৌই )।" মতৌ অস্নুম্না তাক্লিবা কর্ম্মশিংবু সকাম ভাব লোদুনা তৌরবদি মখোয়গী মহয় ওইনা অফবা মপোক ফংদুনা জীবনা চাওখৎপা ঙম্মি অদুগা শাস্ত্রনা কর্ম্মনি তাক্কবা ফত্তবা থবকশিংবু কর্ম্মনি খন্দুনা তৌরবদি মখোয়গী মহয় ওইনা জীবনা ফত্তবা মপোক ফংদুনা লৈখা তাই। মসিবু শ্রুতিনসু অস্নুম্না তাক্লি—

**তদ্ য ইহ রমণীয়চরণা অভ্যাশো হ যত্তে**

**রমণীয়াং যোনিমাপদ্যেরন্ ব্রাহ্মণযোনিং বা**

ক্ষত্রিয়যোনিং বা বৈশ্যযোনিংবাঽথ য ইহ
কপূয়চরণা অভ্যাশো হ যত্তে কপূয়াং যোনিমাপ-
দ্যেরন্ শ্বযোনিংবা সূকরযোনিং বা চাণ্ডালযোনিং বা ॥
(ছান্দোগ্য ৫।১০।৭)

"সংসারদা মী ওইনা পোক্লগা অফবা লমচৎ চত্তূনা লৈবা অমস্থুং পুণ্য ওইবা থবক তৌবা জীবশিংনা অফবা মপোক ফংই ; মখোয়না ব্রাহ্মণগী মপোক্তা নত্রগা ক্ষত্রিয়গী মপোক্তা নত্রগা বৈশ্যগী মপোক্তা পোকই। অদুগা ফত্তবা লমচৎ চত্তূনা লৈবা অমস্থুং পাপ ওইবা থবক তৌবা জীবশিংনা (মীশিংনা) ফত্তবা মপোক ফংই ; মখোয়না তৃইগী মপোক্তা নত্রগা ওকী মপোক্তা নত্রগা চাণ্ডালগী মপোক্তা পোকই।"

অদুগা মসিদগী হেন্দোক্লা য়াম্না ফত্তবা থবক তৌবা মীশিংনা ভূমিৎ-কাওনচিংবগী মপোক ফংহুনা য়াম্না থুনা থুনা "পোকউ অমস্থুং শিয়ূ" হায়বদি পোকল-শিরা ("জায়স্ব ম্রিয়স্বেতি"—ছাঃ ৫।১০।৮) তৌদুনা লৈ। মরম অসিদগী ফত্তবা থবকশিংবুদি কদোম্বৈদস্ত তৌরোইদবনি, শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা অফবা থবকশিং'দূমক্তা তৌগদবনি ; মতুদস্থু মখোয়গী মহৃয় পামদনা ঈশ্বরদা কখোক্লনা তৌনবা হোৎনবসি জ্ঞান তাবা মীশিংগী অথোইবা মথৌনি। মরমদি—মহৃয় ফংনবা তৌরিবা অফবা কর্ম্মশিং অদুগী মহৃয় ওইনা স্বর্গনচিংবা ফংলগা অমূক হন্না অরাবগী মশক ওইবা সংসার অসিদা লাকপা শোয়দবনি। মসিবুস্থু শ্রুতিনা অস্থুম্না তাক্লি—

**তদেব সক্তঃ সহ কর্ম্মণৈতি-লিঙ্গং মনো যত্র নিষক্তমস্য। প্রাপ্যান্তং কর্ম্মণস্তস্য যৎকিঞ্চেহ করোত্যয়ম্। তস্মা-ল্লোকাৎ পুনরৈত্যস্মৈ লোকায় কর্ম্মণ ইতি নু কাময়মানঃ ॥**

(বৃঃ উঃ ৪।৪।৬)

"সাংসারিক জীবগী লিঙ্গশরীরগী ( অকূপ্পা হকচাংগী ) মমুংদা মকোক ওইবা মন অসিনা' পান্নিবা ফল অদুদা থিংজিন্দুনা জীব অসিসু মানা তৌথিবা কর্ম্মশিং অদুগা লোয়ননা চৎলগা ফল ( মহয় ) অদুবু ফংই। অদুগা জীব অদুনা ফল অদুবু ফংননবা তৌথিবা কর্ম্ম লোইরবা মতুংদা লোক অদুদগী মহাক অমুক হন্না কর্ম্ম তৌনবগীদমক লোক অসিদা হল্লকই। হায়রিবা অসি ফল পাংদুনা কর্ম্ম তৌবা জীবগীনি।"

অদুগা কর্ম্মগী মহয় পামদনা ঈশ্বরদা কথোক্লুনা কর্ম্ম তৌবদগী পুক্নীং শেংথিদুনা আত্মজ্ঞান কংথিবা জীবগী মরমদসু অস্নুম্না হায়রি—

**অথাহকাময়মানঃ — যোহকামো নিষ্কাম আপ্তকাম আত্ম-কামো ন তস্যপ্রাণা উৎক্রামন্তি, ব্রহ্মৈব সন্ ব্রহ্মাহপ্যেতি ॥**

(বৃঃ উঃ ৪।৪।৬)

"অদুগা ফল পামদনা কর্ম্ম তৌবা জীবগীদি মসিনি—কর্ম্মগী মহয়বু পামদবা, কামনা পুম্নমক মঙোন্দগী চৎথোকখ্রবা অমসুং আত্মামক্তবু পামদুনা মানা অপাম্বা ফংদুনা লৈরিবা জীব অদুগীদি প্রারব্ধকর্ম্ম লোইরবদা হকচাং অসিদগী প্রাণ পুম্নমক ( সূক্ষ্ম শরীর ) মপান থোক্লুনা অতোপ্পা মফম অমদা চত্তে ( হকচাং অসিদা লৈনা-লৈনা মথোয় মথোয়গী তত্ত্বশিংদা তিনথি )। মরম অসিনা জীব

অদু হিংনা হিংনা ব্রহ্ম ওইদুনা লৈরগা ( জ্ঞানী ওইদুনা লৈরগা ) শিবমক্তদা মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী শক্তমদা লৈ।"

মরম অসিনা মশাগী কল্যাণ (য়াইফবা) পাম্বা মীশিংনা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌদুনা লৈরগা মতুগা লোয়ন-লোয়ননা আত্মানুসন্ধান ওইনা ভগবানগী মশক খঙনবস্থু কন্না হোৎনদুনা লৈগদবনি। মসিবুস্থু শাণ্ডিল্য ঋষিনা তাক্লুনা হায়রি—

**উভাভ্যাং জ্ঞানকর্ম্মভ্যাং আরাধ্যো ভগবান্ প্রভুঃ।**

**তজ্‌জ্ঞানমেব বিজ্ঞানং তৎকর্ম্ম পরমং শুভম্ ॥**

( শাঃ স্মৃতি ১ । ৪৮ )

"জ্ঞান অমস্তুং কর্ম্ম অনীমক্না ভগবান প্রভুগী আরাধনা তৌগদবনি। ভগবানগী জ্ঞান অসিমক বিজ্ঞাননি ( অশেংবা আত্ম-জ্ঞাননি ), অদুগা ভগবানগীদমক কর্ম্ম তৌবা অসি খ্বায়দগী থোইনা ( হেন্না ) ফবনি।"

যুগ খায়বগী ( তোঙানবগী ) মতুং ইন্না হৌজিক কলিযুগকী মতম অসিদা অথোইবা ওইনা শ্রীভগবানগীদমক কর্ম্ম তৌগদবনি, মচুতদা মীনা অমাঙ-অতা লৈতবা মতয় যংবা ঙমগনি হায়বসি ভগবান ব্যাসজীনস্থু জৈমিনিগী মফমদা তাক্লুনা অস্থুম্না হায়রি—

**যৎ কিঞ্চিৎ কুরুতে কর্ম্ম মর্ত্ত্যোধর্ম্মং কলৌ যুগে।**

**তদর্পয়েন্মহাবিষ্ণৌ ভক্তিভাব সমন্বিতঃ।**

**বিষ্ণৌ সমর্পিতং কর্ম্ম সর্ব্বদৈবাহক্ষয়ং ভবেৎ ॥**

( পদ্মপুরাণ ক্রিয়াযোগ খণ্ড ২৬ । ৪৭ )

"কলিযুগকী মতমদা মীনা তৌজবা ভম্বা ধর্ম্ম কর্ম্ম থরশিং অদু ভক্তিভাবকা লোয়ননা শ্রীভগবান বিষ্ণুগী চরন্দা কথোকদবনি। মরমদি শ্রীভগবান বিষ্ণুদা কথোক্লিবা কর্ম্ম পুম্নমক কদৌদৈদেদসু লেম্না মাংদে, মতুগী ভমথৈ লৈতবা মহয় ওই।

মসিদা নত্তনা কলিযুগ অসি য়াম্না ফত্তবা মতম ওইরবসু মসিদা খ্বায়দগী য়াম্না হেন্না ফবা অমা লৈ হায়নসু ব্যাসনা অসুম্না তাক্লি—

যদ্যপ্যয়ং কলির্ঘোরো ময়া প্রোক্তো দ্বিজোত্তম।
তথা প্যস্তি মহানস্য গুণো গুণবতাম্বর ॥
সত্যে দ্বাদশভির্বর্ষৈর্ভবেৎ পুণ্যস্য সাধনম্।
তদর্দ্ধেন চ ত্রেতায়াং মাসেন দ্বাপরে ভবেৎ ॥
অহোরাত্রেণ বৈ বিপ্র ভবেৎ তচ্চ কলৌ যুগে।
তস্মাৎ কলিযুগে ন ণাং দিনেনৈবোত্তমা গতিঃ ॥

( পদ্ম পুঃ ক্রিয়াঃ ২৬। ৩৯, ৪০, ৪১ )

"হে দ্বিজোত্তম জৈমিনি! কলিযুগ অসি য়াম্না অকিবগী মতক ওইবা ফত্তবা মতম অমনি হায়না ঐনা নত্তোন্দা তাক্লি: অদুবু হে গুণীশিংগী মনুংদা অথোইবা জৈমিনি। মসিদা য়াম্না চাউবা গুণ অমসু লৈ। সত্যযুগতা চহী তরানীথোই চত্তনা তৌবা পুণ্যগী কর্ম্ম অদু ত্রেতাযুগতা চহী তরুক, দ্বাপরদা থা অমা অমসুং কলিযুগতা নোংমা তৌবদা নীংথিনা মপূং ফায়। মরম অসিনা কলিযুগ অসিদা মীশিংন ।নোংমগী মনুংমক্তদা খ্বায়দগী অফবা গতি ফংবা ঙম্মি।

মসিদা ভগবান বেদব্যাসনা তাক্লিবা ৱা অসি পুক্নীং শেংনা ভগবানগী শ্রীচরন্দা কথোক্নুনা তৌবা কর্ম্মশিংগী ময়মদা হায়রবনি; সুপ্না অচম্বা ওইনা সকাম কর্ম্ম তৌবগী ৱা নত্তে। মীনা গুম্বমথৈ সকাম কর্ম্মবুদ্দি সুকতৌ তৌরোইদবনি। হৌজিক্কী মতমদা সকাম কর্ম্মগী মহয় ফংবা অসি ওইথোক্তবা অমনি; ময়মদি সকাম কর্ম্ম অসি শাস্ত্রনা তাকপা বিধিগী মতুং ইন্না কাযদনা তৌগদবনি. মহুদা খজিক্তং কাওবা কায়থ্রবদি অফবা ফল ফংবগী মহূত্তা পামদবা ফত্তবা ফল ফংবা শোয়দবনি; মচুদগী মীনা মুংঙাইবগী মহূত্তা অৱাবা ফংনরিবনি। মসিগী খুদম অমা বেদদগী লৌশি—ত্বষ্টাগী (বিশ্বকর্ম্মাগী) মচা বিশ্বরূপপু ইন্দ্রনা হাৎখি। মহুদা য়াম্না মুংঙাইতত্ত্রনা ত্বষ্টানা ইন্দ্রবু হাৎপা ঙম্বা মচা অমা ফংগে হায়বগী-দমক যজ্ঞ অমা তৌই। যজ্ঞ অহুদা মানা "ইন্দ্রশত্রুর্বর্দ্ধস্ব" (তৈত্ত: সং ২।৪।১২।১) মন্ত্র অসি শোন্দুনা হোম তৌই। মন্ত্র অসিদা ত্বষ্টানা "ইন্দ্রস্য শত্রু: ঘাতক: বর্দ্ধস্ব"—"ইন্দ্রবু হাৎপা ঙম্বা ঈচা অমা পোকসনু" হায়বা অর্থ অসি লৌত্রনা হোম তৌরবস্তু "ইন্দ্র: শত্রু: ঘাতক: যস্য স: বর্দ্ধস্ব"—"ইন্দ্রনা হাৎকদবা ঈচা অমা পোকসনু" হায়বা অর্থ অসি ওইখিবা ময়মদগী যজ্ঞ অহুদগী ত্বষ্টাগী মচা বৃত্রাসুর পোক্লবসু মাবু ইন্দ্রনা হাৎখি। মসিগী ময়মদি "ইন্দ্রশত্রু:" হায়বা ৱাহয় অসিদা ত্বষ্টানা নীংবা মতুং ইন্না অর্থ তৌনবা তৎপুরুষ সমাসতা অন্তোদাত্ত ওইনা (শত্রু শব্দদা লাকইবা উকারদা খৱা কম্না, ৱাংনা) উচ্চারণ তৌগদবনি (চীন্দা শোনগদবনি); অহুবু মানা ওন্নতৈননা আদ্যুদাত্ত ওইনা (ইন্দ্র

শব্দগী ইকারদা কন্না, ৱাংনা ) উচ্চারণ তৌখিবা মরমদগী বহুব্রীহি সমাস ওইখিব্রনা "ইন্দ্রনা হাংকদবা মচা" হায়রবা অর্থ ওইখি। মতৌ অসুম্না স্বর অমগী উচ্চারণ খেন্নবদগী সকামকর্ম্মদা ত্বষ্টানা নীংবা অহু থুংখিদে ; ওন্নতৈনবা ফল ফংবা মরমদগী মহাক অমুক হন্না অয়াবা ফংখি। মরম অসিনা শিক্ষাশাস্ত্রদা অসুম্না হায়রি—

মন্ত্রো হীনঃ স্বরতো বর্ণতো বা
মিথ্যা প্রযুক্তো ন তমর্থমাহ।
স বাগ্‌বজ্রো যজমানং হিনস্তি
যথেন্দ্রশত্রুঃ স্বরতোঽপরাধাৎ ॥
( পাঃ শিঃ ৫২ )

"মন্ত্র শোনবা মতমদা স্বর নত্রগা ময়েক লাল্লবদি অহুগা চুমদনা শীজিন্নরবদি অরানবা মন্ত্রদু মাগী অর্থবু হায়দে ; অসুম্না লান্না শীজিন্নরিবা ৱাহৈগী মশক ওইবা বজ্র অহুনা সকাম কর্ম্ম তৌরিবা যজমান অহুবু মাঙহল্লী। মসিগী থুদমদি—"ইন্দ্রশত্রুঃ" মন্ত্র অসি শোনবা মতমদা স্বর ওন্ন-তৈনখিবদগী ত্বষ্টানা ফত্তবা ফল ফংখি।"

হায়রিবা ৱাসি বৈদিক কালগীনি, মতম অহুদা মফম পুন্নমক্তা কর্ম্ম তৌবা মতমদা বৈদিক মন্ত্র শীজিন্নরমই ; ত্বষ্টা মশামকন্সু বেদবু নীংথিনা খঙ-হৈবা লাই অমনি ; অহুবু মতম অহুদস্ত মন্ত্রগী উচ্চারণ তৌবা মতমদা অশোয়বা য়াওখি। মরম অসিনা করিগুম্বা সকাম কর্ম্ম অমা তৌনবগী পোৎ-চৈ পুন্নমক শুনা লৈরবস্নু হৌজিক্কী মতমদা মন্ত্র উচ্চারণ ৱাহয় থুদিংদা শোয়বা য়াই হায়রবা অসিদা করি চিংনকম লৈ ? মসি পুন্নমক বিচার তৌরগা সকামকর্ম্ম

অসিবু সৃক্তৌ তৌদবা চুম্মি; অদুগা ঈশ্বরার্পণ বুদ্ধিদা নিষ্কাম ওইনা কর্ম্ম তৌরবদি ঈশ্বরনা পেনবিগনি অমসুং অশোয়-অভাম পুম্নমকপুস্থ ভাকপিগনি। মহুদগী দোষ অমত্তা লৈতহুনা মহয়স্ত য়াম্না ফংহুনা তৌরিবা মী অহুগী পুক্নীংস্ত থুনমক য়াম্না শেংগনি। শাস্ত্রনস্থ ঈশ্বরবু নীংহুনা কর্ম্ম তৌরবদি মহয় যাম্না ফংই হায়র্বসি অস্থম্না তাক্নি—

কর্ম্মারম্ভে চ মধ্যে বা শেষে বিষ্ণুঞ্চ যঃ স্মরেৎ।
পরিপূর্ণং তস্য কর্ম্ম বৈদিকঞ্চ ভবেদ্দ্বিজ ॥
( ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুঃ ব্রঃ খঃ ১৭।১৮ )

"কর্ম্ম হৌবা মতমদা, ময়ায়দা অমসুং অরোইবদা ভগবান বিষ্ণুবু নীংশিংজহুনা তৌরিবা মী অদুগী কর্ম্ম অহু মপুং ফাব অমসুং মহু বৈদিক কর্ম্মস্থ ওই।"

মরম অসিনা হিংলিভৈগী মতমদা অমসুং শিরবা মতুংদা কল্যাণ ( মশাগী ফনবা ) পাম্বা মীশিংনা তৌরিবা কর্ম্মশিংবু ঈশ্বরদা কথোক্লগা মহুগী মহয় পাম্বা তৌদনা মথৌ ওইনা তৌদুনা লৈবা চুম্মি। ফত্তবা থবক তৌদুনা লল থুম তানবা অসিদি সৃক্তৌ তৌরোইদবনি। নত্তবা অমসুং ফত্তবা থবক তৌবদগী, হৌজিক মতম খরগীদমক মীনা খজিক্তং মুংভাইনা লৈবা য়াই অমসুং অত্তোপ্পগী মিৎয়েংদস্ত মহাক খরা চাওখৎনা উবা য়াই; অদুবু মহু মতম কুইনা লৈত্তে, থুনমক অমাঙবদা ওন্থরকই। মসিবু লোমশ ঋষিনা যুধিষ্ঠিরবু অস্থম্না তাক্নুনা হায়রি—

অদ্ধ'ত্যধর্ম্মেণ নরস্ততো ভদ্রাণি পশ্যতি।
ততঃ সপত্নাঞ্জয়তি সমূলস্ত বিনশ্যতি॥
(মহাভাঃ বন পঃ ৯৪। ৪)

"মীনা অধর্ম্ম (ফত্তবা পাপকর্ম্ম) তৌবদগী চাওখৎলি; মত্রদগী নুংঙাই-য়াইফববুস্থ য়েংই, মত্তুদগী য়েক্লবা পুম্নমকপুস্থ জয় তৌরগা লাকশিন্দুনা থম্মি; অদুবু মতুংদা থীন্দনমক মরুগা লোয়নন। মাঙই। (ঈমুং মমুংগী শাগৈ-নাতৈ অমস্থং মাগী মতেং পাংলিবা মরূপ-মপাং পুম্নমক্কা লোয়নন। মাঙই)।"

অদুগা ধর্ম্ম তৌহুনা লল তাল্লু, অধর্ম্ম তৌদুনা লল তানগনু হায়না পরাশরগীতাদস্থ অস্থম্না তাক্লি—

ন্যায়াগতং ধনং চৈব ন্যায়েনৈব বিবৰ্দ্ধিতম্।
সংরক্ষ্যং যত্নমাস্থায় ধর্ম্মার্থমিতি নিশ্চয়ঃ॥
ন ধর্ম্মার্থী নৃশংসেন কর্ম্মণা ধনমর্জ্জয়েৎ।
শক্তিতঃ সর্ব্বকার্য্যাণি কুর্য্যান্নৰ্দ্ধিমনুস্মরেৎ॥
ধর্ম্মাদপেতং যৎ কর্ম্ম যদ্যপি স্যান্মহাফলম্।
ন তৎ সেবেত মেধাবী ন তদ্ধিতমিহোচ্যতে॥
(মহাভাঃ শান্তিঃ ২৯৩। ৪, ৫, ৮)

"লম্বী চুমনা চত্তুনা লাকপা শেল অমস্থং লম্বী অচুম্বদা থবক তৌহুনা চাওখৎলিবা শেল ধর্ম্মগী অফবা থবক তৌনবগীদমক য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্কুনা থমগদবনি হায়বসি ঐগী (পরাশরগী) অরেপ্পা ৱানি। ধর্ম্মবু পাম্বা মীনা ফত্তবা থবক তৌহুনা শেল তাল্লোইদবনি। মশানা ভম্বমখৈ হোৎনদূনা থবক পুম্নমক চুম্না তৌগদবনি, মদুদা

নত্তবা থবক তৌহনা য়াম্না চাওখৎনবগী ৱাখল খল্লোইদবনি। ধর্ম্ম কায়না তৌবা কর্ম্ম য়েংবদা য়াম্না চাউবা ফল পীবা ওইরবস্তু, জ্ঞান তাবা মীনা মহু কদৌঙৈদস্তু তৌরোইদবনি, মরমদি মহু সংসার অসিদা করিস্তু কান্নবা ওইদে হায়রৈ।"

ব্যবহার তৌবা মতমদা চৎলিবা লমচৎ অমস্তুং তৌরিবা থবকশিং অদুগী মনুংদা করম্বনা পুণ্য ওইবনো অমস্তুং করম্বনা পাপ ওইবনো হায়বা খণ্ডননবগী উপায়দি মসিনি—লমচৎ অদু চৎকে অমস্তুং থবক অদু তৌগে হায়না পুক্নীংদা লেপ্পমক্তদা, মসিবু কনাগুম্বনা উরবদি ঐবু করি হায়খিগনি অমস্তুং মসিবু খণ্ডগ্রবদি ঐগী দশা করি ওইগনি হায়বা ৱাখল লাক্লবদি মহুগুম্বা লমচৎ অমস্তুং থবকশিং অদুবু মতম পূম্নমক্তা থাদোক্লবা হোৎনগদবনি; মখোয়শিং অদু শোয়দনা পাপকী লমচৎ অমস্তুং থবকশিংনি। করিগুম্বা মহু চৎখিবা অমস্তুং তৌখিবা থোক্লবদি, ঐনা পাপ তৌরে হায়বা অসি শোয়দনা খণ্ডগদবনি। অদুগা হায়রিবা ৱাখল-শিং অসি করিমক্তা লাক্রবদি, চৎকে অমস্তুং তৌগে হায়না খল্লিবা লমচৎ অমস্তুং থবকশিং অদু পুণ্য শোয়দনা ওইগনি। মখোযশিং অহুবুদি মতম পুম্নমক্তা চৎনবা তৌনবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। মরম অসিদগী ভগবান বেদব্যাসনা লাউহনা অস্নম্না হায়রি—

শ্রূয়তাং ধর্ম্মসর্ব্বস্বং শ্রুত্বা চাপ্যবধার্য্যতাম্।
আত্মনঃ প্রতিকূলানি পরেষাং ন সমাচরেৎ।

(মহাভাঃ অনুঃ ১১৩।৮)

"ধর্ম্মগী সর্ব্বস্ব ( অথোইবা ওইনা লৈরিবা লল ) অসিবু তাও, তারগা মসিবু নীংথিনা খণ্ডউ ; নশাগীদমক পামদবা থবকশিং অমু অতোপ্পশিংগীদমক তৌগনু ( মরমদি নহাক্না মহু পামদবগুম্না অতোপ্পশিংনসু মহু পামদে )।"

মরম অসিদগী ধর্ম্ম তৌহুনা চাওখৎপা পাম্বা মীশিংনা পুক্নীং, হকচাং অমসুং ৱাহয়না তৌবা যাবা ফত্তবা থবক পুম্নমকপু থাদোক্নবা হোৎনগদবনি। মখোয় অদুগী মনুংদা মরু ওইনা পুক্নীংনা— অতোপ্পগী লল-থুম, পোৎচৈ-নচিংববু নমথাক তৌদুনা লৌনীংবা, অতোপ্পগী মাঙনবা নীংবা অমসুং নত্তবা থবকশিংদা পুক্নীং থিংজিনবা অহুম অসিবু থাদোক্কদবনি। হকচাংনা—হূরানবগী থবক, অতোপ্পবু অনাবা পীবগী থবক অমসুং অতোপ্পী মুপীশিংগা তিন্নবা অহুম অসিসু থাদোক্কদবনি। ৱাহয়না—অয়াকপা ৱা ঙাঙবা, চুমদবা ৱা ঙাঙবা, অতোপ্পা মীগী তুংদা নিন্দা তৌদুনা ফত্তবা ৱা ঙাঙবা অমসুং অরেম্বদা ৱারী-ৱাতায় শাবা মরি অসি থাদোক্কদবনি।

হায়রিবা দোষ অহুম অসি মীবু য়াম্না লৈখা তাহল্লি, অদুগা মনুনসু অহুম অসিগী মীনা করম করম্বা মহয় ফংবগে হায়বা অসি অসুম্না তাক্লি—

শরীরজৈঃ কর্ম্মদোষৈর্যাতি স্থাবরতাং নরঃ।
বাচিকৈঃ পক্ষিমৃগতাং মানসৈরন্ত্যজাতিতাম্॥

( মনু ১২। ৯ )

"অথোইবা ওইনা হকচাংনা তৌবা কর্ম্মদোষদগী মীনা উ-ৱানচিংবা মপোক ফংই, ৱাহয়না তৌবা কর্ম্মদোষদগী উচেক-ৱায়া,

শা-ঙানচিংবগী মপোক কংই, অতুগা পুরুীংনা তৌবা কর্ম্মদোষদগী চাণ্ডালনচিংবগী মপোক কংই।"

অসিগুম্বা ফত্তবা থবকশিং অসিবু তৌকন্নীংদজুনা অমস্থং অক্কবা থবক তৌজুনা অমনা অমগী মতেং পাংনজুনা চাওখৎনা লৈরগা অথোইবা খুবম ফংহন্নীংদূনা বেদভগবান্না মচাশিংবু অস্থুম্না পাউতাক পীরি—

**জ্যায়স্বন্তশ্চিত্তিনো মা বিযৌষ্ট**

**সংরাধয়ন্তঃ সধুরাশ্চরন্তঃ।**

**অন্যো অন্যস্মৈ বল্গু বদন্ত এত**

**সধ্রীচানান্বঃ সংমনসস্কৃণোমি ॥**

**দেবা ইবামৃতং রক্ষমাণাঃ**

**সায়ংপ্রাতঃ সৌমনসো বো অস্তু ॥**

( অথর্ববেদ ৩।৩০।৫, ৭ )

"জ্যায়স্বন্তঃ = নখোয়, অকল-লমন লাই-গুরুশিংগী সেবা নীংথিনা তৌজুনা লৈয়ু; চিত্তিনঃ = অফবা থাখল খন্দূনা নীংথিবা থবক তৌনবা সংকল্প তৌ ( পূর্ণীং লেপ্পু ), সংরাধয়ন্তঃ = অফবা সিদ্ধি কংনবা কন্না হোৎনৌ; সধুরাঃ চরন্তঃ = নখোয় পুম্নমক অমত্তা ওইনা লৈরগা কোকথক্তা থবকী অরুম্বা পুজুনা মাঙদা চৎনবা হোৎনৌ; মা বিযৌষ্ট = অমনা অমদগী খাইনগনু ( যেন্নথোকনবা থম্মগনু ); অন্যঃ অন্যস্মৈ বল্গু বদন্তঃ এত = অমগা অমগা তিন্নজুনা নীংথিবা সুংশিবা রা ঙাঙনজুনা তিন্ননা চৎনবা তৌ; বঃ সধ্রীচীনান্

সংমনসঃ কৃণোমি—মরম অসিদগী ঐনা নখোয় পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা কন্না নোম্নবগীদমক পূকচেল অমত্তা ওইবা অফবা মী কৌরি। অমৃতং রক্ষমানাঃ দৈবাঃ ইব—অমৃতবু ঙাক্তুনা লৈরিবা দেবতাশিংগী মতৌগুম্না, সায়ং প্রাতঃ = অযুক, নুমিদাংৱাই মতম অনীগক্তা (অহিং নুংথিল নাইদনা মতম পুম্নমক্তা); সৌমনসঃ বঃ অস্ত=পুক্নীং নুংঙাইনা নখোয অফবা সংকল্পশিং অত্তুবু ঙাক্তুনা লৈবা ঙম্বা ওইসনু॥

॥ ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ ॥

---

# অরানবা চুমথোকপা

| লাঃ | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২ | ১৫ | ধম্মগী | ধর্ম্মগী |
| ৪ | ২০ | সংজ্ঞানানা | সংজ্ঞানানাঃ |
| ১১ | ৭ | মীংকুপ | মীৎকুপ |
| ২৮ | ১৪ | য.ত্রাহনৃতং | যত্রাহনৃতং |
| ৩৩ | ১৬ | কর্যণম্ | কর্ষণম্ |
| ৩৮ | ১৫ | থিংজিনগবনি | থিংজিনগদবনি |
| ৫১ | ১১ | অয়স্থং | অমস্থং |
| ৫২ | ১ | পূণ্যমবগ্নুতেন | পূণ্যমবখুতেন |
| ৫৫ | ২০ | প্রসদঃ | প্রমদঃ |
| ৫৬ | ৯ | কর্য্যাভ্যাং | কার্য্যাভ্যাং |
| ৫৬ | ১৩ | অচার্য্য | আচার্য্য |
| ৫৬ | ২২ | ব্রহ্মণাঃ | ব্রাহ্মণাঃ |
| ৫৭ | ১৩ | ব্রহ্মণাঃ | ব্রাহ্মণাঃ |
| ৫৯ | ৩ | স্বাদারেষু | স্বদারেষু |
| ৫৯ | ২১ | চতৃর্ভিরিতরৈঃ | চতুর্ভিরিতরৈঃ |
| ৭০ | ৯ | শ্মশানঘচিকা | শ্মশানঘটিকা |
| ৭৭ | ৮ | ধর্ম্ম | কর্ম্ম |
| ৭৯ | ২০ | পশ্চাতাপ | পশ্চাত্তাপ |
| ৮০ | ২২ | হেনগংলত্তুনা | হেনগংলক্লুন। |

| পৃঃ | পংক্তিঃ | অশুদ্ধ | শুদ্ধ |
|---|---|---|---|
| ৯০ | ১৪ | ইত্তি | হত্তি |
| ৯৮ | ১ | ( দেহিনাম্ )। | দোহিনাম্। |
| ১০৪ | ১২ | হূমাং | হুমং |
| ১১১ | ১৩ | তুং ইম্না | মতুং ইম্না |
| ১১৮ | ৪ | বুদ্বি | বুদ্ধি |
| ১২৫ | ১২ | ধর্ম্ম | কর্ম্ম |
| ১২৮ | ১৫ | পূম্নমক্তা | পূম্নমক |
| ১৫৬ | ৯ | যজ্ঞঃ | যজ্ঞাঃ |
| ১৬৭ | ১ | পাচী | প্রাচী |
| ১৮৪ | ৭ | শ্রাদ্বদা | শ্রাদ্ধদা |
| ১৯৪ | ৪ | প্রযতনি | প্রযত্তানি |
| ২৯৯ | ১৪ | ব্রহ্মণ | ব্রাহ্মণ |
| ২০৪ | ১৫ | সস্কার | সংস্কার |
| ২০৫ | ১১ | প্রাত্তনং | প্রাক্তনং |
| ২১০ | ১৫ | দুষ্কৃলে | দুষ্কৃতে |
| ২১১ | ২১ | প্রাপ্নবস্ত্যথান্ | প্রাপ্নুবন্ত্যর্থান্ |
| ২৪১ | ২২ | থাঙ্গগণ্ডনা | থাঙ্গগণ্ডূনা |
| ২৬১ | ১৩ | নণাং | ন পাং |

## [illegible] মণিপুর

### মেনেজিং কমিতি মেম্বরশিং

১। ডাঃ হাওবম বারুণী সিংহ, প্রেসিডেন্ট

২। ডাঃ কে, বিনোদ কুমার সিংহ, সেক্রেটরী

৩। শ্রীঅহৈবম ভগীরথ সিংহ, এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরী

৪। শ্রীনোংমৈকাপ্পম যত্ন সিংহ, ট্রেজরর

৫। শ্রীলাইশ্রম মণি সিংহ মেম্বর

৬। শ্রীব্রজবাসীময়ুম মণিস্না শর্ম্মা, শাস্ত্রী ,,

৭। শ্রীলাইশ্রম রিপুজোয় সিংহ ,,

৮। শ্রীটিকেন্দ্র ডাঙোম্বা ,,

৯। শ্রীওইনাম মঙ্গী সিংহ ,,

১০। শ্রীথুদ্রাকপম ছত্রাজিৎ সিংহ ,,

১১। শ্রীনিংথৌজম নোদিয়াচান্দ সিংহ ,,

১২। শ্রীঅধিকারীময়ুম জিতেশ্বর শর্ম্মা ,,

১৩। শ্রীচাংবম ভোগেন্দ্র সিংহ ,,

১৪। শ্রীনোংথোম্বম ধর্ম্ম সিংহ ,,

১৫। শ্রীলাইশ্রম নীলচান্দ সিংহ ,,

অথন্নবা বার্ত্তন তৌবা মীওই

শ্রীলাইময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা

